# ফল সংহিতা

সংকলন কৰ্ত্তা ব্যাখ্যাকারশ্চ

ব্যাকরণ-জ্যোতিষাচার্য্য- বেদান্ত-স্মৃতি-সাহিত্য শাস্ত্রী

আচার্য্য গুরুময়ুম কৃষ্ণচন্দ্র শৰ্ম্মা

আচার্য্য মণিপুর সংস্কৃত মহাবিদ্যালয়ঃ, ইম্ফাল।

*কাংজবী লম্পাক মচিন, ইম্ফাল।*



প্রকাশক :— এথৌ রিছর্চ এণ্ড ষ্টডি সেন্টর, ইম্ফাল।




অহানবা [illegible] — [illegible]০১ ইং

কোপি মশিং — ১০০০

মখুম য়েকপা — এম. তোম্বীসনা দেবী,
বি.এস.সি, কাব্যাচার্য্য।

| | | |
|---|---|---|
| মমল:— | কাচা লুঃ | ৯০.০০/- |
| | পক্কা লুঃ | ১৪০.০০/- |



নম্ফম ঃ পৃথিবা প্রেস কম্পুটরাই, লমলোং বজার।

"কচ্চবা"

খজিক্তং মোমোন তৌবনা
গোপী পুক্লিং খোইরাংহনবা,
মণিপুর রাজ্যেশ্বর
শ্রীশ্রী চন্দ্রাবলীনাথ।
চংজফম ওইবা গোবিন্দ
কচ্চরি নখুয়া খাদা,
ইথম্মোয় নুং-থাজ মণি
ফল সংহিতা কৌবীসে ॥

আচার্য্য কৃষ্ণচন্দ্র শর্ম্মা

# প্রসংশাপত্রম্

শ্রীগুরুময়ুম কৃষ্ণচন্দ্র শর্ম্মা ব্যাকরণ জ্যোতিষাচার্য্যনা অনৌবা মওংদা **"ফল সংহিতা"** হায়না মমিং থোন্দুনা তঙাইফদনা মীওইবনা খঙদবা য়াদ্রবা জ্যোতিষশাস্ত্রগী জ্ঞান অদু ইমারোন্দা য়াম্না লায়না খঙহন্নবা হোৎনরি। জ্যোতিষশাস্ত্রদি সমুদ্রনি অদুবু শ্রীমদ্ভগবদগীতানা বেদশিংদগী সারাংশ খন্দোকপগুম, গুরু ময়াম নারদ পরাশরনচিংবদগী হৌরগা মথংদা লাকপা গুরুশিংগী মতশিং খোমজিন্দুনা মূল শ্লোকশিং হাপ্তুনা অমসুং মদুগী অর্থ হন্দোক্তুনা অমসুং আধুনিককী ইংরেজী, হিন্দী, বাঙ্গলানচিংগী মতেংনা পরি পুষ্টি ওইরবা পংচাও চাওদবা লাইরিকনি।

অদুগা লাইরিক অসি পিক্লা উরবসু মচনশুরবা অমসুং চার্টনচিংবা নীংথিজনা য়াওরবা অদুগা গুরু অমখক্তগিসু নত্তে, মমিং লৈরবা গুরুশিংগী শাস্ত্রশিং অমত্তা চিংখদবমখৈ হয়িং খোইনা লৈখলশিংদগী লৈহি চুপ্পগুম্না য়ামখুবা গুরুশিংগী গ্রন্থশিংদুদগী সারাংশশিং খনগত্তুনা সম্পাদন তৌরবা লাইরিকনি। লাইরিক অসিগী মগুনদি ঐনা থাগৎপগী মহুত্তা পাঠকশিংনা পাবিরগা পুক্লিংদা অনুভব তৌবিবা অমসুং কান্নবিবা অদুনা ওইগনি হায়না খঞ্জে। লাইরিক মচা অসিনা ইমারোন্দা চাওরবা জ্যোতিষশাস্ত্রগী জ্ঞানগী অহোবা অমদি শোইদনমক্ মেনখৎলে হায়না ফোংদোকনীংই।

লাইরিক অসিনা ইমারোনগী পুককৈদা মপান নাইদ্রবা অবদান পীরি অমসুং সম্পাদকসিনা অসিগুম্বা মমল য়াম্লবা শাস্ত্র কয়া পুথোরক্সনু হায়না ঈশ্বরদা প্রার্থনা তৌজরি।

ভবদীয়ঃ

এল. নারায়ণ শাস্ত্রী

ব্যাকরণ শিরোমণিঃ

তাং ৮/১০/২০০১ ইং

# “অফোঙ্ববগী ৱারোল”

শ্রীগুরুময়ুম কৃষ্ণচন্দ্র শর্ম্মা, জ্যোতিষ আচার্য্যনা ইবা ‘ফল সংহিতা’ কৌবা লাইরিক অসি মণিপুরগী য়ুমথোং খুদিংদা থম্না কান্নগনি। থোইদোক-হেন্দোক্লা জ্যোতিষকী শিনফম পায়বীরিবা মীওইশিংগীদমক্তদি তঙাইফদনা চঙদবা য়াদবা লাইরিকনি। অধ্যায়ঃ খুদিংগী সংস্কৃত মূলশ্লোক য়াওবনা মণিপুরদদি অসিগুম্বা মথলগী লাইরিক অসি অনৌবনি হায়নিংই।

সংজ্ঞাধ্যায়দা জ্যোতিষকী খঙদবা য়াদবা ৱাহৈশিংগী অর্থ তাক্লি। শুদ্ধ্যাদি-অধ্যায়দা শুভ কর্ম্ম পাঙথোকপা য়াবা মতম লেপ্পা, রিষ্টাধ্যায়দা নৌনা পোকপা অঙাংগী পূন্সি, মমা-মপাগা য়েৎনবা, বিষ্টি-ভঙ্গনচিংবা তাক্লি। যোগাধ্যায়দা নুপী ওইবীশিংগী লুপ্ত্রা যুগ তাবা, শোইনাইরবশিংগী মপোক, অফবা মপোক্লুচিংবগী মরমদা তাক্লি। দেশাচারাধ্যায়দা মরুওইনা মণিপুরদা চৎনরিবা তৎনবা নুমিৎ, থাশি মায়কৈ, নুপা/নুপীগী চহিগী মতুং ইনবা মৃত্যু, য়েক্লবা, কালমৃত্যুনচিংবা মায়কৈ অমদি যুগনচিংবা সংস্কৃত লোন্দা শ্লোক শেমদুনা জ্যোতিষকী পারাদা হাপচিনবসি মপান লমগী মীওইশিংদা খঙহন্নবা পাম্বেনি। দশাধ্যায়দা অষ্টোত্তরী, বিংশোত্তরী, যোগিনী-দশাগী মোত মতুং ইন্না অন্তর্দ্দশা মতমগী ফলশিং, গ্রহগী মতম মতমগী ওইবা গোচরগী ফল য়াওনা শুগাইনা তাক্লি। ফলাধ্যায়দা মপোক নুমিৎ, মপোক থা, মপোক রাশিগী ফলশিংশু তাক্লি। বিশিষ্টাধ্যায়দা দ্বাদশভাব বিচারঃ, লুহোংবগী থোইদোকপা নিয়ম, মহাদেবগী লৈফম, ত্রিপুস্কর, দ্বিপুস্করনচিংবগী মতাং য়াওনা নৈনবি। অসিদা নত্তুনা দীক্ষা, চূড়াকরণ, অগ্নিবাস, ষট্কর্ণবেধগী ব্যবস্থানচিংবা শন্নপ্না নৈনবি। নবগ্রহ কবচ, নবগ্রহস্তোত্র, রবি-চন্দ্রগী গ্রহণ বিচারশু অধ্যায় অসিদা য়াওরি। পরিশিষ্টদা মথক্তা পলহৌদবা খরা-দশা য়েংবদা খুৎলোইনবা দশাবর্ষাদি তাকপা টেবল য়াওনা হোরা, নবাংশ, দ্বাদশাংশ, ত্রিংশাংশগী অধিপতিনচিংবা উৎলি।

ফলিত অমদি সংহিতা জ্যোতিষকা মরী লৈনবা লাইরিক অসি পারুরগা মণিপুরগী মীয়াম্না জ্যোতিষকী মায়কৈদা কান্নবা খরদং শোয়দনা ফংগনি থাজে। মথংদা জ্যোতিষকী মরমদা অতৈ লাইরিক কয়াশু পণ্ডিত অসিনা ইবিরকখিগনি হায়না আশা তৌরি।

দব্লিউ হোমেন্দ্রো সিংহ (জ্যোতিষ শাস্ত্রী)
*সেক্রেটরী*
এস্ট্রো-রিসার্চ এণ্ড ষ্টদি সেন্টর, মণিপুর।

*তাং ১০/১০/২০০১ ইং*

## "মাহৈ খরদং"

গ্রহশিংগী মণ্ডালনা মালেমদা লৈরিবা জীবশিং, মরুওইনা মীওইবদা পিরিবা ফলা ফলগী মরমদা ঋষিশিংনা তাকপিরম্লীবা জ্যোতিষকী মরিদা সংস্কৃত শ্লোকক্কা কোন্নবা মণিপুরী অনুবাদ তাঙ্না থোকপা অমদি নৌনা জ্যোতিষ শাস্ত্র তমজরিবা ছাত্রশিংগী খরদংত ওইহ্রবসু মমিৎ মমায় পাংগদ্র খঞ্জদুনা লাইরিক অসি পুথোকচবনি।

মণিপুরগী পরমপরাদগী চৎনরক্লবা জ্যোতিষকী ওইবা তৎনবা, থাশি মাইকৈনচিংবা কয়া অমসু সংস্কৃত শ্লোক শেমদুনা দেশাচারাধ্যায়ঃ অমা হাপচিন্দুনা জ্যোতিষ সমাজদা মণিপুরগী যুন্ফম অমা থোন্দুনা জ্যোতিষীশিং অমদি জ্যোতিষ ছাত্রশিংদা খুদোল তমজরি। লোয়ননা দশা য়েংবদা খুদোংচাননবা চার্টনচিংবা পরিশিষ্ট হাপচরি।

লাইরিক অসিগী মরিদা ঐগী ওঝা ব্যাকরণ শিরোমণি পণ্ডিত নারায়ণ শাস্ত্রীনা অচৌবা মতেং পাংবীখিবগীদমক ইকায় খুম্নজরী। লোয়ননা জ্যোতিষ শাস্ত্রী ওঝা নিমাই সিংহ, সর্ব্বদর্শনাচার্য্য জ্যোতিষ শাস্ত্রী ঐগী মরুপ ইয়াম্বা হোমেন্দ্রো সিংহ অনিগী উৎসাহনা লাইরিক অসি পুথোকচবনি। তেংবাংবিখিবা মরুপ মপাং কয়া, পুথিবা প্রেসকী মেনেজর খ্বাইবুসু ইকায় খুম্নজরি।

মীওইবা সমাজগী সেবা তৌবিরিবা জ্যোতিষশিং অমদি জ্যোতিষ ছাত্রশিংগী খরদং ওইহ্রবসু লাইরিক অসিনা মতেং পীবিরবদি তৌজমনগী মহৈ য়াল্লে লৌজগনি। লাইরিক অসিদা অশোই অঙাম য়াওখিবশিং অমসুং অৱাংপা কয়া তাকপিরকপা অখং অহৈশিংগী মত তরাম্না ওকচরি। মথংগী খুৎনমদা হাপ্চিঞ্জনবা হোৎনজগনি।

তাং ১/১১/২০০১ ইং

ভবদীয়ঃ
সংকলন কর্ত্তা

# সূচী পত্র

# সূচী পত্র

# সংজ্ঞাধ্যায়ঃ

মঙ্গলাচরণম্।

**নারদঞ্চ নমস্কৃত্য গর্গাচার্য্যং পরাশরম্।**

**বালানাং সুখবোধায় ক্রিয়তে ফল সংহিতা।।**

গর্গমুনি, পরাশরমুনি অমসুং নারদমুনিবু পুনেমজরগা, জ্যোতিষশাস্ত্রগী জ্ঞান ফংদ্রিবা অঙাংশিংগী য়াম্না থোইনা ৱারুবা তৌদনা নুঙাইনা জ্যোতিষ শাস্ত্রশিংগী অফ-ফত্ত ফল খংননবা ফল সংহিতা কৌবা লাইরিক অসি ঐনা লেংলি ।।

বারনামানি।

**রবিঃ সোমশ্চ মঙ্গল্যঃ বুধশ্চৈব বৃহস্পতিঃ।**

**তথা শুক্রঃ শনিশ্চৈব বারনামাভিধীয়তে।। ১।।**

চয়োল তরেৎকি মমিং হায়রি :— রবি = নোংমাইজিং, সোম = নিংথৌকাবা, মঙ্গল = লৈবাকপোকপা, বুধ = য়ুমশকৈশ, বৃহস্পতি = শগোলশেল, শুক্র = ইবাই অমসুং শনি = থাংজ অসুম্না বার (নুমিৎ) তবেৎনিগী মমিং খংনগনি ।।১।।

**শুভাশুভবারঃ।**

**সিতেন্দুবুধজীবানাং বারাঃ সর্ব্বত্র শোভনাঃ।**

**ভানু ভূসুত মন্দানাং শুভ কর্ম্মসু কেম্বপি ।।২।।**

বার (নুমিৎ) তরেৎনিগী মনুংদা সিত (শুক্রবার) ইন্দু (সোমবার) বুধবার অমসুং জীব (বৃহস্পতিবার) হায়রিবা বার মরি অসিদা শুভ কর্ম্ম (চাওখৎ ম্নাইফবগী থবক থৌরম) অয়াম্বা পাংথোকপদা চাওখৎপা মঙ্গল ওইবা পিনবি।

অদুগা ভানু (রবিবার) ভূসুত (মঙ্গলবার) মন্দ (শনিবার) হায়রিবা বার অহুম অসিনা করি-করিগুম্বা থবক থৌরমদা অফবা ওই। খুদম:- থৌ-তৌবা, লাইমাং চাকথাক পিবনচিংবদা অফবা পিনবি।। ২।।

**বারাদিগুণ বিচারঃ।**

**তিথিরেক গুণা প্রোক্তা বারাশ্চৈব চতুর্গুণাঃ।**
**তারাষোড়শ ইত্যাহুর্যোগাশ্চৈব শতাধিকাঃ।।৩।।**

থবক থৌরম অমা পাংথোক্লবা লেপ্লবা মতমদা মাংওইননা নুমিৎ অদুগী দোষ গুণ য়েংলগা লেপকনি। তিথি (থাবান) না গুণ অমা, বারনা গুণ মরি, তারা (থবাম্নীচাক) না গুণ তরাতরুক অমসুং যোগনা গুণ চামগী মথক্তা পী।।৩।।

তিথিনামানি।

**প্রতিপৎ চ দ্বিতীয়া চ তৃতীয়া স্যাত্ততঃ পরম্।**
**চতুর্থী পঞ্চমী চৈব ষষ্ঠী চ সপ্তমী তথা।।৪।।**
**অষ্টমী নবমী চৈব দশম্যেকাদশী তথা।**
**দ্বাদশী চাথ বিজ্ঞেয়া ত্রয়োদশী ততোভবেৎ।।৫।।**
**চতুর্দ্দশী হ্যমাবাস্যা শুক্লে পূর্ণা প্রকীর্ত্তিতাঃ।**
**নন্দা ভদ্রা জয়া রিক্তা পূর্ণাহিতিথয়ঃ ক্রমাৎ।।৬।।**

থা অমাগী মনুংদা লৈবা তিথি (থাবান) গী খোংচৎপু তাক্লি। প্রতিপৎ (নোংমা পানবা) দ্বিতীয়া (নিনি পানবা) তৃতীয়া (হুমনি পানবা) চতুর্থী (মরিনি পানবা) পঞ্চমী (মঙানিপানবা) ষষ্ঠী (তরুকনি পানবা) সপ্তমী (তরেৎনি পানবা) অষ্টমী (নিপান্নি পানবা) নবমী (মাপননি পানবা) একাদশী (তরামাথোইনি পানবা)

দ্বাদশী (তবানিথোইনি পানবা) ত্রয়োদশী (তবাহুমদোইনি পানবা) চতুর্দ্দশী (তবামবিনি পানবা) পূর্ণিমা (তবামঙানি পানবা) অমাবাস্যা (থাশি) অসুম্না শুক্ল প্রতিপৎ তগী পূর্ণিমানা লোম্বাবুনা শুক্ল পক্ষ (পানখৎলকপা) কৌই। কৃষ্ণ প্রতিপৎ তগী অমাবাস্যানা লোম্ববুনা কৃষ্ণ পক্ষ (শিথবকপা নত্তগা কোনবা) কৌই। হাযবিবা পক্ষ অনিগী থাবান কুন্থ্রামকপু নন্দা, ভদ্রা, জযা, বিক্তা অমসুং পূর্ণা অসুম্না মঙাথোক্লা খাযদোক্তুনা থাবানশিংগী মমিং শিজিন্নে॥ ৪ ৬॥

"নন্দাদি চক্রম্"

| নন্দাদি তিথিনাম | শুক্লপক্ষতিথিঃ | কৃষ্ণ পক্ষতিথিঃ | তিথিঃ |
|---|---|---|---|
| নন্দা | ১,৬,১১ | ১৬,২১,২৬ | প্রতিপৎ, ষষ্ঠী, একাদশী |
| ভদ্রা | ২,৭,১২ | ১৭,২২,২৭ | দ্বিতীয়া, সপ্তমী, দ্বাদশী |
| জয়া | ৩,৮,১৩ | ১৮,২৩,২৮ | তৃতীয়া, অষ্টমী, ত্রয়োদশী |
| বিক্তা | ৪,৯,১৪ | ১৯,২৪,২৯ | চতুর্থী, নবমী, চতুর্দ্দশী |
| পূর্ণা | ৫,১০,১৫ | ২০,২৫,৩০ | পঞ্চমী, দশমী, পূর্ণিমা, অমাবাস্যা |

নক্ষত্রনামানি।

অশ্বিনী ভরণী চৈব কৃত্তিকা রোহিণী তথা
মৃগশিরা তথা চার্দ্রা পুনর্বসুস্ততঃ পরম্ ॥৭॥
পুষ্যোঽশ্লেষা মঘা চাথ পূর্ব্বফল্গুনীভং ভবেৎ
উত্তরফল্গুনী চাথ হস্তাচিত্রা তথৈব চ ॥ ৮ ॥
স্বাতী চৈব বিশাখা চাঽনুরাধা সংজ্ঞকং ততঃ।
জ্যেষ্ঠা মূলাচবিজ্ঞেয়া পূর্ব্বষাঢ়োত্তরা তথা ॥৯॥
অভিজিৎ শ্রবণা চৈবা ধনিষ্ঠা শতভিগ্‌ভবেৎ
পূর্ব্বভাদ্রোত্তরভাদ্রস্তথাঽন্তে রেবতী ভবেৎ ॥১০॥

নক্ষত্র ২৮গী মমিং হাযবি :— ১। অশ্বিনী (শজিক), ২। ভরণী (থবা) ৩। কৃত্তিকা (খোংচোংনুবী) ৪। রোহিণী (অপকঙা) ৫। মৃগশিরা

(সাচুঙ্‌তেলহৈবা) ৬। আর্দ্রা (লীকলাশাফবা) ৭। পুনর্বসু (চিংচরোই) ৮। পুষ্যা (চুশেননুপী) ৯। অশ্লেষা (নিংথৌনাগা) ১০। মঘা (নিংথৌ তুরেল) ১১। পূর্ব্বফল্গুনী (নিংথৌশামু) ১২। উত্তরফল্গুনী (শামুপীচা) ১৩। হস্তা (উফোংঙাতু) ১৪। চিত্রা (মোকাংশঙ্কা) ১৫। স্বাতী (লুবাংশঙ্কা) ১৬। বিশাখা (শঙ্কা) ১৭। অনুরাধা (ওকপুরোই) ১৮। জ্যেষ্ঠা (তাহুইরেং) ১৯। মূলা (তোংচেংনুবী) ২০। পূর্ব্বষাঢ়া (থায়াই) ২১। উত্তরষাঢ়া (থাতোন) ২২। শ্রবণা (নিংথৌমনিমথৌ) ২৩। ধনিষ্ঠা (হাৈরমায়ে) ২৪। শতভিষা (কোরৌম্) ২৫। পূর্ব্বভাদ্রপদ (খাবালীতেং) ২৬। উত্তরভাদ্রপদ ( শিল্লৈনিং) ২৭। রেবতী (বায়াখুরৌ) উত্তরষাঢ়া অমসুং শ্রবণা নক্ষত্র অনিগী মবক্তা অভিজিৎ (তলেংনু) নক্ষত্র লৈ, অদুবু জ্যোতিষশাস্ত্রদা য়াম্না মপুং ওইনা অভিজিৎ নক্ষত্র শিজিন্নদে। নক্ষত্র অমমমদা পাদ মরি মরি লৈ ।। ৭-১০।

রাশি চক্রদা নক্ষত্রশিংনা লৈবগী মওং উৎলি ।।

"নক্ষত্র চক্রম্"



উর্দ্ধমুখনক্ষত্রগণঃ।

রোহিণ্যার্দ্রাসতিষ্যমূলবসবো বিষ্ণুস্ত্রয়োঽপ্যুত্তরা,
এতান্যূর্দ্ধ্ব মুখানি ভানি নব চ জ্যোতির্বিদো মেনিরে।
এভিশ্চিত্রসিতাতপত্রভবনপ্রাসাদহর্ম্যাঙ্ঘ্রিপপ্রকারাট্টবি-
হারতোরণপূরঃ প্রারম্ভণং শস্যতে॥ ১১॥

উর্দ্ধমুখ নক্ষত্র তাকী :— বোহিণী, আর্দ্রা, পুষ্যা, মূলা, ধনিষ্ঠা, শ্রবণা, উত্তরফল্গুনী, উত্তরষাঢ়া অমসুং উত্তরভাদ্রপদ হায়রিবা নক্ষত্র ৯ অসি জ্যোতিষ খংবশিংনা উর্দ্ধমুখ (মমাইলোঙ্খংপা) নক্ষত্রশিংনি হায়না খংনৈ। হায়রিবা নক্ষত্রশিং অসিনা পানবা নুমিৎতা লাই য়েক-খোৎপা হৌবা, ছাতিন, পে, ছত্র শাবা, উ থাবা, যুম শেমজিন-শাজিনবা, দুকান শাবা, কৈথেল শাবা অমসুং কুম্মৈ তৌফম শঙ্শাবা, মাগুপ খনবা কর্ম্মদা অফবা ওই। উর্দ্ধমুখ নক্ষত্রদা পোকপা মীদি মবাই লোংনা চৎকল্লি॥ ১১॥

পার্শ্বমুখনক্ষত্রগণঃ।

মৈত্রাখণ্ডলচন্দ্রপাণিতুরগাশ্চিত্রা তথা স্বাতয়ো,
রেবত্যোঽথ পুনর্বসুশ্চ কথিতঃ পার্শ্বাস্যনামা গণঃ।
এভির্যন্ত্ররথাদিপোতকরণং সদ্মপ্রবেশোঽপি বা,
শস্তোঽয়ং গজবাজিগর্দ্দভগবাং গ্রাহে তথা যন্ত্রণে॥১২॥

পার্শ্বমুখ নক্ষত্র গণ হাযবি :— অনুরাধা, জ্যেষ্ঠা, মৃগশিবা, হস্তা, অশ্বিনী, চিত্রা, স্বাতী বেবতী অমসুং পুনর্ব্বসু নক্ষত্র ৯ অসিবু পার্শ্বমুখ নক্ষত্র কৌই। হায়বিবা নক্ষত্র অসিনা পানবা নুমিৎতা যন্ত্র শাবা-শেন্বা, রথ শেম-শাবা, হি শেন্বাশাবা, যুমশাবা, শঙকাবা, শগোল-শামু-ষণ-ইরোই-গাধা-উং লাকপা অমসুং শিজিন্নবা হৌবা ফৈ। পার্শ্বমুখ নক্ষত্রদা পোকপা মীদি চংপা মতমদা নাক-য়েৎ হায়না য়েংনা চৎকল্লি॥ ১২॥

অধোমুখনক্ষত্রগণঃ।
অশ্লেষাবহ্নিয়মপিত্র্যবিশাখযুক্তং,
পূর্ব্বাত্রয়ং শতভিষা চ নবাপ্যুড়ূনি।
এতান্যধোমুখগণানি শিবানি নিত্যং,
বিদ্যার্ঘভূমিখননেষু চ ভূষিতানি।।১৩।।

অধোমুখ নক্ষত্রগণ হায়রি :— অশ্লেষা, কৃত্তিকা, ভরণী, মঘা, বিশাখা, পূর্ব্বফল্গুনী, পূর্ব্বষাঢ়া, পূর্ব্বভাদ্রপদ অমসুং শতভিষা হায়রিবা নক্ষত্র ৯ অসিবু অধোমুখনক্ষত্র কৌই। হায়বিবা নক্ষত্রশিং অসিনা পানবা নুমিৎতা বিদ্যারম্ভ (মহৈতম্বা হৌবা) লাইদা অর্ঘ কৎপা অমসুং ভূমিখননাদি (লৈবাক তৌবা অমদি লৈবাক তৌদুনা তৌবা থবকশিং) পাংথোকপা ফৈ। অধোমুখনক্ষত্রদা পোকপা মীদি মমাই লুকথনা চৎকল্লি।। ১৩।।

মৃদু, মৈত্র নক্ষত্র কথনম্।
মৃগান্ত্যচিত্রামিত্রর্ক্ষং মৃদু মৈত্রং ভৃগুস্তথা।
তত্র গীতাম্বরক্রীড়া মিত্রকার্যং বিভূষণম্।। ১৪।।

মৃগশিরা, রেবতী, চিত্রা, অনুরাধা হায়বিবা নক্ষত্র মরি অমদি শুক্রবারবু মৃদু (অমেংবা) কাংলুপ অমসুং মৈত্র কৌই। মসিদা ঈশৈ হৌবা, ফিশাবা হৌবা, ফি- রোল অনৌবা শেৎ-ইনবা, শান্না-খোৎনবা হৌবা, মরুপকা লোয়ননা থবক- থানা হৌবা অমসুং ফিজেৎ লৈতেং শেম-শাবা ফৈ। মৃদুগণদা পোকপা মীদি লীচৎ বাঙাং তমেং-তমেংঙী, থোৎনৌবগী থবক্তা পক্লে।। ১৪।।

ধ্রুব, স্থির নক্ষত্র কথনম্।
উত্তরাত্রয় রোহিণ্যৌ ভাস্করশ্চ ধ্রুবং স্থিরম্।
তত্র স্থিরং বীজগেহ শান্ত্যারামাদি সিদ্ধয়ে।। ১৫।।

উত্তরফল্গুনী, উত্তরষাঢ়া, উত্তবভাদ্রপদ, বোহিণী নক্ষত্র অমসুং রবিবারবু ধ্রুব অমদি স্থির (লেংদবা) কৌই। হাযবিবা গণ অসিনা পানবা নুমিৎতা লেংদবা থবক তৌবা, মহৈ-মরোং হুনবা, যুমশাবা হৌবা, শান্তিকর্ম্ম (লৈতাখুন্দানবা তৌবা পূজা) অমসুং ব্রা-লেপ্পবনচিংবা তৌবদা ফৈ। ধ্রুবগণদা পোকপা মীদি মবুক হোংগনদে॥ ১৫ ॥

**চল-চর নক্ষত্রগণঃ।**

**স্বাত্যাদিত্যেশ্রুতেস্ত্রীণি চন্দ্রশ্চাপি চলঞ্চরম্।**
**তস্মিন্‌গজাদিকারোহো বাটিকা গমনাদিকম্॥১৬॥**

স্বাতী, পুনর্ব্বসু, শ্রবণা, ধনিষ্ঠা, শতভিষা নক্ষত্র অমসুং সোমবারবু চর নত্রগা চল (অরেংবা) গণ কৌই। মসিনা পানবদা পোকপা মীদি তুমিন্না লেংদনা লৈবা হৈনগন্দে। মথুন-ময়া য়াংই, থারুমনবা তৌদে। শা-ষণ লাকপা, শা-তানবা চৎপা, লৈকোন শেম্বা অমসুং লংফৈ চৎপা ফৈ॥ ১৬॥

**উগ্র, ক্রূর নক্ষত্রগণঃ।**

**পূর্ব্বাত্রয়ং যাম্য মঘে উগ্রং ক্রূরং কুজস্তথা।**
**তস্মিন্ ঘাতাগ্নি শাঠ্যানি বিষ শস্ত্রাদি সিদ্ধ্যতি॥১৭॥**

পূর্ব্বফল্গুনী, পূর্বষাঢ়া, পূর্ব্বভাদ্রপদ, ভরণী, মঘা নক্ষত্র অমসুং মঙ্গলবারনা পানববু উগ্র নত্রগা ক্রূর (শাওগনবা) গণ কৌই।
মসিদা পোকপা মীদি শাওগল্লী, অঙম-অরাই খংদে মবুক খাই, থবক-থানাদা ঈশৌ লাংগল্লী। মৈচংবা থবক্তা, খুৎশু-খুৎলাই শেম-শাবা, হুচেনবা থবক্কী শেম-শাবা, লাওথোংবগী থবক হৌবা ফৈ॥ ১৭ ॥

**মিশ্র, সাধারণ নক্ষত্রগণঃ।**

**বিশাখাগ্নেয়ভে সৌম্যো মিশ্রং সাধারণং স্মৃতম্।**
**তত্রাগ্নি কার্য্যং মিশ্রং চ বৃষোৎসর্গাদি সিদ্ধয়ে॥ ১৮॥**

বিশাখা, কৃত্তিকা নক্ষত্র অমসুং বুধবারবু মিশ্র নত্রগা সাধারণ (য়ানশিনবা) গণ কৌই। মসিনা পানবা নুমিৎতা পোকপা মীদি অমগা অমগা তোরোৎ খাদাননা তিন্নবা হে। অমসু-অমসু ইখং-খংগনবা ইচন-চন্নবা ওই। মৈ চংবা থবক্তা, পোৎয়ানগী থবক্তা, মীতিন (সভা) গী থবক, বৃষোৎসর্গা (কাওথাবগী পূজা) তৌবা ফৈ।। ১৮।।

**ক্ষিপ্র, লঘু নক্ষত্রগণঃ।**

**হস্তাশ্বি পুষ্যাভিজিতঃ ক্ষিপ্রং লঘু গুরুস্তথা।**
**তস্মিন্ পণ্যর তিজ্ঞানং ভূষা শিল্পকলাদিকম্।।১৯।।**

হস্তা, অশ্বিনী, পুষ্যা, অভিজিৎ নক্ষত্র অমদি বৃহস্পতি বারবু ক্ষিপ্র নত্রগা লঘু (তযাং তশোইবা) গণ কৌই। মসিনা পানবদা পোকপা মীদি চীগুলেমগন্দে, পুক্নিং তযাং-তশোইগল্লী। ললোন ইতিক্কী থবক হৌবা, নুপী হায়না-শিংনবা, লৈতেং শেম্বা হৌবা, লাইশাবা হৌবা ফৈ।।১৯।।

**তীক্ষ্ণ দারুণ নক্ষত্রগণঃ।**

**মূলেন্দ্রার্দ্রা হিভং সৌরিস্তীক্ষ্ণং দারুণ সংজ্ঞকম্।**
**অত্রাভিচার ঘাতোগ্রভেদাঃ পশুদমাদিকম্।।২০।।**

মূলা, জ্যেষ্ঠা, আর্দ্রা, অশ্লেষা নক্ষত্র অমদি শনিবারবু তীক্ষ্ণ নত্রগা দারুণ (অথৌবা নত্রগা অখাবা) গণ কৌই। মখোয়না পানবদা পোকপা মীদি য়েৎখাই-থিনগাইবা তৌগল্লী, থাং-তাগী থবক্তা পক্লগল্লী, লাম্মীগী থবক্তা হৈশিংগল্লী। মখোয়সিনা পানবা নুমিৎতা নৎত ওইদবা থবক তৌবা, থুগাই- খোৎকাইবা থবক, চিরোলগী থবক, মী কায়ননবা হৈকাপ তেনকাপ, মাংনা তাক্লবগী থবক্তা ফৈ।। ২০।।

"ধ্রুবাদিনক্ষত্রগণ চক্রম্"

| গণ সংজ্ঞা | নক্ষত্রনামানি | বারঃ |
|---|---|---|
| ধ্রুব, স্থির | ১২ উত্তরফল্গুনী,২১ উত্তরষাঢ়া, ২৬ উত্তবভাদ্রপদ, ৪ রোহিণী | রবিবার |
| চর, চল | ১৫ স্বাতী, ৭ পুনর্ব্বসু , ২২ শ্রবণা, ২৩ ধনিষ্ঠা, ২৪ শতভিষা | সোমবার |
| উগ্র, ক্রূর | ১১ পুর্ব্বফল্গুনী, ২০ পূর্ব্বষাঢ়া, ২৫ পূর্ব্বভাদ্রপদ, ২ ভরণী, ১০ মঘা | মঙ্গলবার |
| মিশ্র, সাধারণ | ১৬ বিশাখা, ৩ কৃত্তিকা | বুধবার |
| ক্ষিপ্র,লঘু | ১৩ হস্তা, ১ অশ্বিনী, ৮ পুষ্যা, ০ অভিজিৎ | গুরুবাব |
| মৃদু, মৈত্র | ৫ মৃগশিরা, ২৭ রেবতী ১৪, চিত্রা , ১৭ অনুরাধা | শুক্রবার |
| তীক্ষ্ণ, দারুণ | ১৯ মূলা, ১৮ জ্যেষ্ঠা, ৬ আর্দ্রা, ৯ অশ্লেষা | শনিবার |

## যোগনামানি।

বিষ্কুম্ভঃ প্রীতিরায়ুস্মান্ সৌভাগ্যঃ শোভনাহ্বয়ঃ।
অতিগণ্ডঃ সুকর্মাখ্যো ধৃতিঃ শূলোঽথ গণ্ডকঃ ।।২১।।
বৃদ্ধিধ্রুবাখ্যো ব্যাঘাতো হর্ষণো বজ্রসংজ্ঞকঃ।
সিদ্ধিযোগো ব্যতীপাতো বরীয়ান্ পরিঘঃ শিবঃ ।।২২।।
সিদ্ধিঃ সাধ্যঃ শুভঃ শুক্লো ব্রহ্মোন্দ্রৌ বৈধৃতিঃ স্মৃতঃ ।।২৩।।

যোগ ২৭ কী মমিং হায়রি:— ১। বিষ্কুম্ভ (হুচফু) ২। প্রীতি (পেনবা) ৩। আয়ুস্মান্ (পুন্সিবা) ৪। সৌভাগ্য (লাইবকফবা) ৫। শোভন (ফজবা) ৬। অতিগণ্ড (মরৈমরা) ৭। সুকর্ম্মা (থৌরমফবা) ৮। ধৃতি(তপথবা) ৯। শূল (তাশোন) ১০। গণ্ড (ফত্তবা) ১১। বৃদ্ধি (চাউখৎপা) ১২। ধ্রুব (অরেপ্পা) ১৩। ব্যাঘাত(অকাইবা) ১৪। হর্ষণ (হরাওবা) ১৫। বজ্র (নোংমৈশিংজং) ১৬। সিদ্ধি = অসৃক্ (ঈ- থোকপা) ১৭। ব্যতীপাত (মীনমশোরি) ১৮। বরীয়ান্ (অথোইবা) ১৯। পরিঘ (খুৎলাই) ২০। শিব (অরেপ্পা) ২১। সিদ্ধি (পাংবা) ২২। সাধ্য (শেম্বা) ২৩। শুভ (চংখোনবা) ২৪। শুক্র (তিঙ্) ২৫। ব্রহ্ম (মহিরেল) ২৬। ইন্দ্র (শোরারেল) ২৭। বৈধৃতি (অয়েৎপা) অসুম্না খংনগনি ।। ২১-২৩।।

বৈধৃতি অমসুং ব্যতীপাত অনিনা পানবা মতমদা দান ধর্ম্ম নত্তনা করিগুম্বা শুভ কর্ম্ম অমত্তা তৌনদে ।।

## করণনামানি।

ববাখ্যং বালবাখ্যং চ কৌলবাখ্যং ততঃ পরম্।
তৈতিলাখ্যং গরাখ্যং চ বণিজং বিষ্টিসংজ্ঞকম্ ।। ২৪।।
কৃষ্ণ ভূতোত্তরার্দ্ধেতু শকুনিঃ করণং ভবেৎ।
ততশ্চতুষ্পদো নাগঃ কিস্তুঘ্নমিতি চ ক্রমাৎ ।। ২৫।।

চরকরণ ৭ অমসুং স্থির করণ ৪গী মমিং তাক্লি :— ১ বব, ২ বালব, ৩ কৌলব, ৪ তৈতিল, ৫ গর, ৬ বণিজ অমসং ০ বিষ্টি চবকরণ নি। শিথরকপা ১৪ গী অরোইবা শরুক (শ) শকুনি। অমাবাস্যাগী অহৌবা শরুক (চ) চতুষ্পদ, অরোইবা শরুক (না) নাগ অমসুং শুক্ল প্রতিপৎকী মথক থংবা শরুক (কিং) কিন্তুঘ্ন ৪ অসি স্থির কবণ কৌই ।।২৪,২৫।।

## মাসপ্রকরণম।

দশাবিধিং মাসমুশন্তি চান্দ্রং সৌরং তথা ভাস্কররাশি ভোগম্।
ত্রিংশদ্দিনং সাবন সংজ্ঞমার্যা নক্ষত্রমন্দোর্ভগণাশ্রয়াচ্চ ।। ২৬।।

থা মখলশিং তাক্লি :- শুক্ল প্রতিপৎ তগী অমাবাস্যানা লোম্বা থাজৎপু চান্দ্রমাস কৌই। রাশি অমদা রবিনা লৈবা মতমবু সৌরমাস কৌই। নুমিৎ থোকপা অমদগী নুমিৎ থোকপা অমা ফাওবনা নোংমা ওইদুনা নুমিৎ কুল্লানিনা শাবা থাজৎপু সাবনমাস কৌই। চান্দ্রমাসকী মতুং ইন্দুনা নক্ষত্রগী খোংচৎপু (নুমিৎ ২৭ নত্রগা ২৮ ওইবা থাবু ) নাক্ষত্রমাস কৌই।। ২৬।।

চান্দ্রমাসবু মুখ্যচান্দ্র, গৌণচান্দ্র হায়দুনা অনিথোকই। থাশি অমদগী থাশি অমা ফাওবা চৎলিবা খোংচৎপু মুখ্যচান্দ্র অদুগা পূর্ণিমা অমদগী পূর্ণিমা অমা ফাওবা চৎলিবা খোংচৎপুনা গৌণচান্দ্র কৌই। বৈশাখ, জ্যৈষ্ঠ, আষাঢ়, শ্রাবণ, ভাদ্র, আশ্বিন, কার্ত্তিক, অগ্রহায়ণ, পৌষ, মাঘ, ফাল্গুণ অমসুং চৈত্র অসুম্না থা ১২গী মমিং খংনগনি।

## মেষাদীনাং বিশেষ সংজ্ঞাকথনম্।

ক্রিয়তাবুরিজিতুমকুলীরলেয় পাথেয়য়ূককৌর্প্যাখ্যাঃ।
তৌক্ষিক আকোকেরো হৃদ্রোগশ্চান্ত্যভশ্চেৎথম্।। ২৭।।

মেষনচিংবা রাশি ১২গী খংনবা অতোপ্পা মমিংশিং তাক্লীঃ ০ মেষ = ক্রিয়, ১বৃষ = তাবুরি, ২ মিথুন = জিতুম, ৩ কর্কট = কুলীর, ৪ সিংহ

= লেয়, ৫ কন্যা = পাথেয়, ৬ তুলা = যূক, ৭ বৃশ্চিক = কৌর্পী, ৮ ধনু = তৌক্ষিক, ৯ মকর = আকোকেব, ১০ কুম্ভ = হৃদ্রোগ অমসুং ১১ মীন = অন্ত্যভ অসুম্না রাশি ১২গী মমিং খংনগনি ।। ২৭।।

নবগ্রহসংজ্ঞাকথনম্।

**রবিঃ সোমো মঙ্গলশ্চ বুধো জীবঃ সিতঃ শনিঃ।**

**রাহুঃ কেতুশ্চ কথিতো মার্কণ্ডেয়াদিভিঃ পুরা।।২৮।।**

নবগ্রহ ( গ্রহমাপল) গী মমিং হাযরি :-১ রবি, ২সোম, ৩ মঙ্গল, ৪ বুধ, ৫ বৃহস্পতি (জীব), ৬ শুক্র(সিত), ৭ শনি, ৮ রাহু অমসুং ৯ কেতু অসুম্না গ্রহ মাপলগী মমিং মার্কণ্ডেয়াচিংবা মুনিশিংনা খংনখ্রে ।।২৮।।

ক্রূরসৌম্যাদিকথনম্।

**ক্রূরোঽথ সৌম্যঃ পুরুষোঽঙ্গনা চ ওজোঽথ যুগ্মং বিষমঃ সমশ্চ।**

**চরস্থিরদ্ব্যাত্মকনামধেয়া মেষাদয়োঽমী ক্রমশঃ প্রদিষ্টাঃ ।। ২৯ ।।**

মেষ, মিথুন, সিংহ, তুলা, ধনু অমসুং কুম্ভ হায়রিবা রাশি তরুক অসি ক্রূর, পুরুষ, ওজ অমসুং বিষম রাশিনি। বৃষ, কর্কট, কন্যা, বৃশ্চিক , মকর অমসুং মীন হায়রিবা রাশি তরুক অসি সৌম্য, অঙ্গনা, যুগ্ম অমসুং সম রাশিনি। অদুগা মেষ, কর্কট,তুলা অমসুং মকব হারিবা রাশি মরি অসি চর রাশিনি। বৃষ, সিংহ, বৃশ্চিক অমসুং কুম্ভ রাশি মরি অসিনা স্থির রাশিনি। মিথুন, কন্যা, ধনু অমসুং মীন রাশি মরি সিনা দ্ব্যাত্মক রাশিনি ।।২৯।।

পুণ্যাদিবিবেকঃ।

**পুণ্যশ্চ পুষ্করশ্চৈব আধানাখ্যস্তথৈব চ।**

**শ্রুত্যা বৃত্ত্যা ভবন্ত্যেতে নিত্যং দ্বাদশরাশয়ঃ ।।৩০।।**

মেষ, কর্কট, তুলা অমসুং মকর রাশি মরি অসি পুণ্য রাশিনি। বৃষ, সিংহ, বৃশ্চিক অমসুং কুম্ভ মরি অসিনা পুষ্কর রাশিনি। মিথুন, কন্যা, ধনু অমসুং মীন মরি অসিনা আধান রাশিনি।। ৩০।।

## অন্ধাদিক নক্ষত্র সংজ্ঞা

**অন্ধকং তদনু মন্দলোচনং মধ্যলোচনমতঃ সুলোচনম্।**
**রোহিণী প্রভৃতিভং চতুষ্টয়ং সাভিজিচ্চগণয়েৎ পুনঃপুনঃ ॥ ৩১ ॥**

অন্ধকনচিংবা নক্ষত্র মখল মরি হায়রি :— রোহিণীদগী হৌদুনা অভিজিৎ য়াওনা নক্ষত্র ২৮ মকপু মথং মনাও কায়দনা অন্ধক (মমিৎ তাংবা), মন্দলোচন (মমিৎথকপা), মধ্যলোচন (তৎচম্বা মিৎ), সুলোচন (মমিৎথৌবা) হায়না খংনগনি ॥ ৩১॥

"অন্ধকাদি চক্রম্"

| অন্ধকাদি | নক্ষত্র |
|---|---|
| অন্ধক | ৪, ৮, ১২, ১৬, ২০, ২৩, ২৭ |
| মন্দলোচন | ৫, ৯, ১৩, ১৭, ২১, ২৪, ১ |
| মধ্যলোচন | ৬, ১০, ১৪, ১৮, ০, ২৫, ২ |
| সুলোচন | ৭, ১১, ১৫, ১৯, ২২, ২৬, ৩ |

## নষ্টবস্তুদিগ্ জ্ঞানম্

**অন্ধকে পূর্বতো বস্তু মন্দকে দক্ষিণে তথা।**
**পশ্চিমে মধ্যনেত্রে চ উত্তরে তু সুলোচনে ॥৩২॥**

পোৎমাংখিবগী মাইকৈ তাক্পী :— অন্ধক নক্ষত্রনা পানবদা পোৎমাংলবদি নোংপোক্তা লৈ। মন্দলোচন নক্ষত্রনা পানবদা পোৎ মাংলগনা মখা মাইকৈদা লৈ। মধ্যলোচন নক্ষত্রনা পানবদা পোৎ মাংলগনা নোংচুপতা লৈ। সুলোচন নক্ষত্রনা পানবদা পোৎ মাংলগনা অবাংদা লৈ ॥ ৩২॥

## অন্ধকাদি নক্ষত্র নষ্টবস্তু প্রাপ্তি-অপ্রাপ্তি জ্ঞানম্।

**অন্ধে সদ্যঃ প্রাপ্যতে বস্তু নষ্টং কষ্টাৎ প্রাপ্যং মন্দনেত্রেচ তদ্বৎ।**
**দূরাৎ শ্রাব্যং মধ্যনেত্রে ন লভ্যং ন শ্রোতব্যং নৈবলভ্যং সুনেত্রে ॥৩৩॥**

অন্ধক নক্ষত্রদা পোৎ মাংলবদি য়াম্না থুনা ফংই, মন্দলোচনদা পোৎ মাংলগনা পংথাপ-থাপ্তুনা অকোয়বদা লৈ, ফংবা খর থেংই। মধ্যলোচনদা পোৎ মাংলগনা অথাপ্পা মফমদা লৈখ্রে, ফংবা ৱারগনি। সুলোচনদা পোৎ মাংখ্রবদি মরি-মখোং মনম-মহা ফাওবা তাবা ফংলোই, পোৎ অদু ফংলরোই; মসিদা চিংননিঙাই লৈতে।। ৩৩।।

**দ্বিপদাদি কথনম্।**

**মিথুনতুলাঘটকন্যাদ্বিপদাখ্যাশ্চাপপূর্ব্বভাগশ্চ।**

**মৃগধনুরাদ্যন্তার্দ্ধে বৃষাজসিংহাশ্চতুশ্চরণাঃ।।৩৪।।**

মিথুন, তুলা, কুম্ভ,কন্যা, অমদি ধনুরাশিগী মথক থংবা শরুক দ্বিপদ (মখোং অনি পানবা) রাশিনি। মকরগী মথক থংবা শরুক , ধনুগী অরোইবা শরুক অমদি বৃষ, মেষ, সিংহ চতুষ্পদ (মখোং মরি পানবা ) রাশিনি।। ৩৪।।

**কীটাদি সংজ্ঞা কথনম্।**

**কর্কট বৃশ্চিকমীন মকরান্তার্দ্ধঞ্চ কীটসংজ্ঞাঃ স্যুঃ।**

**বৃশ্চিকরাশির্ম্মুনিভিঃ সরীসৃপত্বেন নির্দ্দিষ্ট ঃ।।৩৫।।**

কর্কট, বৃশ্চিক, মীন অমসুং মকর রাশিগী অরোইবা শরুক কীট (তিন) রাশিনি। অমদি বৃশ্চিক রাশিবু সরীসৃপ (মবুক্না শিংলগা চৎপা) হায়নসু মুনিশিংনা হায়নৈ।।৩৫।।

**জলজাদি কথনম্**

**জলজৌ কর্কটমীনৌ মকরান্তার্দ্ধঞ্চ শিবমতে কুম্ভঃ।**

**রাশেঃ স্বরূপমেতন্মার্কণ্ডেয়াদিভিঃ কথিতম্।। ৩৬।।**

কর্কট, মীন অমসুং মকরগী অরোইবা শরুক জলজ (ঈশিংদা লৈবা) রাশিনি। শৈবগী মততা কুম্ভরাশিশু জলজ রাশিনি লৌই। মার্কণ্ডেয়নচিংবা মুনিশিংনদি মথক্তা পনখ্রিবা রাশিশিংবু জলজরাশিনি লৌই।।৩৬।।

বল জ্ঞানম্।

দিবা স্যাদ্দ্বিপদোরাশির্বলী নক্তং চতুষ্পদঃ।
সন্ধ্যায়াং কীটসংযুক্তা বলবন্তোজলোদ্ভবাঃ ॥ ৩৭॥

দ্বিপদ বাশি – মিথুন, তুলা, কুম্ভ, কন্যা অমসুং ধনুরাশিগী পূর্ব্বার্দ্ধ (মথক থংবা শরুক) হাযবিবা বাশিশিং অসি নুংথিলগী মতমদা (দিবাদা) মপাঙ্গল কল্লী। চতুষ্পদ – মকবগী মথক থংবা শকক, ধনুগী শেষার্দ্ধ (অরোইবা শরুক), বৃষ, সিংহ হাযবিবা বাশিশিং অসিনা অহং-দা (বাত্রিদা) মপাঙ্গল কল্লী। কীট বাশি (কর্কট, বৃশ্চিক, মীন, মকব বাশিগী শেষার্দ্ধ) হাযবিবা বাশিশিং অসিনা সন্ধ্যা (নুমিদাং) মপাঙ্গল কল্লী ॥ ৩৭॥

শুভাশুভাদি রাশি জ্ঞানম্।

পুংস্ত্রী ক্রূরাক্রূরৌ চরস্থিরদ্বিস্বভাব সংজ্ঞাশ্চ।
অজবৃষমিথুনকুলীরাঃ পঞ্চমনবমৈঃ সহেন্দ্রাদ্যাঃ ॥৩৮॥

মেষ রাশিনচিংবা রাশি ১২ মকপু মথং মনাও কায়দনা পুরুষ, স্ত্রী। অশুভ, শুভ। চর, স্থির অমসুং দ্বিস্বভাব খংনগনি। খুদম :— মেষ, মিথুন, সিংহ, তুলা, ধনু, কুম্ভ রাশিশিংবু পুরুষ অমসুং অশুভ। বৃষ, কর্কট, কন্যা, বৃশ্চিক, মকর, মীন রাশিশিংবু স্ত্রী অমসুং শুভ। মেষ, কর্কট, তুলা, মকর রাশিশিংবুনা চর রাশি। বৃষ, সিংহ, বৃশ্চিক, কুম্ভ বাশিশিংবুনা স্থিবরাশি। মিথুন, কন্যা, ধনু, মীন রাশিশিংবু দ্বিস্বভাব রাশি। মেষ, মকর, বৃষ অমসুং কর্কট বাশিশিং অসিনা মশা মশাদগী ৫,৯শুবা মফমদা লৈবা রাশিশিংগা লোয়ননা নোংপোকনচিংবা মাইকৈ ৪গী মপু খংনগনি। খুদম :— মেষ, সিংহ অমসুং ধনু নোংপোক্কী মপুনি। বৃষ, কন্যা অমসুং মকর মখা মাইকৈগী মপুনি। মিথুন, তুলা অমসুং কুম্ভনা নোংচুপকী মপুনি। কর্কট, বৃশ্চিক অমসুং মীন রাশিনা অৱাং মাইকৈ মপুনি ॥৩৮॥

### কালপুরুষঃ।

আত্মা রবিঃ শীতকরস্তু চেতঃ সত্ত্বং ধরাজঃ শশিজোঽথ বাণী।
জ্ঞানং সুখং চেন্দ্রগুরুর্মদশ্চ শুক্রঃ শনিঃ কালনরস্য দুঃখম্ ।।৩৯।।

মতমগী মশক ওইবা কালপুরুষগী সূর্য্যগ্রহনা আত্মানি, চন্দ্রনা চিত্ত (পুক্লিং) নি, মঙ্গলনা পাঙ্গলনি, বুধনা খোঞ্জেলনি, বৃহস্পতিনা জ্ঞান অমসুং বাখলনি, শুক্রনা মদন (ঈহৌ-ইনোং) নি অমসুং শনিনা দুঃখ (অৱাবা শকলোন) নি খংনগনি।। ৩৯।।

### দিশা স্বামী তথা শুভাশুভগ্রহঃ।

প্রাচ্যাদীশা রবিসিতকুজরাহুয়মেন্দুসৌম্যবাক্পতয়ঃ।
ক্ষীণেন্দ্বর্কয়মারাঃ পাপাস্তৈঃ সংযুতঃ সৌম্যঃ ।।৪০।।

নোংপোকনচিংবা মাইকৈ নিপালগী মপু মথং-মনাও কাইদনা সূর্য্য, শুক্র, মঙ্গল, রাহু, শনি, চন্দ্র, বুধ অমসুং গুরুনা ওইগনি। নোংপোক সূর্য্য, মৈবম শুক্র, মখা মঙ্গল, সম্থোং রাহু, নোংচুপ শনি, কৌব্রু চন্দ্র, অৱাং বুধ অমসুং চীঙ্খে গুরু মাইকৈ মপুনি। ক্ষীণ চন্দ্র (কৃষ্ণপক্ষগী ৮নি কোনবদগী শুক্লপক্ষগী ৭নি পানবা ফাওবগী চন্দ্রবু ক্ষীণচন্দ্র কৌই ), রবি, শনি অমসুং মঙ্গল পাপগ্রহনি। পূর্ণচন্দ্র (ক্ষীণচন্দ্র নত্তবা), গুরু, শুক্র অমসুং বুধ গ্রহশিংবু শুভগ্রহ কৌই। রাহু, কেতু পাপগ্রহনি। পাপগ্রহগা বাশি অমত্তদা লৈমীন্নবা বুধ পাপগ্রহনি ।।৪০।।

### গ্রহানাং পুরুষাদি সংজ্ঞা।

ক্লীবপতী বুধসৌরী চন্দ্রসিতৌ যোষিতং নৃণাং শেষাঃ।
ঋগথর্বসামযজুষামধিপা গুরুসৌম্যভৌমসিতাঃ ।।৪১।।

বুধ অমসুং শনি নপুংসক, চন্দ্র অমসুং শুক্র স্ত্রী, সূর্য্য, মঙ্গল অমসুং গুরু পুরুষনি। গুরু ঋগ্বেদগী মপুনি, বুধ অথর্ববেদগী মপুনি, মঙ্গল সামবেদগী মপুনি অমসুং শুক্র যজুর্বেদগী মপুনি ।।৪১।।




ব্রাহ্মণাদি বর্ণস্বামী।

জীবসিতৌ বিপ্রাণাং ক্ষত্রাণাং রবিকুজৌ বিশাং চন্দ্রঃ।

শূদ্রাধিপঃ শশিসুতঃ শনৈশ্চরঃ সঙ্করভবানাম্ ॥৪২॥

ব্রাহ্মণনচিংবা জাতিশিংগী মপু হায়রি :— গুরু অমসুং শুক্র গ্রহ্‌না ব্রাহ্মণগী মপুনি, সূর্য্য অমসুং মঙ্গল গ্রহ্‌না ক্ষত্রিয়গী মপুনি, চন্দ্রগ্রহ্‌না বৈশ্যগী মপুনি, বুধনা শূদ্রগী মপুনি অমসুং শনিনা বর্ণসঙ্কর (জাতি নাইদনা চারৌনবা জাতি) গী মপুনি অসুম্না খংনগনি ॥৪২॥

গ্রহাণাং কালবল বা চেষ্টাবলঃ।

জীবার্কাস্ফুর্জিতোঽহ্নি বিচ্চ সতত মন্দেন্দুভৌমা নিশি

হোরামাসদিনাব্দপাশ্চ বলিনঃ সৌম্যাঃ সিতেঽন্যেঽসিতে।

সংগ্রামে জয়িনো বিলোমগতয়ঃ সংপূর্ণগাবো গ্রহাঃ

সূর্য্যেন্দূ পুনরুত্তরেণ বলিনৌ সত্যোক্তচেষ্টাবলে ॥৪৩॥

বৃহস্পতি, সূর্য্য, শুক্র গ্রহ্‌না নুংথিল (দিন) কল্লি। বুধনা অহিং নুংথিল অনিমক্তা কল্লি। শনি, চন্দ্র অমসুং মঙ্গলনা অহিংদা কল্লি। হোরাদা হোবামপুনা, মাসদা মাস মপুনা, দিনদা দিন মপুনা, বর্ষদা (চহীদা) বর্ষ- মপুনা কল্লি।

চেষ্টাবল হায়বি :— মাগী মাগী মতমদা কল্লিবা গ্রহ্‌না লানফমদা মাইপাকই। বক্রগতিদসু গ্রহ অদুগী মণ্ডাল মপুংফাববদসু বল (মপাঙ্গল কল্লি)। ববি অমসুং চন্দ্রনা উত্তবায়ণগী মতমদা মপাঙ্গল কল্লি। অসুম্না সত্যাচার্য্যনা চেষ্টাবলগী ৱাবম ফোংদোকই ॥ ৪৩ ॥

নৈসর্গিক বলম্।

কৃষ্ণারবুধগুরুসিতাঃ শশি সূর্য্যাবুত্তরোত্তরং বলিনঃ।

স্বাভাবিকবলমেতৎবলসাম্যে চিন্তয়েৎপ্রাজ্ঞঃ ॥ ৪৪ ॥

শনি (কৃষ্ণ), মঙ্গল, বুধ, গুরু, শুক্র, চন্দ্র, সূর্য্য গ্রহশিং অসি মথং- মনাও কায়দনা মথক-মথক থংবা গ্রহ্‌না মপাঙ্গল কনবা হেল্লী। শনিদগী মঙ্গলনা,

মঙ্গলদগী বুধনা, বুধদগী গুরুনা অসুম্না অতৈদসু খংনগনি, মসিবু স্বাভাবিক বল কৌই। অতোম্না বলশিংগা য়েংনবদা স্বাভাবিক বলনা হেন্না মপাঙ্গল কল্লি ।।৪৪ ।।

তন্বাদি সংজ্ঞাজ্ঞানম্

দেহং দ্রব্যপরাক্রমৌ সুখসুতৌ শত্রুঃ কলত্রং মৃতি-
র্ভাগ্যং রাজ্যপদং ক্রমেণ গদিতা লাভব্যয়ৌ লগ্নতঃ।
ভাবা দ্বাদশ তত্র সৌখ্যশরণং দেহং মতং দেহিনাং
তস্মাদেব শুভাশুভাখ্যফলজঃ কার্যো বুধৈর্নির্ণয়ঃ ।। ৪৫ ।।

মী মী অদুগী লগ্ননা লৈরিবা রাশিদগী ওই ওইননা লগ্নদগী হৌনা দেহনচিংবা রাশি ১২গী পোকম অদুগী মমিং হায়রি : — ১। দেহ (তনু), ২। দ্রব্য (ধন), ৩। পরাক্রম (সহজ), ৪। সুখ (বন্ধু), ৫। সুত (পুত্র), ৬। শত্রু (রিপু), ৭। কলত্র (জায়া), ৮। মৃতি(মৃত্যু), ৯। ভাগ্য (ধর্ম্ম), ১০। রাজ্যপদ (কর্ম্ম), ১১। লাভ (আয়) অমসুং ১২। ব্যয় অসুম্না যুমফম (ভাবস্থান) ১২গী মমিংনি। দেহভাব অসি থবায়পানবাশিংগী নুংঙাই-য়াইফবা মফম্মী হায়না লৌনৈ। পণ্ডিতশিংনা দেহভাবদগী অফ-ফত্তগী মরমদা বিচার তৌই ।। ৪৫ ।।

✻ ইতি সংজ্ঞাধ্যায়ঃ ✻

# শুদ্ধ্যাদি - অধ্যায়ঃ।

## চন্দ্রশুদ্ধিঃ।

সপ্তমোপচয়াদ্যস্থশ্চন্দ্রঃ সর্ব্বত্র শোভনঃ।
শুক্লপক্ষে দ্বিতীয়স্তুপঞ্চমোনবমঃ শশী।। ১।।
সপ্তাদ্যচন্দ্রে ধ্রুবমর্থলাভঃ
ষষ্ঠেতৃতীয়ে ধনভোগমায়ুঃ।
পুত্রার্থসৌখ্যং দশমে শশাঙ্কে,
একাদশে সর্ব্বসুখানি সন্তি।।২।।

মী অদুগী জন্ম রাশিদগী ৭, ৩, ৬, ১০, ১১ অমসুং জন্মরাশিদা চন্দ্রনা লৈববা চন্দ্রশুদ্ধিনি। শুক্লপক্ষদদি (পানখৎলক্পদদি) জন্মরাশিদগী ২, ৫, ৯দা চন্দ্রনা লৈববুসু চন্দ্রশুদ্ধিনি খংনগনি।। ১।।

তরেৎ নত্রগা জন্মরাশিদা চন্দ্রনা লৈরবদা শুভকর্ম্ম পাংথোক্লবদি কান্নবা ফংই। তরুক, অহুমদা চন্দ্রনা লৈবদা শুভকর্ম্ম তৌরগনা লন ফংই অমসুং পুন্সি শাংই। তরাদা চন্দ্রনা লৈবদা শুভকর্ম্ম পাংথোক্লগনা মচা মনাই ফংবা অমদি চাওখৎপা ফংবা পী। তরামাথোইদা চন্দ্রনা লৈবদা শুভকর্ম্ম তৌরগনা লমখুদিংদা নুংঙাইবা কান্নবা পী।। ২।।

### চন্দ্রতারাশুদ্ধি প্রশংসা।

সর্বকর্মণ্যুপাদেয়া বিশুদ্ধিশ্চন্দ্রতরায়োঃ
তচ্ছুদ্ধাবেব সর্বেষাংগ্রহাণাং ফলদাতৃতা।। ৩।।

চন্দ্রশুদ্ধি অমসুং তারাশুদ্ধি হায়রি:— অয়াম্বা কর্ম্মপূম্বদা চন্দ্র তারাগী শুদ্ধি ওইরবদি কর্ম্ম অদু পাংথোকপা যাই। চন্দ্রতাবা শুদ্ধিদা গ্রহশিংনা অফবা মহৈ পীবি।। ৩।।

*চন্দ্রস্য বামবেধেন শুদ্ধিঃ।*

সিতশনিকুজজীবার্কাস্তু ইন্দুর্নরাণাং
ব্যয়সুখনবমস্থোঽপীষ্টদাতাথ তেষাম্।
খসুতনিধনগশ্চেন্মৃত্যুপুত্রার্থগোঽপি প্রথিত
(প্রচুর) শুভফলং স্যাদ্বামবেধেন শুদ্ধিঃ ॥ ৪॥

বামবেধ চন্দ্র শুদ্ধি হায়রি :— মীওইবগী মশা মশাগী রাশিদগী তরানিথোইশুবা, মরিশুবা, মাপলশুবা মফমদা চন্দ্রনা লৈবনা বিরুদ্ধচন্দ্র ওইরবদসু শুক্র, শনি, মঙ্গল, বৃহস্পতি অমদি রবি গ্রহশিংগী মনুংদগী অমনা মী অদুগী রাশিদগী তরেৎশুবা মফমদা লৈববদি শুভফল পী। অসুম্না রাশিদগী নিপানশুবদা লৈবা বিরুদ্ধচন্দ্র ওইদুনসু মতম অদুদা শুক্র, শনি, মঙ্গল, বৃহস্পতি, রবি গ্রহশিংগী মনুংদা অমনা তবাশুবা মফমদা লৈরবদি শুভ (অফবা) পী। মঙাশুবা, অনিশুবদা লৈরবা বিরুদ্ধ চন্দ্রগীদি শুক্রনচিংবা গ্রহশিংগী মরক্তগী অমনা নিপানশুবদা লৈববদি অফবা পী। চন্দ্রশুদ্ধি ওইদববু বিরুদ্ধচন্দ্র কৌই, বিরুদ্ধচন্দ্র ওইদুনসু মথক্তা পনখ্রবা গ্রহশিং অসিনা লৈরিবা ফিবম অসি ওইরবদি বামবেধ শুদ্ধি কৌই অফবা(শুভফল) পী॥ ৪ ॥

তারাশুদ্ধিঃ।

তারাস্তু জন্মসম্পদ্বিপৎক্ষেমপাপশুভকষ্টাঃ।
মিত্রাতিমিত্র সংজ্ঞাশ্চৈতাঃ সংজ্ঞানুরূপফলাঃ ॥ ৫ ॥

তাবাশুদ্ধি হায়বি:— জন্ম নক্ষত্রদগী হৌদুনা নক্ষত্র অহুম অহুমনা অমমম্ ওইদুনা জন্ম, সম্পদ্, বিপদ্, ক্ষেম, পাপ (প্রত্যরি), শুভ (সাধক), কষ্ট(বধ), মিত্র অমসুং অতিমিত্র (পরমমিত্র) অসুম্না মমিং মাপল খংনগনি। হায়রিবা তারাশিং অসিনা মীওইবদা ফল পিনৈ। জন্ম, বিপদ্, পাপ অমসুং কষ্ট তারা অসি অশুভপিবা (পাংদবা) তারানি । সম্পদ্, ক্ষেম, শুভ, মিত্র অমসুং অতিমিত্র তারাশিং অসিনা অফবা ফল পী। অফবা ফলপিবা তারাশিং অসিনা পানবা নুমিৎ অদু মী মী অদুগী তাবাশুদ্ধিনি॥ ৫॥

### পঞ্চমাদি তারাফলম্।

পাপাখ্যাস্ত্রিবিধাঃ পঞ্চচতুর্দশবিংশতিত্রিযুতাঃ।
সিদ্ধিফলা বৃদ্ধিকরী বিনাশসংজ্ঞা ক্রমাৎকথিতা॥ ৬ ॥

পাপ (প্রত্যরি) তারাগী মনুংদা লৈরিবা নক্ষত্র অহুম (মী অদুগী জন্ম নক্ষত্রদগী ৫, ১৪, ২৩ শুবা নক্ষত্র) গী অহানবা নক্ষত্র (মপোক্কী নক্ষত্রদগী ৫শুবা নক্ষত্র) না পানবা নুমিৎতা থবক তৌরবদি মাইপাকপা ফংই। অনিশুবা (জন্ম নক্ষত্রদগী ১৪ শুবা) না পানলগনা চাওখৎপা ফংই। অহুমশুবা (জন্ম নক্ষত্রদগী ২৩ শুবা নক্ষত্র) না পানলগনা অমাং অতা থোকই॥ ৬॥

### রবিশুদ্ধিঃ।

জন্মরাশেঃ শুভঃ সূর্য্যস্ত্রিষষ্ঠদশলাভগঃ।
দ্বিপঞ্চনবমোহ্ পীষ্টস্ত্রয়োদশদিনাৎপরম্॥ ৭ ॥

রবি শুদ্ধি হায়রি :— জন্ম রাশিদগী ৩,৬,১০,১১ শুবা রাশি মফমশিং অসিগী অমদা রবিগ্রহনা লৈরবদি অফবা ওই। অমদি জন্মরাশিদগী ২,৫,৯ শুবা রাশিদা রবিনা লৈরবা, সৌর মাস হৌবদগী নুমিৎ ১৩নিগী মনুংদি চল্লবা অফবা ওই। মথক্তা পাল্লিবা রবিগী লৈফমশিং অসিবু রবি শুদ্ধি কৌই॥ ৭॥

### গুরু শুদ্ধিঃ।

চতুর্থে চাষ্টমে চৈব দ্বাদশে চ বৃহস্পতৌ।
বিবাহিতোনরোমৃত্যুং প্রাপ্নোত্যত্র ন সংশয়ঃ॥ ৮ ॥

জন্মরাশিদগী মরিশুবা, নিপানশুবা, তরানিথোইশুবদা বৃহস্পতিনা লৈরিঙৈদা লুহোংলবদি অশি অনা থোকল্লি; মসিদা চিংননিঙাই লৈতে, মথক্তা পল্লিবা মফম অসি নত্তবদা বৃহস্পতিনা লৈরবদি লুহোংবদা অকায়বা লৈতে, অফবাণী॥ ৮॥

কালাশুদ্ধিঃ।

গুর্ব্বাদিত্যে গুরৌসিংহে নষ্টে শুক্র মলিম্লুচে।
যাম্যায়নে হরৌসুপ্তে সর্ব্ব কর্ম্মাণি বর্জ্জয়েৎ ॥ ৯ ॥

বৃহস্পতি অমসুং রবিনা রাশি অমদা পুন্না লৈরবা নত্রগা নক্ষত্র অমদা লৈমিন্নরবা গুর্ব্বাদিত্য যোগ কৌই। মদুমা, অমদি বৃহস্পতিনা সিংহ রাশিদা লৈবা মতম, শুক্র গ্রহনা বাল্য বৃদ্ধ সন্ধ্যা অমসুং অস্ত ওইবা মতম, দক্ষিণায়ণগী মতম (হরিশয়ণদগী হরিউথান ফাওবা) হায়রিবা মতমশিং অসি চাওখৎপা পাম্বা মীনা শুভ কর্ম্ম তৌরোইদৌবনি ॥ ৯॥

সর্ব্বগ্রহ শুদ্ধিঃ।

কেতূপপ্লব-ভৌম মন্দগতয়ঃ ষষ্ঠাস্ত্রি সংস্থাঃ শুভাঃ।
চন্দ্রার্কা বণিজ্যে তৌচ দশামৌ চন্দ্রঃ পুনঃ সপ্তমঃ ॥
জীবঃ সপ্তনব দ্বিপঞ্চম গতো যুগ্মেষু সোমাত্মজঃ।
শুক্র ষড়্দশ সপ্তরাশিরহিতঃ সর্ব্বেঽপ্যুপান্তে শুভা ঃ ॥ ১০ ॥

জন্ম রাশিদগী তরুকশুবা, অহুমশুবা অমসুং তরাশুবদা কেতু, রাহু, মঙ্গল, শনিনা লৈবা। রবিগ্রহনা অহুশুবা, তরুকশুবদা লৈবা। চন্দ্রনা তরেৎশুবা, মাপলশুবদা লৈবা। বৃহস্পতি না অনিশুবা, মঙাশুবদা লৈবা । বুধনা অনিশুবা, মরিশুবা, তরুকশুবা, নিপানশুবা, তরাশুবা, তরানিথোইশুবদা লৈবা। অসুম্না গ্রহপুম্বনা তরামাথোইশুবদা লৈবা । হায়রিবা গ্রহশিং অসিনা হায়রিবা মফম-মফম অসিদা লৈরবদা অফবা মঙ্গল পী, গ্রহশুদ্ধি কৌই ॥ ১০ ॥

বেধরহিত-বৃহস্পতি শুদ্ধি কথনম্।

স্বায়-ধর্ম্ম-তনয়-দ্যূন-স্থিতো নাকনায়ক-পুরোহিতঃ শুভঃ।
রিপ্ফ-রন্ধ্র-খ-জল ত্রিগৈর্যদা বিধ্যতে গগনচারিভির্ন ॥ ১১॥

বেধরহিত বৃহস্পতি শুদ্ধি হায়রি :— জন্ম রাশিদগী ১২ শুবা, ৯শুবা, ১০ শুবা, ৪শুবা অমসুং অহুমশুবা মফমদা গ্রহ অমত্তনা লৈত্রবা অদুগা

অনিশুবা, ১১ শুবা, ৯শুবা, ৫শুবা, ৭শুবা মফমদা বৃহস্পতিনা লৈরবা অদুবু অকবা মঙ্গল পিনে॥ ১১॥

মূলত্রিকোণ কথনম্।

সিংহ বৃষাজপ্রমদা কর্ম্মকভৃত্তৌলিকুম্ভধরাঃ
সূর্য্যাদীনাং মূলত্রিকোণভবনান্যনুক্রমশঃ ॥১২॥

সূর্য্যনচিংবা গ্রহশিংগী মূলত্রিকোণ হায়রি:— সিংহ, বৃষ, মেষ, কন্যা, ধনু, তুলা অমসুং কুম্ভ হায়রিবা রাশি তরেৎ অসি মথং মনাও কায়দনা রবিনচিংবা গ্রহ তরেৎকী মূলত্রিকোণ নি। রবিগী সিংহ, চন্দ্রগী বৃষ, মঙ্গলগী মেষ, বুধগী কন্যা, বৃহস্পতিগী ধনু, শুক্র গী তুলা অমসুং শনিগী কুম্ভ অসুম্না খংনগনি॥ ১২॥

রাহুগ্রহস্যামিত্রাদিকথনম্।

উচ্চ নৃযুগ্মং ঘটভং ত্রিকোণং কন্যা গৃহং শুক্রশনী চ মিত্রে।
সূর্য্যঃ শশাঙ্কো ধরণীসুতশ্চরাহোরিপুর্ব্বিংশতিকঃ পরাংশঃ ॥ ১৩॥

রাহু গ্রহগী মিত্রনচিংবা হায়রি :— রাহুগী উচ্চস্থান মিথুনরাশি, কুম্ভ মূলত্রিকোণ, ক্ষেত্র (স্বগৃহ) কন্যারাশি, মিত্র শুক্র গ্রহ অমসুং শনি, শত্রু রবি, চন্দ্র, মঙ্গলনি। মিথুনরাশিদা অংশ ০°- ২০° ফাওবা উচ্চাংশনি অমসুং কুম্ভরাশিগী অংশ ২০°— ৩০° ফাওবা ত্রিকোণাংশনি॥১৩॥

কেতু গ্রহস্য মিত্রাদি।

সিংহস্ত্রিকোণং ধনুরুচ্চ সংজ্ঞং মীনোগৃহং শুক্রশনী বিপক্ষৌ।
সূর্য্যারচন্দ্রাঃ সুহৃদঃ সমানৌ জীবেন্দুজৌ ষট্ শিখিনঃ পরাংশঃ ॥১৪॥

কেতুগী মিত্রনচিংবা হায়রি :— কেতুগী মূলত্রিকোণ সিংহ রাশিনি। ক্ষেত্র (স্বগৃহ) মীনরাশি, শত্রু শুক্রগ্রহ অমসুং শনি, মিত্র রবি, মঙ্গল অমসুং চন্দ্র, সম বৃহস্পতি অমসুং বুধ, সিংহ রাশিগী অংশ ০°-৬° ফাওবা ত্রিকোণাংশ অমসুং ধনুরাশিগী অংশ ০°— ৬° ফাওবা উচ্চাংশনি॥ ১৪॥

### রাশি স্বামিনিরূপণম্।

ধরাজশুক্রজ্ঞশশীনসৌম্যাসিতারজীবার্কজমন্দজীবাঃ।

ক্রমেণ মেষাদিষুরাশিনাথস্তদংশপাশ্চেতি বদন্তি সন্তঃ ॥ ১৫ ॥

মেষনচিংবা রাশিশিংগী স্বামী (মপু) হায়রি :— মেষ, বৃশ্চিক কী মপু মঙ্গল। বৃষ, তুলাগী মপু শুক্র। মিথুন, কন্যাগী মপু বুধ। কর্কটকী মপু চন্দ্র। সিংহগী মপু রবি। ধনু, মীনগী মপু বৃহস্পতি। মকর, কুম্ভগী মপু শনি। অশুম্না খংনগনি ॥ ১৫ ॥

### সূর্য্যাদীনামুচ্চনীচ্চরাশিনিরূপণম্।

মেষোবৃষোমকরষষ্ঠকুলীরমীনাঃ তৌলীচতুঙ্গভবনানি তদস্তনীচাঃ ॥

নিত্যাঙ্গনাহরিময়ামনুসারনীরসংখ্যা দিবাকরমুখাদতিতুঙ্গভাগাঃ ॥১৬॥

গ্রহশিংগী উচ্চ নীচ্চ হাযবি:— ববিনচিংবা গ্রহশিংগী মথং-মনাও কায়দনা মেষ, বৃষ, মকর, কন্যা, কর্কট, মীন অমসুং তুলা বাশিশিং অসি উচ্চ (তুঙ্গ) নি। গ্রহশিংগী উচ্চ ওইবা রাশিদগী(হায়বদি মাগী-মাগী উচ্চ রাশিদগী) তরেৎ-তরেৎশুবা রাশি মফমবু উচ্চ গ্রহদুগী নীচ্চনি। সূর্য্যনচিংবা গ্রহশিংগী মথং-মনাও কায়দনা ১০$^0$/৩ $^0$/২৮$^0$/১৫$^0$/ ৫$^0$/২৭$^0$/২০$^0$ উচ্চস্থানশিংদা অংশশিং অসিনা লোমববু পরম উচ্চ(থোইদোক্লা ফব মফম) কৌই ॥ ১৬ ॥

### কেন্দ্রাদিবিবেক কথনম্।

কেন্দ্রচতুষ্টয়ং কন্টকঞ্চ লগ্নাস্তদশচতুর্থানাং সংজ্ঞা।

পরতঃ পনফরমাপোক্লিমসংজ্ঞিতঞ্চ তৎপরতঃ ॥ ১৭ ॥

লগ্ন অমসুং লগ্নদগী মরিশুবা, তরেৎশুবা, তরাশুবা মফমবু কেন্দ্র, চতুষ্টয় অমসুং কন্টক কৌই। লগ্নদগী অনিশুবা, মঙাশুবা, নিপানশুবা, তরামাথোইশুবা মফমনা পনফর কৌই অদুগা লগ্নদগী অহুমশুবা, তককশুবা, মাপলশুবা, তরানিথোইশুবা মফমবু আপোক্লিম কৌই ॥১৭॥

"উচ্চ নত্রগা তুঙ্গ চক্রম্"




"নীচ্চ চক্রম্"




"পরম উচ্চ চক্রম্"




"মূলত্রিকোণ চক্রম্"



"রাশি-অধিপতি চক্রম্"



"নাশস্থান চক্রম্"



ত্রিকোণাদি বিবেকঃ।

পঞ্চমং নবমঞ্চৈব ত্রিকোণং সমুদাহৃতম্।

চতুর্থমষ্টমঞ্চৈব চতুরস্রং বিদুর্বুধাঃ।। ১৮।।

লগ্নদগী মঙাশুবা, মাপলশুবা অমসুং লগ্নবু ত্রিকোণ কৌই। মরি অমসুং নিপান শুববুনা পণ্ডিতশিংনা চতুরস্র কৌই।। ১৮।।

উপচয় ত্রিকোণঃ।

লগ্নাদুপচয়ঃ ষষ্ঠস্তৃতীয়দশলাভং।

নবমং পঞ্চমঞ্চৈব ত্রিকোণং সমুদাহৃতম্।। ১৯।।

লগ্নদগী অহুমশুবা, তরুকশুবা, তরাশুবা, তরামাথোইশুবা মফমবু উপচয় কৌই। অমদি মাপলশুবা অমসুং মঙাশুবা মফমবুনা ত্রিকোণ কৌই।।১৯।।

গ্রহাণাং মন্দাদি গতিঃ।

বক্রানুবক্র কুটিলা মন্দা মন্দতরা সমা।
তথা শীঘ্রতরা শীঘ্রা গ্রহাণামষ্টধা গতিঃ ॥২০॥
তত্রাতি শীঘ্রা শীঘ্রাখ্যা মন্দা মন্দতরা সমা।
ঋজ্বীতি পঞ্চধা জ্ঞেযা যা বক্রা সানুবক্রগা ॥ ২১ ॥

বক্র (খোইবা) অনুবক্র (খোইবেংনবা) কুটিল (খপ্-চোংনবা) মন্দ (তপ্পা) মন্দতর (থরেক্লবা) সম (চুম্না) শীঘ্রতর (যাংশিনবা) অমসুং শীঘ্র (য়াংবা) হায়না গ্রহশিংগী গতি (খোংচৎ) নিপানলৈ। সাধারণ ওইনা অতিশীঘ্র, শীঘ্র, মন্দ, মন্দতর অমসুং সম হায়না গ্রহগী খোংচৎ মঙা অসিদগী হেন্দোকপা অমনা বক্রগতি নি ॥ ২০-২১॥

গ্রহাণাং গতিভেদঃ।

বক্র শীঘ্রগতিশ্চ স্যাদ্ভৌমাদি গ্রহপঞ্চকে।
শশি সূর্য্য রাহু কেতোর্বক্র শীঘ্রং বিদ্যতে॥২২॥
মেষাদি মীন পর্য্যন্তং গতিঃ স্যাৎ পঞ্চমোগ্রহঃ।
মেষাদি বৃষপর্য্যন্তং রাহু কেতু ব্যতিক্রমম্॥২৩॥

মঙ্গলদগী শনিনা লোয়্না গ্রহশিংনা বক্র অমসুং শীঘ্রগতি ওই, রবি, চন্দ্র অমসুং রাহু, কেতুদা বক্র অমদি শীঘ্র গতি লৈতে। রবিদগী তরেৎশুবা গ্রহ ফাওবা (শনি ফাওবা) মেষরাশিদগী মীনরাশি ফাওবা বামবর্ত্ত (ওই-ওইননা) চৎলি। অদুম্না রাহু কেতু গ্রহ অনিনা ওন- তৈনবদা (য়েৎওইননা) মেষদগী মীনরাশিনা লোয়্না রাশি চক্রদা চৎলি॥ ২২-২৩॥

ঘাতচন্দ্রাদি বিচার বিধিঃ।

জন্মেন্দুনন্দার্কমঘাচমেষে বৃষে শনিঃ পঞ্চমহস্ত পূর্ণাঃ।
স্বাতীচ যুগ্মে নবচন্দ্রভদ্রাঃ কর্কেঽনুরাধা বুধযুগ্মভদ্রাঃ ॥ ২৪ ॥
সিংহে জয়া ষট্কশনিশ্চ মূলং পূর্ণাশনির্দিক্ শ্রবণস্ত্রিয়াঞ্চ।

গুরুস্ত্রিরিক্তানতভে তুলে চ নন্দালিকে রেবতী সপ্তশুক্রাঃ ॥ ২৫॥
চাপে চতুঃ শুক্রজয়াভরণ্যো মৃগেঽষ্টমো রোহিণী ভৌমরিক্তাঃ ॥
কুম্ভে জয়াঽঽর্দ্রা গুরুরুদ্রঘাতা ঝষে ভৃগুশ্চাঽস্ত্যভুজঙ্গপূর্ণাঃ॥২৬॥

ঘাতচন্দ্রনচিংবা হায়রি :— মেষরাশিগী মেষ, নন্দাতিথি (১/৬/১১, রবিবার অমসুং মঘানক্ষত্র ঘাতনি। বৃষরাশিগী কন্যারাশি, পূর্ণাতিথি (৫/১০/১৫), শনিবার অমসুং হস্তা নক্ষত্র ঘাতনি। মিথুন রাশিগী কুম্ভরাশি, ভদ্রাতিথি (২/৭/১২), সোমবার অমসুং স্বাতীনক্ষত্র ঘাতনি। কর্কট বাশিগী সিংহরাশি, ভদ্রাতিথি (২/৭/১২), বুধবার অমসুং অনুরাধা নক্ষত্র ঘাতনি। সিংহ রাশিগী মকররাশি, জয়াতিথি (৩/৮/১৩), শনিবার অমসুং মূলা নক্ষত্র ঘাতনি। কন্যারাশিগী মিথুনরাশি, পূর্ণাতিথি (৫/১০/১৫), শনিবার অমসুং শ্রবণানক্ষত্র ঘাতনি। তুলা বাশিগী ধনুরাশি, রিক্তাতিথি (৪/১৪/৯), বৃহস্পতিবার অমসুং শতভিষানক্ষত্র ঘাতনি। বৃশ্চিকরাশিগী বৃষবাশি, নন্দাতিথি ( ১/৬/১১), শুক্রবার অমসুং রেবতীনক্ষত্র ঘাতনি। ধনু রাশিগী মীনরাশি, জয়াতিথি (৩/৮/১৩), শুক্রবার অমসুং ভরণীনক্ষত্র ঘাতনি। মকররাশিগী সিংহরাশি, রিক্তাতিথি (৪/১৪/৯) মঙ্গলবার অমসুং রোহিণী নক্ষত্র ঘাতনি। কুম্ভরাশিগী ধনুরাশি, জয়াতিথি (৩/৮/১৩), বৃহস্পতিবার অমসুং আর্দ্রানক্ষত্র ঘাতনি।মীন রাশিগী মকর রাশি, পূর্ণাতিথি (৫/১০/১৫), শুক্রবার অমসুং অশ্লেষানক্ষত্র ঘাতনি॥ ২৪, ২৫, ২৬॥

স্ত্রী ঘাতচন্দ্রঃ।

মহীনাগশৈলাঙ্ক বেদাগ্নিতর্কাঃ করাশাশিবাঃ পাশুবাশ্চিত্রভানুঃ।
কুরংগীদৃশাং ঘাতচন্দ্রাস্তুজাদের্নৃনার্যোঃ সমং ঘাততিথ্যাদিকং চ॥ ২৭॥

নুপীশিংতগী ওইবা ঘাতচন্দ্র হায়রি :— মেষ রাশিগী মেষ ঘাতচন্দ্রনি। বৃষরাশিগী ধনুরাশি ঘাতচন্দ্রনি। মিথুনরাশিগী ধনুরাশি ঘাতচন্দ্রনি। কর্কট রাশিগী মীনরাশি ঘাতচন্দ্রনি। সিংহ রাশিগী বৃশ্চিক রাশি ঘাতচন্দ্রনি। কন্যারাশিগী বৃশ্চিক

বাশি ঘাতচন্দ্রনি। তুলারাশিগী মীনরাশি ঘাতচন্দ্রনি। বৃশ্চিক রাশিগী ধনুরাশি ঘাতচন্দ্রনি। ধনুরাশিগী কন্যারাশি ঘাতচন্দ্রনি। মকর রাশিগী বৃশ্চিকরাশি ঘাত চন্দ্রনি। কুম্ভরাশিগী মিথুনবাশি ঘাতচন্দ্রনি। মীনরাশিগী কুম্ভরাশি ঘাতচন্দ্রনি। অসুম্না পুরুষদগী স্ত্রীনা ঘাতচন্দ্রগী খেৎনবসিলৈ, অদুগা তিথি, নক্ষত্র অমসুং বারনচিংবদি পুরুষগা মানগনি।। ২৭ ।।

**ঘাতচন্দ্রস্য প্রয়োজনম্।**

**যুদ্ধে চৈব বিবাদে চ কুমারী পূজনে তথা।**
**রাজসেবাপ্রয়াণাদৌ ঘাতচন্দ্রং বিবর্জয়েৎ।। ২৮।।**
**তীর্থযাত্রা-বিবাহান্নপ্রাশনোপনয়াদিষু।**
**মাঙ্গল্য সর্ব্বকার্যেষু ঘাতচন্দ্রং ন চিন্তয়েৎ।। ২৯ ।।**

যুদ্ধ (লান), বিবাদ (মীগা মুক্ত, ঙাংনশক্লবা), কুমারীপূজা, রাজসেবা (নিংথৌথৌগল) অমসুং যাত্রানচিংবা পাংথোকপদা ঘাতচন্দ্র তাবদা তঙাইফদনা থাদোক্কদবনি। তীর্থগমন (তীর্থ চৎপা), বিবাহ, অন্নপ্রাশন (চাউম্বা), উপনয়ণ (লুগুনথাংবা) অমসুং অয়াম্বা শুভ কর্ম্মদা ঘাতচন্দ্রগী বিচার তৌনিংঙাই ওইদে, কর্ম্ম তৌবা য়াই।। ২৮,২৯।।

**গ্রহাণাং দৃষ্টিঃ।**

**ত্রিদশত্রিকোণ চতুরস্রসপ্তমান্যবলোকয়ন্তি চরণাভিবৃদ্ধিতঃ।**
**রবিজামরেজ্যরুধিরাঃ পরে চ যে ক্রমশোভবন্তি কলি বীক্ষণেঽধিকাঃ।।৩০।।**

গ্রহশিংনা মান-মান লৈরিবা রাশিদগী মাগী-মাগী খোংচৎক্কী মতুংইন্না অহুমশুবা, তরাশুবা (৩/১০) মফমদা লৈবা রাশিদা পাদ অমা (১ গী ৪) দৃষ্টি (য়েংবা) তৌই। অদুম্না ৫, ৯ দা পাদ অনি। ৪, ৮ দা পাদ অহুম অমসুং ৭তা পাদ ৪ (পূর্ণ) দৃষ্টি তৌই। অদুগা অথোইবা অমনা শনিগ্রহনা ৩,১০দা, গুরুনা ৫, ৯দা, মঙ্গলগ্রহনা ৪,৮ দা পূর্ণ দৃষ্টি তৌই। অসি নত্তবা ১,২,৬,৯,১১,১২দা দৃষ্টি লৈতে।। ৩০।।

### রাহু কেতোঃ দৃষ্টি বিচারঃ।

সুতাস্তধর্ম-ব্যয়ভেষু পূর্ণা ত্রিপাদ দৃষ্টির্দশমে দ্বিতীয়ে।
তৃতীয়-তুর্য্যাষ্টম-ষষ্ঠগেহেম্বৰ্দ্ধং স্থিতৌ চায়গৃহে ন রাহৌঃ ।। ৩১ ।।

রাহু গ্রহনা লৈরিবা রাশিদগী ৫,৭,৯ অমসুং ১২ শুবা রাশি মফমদা পূর্ণ দৃষ্টি তৌই। ১০ অমসুং ২ শুবা মফমদা পাদ ৩ অদুগা ৩,৪,৮,৬ তনা পাদ ২ দৃষ্টি তৌই। মশাগী মফম অমদি তরামাথোইশুবা মফমদা দৃষ্টি তৌদে। অসুম্না কেতুগ্রহসু রাহুগা মান্নলৌগনি। অতৈ গ্রহনা ওই-ওইননা দৃষ্টি লৌবগুম্না রাহু কেতুনা য়েৎ-ওইননা লৌগনি ।। ৩১।।

### গ্রহাণাং শুভাশুভ ফলম্।

ন দিশন্তি শুভং নৃণাং সৌম্যাঃ কেন্দ্রাধিপা যদি।
ক্রূরাশ্চেৎ অশুভং হ্যেতেপ্রবলাশ্চোত্তরোত্তরাঃ ।।৩২।। লঘুপারাশরী ।।

গ্রহশিংগী অফ ফত্তবা হায়বি ঃ— সৌম্যগ্রহ (অফবা গ্রহ :— বুধ, গুরু, শুক্র, পূর্ণচন্দ্র) না কেন্দ্র (১, ৪, ৭, ১০) গী অধিপতি (মপু) ওইরবদি মীওইবশিংগী অফবা ফল পিদে অমসুং ক্রূরগ্রহ (ফত্তবা গ্রহ :— সূর্য্য, মঙ্গল, শনি, ক্ষীণচন্দ্র) না কেন্দ্র অধিপতি ওইরবদি ফত্তবা ফল পিদে। কেন্দ্রগী অধিপতি অসি মখা-মখা থংবা কেন্দ্রনা কনবা হেল্লী ।।৩২।।

### নৈসর্গিক শত্রুমিত্র সম গ্রহঃ।

মিত্রাণি ভানোঃ কুজচন্দ্রজীবাঃ শত্রুসিতার্কী শশিজঃ সমানঃ
চন্দ্রস্য মিত্রে দিননায়কজ্ঞৌ সমা গুরুক্ষ্মাজসিতাসিতাঃ স্যুঃ ।।৩৩।।
আরস্য মিত্রাণি রবীন্দুজীবাশ্চান্দ্রী রিপুঃ শুক্র-শনী সমানৌ।
সূর্যাসুরেজ্যৌ সুহৃদৌ বুধস্য সমাঃ শনীজ্যাবনিজাস্ত্বরীন্দুঃ ।। ৩৪।।
সূর্যারচন্দ্রাঃ সুহৃদস্তু সূরেঃ শত্রু সিতজ্ঞৌ রবিজঃ সমানঃ।
মিত্রে শনিজ্ঞৌ ভৃগুনন্দনস্যেন্দ্বিনাবরী জীবকুজৌ সমনৌ
মন্দস্য সূর্যেন্দুকুজাশ্চ শত্রুবঃ সমঃ সুরেজ্যঃ সহৃদৌ সিতেন্দুজৌ।।৩৫।।

নৈসর্গিক শত্রুমিত্রনচিংবা হাযবি :— সূর্য্যগী মঙ্গল, চন্দ্র অমসুং বৃহস্পতি মিত্রনি। শুক্র অমসুং শনি শত্রুনি। বুধ সমগ্রহনি। চন্দ্রগী সূর্য্য অমসুং বুধ মিত্রনি, বৃহস্পতি, মঙ্গল, শুক্র অমসুং শনি সমনি। শত্রু লৈতে। মঙ্গলগী সূর্য্য, চন্দ্র অমসুং বৃহস্পতি মিত্রনি। বুধ শত্রুনি। শুক্র অমসুং শনি সমনি। বুধগী সূর্য্য অমসুং শুক্র মিত্রনি। শনি, বৃহস্পতি অমসুং মঙ্গল সমনি। চন্দ্রমা শত্রুনি। বৃহস্পতিগী সূর্য্য, মঙ্গল অমসুং চন্দ্র মিত্রনি। শুক্র অমসুং বুধ শত্রুনি। শনি সমনি। শুক্রগী শনি অমসুং বুধ মিত্রনি। চন্দ্র অমসুং সূর্য্য শত্রুনি। বৃহস্পতি অমসুং মঙ্গল সমনি। শনিগী সূর্য্য, চন্দ্র অমসুং মঙ্গল শত্রুনি। বৃহস্পতি সমনি। শুক্র অমসুং বুধ মিত্রনি ॥ ৩৩,৩৪,৩৫ ॥

**গ্রহাণাং তাৎকালিক-মৈত্রীবিচারঃ॥**

**অন্যোন্যতঃ সৌদরলাভমানপাতালবিত্তব্যযরাশিসংস্থাঃ।**
**তৎকালমিত্রাণি খগা ভবন্তি তদন্যয়াত্র যদি শত্রবস্তে॥ ৩৬॥**

তাৎকালিকমিত্রনচিংবা হাযবি :— গ্রহ অদুনা লৈবিবা বাশিদগী অহুমশুবা, তবামাথোইশুবা, তবাশুবা, মবিশুবা, অনিশুবা অমসুং তবানিথোইশুবা বাশিদা লৈবা গ্রহ অদু তাৎকালিক (মতম অদুগী) মিত্র (মরুপ) নি। মসি নৎতবা গ্রহ অদুনা লৈবিবা বাশি অদুদগী ৫, ৬, ৭, ৮, ৯ শুবা মফমদা লৈবা গ্রহনা গ্রহ অদুগী শত্রু (য়েক্লবা) নি ॥ ৩৬ ॥

**পঞ্চধা - মৈত্রীবিচারঃ।**

**তৎকালনৈসর্গিকতশ্চ পঞ্চধা পুনঃ প্রকল্প্যাস্ত্বতিমিত্রশত্রবঃ।**
**দ্বয়োঃ সুহৃত্ত্বং ত্বতিমিত্রতা ভবেদ্ দ্বিধাঽবয়স্তে তু সদাঽতিশত্রবঃ।**
**সুহৃৎসমত্বং সুহৃদেব কেবলং রিপুঃ সমারিস্ত্বরিমিত্রতা সমঃ॥ ৩৭॥**

মৈত্রী মখল মঙা হাযবি ঃ— - তাৎকালিক মৈত্রী, নৈসর্গিক (স্বাভাবিক) মৈত্রী, অতিমিত্র, অতিশত্রু, মিত্র, সম অমসুং শত্রু মখল মঙানি। মদুদি :— ১। মিত্রগা মিত্রগা অতিমিত্র। ২। শত্রুগা শত্রুগা অতিশত্রু। ৩। মিত্রগা সমগা মিত্র। ৪। শত্রুগা সমগা শত্রু। ৫। শত্রুগা মিত্রগা সম। অদুগা সমগা সমগদি শুণ্যনি ॥ ৩৭॥

| “ গ্রহাণাং দৃষ্টি চক্রম্ ” | | | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| গ্রহাণাংদৃষ্টি | ববি | চন্দ্র | মঙ্গল | বুধ | বৃহস্পতি | শুক্র | শনি | বাহু | কেতু |
| পূর্ণদৃষ্টি | ৭ | ৭ | ৭,৪,৮ | ৭ | ৭,৫,৯ | ৭ | ৭,৩,১০ | ৫,৭,৯,১২ | ৫,৭,৯,১২ |
| ত্রিপাদদৃষ্টি | ৪,৮ | ৪,৮ | \ | ৪,৮ | ৪, ৮ | ৪, ৮ | ৪, ৮ | ১০,২ | ১০,২ |
| দ্বিপাদদৃষ্টি | ৫,৯ | ৫,৯ | ৫,৯ | ৫,৯ | X | ৫,৯ | ৫,৯ | ৩,৪,৮,৩ | ৩,৪,৮,৬ |
| একপাদদৃষ্টি | ৩,১০ | ৩,১০ | ৩,১০ | ৩,১০ | ৩,১০ | ৩,১০ | \ | X | X |

## “পঞ্চধামৈত্রী চক্রম্ ।”

| নৈসর্গিকাঃ | তাৎকালিকাঃ | | |
|---|---|---|---|
| | মিত্রগ্রহ | সমগ্রহ | শত্রুগ্রহ |
| মিত্রগ্রহ | অতিমিত্র | মিত্র | সম |
| সমগ্রহ | মিত্র | ০ | শত্রু |
| শত্রুগ্রহ | সম | শত্রু | অতিশত্রু |

"গ্রহাণাং নৈসর্গিকমিত্রসমশত্রুবোধক চক্রম্"

| গ্রহাণাং নাম | রবি | চন্দ্র | মঙ্গল | বুধ | বৃহস্পতি | শুক্র | শনি | রাহু | কেতু |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| মিত্রগ্রহ | চন্দ্র, মঙ্গল, বৃহস্পতি | বুধ, রবি, | রবি, চন্দ্র বৃহস্পতি | রবি শুক্র | রবি, চন্দ্র মঙ্গল | বুধ, শনি | বুধ, শুক্র | শুক্র শনি | রবি, চন্দ্র মঙ্গল |
| শত্রুগ্রহ | শুক্র, শনি | শত্রুহিন (শত্রুলৈতে) | বুধ | চন্দ্র | বুধ, শুক্র | রবি, চন্দ্র | রবি, চন্দ্র মঙ্গল | রবি, চন্দ্র মঙ্গল | শুক্র শনি |
| সমগ্রহ | বুধ | মঙ্গল, শনি শুক্র, বৃহস্পতি | শুক্র, শনি, | মঙ্গল, বৃহস্পতি শনি | শনি | বৃহস্পতি মঙ্গল | বৃহস্পতি | বুধ বৃহস্পতি | বুধ বৃহস্পতি |

## "বিচার বিধিঃ"

| | | |
|---|---|---|
| ৪ ৫ | ১ | ৬ |
| ৩ ৮ | | ৯ |
| ২ | ৭ | |

জন্ম পত্রিকা অসিদা সূর্য্যগী অহুমশুবদা গুরু, মরিশুবদা মঙ্গল, সূর্য্যগী তাৎকালিক মিত্রনি। নৈসর্গিকদসু মিত্রনি, অদুনা সূর্য্য, গুরু, মঙ্গল অতিমিত্র ওইরে। শুক্রনা ১২ শুবদা লৈ, তৎকালগী মিত্রনি, নৈসগগী শক্রনি অদুনা সূর্য্য শুক্র সম ওইরে। শনিনা ৭ শুবদা লৈ, তৎকাল শক্রনি, নিসর্গসু শক্রনি, অদুনা সূর্য্য শনি অতিশক্র নি। বুধনা ২ শুবদা লৈ, তৎকাল মিত্রনি, নিসর্গদসু সমনি, অদুনা রবি বুধ মিত্রনি। অসুমতৌনা অতৈদসু বিচার তৌগনি। নৈসর্গিক, নিসর্গ অমসুং স্বাভাবিক হায়বদি গ্রহশিংগী মহৌশগী ওইবা মতৌ হায়বনি। তাৎকালিক নত্রগা তৎকাল হায়বনা মী অদুনা পোকপা মতমদা ওইবা গ্রহশিংগী মতৌ হাযবনি। অমনা বর (নিপা) অদুগী মিত্র ওইবা গ্রহগা কন্যা (নুপী) অদুগী সম ওইবা গ্রহগা য়েংনবা মতমদা মিত্র ওইবা অদুবু তৎকাল মিত্র হায়নসু কৌই। প্রশ্ন লগ্ন, বিবাহ কর্ম্মকালনচিংবগী মতমদসু তৎকাল মিত্রনচিংবা বিচার তৌনৈ।

**গ্রহাণাং স্থিরত্বাদি নিরূপণম্।**

**রবিঃ স্থিরঃ শীতকরশ্চরঃ স্যাদুগ্রঃ কুজশ্চন্দ্রসুতস্তু মিশ্রঃ।।**
**মৃদুঃ সুরেজ্যো ভৃগুজো লঘুশ্চ শনিঃ সুতীক্ষ্ণঃ কথিতো মুনীন্দ্রৈঃ।।৩৮।।**

গ্রহশিংগী শকওং তাক্লী :— সূর্য্যগ্রহনা স্থিরবুদ্ধি (পুকচেল হোংদবা) ওই। চন্দ্রগ্রহনা চঞ্চল (চেনগুম চেনগানবা) ওই। মঙ্গলগ্রহনা ক্রূরমতি (থাকুমনবা) ওই। বুধগ্রহনা মিশ্রস্বভাব (ইচন চন্নবা) ওই। বৃহস্পতি গ্রহনা কৌমলমতি (মেং তপ্পা) ওই। শুক্র গ্রহনা লঘুবুদ্ধি (রাখল বুদ্ধি কুপ্পা) ওই। অমসুং শনিগ্রহনা তীক্ষ্ণ প্রকৃতি (মবৌচাওবা) ওই। অসুম্না পণ্ডিতশিংনা ফোংদোক্লম্মী।। ৩৮।।

**ক্ষীণ চন্দ্র, তথা চ গার্গিঃ।**

**কৃষ্ণাষ্টমীদলাদূর্দ্ধং যাবচ্ছুক্লাষ্টমীদলম্**
**তাবৎকালং শশী ক্ষীণঃপূর্ণস্তস্যোপরিস্মৃতঃ ।। ৩৯ ।।**

কৃষ্ণপক্ষগী অষ্টমীদগী শুক্লপক্ষগী অষ্টমীতিথি ফাওবগী চন্দ্রবু ক্ষীণ চন্দ্র কৌই। শুক্লপক্ষগী অষ্টমীদগী কৃষ্ণপক্ষগী অষ্টমীতিথি ফাওবগী চন্দ্রনা পূর্ণচন্দ্র কৌই ।।৩৯।।

* অস্যার্থঃ কৃষ্ণাষ্টমীমবধিং কৃত্বা শুক্লাষ্টমী যাবদর্দ্ধোনিঃ শশী অর্কোরবিঃ সৌরঃ শনি মঙ্গলঃ চ পাপযুক্তোবুধঃ। এতে পাপাঃ। এবং এতদ্ভিনাঃ শুক্লাষ্টমীমবধিংকৃত্বা কৃষ্ণাষ্টমীং যাবৎপূর্ণঃশশীগুরু শুক্রোপাপরহিতোবুধঃ এতে শুভাঃ ।।

※ ইতি শুদ্ধ্যাদি - অধ্যায়ঃ ※

# রিষ্ট্যধ্যায়ঃ

## শিশুরিষ্টিঃ।

*১ দ্বির্দ্বাদশে যদা সৌবির্জ্জন্মস্থশ্চ মহীসুতঃ।
চতুর্থে সৈংহিকঃ *২ পশ্যেদষ্টমাসং ন জীবতি।। ১।।

পোকপা মতমদা জন্ম লগ্নদগী অনিশুবা নত্রগা তবানিথোইশুবা মফমদা শনিনা লৈববা, জন্ম লগ্নদা মঙ্গল অমসুং ৪ শুবা মফমদা বাহুনা দৃষ্টি তৌবা অঙাং অদু থা ৮ শুনা হিংনিংঙাই ওইদে।। ১ ।।

*১ দ্বাদশস্থইত্যাদি পাঠঃ। *২ সৈংহিকেযশ্চ ইত্যাদি পাঠান্তবম্।।

ৱাফম অমনা :— দশা য়েংবা অমদি বিষ্টি বিচাব তৌবা মতমদা লগ্নদগী হৌদুনা মশিং লৌগনি। লগ্ন হায়বদি কোষ্ঠীদা "লং" থাবা মফমবু খংনগনি। গোচবদশা য়েংবদনা রাশিদগী মশিং লৌগনি। বাশিদি কোষ্ঠীদা "চং" থাবা মফমবু খংনগনি।।

দ্বাদশস্থৌরবিকুজৌ তনুস্থৌ শশিসৌরিণৌ।
সৌম্যৈশ্চ দৃশ্যতে লগ্নং স যাতি যম মন্দিরম্।।২।।

অঙাং অদুগী লগ্নদগী ১২ শুবা মফমদা ববি অমসুং মঙ্গল লৈবা, লগ্নদা চন্দ্র অমসুং শনিনা লৈবা অমদি শুভগ্রহশিংনা লগ্নদা দৃষ্টি তৌববা অঙাং অদু যমলৈবাক্তা চৎলগনি ।। ২।।

লগ্নষষ্ঠে শনিকুজৌ সৌম্যশ্চ দশামস্থিতাঃ।
তনুস্থানং গতশ্চন্দ্রোবর্ষমেকং ন জীবতি।। ৩ ।।

লগ্নদগী ৬ শুবদা শনি অমসুং মঙ্গল লৈবা, ১০ শুবদা শুভ গ্রহশিংনা লৈবা, লগ্নদা চন্দ্রনা লৈববা অঙাং অদু চহীফানা হিংদে।। ৩ ।।

**তৃতীয়স্থৌ রবিকুজাবষ্টমস্থোযদা শনিঃ।**
**গুরুর্ভৃগুর্নচালোকো বর্ষমেকং ন জীবতি।। ৪ ।।**

পোকপা মতমদা লগ্নদগী ৩ শুবা মফমদা রবি অমসুং মঙ্গল লৈবা অদুম্না ৮ শুবদা শনি লৈবা অমদি বৃহস্পতি নত্রগা শুক্রনা জন্ম লগ্নদা য়েংদ্রবা মদুস্না অঙাংদু চহী অমা হিংনিংঙাই ওইদে।। ৪ ।।

**অষ্টমস্থো যদা পাপশ্চন্দ্রঃ ষষ্ঠো যদা ভবেৎ।**
**গুরুভৃগ্বোর্নচালোকো বর্ষমেকং ন জীবতি।। ৫ ।।**

অঙাং অদুনা পোকপা কালদা লগ্নদগী ৮ শুবদা পাপগ্রহ, অদুম্না ৬শুবদা চন্দ্র লৈববা অমদি শুক্রগ্রহনা লগ্নদা য়েংদ্রবা অঙাংদু চহী ফানা হিংনিংঙাই ওইদে।। ৫ ।।

**দ্বাদশস্থো যদা জীবো লগ্নেচ চন্দ্রমা ভবেৎ।**
**অষ্টমে মঙ্গলশনী স গচ্ছতি যমালয়ম্।। ৬ ।।**

পোকপা মতমদা লগ্নদগী ১২শুবা মফমদা শুক্র, জন্মলগ্নদা চন্দ্র, ৮শুবদা শনি অমসুং মঙ্গল লৈরবা অঙাংদু যম লৈবাক্তা চৎলগনি।। ৬ ।।

**কর্ম্মস্থানে স্থিতঃ সৌরিঃ শত্রুস্থানে কলানিধিঃ।**
**ক্ষিতিজে সপ্তমে চৈব ম্রিয়তে চ সমাতৃকঃ।। ৭ ।।**

অঙাং অদুগী লগ্নদগী ১০ শুবদা শনি অদুম্না ৬ শুবদা চন্দ্র অমসুং ৭ শুবদা মঙ্গল লৈরবা অঙাং অদু মমাগা লোয়ননা যমলৈবাক্তা চৎলগনি।। ৭ ।।

**রবিরিষ্টিঃ।**

**পাপস্ত্রিকোণকেন্দ্রেষু সৌম্যাঃ ষষ্ঠাষ্টমব্যয়গতাশ্চেৎ।**
**সূর্যোদয়ে প্রসূতঃ সদ্যঃ প্রাণাংস্ত্যজতি জন্তুঃ।। ৮ ।।**

ত্রিকোণ অমদি কেন্দ্রদা পাপগ্রহ লৈরবা, ৬শুবা ৮শুবা ১২শুবা মফমদা শুভগ্রহনা লৈরবা মদুস্না অঙাংদু, লগ্নদা নুমিৎ থোকপা মতমদা থবাই থাগনি।। ৮।।

চন্দ্ৰরিষ্টিঃ।

ষষ্ঠেঽষ্টমে চন্দ্ৰঃ সদ্যোমরণায় পাপ সংদৃষ্টঃ।
অষ্টাভিঃ শুভদৃষ্টোবর্ষৈৰ্ম্মি শ্ৰেস্তুদৰ্দ্ধেন।। ৯।।

লগ্নদগী ৬শুবা নত্ৰগা ৮শুবদা চন্দ্ৰনা লৈবা অমদি চন্দ্ৰদা পাপগ্ৰহনা দৃষ্টি তৌরবদি অঙাং অদু মিংকুপ খরদা লাল্লি। শুভগ্ৰহনা দৃষ্টি তৌরগনা চহী ৮গী মনুংদা শি। অমনা শুভ-অশুভ গ্ৰহ অনিনা দৃষ্টি তৌরবদি চহী ৪গী মনুংদা অঙাং অদু শি।। ৯।।

পাপযুক্ত চন্দ্ৰরিষ্টি ঃ।

সৃতমদনবান্ত্যরন্ধ্র লগ্নেষ্বশুভযুতোমরণায় শীতরশ্মিঃ।
ভৃগুসুতশশিপুত্ৰদেবপূজ্যৈর্যদি বলিভির্ন যুতোঽবলোকী।।১০।।

চন্দ্ৰগ্ৰহগা পাপগ্ৰহ অমগা লোয়নদুনা লগ্ন, লগ্নদগী ৫শুবা, ৭শুবা, ৯শুবা, ৮শুবা অমসুং ১২ শুবা মফম অমদা লৈরবা অমদি বলবান্ শুক্ৰ, বুধ, বৃহস্পতি গ্ৰহশিং অসিদগী অমনা পাপগালোয়নবা চন্দ্ৰদা য়েংদ্ৰবা অমসুং লৈমিন্নদ্ৰবা মদুদা অঙাংদু পুল্সিদে।। ১০।।

পাপদ্বয়মধ্যস্থ চন্দ্ৰরিষ্টিঃ।

দ্যূনচতুরস্ত্ৰসংস্থে পাপদ্বয়মধ্যগে শশিনি জাতঃ
বিলয়ং প্ৰয়াতি নিয়তং দৈবৈরপি রক্ষিতোবালঃ।। ১১।।

পাপগ্ৰহ অনিগী মরক্তা লৈবা চন্দ্ৰনা লগ্নদগী ৭ শুবা, ৪শুবা অমদি ৮শুবা মফম অমদা লৈরবা, মদু ওইরবদি লাইয়াম্নসু অঙাং অদুবু কনবা ঙমদে।। ১১।।

লগ্নস্থক্ষীণ চন্দ্ৰরিষ্টিঃ।

ক্ষীণে শশিনি বিলগ্নে পাপৈঃ কেন্দ্ৰেষু মৃত্যুসংস্থৈৰ্ব্বা।
ভবতি বিপত্তিরবশ্যং যবনাধিপতের্মতঞ্চৈতৎ।। ১২।।

ক্ষীণ চন্দ্ৰনা লগ্নদা লৈরবা অদুম্না পাপগ্ৰহনা কেন্দ্ৰশিংদা লৈরবা অমদি ৮শুবা মফমদা লৈরবা অঙাংদু মৃত্যু ওই অসুম্না যবনাচাৰ্য্যনা হায়।। ১২।।

ত্রিবিধকুজরিষ্টিঃ।

ভৌমে বিলগ্নে শুভদৈরদৃষ্টঃ ষষ্ঠেঽষ্টমে বার্কসুতেন যুক্তঃ।
সদ্যঃ শিশুং হন্তি বদেন্মুনীন্দ্রঃ স্মরে যমাঙ্গারৌ শুভৈক্ষিতৌচ ॥ ১৩ ॥

লগ্নদা মঙ্গলনা লৈবা শুভগ্রহনা দৃষ্টি তৌদ্রবা, ৬শুবা ৮শুবা মফম অমদা শনি মঙ্গল লৈরবা নত্রগা ৭ শুবদা মঙ্গল শনি লৈরবা শুভগ্রহনা য়েংলবা মদুম্বা অঙাংদো য়াইবি মাংই ॥ ১৩ ॥

বুধরিষ্টিঃ।

কর্কটধামনি শশিজঃ ষষ্ঠাষ্টমরাশিগো জাতলগ্নাৎ।
চন্দ্রেণ দৃষ্টমূর্ত্তির্বর্ষচতুষ্কেণ মারয়তি॥ ১৪ ॥

লগ্নদগী ৬ শুবা অমসুং ৮ শুবা মফম ওইবা কর্কট রাশিদা বুধ চন্দ্রনা দৃষ্টি তৌরবদি চহী ৪গী মনুংদা অঙাং অদু শি, হায়রিবা অসিমক ধনু অমসুং কুম্ভ লগ্নদা বুধ চন্দ্রনা দৃষ্টি তৌবা থোক্লবদসু ওই॥ ১৪ ॥

গুরুরিষ্টিঃ।

বৃহস্পতির্ভৌমগৃহেঽষ্টমস্থঃ সূর্য্যেন্দুভৌমার্কজদৃষ্টমূর্ত্তিঃ।
বর্ষৈস্ত্রিভির্ভার্গবদৃষ্টিহীনো লোকান্তরংপ্রাপয়তি প্রসূতম্॥ ১৫ ॥

লগ্নদগী ৮ শুবা মফমনা মেষ নত্রগা বৃশ্চিক রাশি ওইরবা মদুদা বৃহস্পতিনা লৈরবা, সূর্য্য, মঙ্গল অমসুং শনি অমনা দৃষ্টিসু তৌরবা, শুক্রগ্রহনদি য়েংদ্রবা অঙাংদো চহী অহুমগী মনুংদা যমালয়দা চৎলি। করিগুম্বা শুক্রগ্রহনা য়েংবা (দৃষ্টি) ওইরবদি হায়রিবসি ওইদে ॥১৫॥

শুক্ররিষ্টিঃ।

রবিশশিভবনে শুক্রো দ্বাদশরিপুরন্ধ্রগোঽশুভৈঃ সর্ব্বৈঃ।
দৃষ্টঃ করোতি মরণং ষড্ভির্বর্ষৈঃ কিমিহ বিচিত্রম্ ॥১৬॥

কর্কট বাশি, সিংহ রাশি অমদা শুক্রগ্রহনা লৈবা, লগ্নদগী ১২শুবা, ৬শুবা, ৮ শুবা মফমদা পাপগ্রহশিংনা য়েংলবা অদুম্বা অঙাংদো চহী ৬কী মনুংদা পুন্সি লোম্বদা ওক্লিংঙাই ওইদে ॥ ১৬ ॥

শনিরিষ্টিঃ।

**মারয়তি ষোড়শাহাৎ শনৈশ্চরঃ পাপবীক্ষিতো লগ্নে।**
**সংযুক্তো মাসেন বর্ষাৎ শুদ্ধস্তু মারয়তি ॥১৭॥**

পাপনা য়েংলবা শনিনা লগ্নদা লৈরবা অঙাং অদু নুমিৎ ১৬ নিগী মনুংদা শি, অমদি পাপগ্রহগা লোযনদুনা শনিনা লগ্নদা লৈবগা থা ১৬ তা মৃত্যু ওই, অদুম্না পাপনা যেংলবা নত্রগা পাপকা লৈমীন্নববা নত্রগা শনিতনা লগ্নদা লৈরগা চহী ১৬ কী মনুংদা মৃত্যু ওই। মদুম ওইনমক্ অঙাং অদু শুক্রগ্রহনা লগ্নদা য়েংলবা নত্রগা শুক্রগা লোযননা লগ্নদা শনিনা লৈববদি রিষ্টিভঙ্গ (ফত্তবদু কাযবা) ওই ॥ ১৭ ॥

রাহুরিষ্টিঃ।

**রাহুশ্চতুষ্টয়স্থো মরণায় ভবতি বীক্ষিঃ পাপৈঃ।**
**বর্ষৈর্বদন্তি দশাভিঃ ষোড়শভিঃ কেচিদাচার্য্যাঃ ॥ ১৮॥**
**ঘট সিংহ বৃশ্চিকোদয়ে কৃতস্থিতির্জীবিতং হরতি রাহুঃ।**
**পাপৈ নিরীক্ষ্যমাণঃ সপ্তমিতৈর্নিশ্চিতৈর্বর্ষৈঃ ১৯॥**

জন্ম লগ্নদগী ৪ শুবা মফমদা বাহু লৈববা পাপগ্রহশিংনসু য়েংলবা অঙাং অদু চহি তরাশুবকপদা শি। কনা কনাগুম্বা আচার্য্যদি চহী তরাতরুকশুবকপদা লৈরোইসু হায় ॥ ১৮ ॥

কুম্ভ, সিংহ অমসুং বৃশ্চিক রাশিদা জন্মলগ্ন ওইবদা রাহুনা লৈবা, পাপগ্রহনসু য়েংলবা অঙাং অদু চহী তরেৎতা পুন্সি লোম্মী ॥১৯॥
অদুম্নাদি ওইরবদা লগ্নদগী মরিশুবা মফমদু মেষ, বৃষ অমসুং কর্কট রাশি ওইবদা রাহুনা লৈবা থোক্লবদি রিষ্টিভঙ্গ (ফত্তবা কোকপা) ওই ॥

কেতুরিষ্টিঃ।

কেতুর্যস্মিন্নৃক্ষেঽভ্যুদিতস্তস্মিন্ প্রসূয়তে যস্তু।
রৌদ্রে সর্পমুহূর্ত্তে বা প্রাণৈঃ সংত্যজ্যতে চাশু ।। ২০।।

আর্দ্রানক্ষত্রগী মুহূর্ত্তদা নত্রগা অশ্লেষানক্ষত্রগী মুহূর্ত্তদা কেতু গ্রহনা লৈরবা মতমদা পোকপা অঙাং অদু থিহ্বদনা প্রাণ থাই ।। ২০ ।।

মুহূর্ত্ত - " দিবাচতুর্থদণ্ডাভ্যন্তরে। রাত্রৌ দণ্ডদ্বয়াভ্যন্তরে, চতুর্থদণ্ডাৎপরং দণ্ডদ্বয়াভ্যন্তরে চ।। " (নুংথিলগী দণ্ড মরিগী মনুং, অহিংগী দণ্ড মরি হৌগ্রবা দণ্ড অনিগী মনুং) ।।

রাশিলগ্নাধিপতিরিষ্টিঃ।

লগ্নাধিপজন্মপতী ষষ্ঠাষ্টমরিপ্ফগৌ প্রসবকালে।
অস্তমিতৌ মরণকরৌ রাশি প্রমিতৈর্ব্বদেদ্বর্ষৈঃ ।। ২১ ।।

জন্ম লগ্নাধিপতি অমসুং জন্মরাশি অধিপতি গ্রহনা ৬ শুবা, ৮শুবা অমসুং ১২শুবা মফম অমদা অস্ত ওইনা লৈরবদি অঙাং অদু চহী ৬,৮,১২ শুরকপা মতমদা পুন্সি লোম্মী ।। ২১ ।।

সৌম্যগ্রহরিষ্টিঃ।

সৌম্যা ষষ্ঠাষ্টমগাঃ পাপৈর্ব্বক্রোপ সংযুতৈর্দৃষ্টাঃ।
মাসেন মৃত্যুদাস্তে যদি ন শুভৈস্তত্র সংদৃষ্টাঃ ।। ২২।।

লগ্নদগী ৬ শুবা নত্রগা ৮শুবদা শুভগ্রহনা লৈরবা নত্রগা অনিমক্তা শুভগ্রহনা লৈরবা, পাপগ্রহ নত্রগা বক্রিগ্রহগা লৈমিন্নরবা নংত্রে হায়রগা য়েংলবা, অমদি অতোপ্পা শুভগ্রহনা য়েংদ্রবা অঙাং অদু থা অমগী মনুংদা যম লৈবাক্তা খোংদাগনি ।। ২২ ।।

পাপগ্রহরিষ্টিঃ

একঃ পাপোঽষ্টমগঃ শত্রুগৃহী শত্রুবীক্ষিতো বর্ষাৎ।
মারয়তি নবপ্রসূতং সুধারসোযেন পীতোঽপি ।। ২৩।।

পাপগ্রহ অমনা লগ্নদগী ৮শুবা মফমদা লৈববা, মফম অদু গ্রহদুগী য়েক্লবগী মফম ওইবা নত্রগা য়েক্লবা গ্রহনা য়েংলবা মদুম্ ওইরবদি অমৃত থক্তুনসু অঙাং অদু চহী অমগী মনুংদা মোংফমদা চৎলি ॥ ২৩ ॥

মাতৃরিষ্টিঃ।

**লগ্নাচ্চতুর্থগঃ পাপো যদি স্যাদ্ বলবত্তরঃ।**

**তদা মাতৃবধং কুর্য্যাত্তৎ কেন্দ্রে ত্বপরোযদি ॥ ২৪॥**

লগ্নদগী ৪শুবা মফমদা বলবান্ (মপাঙ্গলকনবা) পাপগ্রহনা লৈরবা অমসুং কেন্দ্রদা অতোপ্পা পাপগ্রহ অমনা লৈববা অঙাং অদু মমাগা লৈমিন্নদে ॥ ২৪ ॥

**কেন্দ্র ত্রিকোণগঃ পাপো মাতৃহা সপ্তবাসরাৎ।**

**সপাপস্তার্গবাৎপাপো হিবুকে মাতৃনাশকৃৎ ॥ ২৫ ॥**

জন্মলগ্ন, কেন্দ্রে অমসুং ত্রিকোণ হায়রিবা মফম অমদা বলবান্ পাপগ্রহনা লৈরবা অঙাং অদু পোকপদগী নুমিৎ তরেৎনিগী মনুংদা মমাগা খাইনগনি। মদুম ওইরবদা পাপগতিন্নবা শুক্রগ্রহনা লগ্নদগী মরিশুবদা লৈরবদি মমা মাংনবা ওই ॥ ২৫॥

**শনি মঙ্গলয়োর্মধ্যে যদি তিষ্ঠতি চন্দ্রমাঃ।**

**তদা মাতৃবধো জ্ঞেয়ো ভৌমার্কি সংযুতোঽথবা ॥ ২৬ ॥**

শনি, মঙ্গল, অনিগী মরক্তা লৈবা চন্দ্র অমদি শনি, মঙ্গলগা তিন্ননলৈবা চন্দ্রনা মমাগী পুন্সি মাংহল্লী ॥ ২৬ ॥

**চন্দ্রমা যদি পাপেন ত্রিতয়েন প্রদৃশ্যতে।**

**মাতৃনাশো ভবেত্তস্য ষষ্ঠ পাপোভবেদ্ যদি ॥ ২৭॥**

চন্দ্রদা পাপগ্রহ অহুম্না মপুংফানা য়েংলবা, তরুকশুবা মফমদা পাপগ্রহনা লৈরবদসু অঙাংগী মপোক্না মমাবু মাংহল্লী ॥ ২৭ ॥

" তস্য শুভদৃষ্টে শুভং বদেৎ " চন্দ্রদা শুভগ্রহনা য়েংলবদি মমাগী পুন্সি শাংই ॥

**ধনে রাহুর্বুধঃ শুক্রঃ সৌরিঃ সূর্যো যদাস্থিতঃ।**
**তস্য মাতুর্ভবেন্মৃত্যুর্মৃতে পিতরি জায়তে।। ২৮।।**

লগ্নদগী অনিশুবা মফমদা রাহু বুধ, শুক্র, শনি অমসুং রবি লৈরবা অঙাং মপোক্লা মমাবু অকালমৃত্যু (মতম চানবা পুন্সি তেনবা) থোকহল্লী।। ২৮।।

পিতৃরিষ্টিঃ।

**লগ্নে সৌরির্মদে ভৌমঃ ষষ্ঠস্থানে চ চন্দ্রমাঃ।**
**ইতি চেজ্জন্মকালে স্যাৎ পিতা তস্য ন জীবতি।। ২৯**

লগ্নদা শনি, ৭শুবদা মঙ্গল, ৬শুবদা চন্দ্র লৈরবা অঙাং মপোক্লা মপাগী পুন্সি তেলহল্লী।। ২৯।।

**লগ্নে জীবো ধনে মন্দ রবি-ভৌম-বুধস্তথা।**
**বিবাহসময়ে তস্য বালস্য ম্রিয়তে পিতা।। ৩০।।**

লগ্নদা বৃহস্পতি, অনিশুবদা শনি, অহুমশুবদা রবি, মরিশুবদা মঙ্গল, মঙাশুবদা বুধ লৈবা মপোক ওইবা অঙাংদুনা লুহোংবা মতমদা মপাগী পুন্সি লোম্বা ওই।। ৩০।।

**সূর্য্যঃ পাপেন সংযুক্তঃ সূর্য্যো বা পাপমধ্যগঃ।**
**সূর্য্যাৎ সপ্তমগঃ পাপস্তদা পিতৃবধো ভবেৎ।। ৩১।।**

রবিনা পাপগ্রহগা লৈমিন্নবা নত্রগা পাপগ্রহ অনিগী মরক্তা রবিনা লৈবা, অমদি রবিনা তরেৎশুবা মফমদা পাপগ্রহগা লৈমিন্নবা অঙাংগী মপোক্লা মপাগী থুনা শিনবা ওই।। ৩১।।

**সপ্তমে ভবনে সূর্যঃ কর্মস্থো ভূমিনন্দনঃ।**
**রাহুর্ব্যয়ে চ যস্যৈব পিতা কষ্টেন জীবতি।। ৩২।।**

লগ্নদগী ৭শুবা মফমদা রবি, ১০ শুবা মফমদা মঙ্গল, ১২শুবা মফমদা রাহু লৈবা মপোক ওইবী অঙাংনা মপাগী পুন্সিবু বাহল্লী, অৱাবা মক্তনা পুন্সি লোম্মী।। ৩২।।

রিপুস্থানে যদা চন্দ্রো লগ্নস্থানে শনৈশ্চরঃ।
কুজস্য সপ্তস্থানে পিতা তস্য ন জীবতি ॥ ৩৩ ॥

লগ্নদগী ৬ শুবদা চন্দ্র, লগ্নদা শনি, ৭শুবদা মঙ্গল লৈবা অঙাং মপোক্পা মপাগী পুন্সি তেনহল্লী ॥ ৩৩ ॥

পাতালে চাম্বরে পাপো দ্বাদশে চ যদা স্থিতঃ।
পিতরং মাতরং হত্বা দেশদেশান্তরং ব্রজেৎ ॥ ৩৪ ॥

লগ্নদগী ৪শুবা, ১০ শুবা, ১২ শুবা মফমদা পাপগ্রহনা লৈবা অঙাংনা মমা মপা কায়নৈ। মরৈবাক মীরৈবাক কোয়না চৎলি ॥ ৩৪ ॥

রাহুজীবৌ রিপুক্ষেত্রে লগ্নে বাথ চতুর্থকে।
ত্রয়োবিংশতিমে বর্ষে পুত্রস্তাতং ন পশ্যতি ॥ ৩৫ ॥

বাহু অমসুং বৃহস্পতিনা য়েক্লবগী য়ুমফম ওইবা লগ্ন অমসুং মরিশুবা মফমদা লৈবা অঙাংগী মপোক্পা মশাগী চহী ২৩ শুরকপা কালদা মপাগী পুন্সি লোম্মী ॥ ৩৫ ॥

রিষ্টিভঙ্গঃ।

দিবা সূর্য্যো নিশি শশী লগ্নস্যৈকাদশে স্থিতঃ।
কোটিদোষং নিহন্ত্যাশু গর্গস্য বচনং যথা ॥ ৩৬ ॥

গর্গমুনিনা হায় :— দিবা (নুংথিল) দা পোকপা অঙাংগী লগ্নদগী ১১ শুবা মফমদা সূর্য্যনা লৈবা, অহিং পোকপা অঙাংগীসু ১১ শুবা মফমদা চন্দ্রনা লৈবা ওইরবদি অঙাং অদুগী দোষ কোটা লৈরবসু কোক্‌ই ॥ ৩৬ ॥

চন্দ্রঃ সম্পূর্ণতনুঃ সৌম্যর্ক্ষগতঃ স্থিতশ্চ শুভস্যাংশে।
প্রকরোতি রিষ্টিভঙ্গং বিশেষতঃ শুক্র সংদৃষ্টঃ ॥ ৩৭ ॥

পোকপা মতমদা পূর্ণ চন্দ্রনা শুভগ্রহগী মফমদা লৈবা নত্রগা শুভগ্রহগী নবাংশদা লৈবা ওইরবদি অঙাংগী ফত্তবা রিষ্টিপূম্বা কোকই। অমনা চন্দ্রদা শুক্র গ্রহনা পূর্ণ দৃষ্টি তৌরবসু রিষ্টিপূম্বা কোকই ॥ ৩৭ ॥

সৌম্যত্বয়ান্তরগতঃ সম্পূর্ণ স্নিগ্ধমণ্ডলঃ শশভৃৎ।
নিঃশেষরিষ্টহন্তা ভুজঙ্গলোকস্য গরুড়ইব।। ৩৮।।

অঙাংগী জন্মকালদা পূর্ণচন্দ্রনা শুভগ্রহ অনিগী মরক্তা লৈরবা ওইরবদি লিন ময়াম্বু গরুড়না মাংহনবগুম্ অঙাংগী ফত্তবা পূম্বা কোকহল্লী।। ৩৮।।

কিং কুর্বন্তি গ্রহাঃ সর্বেযস্য কেন্দ্রী বৃহস্পতিঃ।
মত্তকুঞ্জরসংঘাতং নাশয়েৎ কেশরী যথা।। ৩৯।।

কেন্দ্রদা বৃহস্পতিনা লৈরবা গ্রহ অয়াম্বনা ফত্তবা মফমদা লৈরবা নোংশানা অঙাওবা শামু ময়াম্বু তানখাইবগুম্ অঙাংগী রিষ্টিপূম্বা মাংই।। ৩৯।।

ত্রিষডেকাদশে ভৌমস্ত্রিষডেকাদশে শনিঃ।
ত্রিষডেকাদশে সূর্য্যঃ সর্ব্বারিষ্টং বিনাশয়েৎ।। ৪০।।

মঙ্গল, শনি, অমসুং সূর্য্য গ্রহশিং অসিগী মনুংদা অমনা লগ্নদগী ৩ শুবা, ৬শুবা, ১১শুবা মফম অমদা লৈরবা রিষ্টিপূম্বা মাংহল্লী।। ৪০।।

সপ্তাষ্টষষ্ঠাঃ শশিনঃ সৌম্যা হন্তি কষ্টফলম্।
পাপৈরমিশ্রচারাঃ কল্যাণঘৃতং যথোন্মাদম্।। ৪১।।

পাপগ্রহগা তিন্নদবা শুভগ্রহনা চন্দ্রদগী ৬শুবা, ৭শুবা, ৮শুবা মফমদা লৈরবদি আয়ুর্বেদগী কল্যাণঘৃতনা উন্মাদরোগ (অঙাও-অফৈগী অনাবা) বু মাংহনবগুম্না অঙাংগী দোষপূম্বা পূম্মাং মাংহল্লী।। ৪১।।

তুলা- কোদণ্ডমীনস্থো লগ্নস্থশ্চ শনির্যদা।
সর্ব্ব রিষ্টিং বিহন্ত্যাশু শেষে জাতো ভবেদ্ব্যসুঃ।। ৪২।।

তুলা, ধনু নত্রগা মীন লগ্নদা শনি লৈরবা মদুম্বা মপোক্তু রিষ্টিপূম্বা কোকই। অতৈ লগ্নদা শনি লৈবদি অফবা ওইদে।। ৪২।।

স্বোচ্চস্বজীবভবনে ক্ষিতিপালতুল্যো
লগ্নেঽর্কজে ভবতি দেশপুরাধিনাথঃ।

শেষেষু দুঃখপরিপীড়িত এব বাল্যো
দারিদ্র্যকামবশগো মলিনোহলসশ্চ ॥ ৪৩ ॥

বৃশ্চিক লগ্নদা শনি লৈবা অঙাংদু নিংথৌগা মান্নবা মপোকনি। ধনু, মকব, কুম্ভ নত্রগা মীন জন্ম লগ্ন ওইবা, শনিগ্রহনসু লৈরবা অঙাং অদু লৈবাক্কী মপু ওই। মথক্তা পল্লিবা বাশিশিং অসি নংতবা রাশিদা জন্মলগ্ন ওইবা শনিনসু লৈবা থোক্লবদি লাইরবা, কাঙ্গা, চমোংনবা অমসুং তন্‌গন্‌বা মপোক ওইদুনা বাই ॥৪৩ ॥

রাহুস্ত্রিষষ্ঠলাভে লগ্নাৎ সৌম্যৈর্নিরীক্ষিতঃ সদ্যঃ।
নাশয়তি সর্ব্বরিষ্টং মারুত ইব তুল সংঘাতম্ ॥ ৪৪ ॥

জন্ম লগ্নদগী অহুমশুবা, তরুকশুবা নত্রগা তরামাথোইশুবা মফমদা রাহুনা লৈরবা, শুভগ্রহ অয়াম্বনসু দৃষ্টি তৌরবা, নুংশিংনা লশিং মফোলশিংবু হুমদোকখিবগুম্ অঙাংগী ফত্তবা বিষ্টিপূম্বা কোকই ॥ ৪৪ ॥

অজবৃষকর্কিলগ্ন রক্ষতি রাহুঃ সর্ব্ব রিষ্টেভ্যঃ
পৃথিবীপতিঃ প্রসন্নঃ কৃতাপরাধং যথা পুরুষম্ ॥ ৪৫ ॥

মরাল লৈরবা মীবু নিংথৌনা ঙাকপিবগুম্না; মেষ, বৃষ অমসুং কর্কট লগ্নদা রাহুনা লৈরবদি রিষ্টিপূম্বা ঙাকই ॥ ৪৫ ॥

কন্টকস্থো যদা জীবঃ সপ্তমে যদি ভার্গবঃ।
বুধ চ লগ্ন সংপ্রাপ্তে শতং জীবতি বালকঃ ॥ ৪৬ ॥

বৃহস্পতিনা কেন্দ্রদা লৈবা, শুক্রনা লগ্নদগী তরেৎশুবদা লৈবা অমদি বুধনা লগ্নদা লৈরবা অঙাং অদু চহী ১০০ (চাম) পুন্সি ॥ ৪৬ ॥

তৃতীয়েকাদশে চৈব নবমে পঞ্চমে ভৃগৌ।
সমসপ্তগতে জীবে জীবেদব্দশতং নরঃ ॥ ৪৭ ॥

লগ্নদগী ৩শুবা, ১১ শুবা, ৯শুবা অমদি ৫ শুবা মফমদা শুক্রনা সমরাশিস্থ (সমগ্রহগী রাশিদা) লৈবা, বৃহস্পতিনা কেন্দ্রদা লৈবা মদুম্বা অঙাংদো চহী ১০০ (চামা) মপুন্সি শাংই ॥ ৪৭ ॥

সর্বৈর্গগনভ্রমণৈর্দৃষ্টে লগ্নে ভবেন্মহীপালঃ।
বলিভিঃ সমস্তসৌখ্যো বিগতভয়ো দীর্ঘজীবীচ ॥ ৪৮॥

বলবান ওইবা অয়াম্বা গ্রহনা লগ্নদা দৃষ্টি তৌরবা অঙাংদু নিংথৌ ওই অমসুং নুংঙাই-য়াইফবা ওইদুনা অকি অখং লৈতনা পুন্সি শাংই ॥ ৪৮ ॥

বুধো বা ভার্গবো বাপি গুরুর্বা কেন্দ্রসংস্থিতঃ।
শতায়ুর্ব্বলবান্ বিজ্ঞো জাতো গোত্রাধিপো ভবেৎ ॥ ৪৯॥

বুধ, শুক্র অমদি বৃহস্পতিনা কেন্দ্রদা লৈরবা অঙাং অদু চহী ১০০ (চামা) পুন্সি অমসুং মপাঙ্গল কল্লী মবুদ্ধি মবৌশিং লৈ; শাগেগী লুচিংবা ওই ॥ ৪৯ ॥

চন্দ্রং পশ্যেৎ যদা শুক্রঃ শুক্রং পশ্যেদ্দিবাকরঃ।
দীর্ঘায়ুঃ স্বগুণৈশ্বর্য্যো ধনবাংশ্চোপজায়তে ॥ ৫০ ॥

শুক্রনা চন্দ্রদা য়েংলবা মদুম্না রবিনা শুক্রদা য়েংলবা মদুম্বা অঙাংনা পুন্সি শাংই অমসুং মতিক মগুণ চেনবা, মবল লৈবা, মীংচৎ লৈবা ওই ॥ ৫০ ॥

নবমস্থৌ গুরুভৃগু সপ্তমস্থঃ কুজো যদি।
বুধে লগ্নগতে চৈব দীর্ঘায়ুশ্চ ভবেত্তদা ॥ ৫১ ॥

বৃহস্পতি অমসুং শুক্রনা মাপলশুবদা লৈরবা, মঙ্গলনা তবেৎশুবদা মদুম্না বুধনা লগ্নদা লৈবা অঙাংগী মপোক্না পুন্সি শাংই ॥ ৫১ ॥

গুরুর্লগ্নে তথা শুক্রঃ সমসপ্তগতো বুধঃ।
চন্দ্রশ্চৈকাদশে কেন্দ্রে আয়ুঃ সত্যো জিতেন্দ্রিয়ঃ ॥ ৫২ ॥

বৃহস্পতি অমসুং শুক্রনা লগ্নদা লৈবা অমদি বুধনা সমরাশি ওইবা লগ্নদগী তরেৎশুবদা লৈবা অমসুং তরামাথোইশুবদা নত্রগা কেন্দ্রদা চন্দ্রনা লৈবা মপোক্লা পুন্সি শাংই, অচুম্বা চৎলি, পুক্লিং ফাথবা ওম্মী। হায়রিবা চন্দ্রগী ফল অসি অহিং পোকপা অঙাং কাংলুপকীনি ॥৫২॥

**গুরুশুক্রৌ শুভৈর্দৃষ্টৌ ভবেতাং কেন্দ্রগৌ যদা।**
**তদাঽরিষ্টানি ত্যজন্তে দীর্ঘায়ুশ্চনরো ভবেৎ ॥ ৫৩ ॥**

গুরু অমসুং শুক্রন্দা শুভগ্রহনা য়েংলবা কেন্দ্রদসু লৈরবা মদু ওইরবদি ফত্তবা রিষ্টি পূম্বা মাংহন্দুনা অঙাংগী মপুন্সি শাংই ॥ ৫৩ ॥

**নিধনারিগতে চন্দ্রে লগ্নাৎ সঞ্জায়তে যদি।**
**অথ কেন্দ্রগতে জীবে জীবেদব্দশতং নরঃ ॥ ৫৪ ॥**

লগ্নদগী ৬শুবা, ৮শুবা মফম অমদা চন্দ্রনা লৈরবা বৃহস্পতিনা কেন্দ্রদা লৈরবা মদুম্বা অঙাংনা চহী ১০০ (চামা) পুন্সি ॥ ৫৪ ॥

**সমস্তৈর্বলিভিঃ সৌম্যৈর্লগ্নং যদি সমীক্ষ্যেতে।**
**তদা বিগতভীর্নৃনঃ দীর্ঘজীবী চ জায়তে ॥ ৫৫ ॥**

বলবান ওইবা অয়াম্বা শুভগ্রহনা লগ্নদা চংখোন্না য়েংলবা মদুম্বা অঙাংদো অকিবা লৈতনা পুন্সি শাংই ॥ ৫৫ ॥

**লগ্নাৎ ষষ্ঠ্যাষ্টগাঃ সৌম্যাঃ পাপৈরযুতবীক্ষিতাঃ।**
**জনয়ন্তি হি নির্ভীতিং নীরোগং দীর্ঘজীবিতম্ ॥ ৫৬॥**

পাপগ্রহগা তিন্নদ্রবা নত্রগা য়েংদ্রবা শুভগ্রহনা লগ্নদগী ৬ শুবা নত্রগা ৮শুবা মফমদা লৈরবা অঙাংনা অকি-অথং, অনা-অয়েক লৈতনা পুন্সি শাংই॥৫৬॥

**জীবাৎ সপ্তমগশ্চন্দ্রোঽপ্যথবা জীবসংযুতঃ।**
**জীবযোগোঽয়মিত্যাহুর্জ্যোতিঃ শাস্ত্রপরায়ণাঃ ॥ ৫৭ ॥**

**বহুবিভবপরিচ্ছদোভোক্তা গুণপরিপূর্ণো নৃপপূজিতঃ।**
**বহুযুবতি রতোঽথ দানশীলো ভবতি চিরায়ুর্নরো জীবযোগঃ ॥ ৫৮ ॥**

বৃহস্পতিদগী তরেৎশুবদা চন্দ্রনা লৈরবা নত্রগা বৃহস্পতিগা চন্দ্রগা লৈমীন্নরবদি জ্যোতিষশাস্ত্র খংই, মদুবু জীবযোগ কৌই। পোকপা মতমদা জীবযোগ ওইবা অঙাংগী মখল-মখা অয়াম্বা লন-থুম, সম্পতি, অচা-অথক, গুণখিবিকনা তিনবা, নিংথৌ অঙম্বনা ইকায়খুম্নবা, মথোৎ কারকপীশিংনা হরাও লৈতেংজবা অমদি দান তৌবদা লৎনবা লৈতবা পুন্সি শাংবা ওই ॥ ৫৭ - ৫৮ ॥

**সকলরিপুনিহন্তা সর্ব্বসৌখ্যোপভোক্তা সকলগুণনিধিঃ স্যাৎ**
**সর্ব্বলোকপ্রিয়ো হি। সকলকলুষহীনঃ সর্ব্ব বিদ্যাসমর্থো**
**ভবতি গুণনিধানো জীবদৃষ্টো হিমাংশৌ ॥ ৫৯ ॥**
**যত্র তত্র স্থিতো ভৌমো গুরুণাপি সমন্বিতঃ।**
**তত্রোচ্চং ফলমাপ্নোতি স্যাদুচ্চে ত্রিগুণং ফলম্ ॥ ৬০ ॥**

চন্দ্রদা বৃহস্পতিনা য়েংলবা অঙাংগী মপোক্ত অয়াম্বা রিপু (অৱা-অনা) পূম্বা মাংহল্লী, মখল-মখাগী নুংঙাইবা ফংই, গুণ খিবিক্না লৈতেং ওই। মীপূমতিংনা নুংশিবীবা অমদি মখল কয়াগী পাপ অৱাবা কোক্তনা বিদ্যাদা মপুংফাবা ফংই ॥ ৫৯॥

চন্দ্রনা লৈবা মফম অদুদা মঙ্গল অমদি বৃহস্পতিসু লৈরবা মপোক্ত অৱাংবা ফল ফংই। মফম অদুনা উচ্চস্থানদা লৈরবদি গুণ অহুম থোইনা ফংই ॥ ৬০॥

❊ ইতি রিষ্ট্যধ্যায়ঃ ॥ ❊

## যোগাধ্যায়ঃ

বৈধব্যজ্ঞানম্।

লগ্নচন্দ্রোঽষ্টমগতাঃ কুজসূর্য্যশনৈশ্চরাঃ।
সপ্তমে ভূমিপুত্রশ্চ কন্যাবৈধব্যলক্ষম্॥ ১॥

লগ্নদা নত্রগা চন্দ্রদগী নিপানশুবদা মঙ্গল, রবি নত্রগা শনি লৈবা, মদুম্না তরেৎশুবদা মঙ্গল লৈবা কন্যা অদু বিধবা (লুখ্রা) ওই॥ ১॥

পতিহীনাযোগঃ।

লগ্নে দ্বিপাপোযস্যাস্তু ত্রিপাপোযদি বা ভবেৎ।
পতিনাশকরোযোগো যদি গৌরীসমাপি সা॥ ২॥

নুপী অদুনা পোকপা মতমদা লগ্নদা পাপগ্রহ অনি নত্রগা অহুম লৈরবদি গৌরীগুম্না মপুরোইবা তাংবী ওইগনি॥ ২॥

বিধবা যোগাদি।

ক্রূরৈরস্তে বিধবা ভবতি পুনর্ভূঃ শুভাশুভৈর্নারী।
ক্রূরেঽষ্টমে চ বিধবা স্যাৎ সৎস্বর্থে সা স্বয়ংম্রিয়তে॥ ৩॥

নুপী অদুনা পোকপা মতমদা লগ্নদগী ৭ শুবদা পাপগ্রহ লৈরবা লুখ্রাওই। শুভ অশুভগ্রহনা লৈবা থোক্লগা অনিরক লুহোংই। নিপানশুবদা পাপগ্রহনা লৈরবসু লুখ্রা ওই, অদুম ওইদুনসু অনিশুবা মফমদা শুভগ্রহনা লৈরবদি কন্যা অদু লুখ্রাদি ওইদে, যুম্বালবা মতুংদা মদোম পুন্সি তেনজহল্লী॥ ৩॥

শুভাশুভম্।

ওজোলগ্নেন্দোঃ স্ত্রী দুঃশীল শীতযুতা যুগ্মে।
শূন্যোঽবলে কদর্য্যা পতিশ্চরেঽস্তে প্রবাসী স্যাৎ॥ ৪॥

বিষম রাশিদা লগ্ন ওইবা নত্রগা চন্দ্রনা লৈবীদো লমচৎ ফজবী অমসুং নুপা শাবান ওইবী ওই। সমরাশিদা লগ্ন লৈবা নত্রগা চন্দ্রনা লৈবীদো ব্যবহার থংবী

ওই, অদুগা শুভগ্রহগা লৈমীন্নরগনা মতিক লৈবী ওই অমসুং পাপগ্রহগা লৈমীন্নরগনা মগুণ লৈতবী ওই। মদুম্না লগ্নদগী ৭শুবা মফমদা গ্রহ লৈতবা নত্রগা বলহীনগ্রহ ওইরবদি মপুরোইবা মতিক চাদবা ফংই। ৭শুবা মফম অদু চররাশি ওইরগনা মপুরোইবনা লংখেদ্দা লৈবী থোকই॥ ৪॥

বেশ্যাদিযোগঃ।

কামার্ত্তা বিধবা কুলক্ষয়করী পাপদ্বয়ে চাস্তগে।
বেশ্যা স্বামিবধং করোতি কুলটা পাপত্রয়ে চাস্তগে॥ ৫॥

পোকপা মতমদা ৭ শুবা মফমদা পাপগ্রহ অনি লৈরবা নুপীদু অপাম্বনা ঙাওবী লুখ্রা ওইবী অমসুং শাগেগী ময়েং তাহনবী ওই, অমদি ৭ শুবা মফমদা পাপ অহুম লৈরগনা শকহেনবী শাগেদুদা বেশ্যা ওইবী মপুরোইবা ব্রাওইদবী মপুরোইবগী মাংনবগী মশক ওইবী ওই॥ ৫॥

সূর্য্যাচ্চ দ্বাদশস্থানং যদি চন্দ্রো ন পশ্যতি।
তদা বেশ্যা সমাখ্যাতা জ্যোতিজ্ঞৈরিতি সম্মতা॥ ৬॥

তরানিথোইশুবা মফমদা রবিনা লৈরবা মদুদা চন্দ্রনা য়েংবিদ্রবা অদুম্বী মপোক্তো বেশ্যা ওই; অসুম্না জ্যোতিষ খংবশিংনা হায়নৈ॥৬॥

বন্ধ্যাযোগঃ।

লগ্নে মকরসংপ্রাপ্তে কুম্ভে বা শুভবর্জ্জিতে।
শক্রদৃষ্টে যুতে বাপি বন্ধ্যা ভবতি সর্ব্বথা॥ ৭॥

অদুম্বী মহাক্না পোকপা মতমদা মকর নত্রগা কুম্ভ লগ্ন ওইবী; শুভগ্রহনা য়েংবা অমদি লৈমীন্নবা ওইদ্রবা, লগ্নপতিগী শক্রগ্রহগা লৈমীন্নবা নত্রগা শক্রগ্রহদুনা য়েংবা ওইরবদি মতমপুম্বগী অখুংবী ওই॥ ৭॥

সুতস্থানে দ্বিপাপে তু ত্রিপাপে পাপবেশ্মনি।
উভৌ স্ত্রীপুরুষৌ বন্ধ্যৌ বিজ্ঞেয়ৌ ক্রূরবিদ্ধিতৌ॥ ৮॥

লগ্নদগী মণ্ডাশুবা মফমদা পাপগ্রহ অনি নত্রগা অহুম লৈবা নত্রগা মণ্ডাশুবা মফমদুদা পাপগ্রহগী ক্ষেত্র ওইবা পাপগ্রহনশু য়েংলবদি নুপা নত্রগা নুপী অদু অখুংবী/অখুংবা ওই ॥ ৮ ॥

**দ্যূনপোমৃত্যুপশ্চৈব দ্বাবীশাবেকসংস্থিতৌ।**
**একস্মিন্ দ্রেক্কাণে চৈব ম্রিয়তে পতিনা সহ॥ ৯॥**

লগ্নদগী ৭শুবা রাশিগী মপু অমসুং ৮ শুবা রাশিগী মপুনা বাশি অমত্তদা লৈববা অমসুং অহানবা দ্রেক্কাণদা লৈববদি মপুবোইবগা লোয়ননা মৃত্যু (পুন্সি লোম্মী) ॥ ৯ ॥

**চন্দ্রাৎ সপ্তমগঃ পাপো যস্যাঃ শুভযুতোভবেৎ।**
**শক্রনীচগৃহস্থে বা ম্রিয়তে পতিনা সহ ॥ ১০॥**

চন্দ্রদগী ৭ শুবা মফমদা পাপগ্রহ অমদি শুভগ্রহগা লৈমিন্নববা নত্রগা ৭শুবা মফম অদু লৈরিবা গ্রহদুগী শক্রগৃহ নত্রগা নীচগৃহ ওইরবা নুপী অদুগী মপোক্কা মপুরোইবগা লোযননা যম লৈবাক্তা চৎমিন্নে॥১০॥

**দ্ব্যাত্মকং নিধনং যস্য গ্রহযুগ্মযুতঞ্চ বা।**
**সহমৃত্যুং ব্রজেদেব নার্য্যপি ব্যভিচারিণী ॥ ১১॥**

নুপী অদুগী ৮শুবা মফমদা দ্ব্যাত্মকবাশি ওইবা মদুদা গ্রহ অনি লৈবা মপোক ওইবীদো লমচৎ নাইদবী ওইন-ওইনা পুন্সি লোম্মী ॥ ১১ ॥

**স্ত্রীণাং রাজযোগঃ।**

**কেন্দ্রেঽথ সৌম্যা অপি পৃষ্ঠভাজঃ**
**পাপাঃ কলত্রে চ মনুষ্যরাশৌ।**
**রাজ্ঞী ভবেৎ স্ত্রী বহুকোষযুক্তা**
**নিত্যং প্রশস্তা বহুপুত্রিণী চ॥ ১২॥**

লগ্নদা, কেন্দ্রদাশুভগ্রহন লৈরবা অমদি ৭শুবা ওইবা মনুষ্যরাশিদা (মিথুনরাশি) পাপগ্রহনা লৈবা অদুম্বী নুপীদো রাজ্ঞী (লৈবাক্কী মপু), লনখিবিক্কী মপু, মীয়ামগী লুচিংবী অমসুং মচা মনাই য়াম্বী ওই ।। ১২ ।।

বুধোবিলগ্নে যদি তুঙ্গসংস্থে লাভস্থিতো দেবপুরোহিতশ্চ ।
নরেন্দ্রপত্নী প্রথিতা সুসাধ্বী তদাপ্রসিদ্ধা ভবতীহ ভূমৌ ।। ১৩ ।।

পোকপা মতমদা বুধনা তুঙ্গদা নত্রগা লগ্নদা লৈরবা অমদি বৃহস্পতিনা ১১ শুবদা লৈরবা অদুম্বীদো মহারাণী ওইবী মবাইবক ফবী মালেম্না শকখংবী ওই।। ১৩ ।।

কর্কোদয়ে সপ্তমগে পতঙ্গে জীবনে দৃষ্টে পরিপূর্ণদেহা ।
বিদ্যাধরী চাত্র ভবেৎ প্রবীণা রাজ্ঞী গতারি নহি পুত্রহীনা ।। ১৪ ।।

কর্কট লগ্নদগী ৭শুবদা রবি অমদি বৃহস্পতিনা মপুংফানা য়েংলবা অদুম্বীদো শবাল ফজবী, বিদ্যাধরীগুম্বী, হৈশিংবী, মহারাণী ওই অমসুং য়েক্না তিংখং লৈতনা মচাগী অৱা নুংনাংবা লৈতবীসু ওই।। ১৪ ।।

হ্রদঃ যোগঃ ।

কর্কেকুজ ঘটেসূর্য্যে শনৌ মেষে মৃগে গুরৌ ।
হ্রদোনাম ভবেদ্ যোগো নরাণাং বহুদুঃখদঃ ।। ১৫ ।।

মঙ্গল, রবি, শনি অমসুং বৃহস্পতিনা নীচগৃহদা লৈরবা হাযবদি কর্কটতা মঙ্গল, তুলাদা রবি, মেষদা শনি, অদুম্না মকরদা বৃহস্পতি লৈববা অদুবু হ্রদযোগ কৌই । মী অদুনা পোকপা মতমদা হ্রদযোগ ওইরবদি মতম চুপ্পা অৱা-অনাতনা পন্দোমনৈ ।। ১৫ ।।

ফণিমুখযোগঃ ।

স্ত্রিয়াং ভৃগৌ রবৌ তৌল্যাং মেষে মন্দে বিধাবলৌ ।
ভবেৎ ফণিমুখযোগঃ সর্ব্বসম্পান্নিসূদনঃ ।। ১৬ ।।

কন্যাদা শুক্র, তুলাদা রবি, মেষদা শনি অমদি বৃশ্চিকতা চন্দ্র লৈরবা ফণিমুখ-যোগ কৌই। যোগ অসি লৈবা মীদুনা তৌরু-তৌরুবদা অমাংবা থোকই ॥ ১৬ ॥

কাকযোগঃ।

কুজে কর্কেবিলগ্নস্থে মেষে সূর্য্যে গতে তথা।
ভৃগৌ ঝষে বিধৌ নার্য্যাং কাকযোগো বিপৎকরঃ ॥ ১৭ ॥

কর্কট লগ্নদা মঙ্গল, মেষদা সূর্য্য, মীনদা শুক্র অমসুং কন্যাদা চন্দ্র লৈববু কাকাখ্যযোগ কৌই। মদুস্না মীদু অমঙ্গল (উনা থেংনবদা মঙ্গল লৈতবা) মপোক্নি ॥ ১৭ ॥

হুতাশনযোগঃ।

মৃগে সৌম্যার্কশুক্রে চ মন্দে মেষ চ লগ্নকে।
কীটে চন্দ্রে কুজে কর্কে দরিদ্রঃ সাদ্ধুতাশনঃ ॥ ১৮ ॥

মকবদা বুধ, রবি অমসুং শুক্র লৈবা। মেষলগ্নদা শনি, বৃশ্চিক বাশিদা চন্দ্র অদুম্না কর্কটতা মঙ্গল লৈরবা হুতাশনযোগ কৌই। মদুস্না মপোক্তু লাইববা ওই ॥ ১৮ ॥

কেমক্রমাঃ যোগঃ।

গ্রহহীনে বিধোরস্তে শুভৈরপ্যনিরীক্ষিতে।
কেমদ্রুমে নরো জাতো মলিনোগুরু তল্পগঃ ॥ ১৯ ॥

চন্দ্রগী ৭শুবদা গ্রহ লৈত্রবা অমদি মফমদুদা শুভগ্রহনসু য়েংদ্রবা মদুবু কেমদ্রুমযোগ কৌই। মদুস্না যোগ ওইবা মীগী মপোক্তু মোৎতাই চুদাইনবা অমদি গুরুগী নুপীদা নত্তবা মিৎয়েং কারনচনবা তৌগল্লী ॥ ১৯ ॥

ললাটিকযোগঃ।

লগ্নস্থে বা শনৌ রাহৌ দশমং গ্রহবর্জ্জিতম্।
ললাটিকোভবেদ্ যোগো ভুঙ্‌ক্তে স চ গৃহে গৃহে ॥ ২০ ॥

শনি নত্রগা বাহুনা লগ্নদা লৈবা, অমদি লগ্নদগী তবাশুবা মফমদা গ্রহ অমত্তনা লৈতবা, মদুবু ললাটিকযোগ কৌই যোগসিদা পোকপা মীনা য়ুমথোং খুদিংগী চাবা ফংই, মীনা পিজবা মক্তন অবাম যৌরাংবা লৈতবা ওই ॥ ২০ ॥

পুত্রযোগঃ।

কর্কিন্যর্কে ভৃগৌ সিংহে সূর্য্যপুত্রে চ তৌলিনি।

মেষে বাত্রিপতৌ জাতং নির্ব্বীর্য্যমাদিশেন্নরম্ ॥ ২১ ॥

পোকপা মতমদা কর্কট রাশিদা রবি, সিংহরাশিদা শুক্র, তুলারাশিদা শনি, মেষরাশিদা চন্দ্র লৈবরদি মী অদু বীর্য্যহীন (হকচাং মযোন শোনবা) ওই ॥ ২১ ॥

পত্নীযোগঃ।

ষষ্ঠে চ ভবনে ভৌমঃ সপ্তমে সিংহিকাসুতঃ।

অষ্টমে চ যদা সৌরির্ভার্য্যা তস্যা বিনশ্যতি ॥ ২২ ॥

পোকপা মতমদা লগ্নদগী তরুকশুবদা মঙ্গল, তরেৎশুবদা রাহু অমসুং নিপানশুবদা শনি লৈববা মহাক অদুগী নুপী অমাং-অতা থোকহল্লী ॥ ২২ ॥

পুত্রহাযোগঃ।

ভবনে পঞ্চমস্থানে চতুর্থে চ যদা গ্রহাঃ।

আদৌ জাতশ্চ নশ্যেত্তু পশ্চাজ্জাতশ্চ নশ্যতি।

বিবাহিতায়ামন্যস্যামেকপুত্রোভবেত্তদা।

বিখ্যাতো ভুবনে ভোগী সুদীর্ঘায়ুর্ম্মহীপতিঃ ॥ ২৩ ॥

লগ্নদগী ৫ শুবা নত্রগা ৪ শুবদা মশাগী মযুম ওইবা গ্রহনা লৈবুনা মহাক্কী মপোক ওইবা মীদুগী অহানবা পোকপা মচা অমসুং থংনবা মচা পুন্সিদে, অদুম ওইনমক্ অতোপ্পা নুপী অমা লৌরগা মচা অমা ফংগনি, মচা অদু চাবা থকপা ব্রাংলোয় মালেম্মা শকখংবা পুন্সি শাংবা অমসুং লৈবাক্কী মপু ওইগনি ॥ ২৩ ॥

সুপুত্রযোগঃ।

পুণ্যক্ষেত্রগতে জীবে শুভগ্রহ বিলোকিতে।

জায়তে পুত্রং সদ্বিদ্যো নৃপতে পরমপ্রিয়ঃ ।। ২৪ ।।

পোকপা মতমদা বৃহস্পতিনা শুভগ্রহগী ক্ষেত্রদা লৈবা, অমদি শুভগ্রহনা য়েংবা থোক্লবা মহাক্লা পোকপা মচানিপাদুহেন্দোক থোইদোক্লা বিদ্বান্ (পণ্ডিত) ওইবা অমসুং নিংথৌ অঙস্বনা চানবা ওইবা থোকই ।। ২৪ ।।

চতুশ্চক্রযোগঃ।

হরৌ স্ত্রিয়মলৌ চাপে ঘটে মীনে বৃষে নরে।

স্থিতে গ্রহগণে লগ্নে চতুশ্চক্রো হি যোগতঃ ।। ২৫ ।।

জন্ম কালদা সিংহ, কন্যা, বৃশ্চিক, ধনু, কুম্ভ, মীন, বৃষ অমসুং মিথুন রাশিশিংসিদা লগ্ননটিংবা গ্রহশিংনা লৈববু চতুশ্চক্রযোগ কৌই ।। ২৫ ।।

চতুশ্চক্রযোগঃ ফলম্।

চতুশ্চক্রে তু যো জাতো ভূপালগণসেবিতাঃ।

ভুনক্তি জগতীং সর্ব্বাং সাগরাম্বরভূষিতাম্ ।। ২৬ ।।

মী মহাক্তুনা চতুশ্চক্রযোগদা পোক্লবদি নিংথৌশিংগী মবক্তা অথোইবা ইকায়খুম্নবা পৃথিবীদা নুংঙাইবা ফংবা ওই ।। ২৬ ।।

কণকদণ্ডযোগঃ।

মীনে মেষে বৃষে চৈব তুলায়াং গ্রহসংস্থিতে।

কণকদণ্ডযোগোঽয়ং দেবানামপি দুর্ল্লভঃ ।। ২৭ ।।

মীন, মেষ, বৃষ অমসুং তুলা রাশিশিংসিদা গ্রহপৃম্বানা লৈরবা কণকদণ্ডযোগ কৌই, লাইয়ামপৃম্বনসু ফংঙমদবনি ।। ২৭ ।।

কণকদণ্ডযোগঃ ফলম্।

দণ্ডে প্রসূতো বহুপুণ্যভাগী একাতপত্রী ভবতি ক্ষিতীশঃ।

তেজোময়ঃ সিংহপরাক্রমী চ সংসেব্যমানো নৃপপাত্রবৃন্দৈঃ ।। ২৮।।

কণকদণ্ডযোগদা পোকপা মীদু থোইদোক্লা মরাইবকফবা মতিক মঙাল লৈবা তোমথিল ঙানবা নিংথৌনি; মপাঙ্গল মথৌনদা নোংশাগুম্মী অমসুং লৈবাক নিংথৌ কয়ানা ইরাৎ থৌগলনবা ওই॥ ২৮॥

রাজহংসযোগঃ।

ঘটে মেষে নরে চাপে তুলায়াং সিংহগে গ্রহে।
রাজহংসো ভবেদ্‌যোগো রাজ্যসৌখ্যপ্রদঃ সদা॥ ২৯॥

কুম্ভদা, মেষদা, মিথুনদা, ধনুদা, তুলাদা অমসুং সিংহদা গ্রহনা লৈরবা রাজহংসযোগ কৌই। যোগ অসিদা পোকপা মীদুনা লৈবাক নিংথৌ ওইবা অমসুং নুংঙাই য়াইফবা ওই॥ ২৯॥

ধ্বজযোগঃ।

মেষে বৃষে ঝষে চাপে স্থিতে গ্রহচতুষ্টয়ে।
সর্ব্বেষন্যেষু কন্যায়াং ধ্বজো রাজ্যপ্রদো মতঃ॥ ৩০॥

মেষ, বৃষ, মীন অমসুং ধনু হায়রিবা রাশি মরি অসিদা গ্রহ অমমম্ লৈবা, লেমহৌরিবা গ্রহশিংনা কন্যাবাশিদা লৈববু ধ্বজযোগ কৌই। যোগ অসিদা পোকপা মী অদু নিংথৌ ওই॥ ৩০॥

চতুঃ সাগরযোগঃ

তুলামকরমেষেঽজে গ্রহে লগ্নেঽথ বা ক্বচিৎ।
সিংহাসনাচ্চডমরোর্দ্দণ্ডাচ্চৈব ধ্বজাদপি
চতুঃ সাগর যোগোঽয়ং ছিন্নপুচ্ছাদ্বিশিষ্যতে॥ ৩১॥

তুলাদা, মকরদা, মেষদা অমসুং কর্কটতা লগ্ন অমদি গ্রহশিংনা লৈরবা। সিংহাসন, ডমরু, দণ্ড, ধ্বজ অমসুং ছিন্নপুচ্ছ যোগ ওইবদগী চতুঃ সাগরযোগনা ফল হেল্লী॥ ৩১॥

চতুঃ সাগর ফলম্।

চতুঃ সিন্ধৌ নরো জাতো বহুরত্নবিভূষিতঃ।
গজবাজিনরৈঃ পূর্ণো নৃপতের্নৃপতির্ভবেৎ॥ ৩২॥

চতুঃসাগরযোগ ওইবদা পোকপা মহাক অদু মণি রত্ননা লৈতেংবা শগোল শামু মনাই মশননা থনবা অমদি নিংথৌগী নিংথৌ ওইবা ফংই ।। ৩২ ।।

ষট্ শূণ্যযোগঃ ।

ষট্ শূণ্যে নৃপতির্গবামধিপতির্যানাম্বনাথোভবেৎ ।
ধর্ম্মাংশে নিপুণঃ পরস্ববিমুখঃ পার্থঃ সুসম্ভাষকঃ ।
ধন্যো ধাণ্যধনাদিভিঃ কুলপতিঃ শাস্ত্রার্থযুক্তমানবঃ
লোকানাং প্রতি পালকঃ কৃ তি বিদো মানী চ মাণ্যো গুণী ।। ৩৩ ।।

পোকপা মতমদা মেষনচিংবা রাশি ১২ গী মনুংদা রাশি ৬ তা গ্রহ পূম্বনা লৈবা, রাশি ৬ তনা গ্রহ অমত্তা লৈতববু (শূণ্য ওইববু) ষট্শূণ্যযোগ কৌই। ষট্শূণ্যযোগদা পোকপনা নিংথৌ ওই, মীওইবগী লুচিংবা ওই, ষণ অমসুং শগোলগী মপু, ধর্ম্মলম্বী খংবা, মীগী মরল পামদবা, লৈবাক মালেমগী মপু, অচুম্বা ঙাংবা, লন-থুম্মা মরাং কায়বা, শাগৈগী মপি মপা অথোইবা ওইবা, শাস্ত্র খংবা, মীওইবগী ফনবা তৌবা, পণ্ডিতশিংগী অথোইবা, মীনা থাজবা অমসুং গুণখিবিক্লা লৈতেংবা ওই ।। ৩৩ ।।

গঙ্গামৃত্যুযোগঃ ।

নিধননিধননাথো জন্মপঃ কর্ম্মপো বা স্বয়মুপচিতবিত্তো-
ধর্ম্মবাদপ্রসক্তঃ ।
চরমসময়ে মর্ত্ত্যো রামনাম প্রজল্পন্ হরি হরি স্মরমাণো-
জাহ্নবীং স প্রয়াতি ।। ৩৪ ।।

জন্ম লগ্নদগী ৮ শুবা মফমদা রাশি অদুগী অধিপতিনা লৈরবা নত্রগা লগ্নপতিনা লৈবা নত্রগা লগ্নদগী তরাশুবা রাশিগী মপুনা লৈরবা মী অদু মশানা হোৎনজবা অমদি মবুদ্ধিনা মরম ওইদুনা লন-থুম অমদি ধর্ম্ম খংবা ওই, পুন্সি মমৈদা কনাগী মতেং লৌদনা রাম রাম হরি হরি শোন্দুনা গঙ্গাগী ঈশিংদা প্রাণ থাই ।। ৩৪ ।।

**তস্মিন্ স্থানে যদা রাহোরবস্থানং তদা পথি।**

**বর্ত্ততে মৃত্যুরাবশ্যং শরীরং জাহ্নবীজলে।। ৩৫ ।।**

মথক্তা পনখ্রিবা লগ্নদগী ৮ শুবা মফমদা ৮ শুবা রাশি মপু, লগ্নপতি, কর্ম্মপতি অদুনা রাহু গ্রহ্ ওইবা থোক্লবদি লম্বীদা শিগনি অদুগা হকচাং নত্রগা শরূ অদু গঙ্গাদা হুনথদুনা গঙ্গা ফংগনি ।। ৩৫ ।।

তীর্থমৃত্যুযোগঃ।

**চরে যদি স্যান্নিধনস্য ভবস্তস্যাধিপঃ পশ্যতি চেদ্বিলগ্নম্।**

**স্বাধীশযুক্তো নিধনে চ বা চেজ্জ্ঞানেন তীর্থে মরণং তদাস্যাৎ ।। ৩৬।।**

পোকপা মতমদা জন্ম লগ্নদগী ৮ শুবা মফমনা চররাশি ওইরবা অমদি হায়রিবা মফমদুগী মপু গ্রহনা লগ্নদা য়েংলবা নত্রগা ৮শুবা মফম অদুদা রাশি মশাগী মপুনা লৈরবা মপোক ওইবদো অচুম্বা বুদ্ধিনা মাংওইনদুনা তীর্থদা পুন্সি লোমগনি ।। ৩৬ ।।

*রাজমন্ত্রী নরপতিদাস জড়যোগঃ।*

ত্রিভিঃ স্বক্ষেত্রৈর্ভবেন্মন্ত্রী ত্রিভরুচ্চৈর্নরাধিপঃ।

ত্রিভির্নীচং গতে দাসস্ত্রিভিরস্তং গতেজড়ঃ ।। ৩৭ ।।

পোকপা মতমদা স্বক্ষেত্রদা গ্রহ অহুম লৈবা রাজমন্ত্রী, তুঙ্গদা গ্রহ অহুম লৈবা নিংথৌ, নীচদা গ্রহ অহুম লৈবা মিনাই অমসুং অস্ত ওইবা গ্রহ অহুম য়াওবা অপঙ্বা ওই ।। ৩৭ ।।

সন্ন্যাসযোগঃ।

**চতুরাদিভিরেকস্থৈঃ প্রব্রজ্যাং স্বাংগ্রহঃ করোতিবলী।**

**বহুবীর্য্যৈস্তাবহ্ব্যঃ প্রথমা বীর্য্যাধিকস্যেব ।।৩৮।।**

গ্রহ মরিনচিংবনা রাশি অমদা লৈরবা হায়বদি গ্রহ ৪/৫/৬ নত্রগা ৭ রাশি অমদা পুন্ন লৈবা। মদুদা গ্রহ অহুম বলবান ওইবা মহাক অদু মশানা লন্বোইবা ওই।

অয়াম্বা গ্রহনা বলবান ওইরবদি য়াম্না থুনা লম্বোইবা ওই। মদুম্না গ্রহশিং অদুনা থোইনা কল্লীবা মখে মশানা অদুক্কিমখে লম্বোইবা ওইশিল্লী। গ্রহশিংগী মনুংদা অমগা অমগা বলবান ওইনবনা লম্বোইবা থোকহল্লী॥ ৩৮॥

তাপস বৃদ্ধ শ্রাবক রক্তপটা জীবি ভিক্ষু চরকাণাং।
নির্গ্রন্থানাং চার্কাৎ পরাজিতৈঃ প্রচ্যুতির্বলিভিঃ॥ ৩৯॥

রবিগ্রহনা তাপস লম্বোইবা ওই, চন্দ্রনা বৌদ্ধধর্ম্মাবলম্বন লম্বোইবা ওই, মঙ্গলগ্রহনা শ্রাবক সংজ্ঞক লম্বোইবা ওই, বুধনা একদণ্ডী লম্বোইবা ওই, বৃহস্পতিগ্রহনা যতী লম্বোইবা ওই, শুক্রনা চার্ব্বক লম্বোইবা অমসুং শনিনা ক্ষপণক ব্রতী লম্বোইবা ওই॥ ৩৯॥

তপস্বীযোগঃ।

সূর্যেন্দুশুক্রার্যমহীসুতেষু সূর্যেন্দু সোমাত্মজভূমিজেষু।
একাস্থিতেষু প্রভবেত্তপস্বী ভাগ্বারমন্দজ্ঞসিতেষু চৈব॥ ৪০॥

মতম অদুদা জন্ম কুণ্ডলীদা সূর্য্য, চন্দ্র, মঙ্গল, গুরু, শুক্র নত্রগা সূর্য্য, চন্দ্র, বুধ মঙ্গল মদু নত্রগা সূর্য্য, মঙ্গল, শনি, বুধ, শুক্রনা রাশি অমদা পূম্না লৈরবা মপোক্তো তপস্বী ওই॥ ৪০॥

প্রব্রজ্যাভঙ্গ যোগঃ।

প্রব্রজ্যেশেদিনকরগতে মুক্তিমন্তোঽতিশক্তাঃ
প্রব্রজ্যায়াঃ সুবলসহিতৈঃ স্বৈর্যমাভূর্গ্রহৈন্দ্রৈঃ।
সম্পূর্ণানাং বশমনুগতৈঃ প্রচ্যুতৈস্তৈর্বহস্তে
বীর্যোপিতৈর্ভবতি বহুভিঃ সদ্‌বলস্যানুপূর্ব্যাৎ॥ ৪১॥

পোকপা মতমদা লম্বোইবগী মপু সূর্য্যগ্রহগা লোয়নদুনা লম্বোইবা মপোক ওইরবদসু লম্বোইদবা অমসুং লম্বোইবা ওই। মদুদি লম্বোইবগী গ্রহনা কল্লগা লম্বোইবা ওই, লম্বোইবগী গ্রহদগী অতে অয়াম্বা গ্রহনা কন্দুনা লম্বোইবা

তোকই। লম্বোইবগী গ্রহনা মপাঙ্গল কল্লবতদা লম্বোই, মপাঙ্গল শোল্লবদি পোইদে ।।৪১।।

নষ্টনেত্র যোগঃ ।।

কুজে ধনেশে নিধনে রবীন্দ্রোঃ শক্রব্যয়স্থানগতেঽর্কজেঽন্ধঃ।
রন্ধ্রাবসানারিগতে শশাঙ্কে শনৌ সভৌমে যদি নষ্টনেত্রঃ ।।৪২।।

পোকপা মতমদা লগ্নদগী অনিশুবগী মপু মঙ্গল, সূর্য্য অমসুং চন্দ্রনা ৮শুবদা লৈরবা অমসুং শনিনা ৬শুবা, ১২শুবদা লৈরবা মপোক্তু মমিৎ তাংই। অমনা পোকপা মতমদা ৮ শুবা ১২ শুবা, ৬ শুবদা শনি, মঙ্গল পূন্না লৈরবদসু মমিৎ তাংবা ওই।। ৪২ ।।

নেত্রবিকার যোগঃ।

ব্যয়ে রবীন্দূ যুগপৎ পৃথক্স্থৌ নেত্রে হরেতামপসব্যসব্যে।
ষট্ছিদ্রগাশ্চাক্ষি হরন্তি পাপাঃ সব্যং রিপৌ দক্ষিণমষ্টমস্থাঃ ।। ৪৩ ।।

পোকপা মতমদা সূর্য্য অমসুং চন্দ্রনা ১২শুবদা লৈরগা মিৎ অনিমক তাংই। সূর্য্যতনা লৈরগা য়েৎথংবা মিৎ তাংই, চন্দ্রনা লৈরগা ওইথংবা মিৎ তাংই। পাপ গ্রহ (মঙ্গল, শনি, রাহু, কেতু, সূর্য্য) না ৬ শুবদা, ৮ শুবদা লৈরগা মিৎ পুমঅং তাংই। ৬ শুবদা পাপ গ্রহনা লৈরগা ওইদা তাংই, ৮শুবদা পাপ গ্রহনা লৈরগা য়েৎতা তাংই ।।৪৩ ।।

ধর্ম্মহীন যোগঃ।

ধর্ম্ম পাপে পাপভাক্ স্যাৎ তদীশে পাপ সংযুতে।
ক্রূরষষ্ঠ্যাংশকে বাঽপি ধর্ম্মহীনো ভবেন্নরঃ ।। ৪৪ ।।

লগ্নদগী ৯শুবদা পাপগ্রহনা লৈরবা পাপী ওই। ৯শুবগী মপুনা পাপগ্রহগা লৈমিন্নরবা নত্রগা ক্রূর রাশিগী ৬ শুবা অংশদা লৈরবা ধর্ম্ম য়াওদবা ওই।। ৪৪ ।।

কুলধ্বংসকাদি যোগঃ।

পুত্রস্থে মদনাধিপে বিতনযো জয়াবিহীনোঽথবা
পুত্রাদষ্টমশক্ররিষফগৃহগাঃ পাপাঃ কুলধ্বংসকাঃ।
রাহৌ নন্দনরাশিগে তদধিপে দুঃস্থানগে পুত্রহা
পুত্রস্থে তনুপে তনৌ সুতপতৌ গৃহ্নাতি দাত্তাত্মজম্।। ৪৫।।

লগ্নদগী ৭ শুবগী মপুনা ৫শুবদা লৈবা মচা লৈতে। লগ্নদগী ৫ শুবদা নত্রগা ৮ শুবদা নত্রগা ৬ শুবদা নত্রগা ১২ শুবদা পাপগ্রহনা লৈরবা শাগে মাংই, অমসুং মচা ধারা লৈতে। রাহুনা ৫ শুবদা লৈবা, ৫শুবগী মপুনা নাশস্থানদা লৈরবা মচা লৈতে। লগ্নগী মপুনা ৫ শুবা মফমদা লৈবা নত্রগা ৫শুবগী মপুনা লগ্নদা লৈবা দত্তক পুত্র (অঙাং অয়োকপা) লৈ।। ৪৫।।

মূকরোগ-যোগঃ।

বাগ্ ভাবেশে গুরুযুতে নাশস্থে মূক জামিয়াৎ।
কর্কালান্ত্যগতৈঃ পাপৈর্ভান্তস্থৈশ্চ বৃষে বিধৌ।
মূকঃ পাপেক্ষিতে সদ্ভির্দৃষ্টৈগীঃ স্যাচ্চিরেণ তু।। ৪৬।।

মূক যোগ হায়রি :- জন্ম লগ্নদগী অনিশুবা রাশিগী মপুনা ৮শুবা রাশিদা বৃহস্পতিগা লোয়ননা লৈমিননবা মপোক্তু মরোল থোক্তে। অমনা পোকপা মতমদা কর্কট, বৃশ্চিক, মীন রাশিগী মাপলশুবা নবাংশদা পাপ গ্রহনা লৈরবা অমা, অমদি বৃষরাশিদা চন্দ্রগ্রহ লৈবা, পাপ গ্রহনা দৃষ্টি তৌরবদসু মরোল থোক্তে। হায়রিবা চন্দ্র গ্রহ অদুদা শুভগ্রহনা দৃষ্টি তৌরবদি মতম থেংনা (চহী মঙাগী মতুংদা) মরোল থোক্কনি।। ৪৬।।

কর্ণচ্ছেদ যোগঃ।

কর্ণস্য বিচ্ছেদনমাহুরার্য্যাঃ সৌর সভৌমে ধনপে বিলগ্নে।
পিত্রাদিকানাং ফলমেবমুহ্যং তৎস্থাননাথ-গ্রহকারকেভ্যঃ।। ৪৭।।

কর্ণচ্ছেদ যোগ হায়রি :— শনি অমসুং মঙ্গলগা তিন্নবা ধনপতি গ্রহনা লগ্নদা লৈরবা মনা পংই। হায়রিবা ধনপতি গ্রহ অসি মপানচিংবগী কারক গ্রহ নত্রগা মপানচিংবগী ভাব গ্রহপতিগা লৈমিন্নববদি মপানচিংবগী মনা পংবা ওই॥ ৪৭ ॥

মাতৃশক্রতা যোগঃ।

শক্রশ্চেল্লগ্নপাথস্য মাতৃ-লাভাধিপৌ যদি।
পাপেক্ষিতে পাপযুত তচ্ছক্রত্বং বিনির্দ্দিশেৎ॥ ৪৮॥
লগ্নেশান্নাশ-রাশিস্থে মাতৃস্থানধিপে যদি।
তথৈব লগ্ন ভাবাত্বা তচ্ছক্রত্বং বিনির্দ্দিশেৎ॥
তূর্য্যস্থিতঃ পাপ-নভশ্চরশ্চেৎ সৌখ্যং ন শীতদ্যুতিনা প্রদৃষ্টঃ॥ ৪৯॥

মাতৃশক্রতা যোগ হায়রি :— ৪ শুবগী মপুগা অমসুং ১১ শুবগী মপুগা লগ্নগী মপুগা শক্রগ্রহ ওইরবা পাপগ্রহনা য়েংলবা নত্রগা পাপগ্রহগা লৈমীন্নরবা মমাগা নুংশিনদে॥ ৪৮॥

মরিশুবগী মপু, লগ্নগীমপু অমনা লগ্নদগী ৮শুবদা লৈরবা মমাগা নুংশিনদে। চন্দ্রদা দৃষ্টি তৌবা পাপগ্রহনা ৪শুবা মফমদা লৈরবা মমাগী নুংঙাইবা ফংদে॥ ৪৯॥

পিতৃশক্র পুত্র যোগঃ।

পিতৃ ষষ্ঠাষ্টমে জাতঃ পিতৃ-শত্রুর্ভবিষ্যতি।
তদ্ভাবপে বিলগ্নস্থে পিতৃ-শ্রেষ্ঠো ভবেৎ সুতঃ॥ ৫০॥
লগ্ন-পুত্রেশ্বরাভ্যন্তু মিত্রত্বেনৈব মিত্রতা।
শক্রত্বে শাত্রবং প্রোক্তং সমত্বে সমতাভবেৎ॥ ৫১॥

মপাগী জন্ম লগ্নদগী ৬শুবা নত্রগা ৮শুবা মফমদা জন্ম লগ্ন ওইরবা মচা অদু মপাগা য়েংথিনৈ। ১০ শুবগী মপুনা লগ্নদা লৈবা মপোক্পা মপাগা য়েংনবদাহেন্দোক থোইদোকই॥ ৫০॥

লগ্নমপু অমসুং মণ্ডাশুবগী মপুগা গ্রহ মশেন মিত্র ওইরগা মপা মচা তোরোৎ খাদানৈ, শত্রুওইরগা মাই চানদে, সম ওইরগা মহৌশা ওই, কায়নবা লৈতে॥ ৫১ ॥

**রিষ্ট শান্তি যোগঃ।**

**একোঽপি কেন্দ্রভবনে নবপঞ্চমে বা,**
**ভাস্বন্ময়ূখবিমলীকৃত দিগ্বিভাগঃ।**
**নিঃ শেষদোষমপহৃত্য শুভং প্রসূতং,**
**দির্ঘায়ুষং বিগতরোগভয়ং করোতি॥ ৫২ ॥**

রিষ্টি ভংগ হায়রি :— দোষ য়াওদ্রবা শুভ গ্রহনা কেন্দ্রদা (জন্মলগ্ন, লগ্নদগী ৪, ৭, ১০শুবা) অমদি ৫ শুবা ৯শুবা মফমদা গ্রহ অমতং ওইববসু লৈরবা মদুগ্না মপোক ওইরবা অঙাংগী বিষ্টি পুম্না (ফত্তবা পুম্না) লৈতে, পুন্সি নুংশাংই অমদি অনা-অয়েক, অকিবনাচিংবা লৈতবা ওই। কনাগুম্বানা হায় বৃহস্পতিনা লৈরবতদা ফল অসি ফংই, অদুবু হায়রিবা ৱাফম অসি যুক্তি সংগত ওইদে। দোষ লৈতবা শুভগ্রহ অমনা লৈরবদা ফল অদু ফংই অসুম্না দীপিকাদা ফোংদোক্রী॥ ৫২ ॥

*** ইতি যোগাধ্যায়ঃ ***

# দেশাচারাধ্যায়ঃ

*দিনাসম্বন্ধ দিক্‌মৃত্যু চ কথনম্।*

**ঈশানোত্তরপশ্চিমং বায়ব্যঞ্চ বিভাগশঃ।**

**মাসক্রমেণ চৈত্রাদি প্রাপ্তমাসাদি মৃত্যুদিক্॥ ১॥**

**দিক্ মৃত্যুচেৎ যথাক্রমং গ্লাবিনৌ জ্ঞসিতৌ কুজম্।**

**গুরু শনীচ বারাণাং দিনাসম্বন্ধরেবহি॥ ২॥**

দিনাসম্বন্ধ (তংনবা নুমিৎ) দিক্‌মৃত্যু (থাশি মাইকৈ) হায়রি। চীঙ্খে, অঙ্গাং, নোংচুপ অমসুং সম্বোংবু চৈত্র (শজিবু) নচিংবা থানা য়েম্বোকউ অথুংবা থাগী মাইকৈদু থা-থা অদুগী দিক্‌মৃত্যু (থাশি মাইকৈ) নি॥ ১॥

থাশি মাইকৈ মতুংইন্না নোংমাইজিং নিংথৌকাবা, য়ুমশকৈশ ইরাই, লৈবাকপোকপা অমসুং শগোলশেল থাংজ নুমিৎশিং অসি দিনাসম্বন্ধ (তংনবা নুমিৎ) নি॥ ২॥

খুদম :— শজিবু, থৱান, পোইনু-চীঙ্খে থাশি মাইকৈ, নোংমাইজিং নিংথৌকাবা তংনবা। কালেন, লাংবন, ৱাকচিং-অঙ্গাং থাশি মাইকৈ, য়ুমশকৈশ ইবাই তংনবা॥ ইঙা, মেরা, ফাইরেল- নোংচুপ থাশি মাইকৈ, লৈবাকপোকপা তংনবা। ইঙেল, হিয়াঙ্গৈ, লমতা- কৌব্রু থাশি মাইকৈ, শগোলশেল থাংজ তংনবা॥

**যথা ফলম্।**

**দিনাম্বন্ধদিক্ মৃত্যোঃ যাত্রা-পশ্বাদিবাহয়োঃ।**

**বর্জয়েৎ নতু মাঙ্গল্য-সর্ব্বকার্যেষু চিন্তয়েৎ॥ ৩॥**

তংনবা, থাশি মাইকেগী ফল হায়রি :— থাশি মাইকৈ থোকপা মাইকৈ, তংনবা নুমিৎ থোকপা নুমিৎতা যাত্রা (খোংশানবা) শা-ষণনচিংবা পুবা তৌবোইদৌবনি। চাওখৎপা যাইফবগী তৌবা থবক থৌরমশিংদি থোইনা চিংননিঙাই ওইদে॥ ৩॥

## "দিক্ মৃত্যুদিনাসম্বন্ধ চ চক্রম্"।

পূর্ব্ব (নোংপোক)

(১)

(২)

(৪)

(৩)

### (১) ঈশান (চীথে)

দিক্মৃত্যু :— চৈত্র, শ্রাবণ, অগ্রহায়ণ,।
থাশিমাইকে :— শজিবু, থবান, পোইনু।
দিনাসম্বন্ধ :— সোমবাব, ববিবাব
তংনবা :— নিংথৌকাবা, নোংমাইজিং।

### (২) উত্তর ( অবাং)

দিক্ মৃত্যু :— বৈশাখ, ভাদ্র, পৌষ।
থাশিমাইকে:— কালেন, লাংবন, বাকচিং।
দিনাসম্বন্ধ:— বুধবাব, শুক্রবাব।
তংনবা :— য়ুমশকৈশ, ইবাই।

### (৪) বায়ব্য (কৌক্র)

দিক্মৃত্যু :— আষাঢ়, কার্ত্তিক, ফাল্গুণ
থাশিমাইকে :— ইঙেল, হিয়াঙ্গৈ, লমতা
দিনাসম্বন্ধ :— গুরুবাব, শনিবাব।
তংনবা :— শগোলশেল, থাংজ।

### (৩) পশ্চিম (নোংচুপ)

দিক্ মৃত্যু :— জ্যৈষ্ঠ, আশ্বিন, মাঘ।
থাশিমাইকে :— ইঙা, মেবা, ফাইবেল।
দিনাসম্বন্ধ :— মঙ্গলবাব।
তংনবা :— লৈবাকপোকপা।

## বর্ষবাহন চক্রম্।

**গজোমার্জার এবৈষ চিল্লির্ব্যাঘ্রো মৃগেন্দ্রকঃ।**
**মূষিক উরগো ষণ্ঢঃ দক্ষিণেন ব্যবস্থিতাঃ ॥ ৪ ॥**

শামু, তোকপা হৌদোং, কক্য়েন, কৈ, নোংশা, উচি, লিন অমসুং ষণ অসুম্না য়েংলোয়ননা চক্র ওইনা থমগনি ॥ ৪ ॥

"বর্ষবাহন চক্রম্"




পুংস্ত্রিয়ো বাম দক্ষিণ ব্যাঘ্রষণ্ডস্তথাক্রমাৎ।
যাবৎ সংখ্যং বয়স্তাবদেকশো গণয়েৎ সুধীঃ ॥ ৫ ॥
তস্মিন্ স্থানে স্থিতোজন্তুবাহনং তৎপ্রচক্ষ্যতে।
মৃত্যুদিগ্ রিপুদিগ্ জ্ঞেয়া সদা শিবাজ্ঞয়া বুধৈঃ ॥ ৬ ॥

মী মী অদুগী মতম মতম অদুগী চহীগী মতুংইন্না নিপানা কৈদগী হৌদুনা ওই-ওইননা, নুপীগীনা ষণদগীহৌদুনা য়েৎওইননা মাগী মাগী চহী মশিং ফাওবা থিগনি মদুদা তাবা মফম অদু মহাক মহাক্কী ফমনি। ফম্না লৈবা মফমদগী মাংওইননা শগোল খোংচৎতা তাবা মফমবু মৃত্যু মাইকৈনি, মৃত্যু মাইকৈগী মমাং হেক্ থংবা মাইকৈনা য়েক্লবা মাইকৈ ওই ; অসুম্না দেশাচার মণিপুরীয় জ্যোতিষ পণ্ডিতশিংনা শংনম্লে ॥ ৫-৬ ॥

" খুনিংথেক্তা কাখল মরি চৎপবু শগোল খোংচৎ কৌই "।

"বর্ষবাহনাদি বোধ চক্রম্"




**বায়ুপূর্ব্বাগ্নি নৈর্ঋতীশানপ্রত্যগূদক্ষুহি।**
**দক্ষিণে চ যথা বর্ষঃ কালমৃত্যুঃ তথা ক্রমম্।। ৭ ।।**

কৌব্রু, নোংপোক, মৈবম, সম্বোং, চিঙ্খে, নোংচুপ, অৱাং অমসুং মখা মাইকৈশিং অসিদা মথং-মনাও কায়দনা মী অদুগী চহী তাবা মাইকৈ অদু মী মহাক অদুগী কালমৃত্যু মাইকৈনি।। ৭ ।।

**অথ বাহন ফলম্।**

**গজঃ সর্ব্বত্রসৌখ্যদো মাঙ্গল্যকর্ম্ম সাধকঃ।**
**পাপবর্ষে চিরোরোগী দশাচ্ছিদ্রে মৃতিভবেৎ।। ৮ ।।**

শামুদা ফম্বা চহীদি নুংঙাই য়াইফবা, থবক-থানা পাংবা পী। অদুবু ত্রিপাপ বর্ষঃ ওইরদি য়াম্না কুইনা নাগল্লী অমসুং অষ্টোওরী দশানা চহীদুদা গ্রহগী দশা অমা হোংদ্রবা থোক্লবদি কুমদুদা পুন্সি লোম্বা ওই।। ৮ ।।

মার্জ্জারস্তু গৃহ কর্ম্ম সাধকোঽপ্যপমানিতঃ।
মার্জ্জার বাহনে বর্ষে লুব্ধো গৃধ্নুর্ভবেন্নরঃ ॥ ৯ ॥

তোকপা হৌদোং ফম্বা কুমদি ময়ুমগী ওইজবা কান্নবা হোৎনগল্লী, ইকাযবা কোঙ্গাই নংই। অচা অথক মীতাগল্লী, মীবু লাকথু তুহৎতুনা খৎনচৈনবা পামগল্লি ॥ ৯ ॥

চিল্লিবর্ষে নুসন্ধিৎসুর্নিজ কর্ম্মপ্রসাধকঃ।
পাপবর্ষে ভবেৎসঙ্কং ভ্রমণঞ্চ সদাভবেৎ ॥ ১০ ॥

কক্‌য়েন ফম্বা কুমদি থি-হুম্বা কল্লি, ওইজনবতা হোৎনৈ, লম-তু চৎকল্লি অমসুং ত্রিপাপ দশা ওইবা থোক্লবদি অফা-অপুন নংগল্লি ॥ ১০ ॥

ব্যাঘ্রোব্যাঘ্রনিভাভীতিঃ শত্রুনাশ্চ সদাজয়ী।
গৃহারম্ভে ভবেদ্ ঘাতি শিবদিগ্ গমনে জয়ম্ ॥ ১১ ॥

কৈদা ফম্বা কুমদি কৈগুম্মী, মীনা কিনৈ, য়েক্লবা ঙম্মী, ময়ুম শারবদি য়ুম ওইদে অমসুং চীংখ্রে মাইকৈদা চৎপদা মাইপাকই ॥ ১১ ॥

সর্ব্বত্র বিজয়ীসিংহে গাম্ভীর্য্যগুণভাগ্ ভবেৎ।
গৃহারম্ভে ভবেদ্ধানিঃ লাভংস্যাৎ পূর্ব্বদিগ্‌গমে ॥ ১২ ॥

নোংশাদা ফম্বা কুমদি কুমচুপ্পা মাইপাকই, চীং-লেমই, য়ুমশাবদি ফত্তে, অমাং অতা থোকই অমসুং নোংপোক মাইকৈ চৎপা ওইজ ওইথক ফংই ॥ ১২ ॥

মুষিকোধনলাভংস্যাৎ রিপূনাং কার্য্য নাশকম্।
গৃহকার্য্যে সদাব্যস্তংবহ্নিদিগ্ গমনে ভয়ম্ ॥ ১৩ ॥

উচিদা ফম্বা কুমদি লন-শেল ফংই, য়েক্লবনা থবক থৌরম কায়হল্লী। ইমুং মনুংগী থবক-থৌরমদা পুক্লিং চংই অমসুং মৈরম মাইকৈ চৎপা অকি-অখং নংই ॥ ১৩ ॥

সর্পোণীরোগহেতুশ্চ রুগ্নস্যামৃত্যুদা ভবেৎ।
গৃহারম্ভোবিনাশায় যমদিগ্ গমনে ভয়ম্ ॥ ১৪ ॥

লিনদা ফল্বা কুমদি অনা-অযেক লৈতে, নাববসু শিদে। য়ুম শাবদি মাং-তাক্লবা ওই অমদি মখা মাইকৈদা চৎলবদি অকি-অখং নংবা পী।। ১৪।।

**বৃষভে সর্ব্বপুণ্যান কার্য্যানঞ্চ প্রসাধনম্।**

**গৃহারম্ভে সুখায়স্যাৎ ধনলাভংদিনেন্দিনে।। ১৫।।**

ষণদা ফল্বা কুমদি পুণ্যগী থবক পাংথোকপা, তৌক-তৌকবা কান্নবা, য়ুম শাববদি নুংঙাইবা ফংই অমসুং কুমচুপ্পা লন চংবা পী।। ১৫।।

মৃত্ব্যাদি ফলম্

**মৃত্যুবিপুদিশো বৈদ্যো যমতুল্যোভবেৎসদা।**

**গন্তুর্মহাভয়ং নাশং মৃত্যুর্বাপিন সংশয়ম্।। ১৬।।**

মৃত্যু অমসুং যেক্লবা মাইকৈদগী কৌকবা মাইবা, ডাক্তব অনাবা পাংবা ওইদে, হাযবিবা মাইকৈ অনি অসিদা থবক থানাগী খোংশানবা থোক্লবসু অমাংবা থোকই, লাইবক থিনিংঙাই ওইবা থোকই।। ১৬।।

তত্রাপাবদঃ।

**মার্জার চিল্লি শার্দূল সিংহস্থানং ক্রমাৎগমে।**

**মূষিক সর্পগোহস্তি দিশজয়াবহং ভবেৎ।**

**বিপরিতং মহাঘোবং মৃত্যুর্বাপি নসংশয়ঃ।। ১৭।।**

তোকপা, কক্যেন, কৈ, নোংশাদা ফল্বাগী যেক্লবা মাইকৈ (কৌক্র, অৱাং, চীঙ্খে, নোংপোক) চৎপদি যাই। অদুগা উচি, লিন, ষণ, শামুগী যেক্লবা মাইকৈদা চৎপা তাববদি অচৌবা অকিবা থৌদোক থোক্পা অমসুং শিবা যাবা দশা তাবা ওই।।১৭।।

*অথ প্রসঙ্গাৎ কালমৃত্যুমুখফল কথনম্।*

**সূর্য্যঃ শুক্রঃ ক্ষমাপুত্রঃ সৈংহিকেয়ঃ শনিঃ শশী।**

**সৌম্যস্ত্রিদশমন্ত্রী চ প্রাচ্যাদিদিগধীশ্বরাঃ।। ১৮।।**

**দিক্পতি দশাবর্ষে বয়োবর্ষেণ যোজনাৎ**

**বসুতষ্টৈফলং জ্ঞেয়ং প্রাচীনৈরিতিভণ্যতে।। ১৯।।**

লাভংধনক্ষয়ং মানং ভ্রমণং রাজপূজনম্
দুঃখভাগ্যাতুরব্যাধিঃমৃত্যুশ্চৈব যথাক্রমম্।।
বসুশেষাৎ ফলং জ্ঞেয়ং সদ্যঃ প্রত্যয়কারকম্।। ২০।।

ববিনা নোংপোক্পী মপুনি, শুক্রনা মৈবমগী মপুনি, মঙ্গলনা মখাগী মপুনি, বাহুনা সম্থোংগী মপুনি, শনিনা নোংচুপকী মপুনি, চন্দ্রনা কৌক্রগী মপুনি, বুধনা অবাংগী মপুনি অমসুং বৃহস্পতিনা চৌখ্থেগী মপুনি। অসুম্না নোংপোক্তগী হৌদুনা মাইকৈ মপুশিং খংনগনি।। ১৮।।

মাইকৈ মপুগী দশাগী চহীদা মী মহাক্কুগী চহী তিলসল্লু অদুগা নিপালনা যেল্লু, অমা লেম্না ওইজবা ফংই, অনি লেম্বা শেল-থুম মাংই, অহুম লেম্বা মীনা ইকাযখুম্মে, মবি লেম্বা কান্নদবদা কোযনা চৎলি, মঙা লেম্বা নিংথৌনা, অঙম্বনা ইকায় খুম্নবী, তরুক লেম্বা অৱা-খুদোংথিবা নংই, তবেৎ লেম্বা অৱা-অনা তাই অমসুং নিপান নত্রগা শূণ্য লেম্বা শিবা নত্রগা শিবগুম্না ৱাবা পী। দেশাচাব মণিপুবীয জ্যোতিষীশিংনা হেক্তা মিৎনা উবনি অসুম্না লৌনৈ।। ১৯ - ২০।।

বার্ষিক নবযুগ কথনম্।

সাবনৈব বয়োবর্ষাৎ নবতষ্টাৎ যথাক্রমম্।
রাজা ধনং তথা শীলা কর্ম্মচ্ছত্রং রিপুঃ ক্রমাৎ।
জায়াজয়ং তথা দুঃখমেকৈকং বৎসরং ভবেৎ।। ২১।।
নবভির্নবভির্বর্ষৈঃ পূনরায়র্তভে সদা।
মণিপুরে যুগং নাম্না তত্তদ্জ্ঞেয়ং শুভাশুভম্।। ২২।।

নুমিৎ ৩০ নিনা থা শাবা সাবন চহীগী হিংদা মী অদুগী চহীবু ৯না য়েন্থোকউ অরেম্বা মশিংগী মতুং ইন্না মখাগী অসুম্না যুগ খংনগনি। ১ লেম্বা রাজযুগ, ২ লেম্বা ধনযুগ, ৩ লেম্বা শীলা যুগ, ৪ লেম্বা কর্ম্মযুগ, ৫ লেম্বা

ছত্র যুগ, ৬ লেম্বা রিপুযুগ, ৭ লেম্বা জায়াযুগ, ৮ লেম্বা জয়যুগ অমসুং ৯ লেম্বা দুঃখ যুগনি। যুগ অমনা চহী অমা চায় অসুম্না নবযুগদশা অসি মনিপুরগী প্রচিন জ্যোতিষী পণ্ডিতশিংদগী চৎন্দুনা লাক্নী॥২১-২২॥

নবযুগদশা ফলম্।

**রাজা রাজসমোমান্যঃ সেব্যশ্চ বন্ধুতী রুজা।**

**ধনে চ ধনলাভংস্যাৎ শীলায়াং রোগভাগ্ভবেৎ॥২৩॥**

রাজযুগতা মরুপ মপাং, ঙাই-শেননা ইকায় খুম্নবী, নারবদি ঙাই-শেননচিংবনা সেবা তৌবা ফংই। ধনযুগতি শেল-থুম ফংই। শীলা যুগতি অনাবা ওই॥২৩॥

**কর্ম্মণি পাপযোগে চ দশাচ্ছিদ্রং ভবেৎতদা।**

**সচসুনিশ্চিতং পারলৌকিক কর্ম্মভূগ্ ভবেৎ॥২৪॥**

কর্ম্মযুগ তাবা চহীদা ত্রিপাপ দশা তাবা অমদি অষ্টোত্তরী দশানা দশা ছিদ্র (দশা হোংদ্রবা) থোক্লবদি পুন্সি লোমদুনা মচা মনাইনা মথৌ-মঙম্ পাংথোক্লকপগী ফল পরলোকতা ফংই॥২৪॥

**ছত্রে চ দুঃখময়স্যাৎ পাপযোগো ভবেৎ তদা।**

**রিপো রিপুভয়ং জায়া স্ত্রিয়াঃ লাভং জয়ং জয়ে॥**

**দুঃখে দুঃখমবাপ্নোতি নবযুগে যথাক্রমম্॥২৫॥**

ছত্রযুগতা ত্রিপাপবর্ষ ওইরবদি অৱা-অনা ওই। রিপুযুগতা মীনা য়েংশিল্লী, অফা-অপুন নংই। জায়াযুগতা নুপী ফংই, নুপীনা চাল্লী। জয়যুগতা লম খুদিং মাই পাকই। দুঃখযুগতা পুক্নিং ৱাখল ৱাবা নংই। অসুম্না যুগ ৯গী ফল অসি ওই॥২৫॥

*ত্রিপাপকথনায়তাবৎবর্ষপটাকী কথনম্।*

**রবিশ্চন্দ্রঃ কুজঃ সৌম্যঃ শনির্জীবস্তমোভৃগুঃ।**

**ইন্দ্রেশাদ্যষ্টরেখাসু মধ্যে কেতুরিমেহ্বপাঃ॥২৬॥**

কৃত্তিকাদি ত্রিরাবৃত্ত্যা যথা কেতৌমঘা ভবেৎ।
স্বনক্ষত্রাব্দবর্ষফলং জ্ঞেয়ং কেতোঃ পতাকয়া ।। ২৭ ।।

রবি, চন্দ্র, মঙ্গল, বুধ, শনি, বৃহস্পতি, রাহু, কেতু অমসুং শুক্রনা নোংপোক্তগী য়েৎওইননা ময়াই অমসুং চিঁথ্বেনা লোম্না থমগনি, ময়াইদা কেতু থমগনি। কৃত্তিকা নক্ষত্রদগী হৌদুনা নক্ষত্র ২৭ মক্‌পু নোংপোক্তগী ময়াই অমসুং চিঁথ্বেনা লোম্না অহুমলক্ য়েন্দুনা থমগনি, কেতুদা মাঘ নক্ষত্র লৈগনি। মী অদুগী জন্ম নক্ষত্রনা লৈবা মফমগী গ্রহনা মীদুগী অহানবা চহীগী বর্ষপতাকী দশানি। মী অদুগী চহীগী মতুংইন্না পতাকী দশাগী মথং মনাও কায়দনা দশা খৎগনি। মসিবু বর্ষপতাকী নত্রগা কেতুপতাকী দশা কৌই ।। ২৬-২৭ ।।

"বর্ষপতাকীদশা চক্রম্"



বর্ষপতাকী ফলম্।

রবিণাভ্রাম্যতে দেশান্ সন্তাপব্যাধিপীড়িতঃ।
কান্তার সঙ্কটং শোকংকরোতিচ ভয়ান্বিতম্॥ ২৮॥

রবিগী চহী ওইরবদি পুক্লিং নুংঙাইতবদগী অনালোয়বদগী কোয়না চৎপা। পুক্লিং নুংনাংবা অকি অথং থোকপা। কোকওম্রদবা কায়না মৈশা লাংবা পী॥২৮॥

চন্দ্রে তুষ্টিস্তথা পুষ্টিঃ সুখসম্পত্তিরেবচ।
আরোগ্যং লভতে নিত্যং ধনপুত্র সমন্বিতঃ॥ ২৯॥

চন্দ্রগী চহীদি হকচাং নুংঙাই অমদি মথেন ফাই। পুক্লিং নুংঙাই, লন-থুম চংই। অনা-অয়েক লৈতে, মচা মরলনা তিল্লী॥ ২৯॥

ভৌমে সদা কার্য্যহানিং ক্রুরকর্ম্মণি যোজনম্।
চর্ম্মরোগোভবেত্তত্র সন্তাপশ্চ দিনে দিনে॥ ৩০॥

মঙ্গলগী চহীদি নোমলিকপা মহৈ য়ানদবা, অমাং অতা থোকপা, ফত্তবা রাখল পোকপা খৎনা চৈন পান্বা, পাৎ পোন্বা অমসুং নুমিৎ চুপ্পা পুক্লিং বাবা ওই॥ ৩০॥

বুধে বোধশ্চ কার্য্যঞ্চ কন্যালাভো মহাসুখম্।
রাজ সন্মানভাং নিত্যং ধনলাভো দিনে দিনে॥ ৩১॥

বুধগী চহীদি লৌশিং-লৌমান থোকই, থবক্কী লুচিং পুরেল ওইনা অঙম তাল্লী, মচা নুপী/মশুনুপী ফংই। নুংঙাইবনা মাংওইনৈ, অঙম্বনা লুনা চান্না তৌই অমসুং লন-থুম ফংই॥ ৩১॥

জীবে বিদ্যা সুখং মানঃ লোকপূজা ধনাগমঃ।
সর্ব্বাঙ্গাভরণং কন্ঠ স্বর্ণহারবিভূষণম্॥ ৩২॥

বৃহস্পতিগী চহীদি মহৈ চাওখৎলি, পুক্লিং নুংঙাই, মীনা ইকায় খুম্নবি, শেল-থুম চাওখৎলি অমসুং লিককোল লৈতেং ফংই, ওক্তা সনা পরেং শিবা ফংই॥ ৩২॥

**শুক্রে পৌরুষমাখ্যাতি পুষ্টি কর্ম্ম সুখানি চ।**
**মুক্তারত্নপ্রবালঞ্চ রাজ সন্মানমেব চ॥ ৩৩॥**

শুক্রগী চহীদি নিপা থোকই, মপুংফাবা থবক পাংথোকই, হকচাং ফৈ, নুংঙাইবা, থাগৎপা ফংই, মণি-মুক্তা পোহান ফংদুনা অঙম্বা, নিংথৌনা ইকায়খুম্নবা ফংই॥ ৩৩॥

**শনৌ রোগভয়ং শোকং বন্ধনং ভয়মেব চ।**
**অর্থ হানিং কুবাক্যঞ্চ প্রাণ নাশং করোতি চ॥ ৩৪॥**

শনিগী চহীদি হকচাং নাবনা অকিবা ফংই, পুক্নিং নুংশি, অফা-অপুন নংই, অকিবা পোকই, কানদবদা লন মাংই, অথিবা ৱাহৈ অহৈদবা অবা অমসুং থবায় মাংবা য়াবা থৌদোক থোকপা পী॥ ৩৪॥

**রক্তস্রাবো ভবেদঙ্গে রাহৌ ঘোষো জনস্য চ।**
**বিদেশগমনঞ্চৈব বহ্নিবারিভয়ং তথা॥ ৩৫॥**

রাহুগী চহীদি ইমুনাইমুতাবা মীনা য়েংশিনবা, মরৈবাক থাদোক্তুনা মীরমদা চৎপা অমসুং মৈ, ঈশিংদগী অকিবা নংবা পী॥ ৩৫॥

**রাজকার্য্যভয়ং চৌর্য্যং গৃহদাহশ্চ বন্ধনম্।**
**কেতোর্ব্বর্ষে ভবেদ্ ঘাতস্তেষামন্তর্দ্দিনানিতু॥ ৩৬॥**

কেতুগী চহীদি নিংথৌগী থবকতৌবদা অকিবা নংই, পোৎ চৈগী হুরান চিনথী থোকপা, য়ুম মৈ হৌবা/চাকপা, অফা-অপুন নংবা, খুলাইনা শোকপা পী॥ ৩৬॥

**অথান্তর্ব্বর্ষগণনম্।**

**দিনত্রয়ং বিংশদণ্ডান্ স্বদশাভিঃ প্রপূরয়েৎ।**
**বর্ষেশ্বরাৎ সমারভ্য নাক্ষত্রিক বিধানতঃ॥ ৩৭॥**

অন্তর্দ্দশাবর্ষগী চাং হায়রি :— নুমিৎ হূমনিগা দণ্ডকুন (৩/২০দণ্ড) বুধ্রুবাঙ্ক ওইরগা রবিনচিংবা নাক্ষত্রিকদশা (অষ্টোত্তরীদশা) গী চহীনা পুরিয়ু গ্রহশিংগী অন্তর্দ্দশাগী মতম নুমিৎ ওই ।। ৩৭ ।।

রবের্নখ ২০ শ্চন্দ্রমসঃ খবাণাঃ ৫০
কুজেষট্ যুগ্মে ২৬ বুধে ষট্ পঞ্চকম্ ৫৬ ।
শনের্গুণাগ্নী ৩৩ গুরুতোঽগ্নিকালৌ ৬৩
* রাহোঃ খবেদা ৪০ ভৃগুতঃ খশৈলাঃ ৭০ ।। ৩৮ ।।

অন্তর্বর্ষগী মতম হায়রি :— রবিগী নুমিৎ ২০ নি, চন্দ্রগী নুমিৎ ৫০নি, মঙ্গলগী নুমিৎ ২৬ নি, বুধগী নুমিৎ ৫৬ নি, শনিগী নুমিৎ ৩৩ নি, বৃহস্পতিগী নুমিৎ ৬৩ নি, রাহুগী নুমিৎ ২০ নি, কেতুগী নুমিৎ ২০ নি, (*রাহোঃ = রাহোরিত্যেকদেহত্বাৎ কেতোরপি । তেন রাহু কেত্বোর্ব্বিংশতির্ব্বিংশতি ঃ) অমসুং শুক্রগী নুমিৎ ৭০ নি অসিনি। চক্রগুম্না গ্রহ গ্রহ অদুদগী চাবা হৌরগা বর্ষপতাকীগী গ্রহ খোংচৎ কায়দনা অন্তর্দ্দশাদসু চৎকনি ।। ৩৮ ।।

✻ *ইতি দেশাচারাধ্যায়ঃ ।।* ✻

# অথ দশাধ্যায়ঃ

## "অষ্টোত্তরী স্থূলদশা বর্ষ চক্রম্"

| গ্রহঃ | বর্ষঃ | নক্ষত্র |
|---|---|---|
| রবি | ৬ | ৩/৪/৫ |
| চন্দ্র | ১৫ | ৬/৭/৮/৯ |
| মঙ্গল | ৮ | ১০/১১/১২ |
| বুধ | ১৭ | ১৩/১৪/১৫/১৬ |
| শনি | ১০ | ১৭/১৮/১৯ |
| বৃহস্পতি | ১৯ | ২০/২১/২২ |
| রাহু | ১২ | ২৩/২৪/২৫ |
| শুক্র | ২১ | ২৬/২৭/১/২ |

অষ্টোত্তরী স্থূলদশাফলম্।

*রবেঃ স্থূলদশাবর্ষাণি - ৬ ॥*

উদ্বিগ্নচিত্তপরিখেদিতবিত্তনাশং

ক্লেশপ্রবাসগদভীতিমহাভিঘাতান্।

দুঃখ প্রয়োগবধবন্ধভয়ানি চৈব

ভানোর্দশাপ্রকুরুতেখলু রাজ পীড়াম্ ॥ ১ ॥

রবিগী স্থূলদশাদদি খোইদৌযুক্পা নুংঙাইতবা, লময়ৌনা অৱা মখৈ ফংবা, বুদ্ধি লৌশিং থোক্তবা, হকচাং লেংনিংশানিংদবা, য়ুমদা লৈনিংদবা, অনা লোয়বা, অরাক্-অখংনংবা, অকিবা থৌদৌ নংবা, অফা-অপুন্নবা অমসুং অঙন্বগী চৈবাক পীবা দশানি ॥ ১॥

*চন্দ্রস্য স্থূলদশাবর্ষাণি - ১৫ ॥*

কুর্য্যাদ্বিভূতিবরবাহনমাতপত্র
ক্ষেম প্রতাপবলবীর্য্যসমন্বিতানি।
মিষ্টান্নপান শয়নাসন ভোজনানি
চান্দ্রীদশা প্রচুরকাঞ্চনভূমিদাত্রী ॥ ২ ॥

চন্দ্রগী দশাদি মথোইকাবা শাদোং-কায়দোং অরেম্বা ফংবা, অহাও-অথুম চাবা, অথোইবা তাংবন থিন্দোকপা অমদি হৈকং-লৈকং ফংবা পী। থোইদোক্লা লন সম্পতি ফংই ॥ ২॥

*কুজস্য স্থূলদশাবর্ষাণি - ৮ ॥*

ক্রূরাভিঘাতবধবন্ধনভয়ং বিধত্তে
চিন্তাজ্বরং বিকলতাঞ্চ সদা করোতি।
চৌরাগ্নিদাহভয়ভঙ্গ বিবাদরোগান্
কীর্ত্তিপ্রতাপধনহা চ দশা কুজস্য ॥ ৩ ॥

মঙ্গলগী দশাদি খুংগু-খুংলাইনা শোকপা, অকি-অখং, অফা-অপুন নংবা পুক্লিং লায়না ওইবা অমসুং খৎন-চৈনবা থোকপা পী। অদুগা মৈদগী অকিবা নংবা, হুরান্নচিনথি নংবা, লন-থুম মাংবা, মিংচৎথিবসু থোকই। মদুম্নদি ওইরবদা স্বক্ষেত্র, ত্রিকোণ, উচ্চস্থ, বৃহস্পতি যুক্ত অমদি লগ্নদগী ৩/৬/১১ দা লৈবা মঙ্গলগ্রহদি অফবা চাওখৎপা পীবা ওই ॥ ৩ ॥

*বুধস্য স্থূলদশাবর্ষাণি - ১৭ ॥*

দিব্যাঙ্গনাবদন পঙ্কজষট্ পদত্বং
লীলাবিলাসধনভোগসুখোদয়ঞ্চ।
মানপ্রকার বিত্তবাগমকোষবৃদ্ধিম্
ক্ষিপ্রং সৃজেদ্বুধদশা বিপুলাঞ্চ সিদ্ধিম্ ॥ ৪ ॥

বুধগী দশাদি :— শকহেনবীগা লোনতিনবা, হেন্দোক-থোইদোক্লা নুংঙাইবা, মখল-মখাগী লন-থুম চংবা, চাওখৎপা, মখল মথেলগী পুক্লিং নুংঙাইবা অমসুং নিংবা থুংবা পী ॥ ৪ ॥

*শনেঃ স্থূলদশাবর্ষাণি* - ১০

মিথ্যাপ্রবাদবধবন্ধননিরাশ্রয়ত্বম্

চৌরাদিভূপতিভূজঙ্গমভীতিমগ্নম্।

আশানিরাশমথ চাঙ্গনকার্য্যহানিম্

সূর্য্যাত্মজঃ প্রকুরুতে নিয়তং নরাণাম্ ॥ ৫ ॥

শনিগী দশাদি:— মীনম শোরিবা, মীগা খৎনা চৈনবা, অফা-অপুন নংবা লৈফম হোংবা, হুরান লান্না থোকপা, অঙস্বদগী অকিবা নংবা, থবক-থানাদা কায়বা অমসুং তুমকম-চাকম খংদবা দশা পী ॥ ৫ ॥

অদুন্নদি ওইরবদা বুধ, শুক্র, বৃহস্পতিগী গৃহদা লৈবা শনিগী দশা ওইরবদি হায়রিবসিগী ওননা-তৈনবা ফল ওই ॥

*বৃহস্পতেঃ স্থূলদশাবর্ষাণি। ১৯॥*

রাজ্যাস্পদং তনয়বিত্তবিশালভোগান্

পর্য্যাপ্তসৌখ্যধনধান্যসমাশ্রয়ঞ্চ।

বিদ্যার্থকাম সুখধর্ম্মবহুপ্রয়োগম্

সিদ্ধিং দশা সুর গুরোঃ কুরুতে শ্রিয়ঞ্চ ॥ ৬ ॥

বৃহস্পতিদশাদি :— মরমদম্, লৌরি ইখোল ফংবা, মচা-মরল ফংবা, লৈতেং খুদোল ফংবা, নুংঙাইবা ফংবা, লন-থুম চংবা, ধর্ম্মদা পুক্লিং চংবা অমদি চাওখৎতুনা লম খুদিংদা মঙ্গল ওইবা পীরি ॥ ৬ ॥

*রাহোঃস্থূলদশাবর্ষাণি — ১২ ॥*

ভার্য্যাদিদূষণনিমিত্তবিবাদবন্ধ

শস্ত্রাভিঘাতভয়হীন পরাক্রমশ্চ।
অপ্রাপ্তসৌখ্যধনকাঞ্চনহীনদেহে
রাহোর্দ্দশাভবতি জীবন সংশয়ায় ॥ ৭॥

রাহুগী দশাদি :— মচা-মনাইবু ৱাওই থৌওইদবদগী শেংনা খাইনবা থোকপা, অফা-অপুন নংবা, খুংগু থাংনা শোকপা, মতম পুম্বা নুংনাংবা চিংনগনবা, মীওম্দবা তুশোন-মানশোনবা অমসুং মতম পুম্বদা নুংঙাইফম খংদবা লন-থুম মাং তাকপা পুন্সিদা নিংজিং-মাংজিন্না লেনবা দশা পীরি ॥ ৭ ॥

*শুক্রস্য স্থূলদশাবর্ষাণি - ২১ ॥*
মন্ত্রপ্রচারবিপুলং প্রমদাবিলাসম্
সম্মানদাননৃপ পূজনকোষলাভান্।
হস্ত্যশ্বযানপরিপূর্ণমনোরথশ্চ
শৌক্রীদশা সৃজতি নিশ্চলরাজলক্ষ্মীম্ ॥ ৮ ॥

শুক্রদশাদি:- নিংজবা আশা থুংবা, মন্ত্র সিদ্ধি ওইবা, মচা-মনাই উনবা ফংবা, দান কর্ম্ম পাংথোকপা ওন্না, নিংথৌগুম্না মীনা সম্মান তৌবা, কাইদোং-শাদোং ফংবা অমসুং ফৌগে-শিঙ্গে চাওখংপা পী ॥ ৮ ॥

অথ অষ্টোত্তরীদশায়ামর্ন্তদ্দশাফলানি।

*রবের্দ্দশায়ামন্তর্দ্দশাফলম্।*

*রবের্দ্দশায়াংরবেরন্তর্দ্দশা - ০/৪ মাস ॥*

দণ্ডং রাজকুলাদিভ্যো মনস্তাপশ্চ বন্ধনম্।
প্রবাসং কুরুতে দুঃখং স্বদশায়াং দিবাকরঃ ॥ ১ ॥

রবিগী মনুংদা রবিনা চারবদি অণ্ডস্বগী চৈরাক ফংবা, পুক্রিং ৱাবা, অফা-অপুন নংবা, য়ুমদা লৈনিংদবা অমসুং অৱাবা তাবা দশা পী ॥ ১ ॥

রবিদশা মনুংদা গুরুনা চারবদি সম্পতি চাওখংপা, অনা-অয়েক লৈতবা, মীনা থাজবা অমসুং ধর্ম্মগী লমদা খোংদাবা দশানি ॥ ৬ ॥

*রবের্দশায়াং রাহোরন্তর্দশা - ০/৮/০ দিন ॥*

রোগং শোকং ভয়ং ধত্তে মরণঞ্চাশুভংসদা।

বিত্তনাশ-করোনিত্যং ভানোরন্তর্গতস্তমঃ ॥৭॥

রবিগীদশা মনুংদা রাহুনা চারবদি অনা-লোয়বা, পুক্নিং নুংনাংবা, অকিবা নংবা, ভুশোন মানশোননবা অমসুং মখল মথাগী অমঙল ওইবা পী ॥ ৭ ॥

*রবের্দশায়াং শুক্রস্যান্তর্দশা - ১/২ মাস ॥*

কাশগ্রীবাশিরোরোগং জ্বরাতিসারশূলকম্।

শোকঞ্চ কুরুতে শুক্রোভানোরন্তর্দশাং গতঃ ॥ ৮ ॥

রবিগী মনুংদা শুক্রনা চারবদি লোকথুংবা, গুকনাবা, কোকচিকপা, লাইহৌ, খোংহাম্বা অমসুং চিক্ লেংবা তৌবসু পী ॥ ৮ ॥

ইতি রবের্দশায়ামন্তর্দশা-ফলম্ ॥

অথ চন্দ্রস্য দশায়ামন্তর্দশা ফলম্।

*চন্দ্রস্য দশায়াং চন্দ্রস্যান্তর্দশা - ২/১ মাস ॥*

দদাতি বহুসম্পত্তিং বরস্ত্রীং কনকান্বিতাম্।

নির্ভয়েন যশোবৃদ্ধিং স্বদশায়াং নিশাকরঃ ॥ ৯ ॥

চন্দ্রগী দশা মনুংদা চন্দ্রনা চারবদি লন-থুম রায়া ফংবা, সম্পত্তি চাওখংপা, অথোইবা নুপী/নিপা ফংবা অমসুং অকি অথং লৈতবা মিংচং চাওখংপা পীবা দশানি ॥ ৯ ॥

*চন্দ্রস্য দশায়াং কুজস্যান্তর্দশা - ১/১/১০ দিন ॥*

পিত্তশোণিতপীড়াঞ্চ চৌরাদীনাং ভয়ং তথা।

মঙ্গলঃকুরুতে নিত্যং চন্দ্রস্যান্তর্দশাং গতঃ ॥ ১০ ॥

চন্দ্রগী দশামনুংদা মঙ্গলনা চায়বদি মিঙ্কাবা, হকচাং তং-পোত্থা, হুরান চিংহি থোকপা অমসুং অকি-অখং নংবা পী ॥ ১০ ॥

*চন্দ্রস্যদশায়াং বুধস্যান্তর্দশা - ২/৪/১০ দিন ॥*

সর্বত্র ধনলাভঞ্চ গজাশ্বগোধনাদিকম্ ।
দশান্তর্গতজেনেন্দোঃ শশিনঃ শশিনন্দনঃ ॥ ১১ ॥

চন্দ্রগী দশা-মনুংদা বুধনা চায়বদি মখল মখাগী কিজেং লৈতেং, পোং-চৈ, শা-ষণ, শগোল শাম্বু, লন-থুম ফংই ॥ ১১ ॥

*চন্দ্রস্য দশায়াং শনেরন্তর্দশা - ১/৪/২০ দিন ॥*

বহুক্লেশং নৃপাক্ষীভং ব্যসনং শোক সঙ্কটম্ ।
বিনাশং কুরুতে সৌরিশ্চন্দ্রস্যান্তর্দশাং গতঃ ॥ ১২ ॥

চন্দ্রগী দশা মনুংদা শনিনা চায়বদি মরি-মতাপা নিঙাই শাংদানবা, ইমুং-মনুং অনা-অয়েক নংবা, অশুম অথৌদগী অকিবা ফংবা, পাযদবা পুক্সিং নুংঙাইতবা অমসুং অৱাবা থুদোংথিবা থোকপা পী ॥ ১২ ॥

*চন্দ্রস্য দশায়াং গুরোরন্তর্দশা - ২/৭/২০ দিন ॥*

ধনধর্মাদি সৌখ্যঞ্চ বস্ত্রালঙ্কার শোভিতঃ ।
প্রাপ্নোতি চ নরোনিত্যং চন্দ্রস্যান্তর্গতে গুরৌ ॥ ১৩ ॥

চন্দ্রগী দশাদা গুরুনা চায়বদি ফি-রোল, লিক-কোননা লৈতেংবা, লন চংবা, ধর্মদা পুক্সিং চংবা অমসুং পুক্সিং মকাপাম্বা ফংবা পী ॥ ১৩ ॥

*চন্দ্রস্যদশায়াং রাহোরন্তর্দশা - ১/৮ মাস ॥*

বহ্নিশত্রুভয়ং দুঃখং শোকংবন্ধুজনক্ষয়ম্ ।
কুরুতে রাহুরত্যন্তং চন্দ্রপাকদশাং গতঃ ॥ ১৪ ॥

চন্দ্রগী মনুংদা রাহুগী দশাদি মৈদগী অকিবা নংবা, য়েক্লবদগী অৱাবা অকিবা ফংবা, মাঙনা থশ্মোয় শোকপা, মরুপ কায়নবা অমদি লন-থুম শেল মাঙ্গা তিংবা পী ॥ ১৪ ॥

*চন্দ্রস্য দশায়াং শুক্রস্যান্তর্দ্দশা - ২ / ১১ মাস ॥*

সেব্যতে বরনারীভির্নরোলক্ষ্মীঃ প্রবর্ত্ততে।

মুক্তাহারমণি প্রাপ্তঃ চন্দ্রস্যান্তর্গতে সিতে ॥ ১৫ ॥

চন্দ্রগী দশা মনুংদা শুক্রনা চাবনদি শকহেনবা অথোইবী নুপীনা সেবা তৌবা ফংবা, লক্ষ্মী চাওখংপা; সনচেনবা, মণিমুক্তা ফংবা দশামি ॥ ১৫ ॥

*চন্দ্রস্যদশায়াং রবেরন্তর্দ্দশা - ০/১০ মাস ॥*

ঐশ্বর্য্যং বহুসৌখ্যঞ্চ ব্যাধিনাশমরিক্ষয়ম্।

নৃপপূজাং রবিঃ কুর্য্যাদ্ বিধোঃ পাকদশাংগতঃ ॥ ১৬॥

চন্দ্রগী দশা মনুংদা রবিনা চাবাবদি মিংচৎ উবোং ফংবা, অশুম্বনা চানবা মীনা খল্লবা, অনা-অযেক লৈতবা, যেক্লা তিংখং লৈতনা মবেক-মহাও থোক্লা নুংঙাইবা পী ॥ ১৬ ॥

*ইতি চন্দ্রস্য দশাযামন্তর্দ্দশা ফলম্ ॥*

অথ মঙ্গলস্যদশায়ামন্তর্দ্দশা ফলম্।

*কুজস্যদশায়াং কুজস্যান্তর্দ্দশা - ০/৭/৩/২২ পল ॥*

মঙ্গলস্যোদশায়াং তু কলহো বহুভিঃ সহ।

অগ্নিদাহাদি পীড়াঞ্চ লভতে নিয়তং নরঃ ॥ ১৭ ॥

মঙ্গলগী দশাদা মঙ্গলনা চাবনদি মীমুং-মুনুং অমি মতাম্না লোয়নবা খংনা চৈনবা থোকপা, মৈতেক্না খাংখাক থোকপা, অমা-অমাগী থোক্লা ॥ ১৭ ॥

*কুজস্যদশায়াং বুধস্যান্তর্দ্দশা - ১/১/৬/৩০ পল ॥*

পরমৈশ্বর্য্যমতুলং নানাবিধসুখাশ্রয়ম্।

লভতে লোম পুত্রঞ্চ কুজস্যান্তর্দ্দশাংগতে ॥ ১৮ ॥

মঙ্গলগী দশা মনুংদা বুধনা চাবনদি লাইথক চাবদা মপুংফাবা উমৈকে লৈতবা মিংচং উবোং ফংদুনা মখল মখাগী নুংঙাইবা ফংবা পীবি ॥ ১৮ ॥

*কুজস্যদশায়াং শনেরন্তর্দ্দশা - ০/৮/২৬/৪০ দণ্ড ॥*

**রিপু চৌরাগ্নিভীতিশ্চ রোগসন্ততমন্তরম্।**

**মহাজনকৃত-দ্বেষঃ কুজস্যান্তর্গতে শনৌ ॥ ১৯ ॥**

মঙ্গলগী দশা মনুংদা শনিনা চারবদি য়েক্লবদগী, মৈদগী, হুরানবদগী অকিবা নংবা, অনালোয়বা অমসুং অওম্বনা ওৎপী-নৈবীবা দশানি ॥ ১৯ ॥

*কুজস্যদশায়াং গুরোরন্তর্দ্দশা - ১/৪/২৬/৪০ দণ্ড ॥*

**পুষ্প ধূপান্নবস্ত্রাদ্যৈর্দ্দেব ব্রাহ্মণ পূজনম্।**

**নৃপতুল্যত্বমাপ্নোতি কুজস্যান্তর্গতেগুরৌ ॥ ২০ ॥**

মঙ্গল দশানুংদা বৃহস্পতিনা চারবদি অহল-লমন, লাই তিন পূজা তৌনিংবা, পিজ পিথকফবা অমসুং নিংথৌগুম্না ইজৎসন্মান ফংবা পীবা দশানি ॥২০॥

*কুজস্য দশায়াং রাহোরন্তর্দ্দশা ০/১০/২০ দিন ॥*

**কার্য্যার্থনাশমুদ্বেগং বন্ধুচৌরাদিকং ভয়ম্।**

**কুরুতেসিংহিকাপুত্রো ভৌমস্যান্তর্দ্দশাংগতঃ ॥২১॥**

মঙ্গলগী দশা মনুংদা রাহুনা চারবদি থবক্তা অমাং-অতা থোকপা, লন-থুম মাংবা, পুক্লিং লাংতক্লবা, অফা-অপুন, হুরানচিনথি নংবা অমসুং অকি-অখং থোকপা পী ॥ ২১ ॥

*কুজস্যদশায়াং শুক্রস্যান্তর্দ্দশা - ১/৬/২০ দিন ॥*

**ধনবৃদ্ধিঃ সুখাদিশ্চ নানাবস্ত্রং বরস্ত্রিয়ম্।**

**প্রাপ্নোতি বিপুলাং লক্ষ্মীং কুজস্যান্তর্গতে ভৃগৌ ॥ ২২ ॥**

মঙ্গলগী দশা মনুংদা শুক্রনা চারবদি লন চাওখৎপা, অহাও-অথুম চাবা থকপা ফংবা, মখল মখাগী ফিরোল ফংবা, অথোইবা নুপী/নিপা ফংবা, শেল থুম লন ফংবা অমসুং অৱা-অনা কোকপা পীরি ॥ ২২॥

*কুজস্য দশায়াং রবেরন্তর্দ্দশা - ০/৫/১০ দিন ॥*

নানারত্নঞ্চ সৌখ্যঞ্চ ভূমিলাভং তথৈব চ।

নৃপপূজামবাপ্নোতি কুজস্যান্তর্গতে রবৌ ॥ ২৩ ॥

মঙ্গলগী দশা মনুংদা ববিনা চাববদি মখল মখাগী নুংঙাইবা ফংবা, অরু-অপাল ফংবা, লৌবি-য়ুমফম ফংবা অমসুং অঙম-অথৌনা খনবা থোকই ॥ ২৩॥

*কুজস্যদশায়াং চন্দ্রস্যান্তর্দ্দশা - ১।১।১০ দিন।*

ধনলাভং সুখং ভোগং শরীরারোগ্যমেবচ।

লোকানুরাগমাপ্নোতি ক্ষিতিজান্তর্গতে বিধৌ ॥ ২৪ ॥

মঙ্গলগী দশা মনুংদা চন্দ্রনা চাববদি লন ফংবা, চাবা থকপা নুংঙাইবা, অনা-অয়েক লৈতবা অমসুং মীনা নুংশি-চানবীবা মতমনি ॥ ২৪ ।

ইতি কুজস্য দশায়ামন্তর্দ্দশা-ফলম্ ॥

## অথ বুধস্য দশায়ামন্তর্দ্দশা-ফলম্ ।

*বুধস্য দশায়াং বুধস্যান্তর্দ্দশা - ২/৮/৩/২০ দণ্ড ॥*

বুধোধর্ম্মসমাযোগং বুদ্ধিলাভং ধনাগমম্।

সুভগং বিপুলং বিত্তং স্বদশায়াং করোতীহ ॥ ২৫ ॥

বুধগীদশা মনুংদা বুধনা চাববদি ধর্ম্মদা পুক্নিংচংবা, বুদ্ধিলৌশিং থোকপা, লন চংবা, লাইবক ফবা অমসুং লন-থুম ফংবা পীবা দশানি ॥ ২৫ ॥

*বুধস্যদশায়াং শনেরন্তর্দ্দশা - ১/৬/২৬/৪০ দণ্ড ॥*

বাতশ্লেষ্মকৃতা পীড়া কলহোবন্ধুভিঃসহ।

বিদেশগমনাঞ্চাপি বুধস্যান্তর্গতে শনৌ ॥২৬ ॥

বুধগীদশা মনুংদা শনিনা চারবদি লোক-খুলাই তৌবা, ইমুং মনুংগা খংনা লাওনবা থোকপা অমসুং মীরমদা চংপা নংবা দশাগী ॥ ২৬ ॥

*বুধস্য দাশায়াং গুরোরন্তর্দ্দশা - ২/১১/২৬/৪০ দণ্ড ॥*

**ব্যাধিশত্রুভয়ান্মুক্তো ধনাঢ্যো নৃপবল্লভঃ।**

**লভেত্তার্য্যাং সুপুত্রঞ্চ বুধস্যান্তর্গতে গুরৌ ॥ ২৭ ॥**

বুধগী দশা মনুংদা গুরুগী দশাদি অনা-অয়েক লৈতবা, য়েক্ক তিংখং লৈতনা লন থুম চংবা, মচা মনাই ফংবা অমসুং অগুম অথৌগী অচানবা ওইবা পীবি ॥ ২৭ ॥

*বুধস্য দশায়াং রাহোরন্তর্দ্দশা - ১/১০/২০ দিন ॥*

**বন্ধুনাশং মনস্তাপং দেশত্যাগঞ্চ বন্ধনম্।**

**দদাতি বহুদুঃখানি বুধস্যান্তর্গতস্তমঃ ॥ ২৮ ॥**

বুধগী দশা মনুংদা রাহুনা চারবদি মরুপ মপাং কায়নবা, পুক্লিং ৱাবা, লৈফম হোংবা, অফা অপুননবা অমসুং অৱা কোঙ্গাই নংবা পীরি ॥ ২৮ ॥

*বুধস্যদশায়াং শুক্রস্যান্তর্দ্দশা - ৩/৩/২০ দিন ॥*

**ধনাঢ্যং বহুপুত্রঞ্চ ধার্ম্মিকঞ্চ ধনাগমম্।**

**কুরুতে দানবাচার্য্যো বুধস্যান্তর্দ্দশাংগতঃ ॥ ২৯ ॥**

বুধগী দশা মনুংদা শুক্রনা চারবদি লনগী মপু ওইবা, মচামশুগা লোয়ননা ধর্ম্মগী লম্বী তানবা অমসুং লন-থুম তাশিন খোমজিনবা মতমনি ॥ ২৯॥

*বুধস্য দশায়াং রবেরন্তর্দ্দশা - ০/১১/১০ দিন ॥*

**শ্রিয়া পরময়া যুক্তং গজবাজিধনান্বিতম্।**

**প্রভাকরঃ করোত্যাশু বুধপাকদশাং গতঃ ॥ ৩০ ॥**

বুধগী দশানুংদা রবিনা চারবদি থোইনা হেন্না লন থুম্না লৈতেংবা, পোংজ-চাওজবা অমদি শগোল, শামু, লনগৈগী মপু ওইবা পীরি ॥ ৩০ ॥

*বুধস্য দশায়াং চন্দ্রস্যান্তর্দ্দশা - ২/৪/১০ দিন ॥*

**কণ্টকাদি প্রবেশঞ্চ শৃঙ্গিভ্যো ভয়মেব চ।**

**নিশাকরঃ করোত্যাশু বুধপাকদশাং গতঃ ॥ ৩১ ॥**

বুধগী দশানুংদা চন্দ্রনা চাববদি মচিন তুন্বা তিংখংনচিংবা অমদি মচিপানবা শা-ষণদগী অকিবা নংবা পী ॥ ৩১ ॥ কনাগুম্বা জ্যোতিষীশিংগী মত তদি অফবা ফল পী হাযবসু হাযনৈ ॥

*বুধস্যাদশায়াং কুজস্যান্তর্দ্দশা -১।৩।২০ দণ্ড ॥*

**কফপিত্তসমুদ্ভূতাং শিরঃপীড়াং ভয়াবহাম্।**

**মাহেয়ঃ কুরুতে দুঃখং বুধস্যান্তর্দ্দশাংগতঃ ॥ ৩২॥**

বুধগী দশা মনুংদা মঙ্গলনা চাববদি লোকখুলাইদগী অকিবা ওইবা, কোক্কী অনাবা অমদি মীওইবগী অৱাবা নংবা দশা ওই ॥ ৩২॥

ইতি বুধস্য দশাযামন্তর্দ্দশা -ফলম্ ॥

## অথ শনের্দ্দশায়ামন্তর্দ্দশা-ফলম্।

*শনের্দ্দশায়াং শনেরন্তর্দ্দশা - ০॥১১॥৩॥২০ দণ্ড ॥*

**সৌরিঃ করোতি বৈকল্যং পুত্রদারবিনিগ্রহম্।**

**অর্থবন্ধুবিনাশঞ্চ বিদেশগমনং তথা ॥ ৩৩ ॥**

শনিগী দশা মনুংদা শনিনা চাববদি ওাওচংনবা, মচা-মনাই কাযনবা, লন-থুম মাংবা, মকপ-মপাংগী অৱাবা তবা অমসুং মীরমদা চংপা দশা পী ॥৩৩ ॥

*শনের্দ্দশায়াং গুরোরন্তর্দ্দশা - ১।৯।৩।২০ দণ্ড ॥*

**দেবতানুরতিং শান্তিং নানাপ্রাপ্তিং করোতি চ।**

**তুঙ্গসৌখ্যসমাযুক্তং পঙ্গোরন্তর্গতো গুরুঃ ॥ ৩৪ ॥**

শনিগী দশা মনুংদা বৃহস্পতিনা চাববদি লাই-তিন থাজবা, পুক্লিং ৱাখল শান্তি ওইবা অমসুং মখল মথেলগী লন ফংদুনা থোইনা নুংঙাইবা মতমনি॥৩৪॥

*শনের্দশায়াং রাহোরন্তর্দশা - ১।১।১০ দিন ॥*

নৃপাত্তয়ং জ্বরং ঘোরং দুঃখঞ্চ প্রাণসংশয়ম্ ।

ধনক্ষয়ঞ্চ কুরুতে শনেরন্তর্গতস্তমঃ ॥ ৩৫ ॥

শনিগী দশা মনুংদা রাহুনা চাববদি অগুন্নদগী, নিংথৌদগী অকিবা নংবা, লোক খুলাই তৌবা, অকিবদগী অৱাবা নংবা অমসুং লন-থুম মাংবা পুক্লিং চিংনবা অৱাবা দশা পী ॥ ৩৫ ॥

*শনের্দশায়াং শুক্রস্যান্তর্দশা - ১।১১।১০ দিন ॥*

পূর্ণঃ সুহৃদ্বন্ধুভিশ্চ বিত্তভার্য্যাসমন্বিতঃ ।

সর্বং সুখঞ্চ লভতে সৌরস্যান্তর্গতে সিতে ॥ ৩৬ ॥

শনি দশা মনুংদা শুক্রনা চাববদি মরুপ মপাং, ইমুং-মনুং নৌহৌনা উনবা ফংবা, লন-থুম ফংবা, মচা মনাই ফংবা অমসুং শেন-থুম পাইদুনা নুংঙাইবা ফংবা পী ॥ ৩৬ ॥

*শনের্দশায়াং রবেরন্তর্দশা - ০।৬।২০ দিন ॥*

পরদারাভিগমনং করোতি খরদীধিতিঃ।

জীবনস্য চ সন্দেহং শনেরন্তর্দশাংগতঃ ॥ ৩৭ ॥

শনিগী দশা মনুংদা ররিগী দশাদি অতোপ্পা নুপীদা লমলানবা অমদি পুন্সিদা চিংনবা কোন্নাই পোকপা দশানি ॥ ৩৭ ॥

*শনের্দশায়াং চন্দ্রস্যান্তর্দশা - ১।৪।২০ দিন ॥*

স্ত্রীনাশং কুক্ষিরোগঞ্চ কফপিত্তগদংশশী ।

বন্ধুদ্বেষঞ্চ কুরুতে শনেরন্তর্দশাং গতঃ ॥ ৩৮॥

শনিগী দশা মনুংদা চন্দ্রনা চারবদি নুপী কায়নবা, পুক্ নাবা অমসুং লোক থুংবা কম্য়ানাবনচিংবা অমদি মরুপ মপাংগী অৱাবা নংবা পীবা দশানি ।। ৩৮।।

*শনের্দ্দশায়াং কুজস্যান্তর্দ্দশা - ০।৮।২৬।৪০ দণ্ড ।।*

**দেহক্ষৈণ্যং মহারোগং মনোদুঃখানি ভূমিজঃ ।**

**ধননাশঞ্চ কুরুতে শনেরন্তর্দ্দশাং গতঃ ।। ৩৯ ।।**

শনিগী দশা মনুংদা মঙ্গলনা চারবদি হকচাং চোকথ-হুইথবা, অরিবা অনাবা হৌবা, পুক্লিং ৱাবা অমসুং লন চৎপা পীবা দশানি ।। ৩৯ ।।

*শনের্দ্দশায়াং বুধস্যান্তর্দ্দশা - ১।৬।২৬।৪০ দণ্ড ।।*

**আরোগ্যং বিজয়ং রাজ্যং বন্ধুবিত্তানি সোমজঃ ।**

**করোতিত্বাদরং লোকে শনেরন্তর্দ্দশাং গতঃ ।। ৪০ ।।**

শনিগী দশা মনুংদা বুধনা চারবদি নাদ-য়েক্তবা, মাইপাকপা, লৌরি ইখ্বোল হনজনবা, মরুপ-মপাং মরি-মতা অনৌবা ফংবা, লন-থুম চাওখৎপা অমসুং মীনা ইকায়খুম্নবা দশা পী ।। ৪০ ।।

**ইতি শনের্দ্দশায়ামন্তর্দ্দশা-ফলম্ ।।**

## অথ গুরোর্দ্দশায়ামন্তর্দ্দশা-ফলম্ ।

*গুরোর্দ্দশায়াং গুরোরন্তর্দ্দশা - ৩।৪।৩।২০ দণ্ড ।।*

**কুরুতে পূর্ব্বসৎপুত্রং তপঃ খ্যাতিঞ্চ পৌরুষম্ ।**

**গজাশ্ববাহনং সৌখ্যং স্বদশায়াং বৃহস্পতিঃ ।। ৪১।।**

বৃহস্পতিগী দশা মনুংদা বৃহস্পতিনা চারবদি মমাংদা ফংখিদ্রিবা অফবা মচা ফংবা, মরুপফংবা, অনিংবা ৱাখল চেৎপা, নিপাথোকপা, শগোল শামু কায়দোং ফংবা অমসুং নুংঙাইবা মকালাম্বা পী ।। ৪১ ।।

*গুরোর্দ্দশায়াং রাহোরন্তর্দ্দশা - ২।১।১০ দিন ॥*

**অকস্মাত্তয়মাপ্নোতি রাজপীড়াং করোতি বৈ।**

**বন্ধনং হৃদি সন্তাপং গুরোরন্তর্গতং তমঃ ॥ ৪২ ॥**

বৃহস্পতিগী দশা মনুংদা রাহুনা চাববদি করিগুম্বা অমদগী অকি-অখং থোকপা, নিংথৌ অওম্বা নক্লরুবদগী অৱাবা নংবা, অফা-অপুন্নবা অমসুং পুক্লিং ৱাখল ৱাবা দশাপী ॥ ৪২॥

*গুরোর্দ্দশায়াং শুক্রস্যান্তর্দ্দশা - ৩।৮।১০ দিন ॥*

**রিপোর্ভয়ং বন্ধুনাশং নানাব্যাধিসমাকুলম্।**

**ভার্য্যাবিয়োগদুঃখঞ্চ গুরোরন্তর্গতো ভৃগু ঃ॥ ৪৩ ॥**

বৃহস্পতিগী দশাদা শুক্রনা চারবদি য়েক্লবদগী অকিবা নংবা, মকপ মপাং কায়নবা, মখল-মখাগী অনাবা লোয়বা অমসুং নুপী কায়নবগী অৱাবা নংবা দশা পীরি ॥ ৪৩ ॥

*গুরোর্দ্দশায়াং রবেরন্তর্দ্দশা - ১।০।২০ দিন ॥*

**বহুমিত্রং বহুধনং সুভার্য্যং রাজবল্লভম্।**

**কুরুতে ভাস্করঃ শান্তিং গুরোরন্তর্দ্দশাংগতঃ ॥ ৪৪॥**

বৃহস্পতিগী দশা মনুংদা রবিনা চারবদি মরিমতা ফংবা, লনথুম ফংবা, শকহেনবী নুপী ফংবা অমদি নিংথৌগী অচানবা মনাই ওইবা পীরি ॥ ৪৪ ॥

*গুরোর্দ্দশায়াং চন্দ্রস্যান্তর্দ্দশা - ২।৭।২০ দিন ॥*

**ভোগাঢ্যোবহুভার্য্যঃ স্যাদ্রিপুরোগাদিবর্জ্জিতঃ।**

**নৃপতুল্যোভবেচ্চন্দ্রে গুরোরন্তর্দ্দশাংগতে ॥ ৪৫॥**

বৃহস্পতিগী দশা মনুংদা চন্দ্রনা চারবদি চাবা থকপা নুংঙাই, নুপীশিংনা খোইদান্নবা, য়েক্ল তিংখং লৈতবা, অনা অয়েক লৈতবা অমসুং নিংথৌগুম্না নুংঙাইবা মতম ওইরী ॥ ৪৫॥

*গুরোর্দশায়াং কুজস্যান্তর্দশা - ১।৪।২৬।৪০ দণ্ড ॥*

**তীক্ষ্ণরোষো রিপোর্হন্তা গজবস্তীমদর্শনঃ।**

**শুভসৌভাগ্য সংযুক্তোজীবস্যান্তর্গতে কুজে ॥ ৪৬ ॥**

বৃহস্পতিগী দশা মনুংদা মঙ্গলনা চাববদি পংখৈ য়ৌনা শাওবা পোকপা, য়েক্লবা মাংহনবা, লাও খোংদুনা অকিবা উৎপা, য়াইফবনা তিনবা অমসুং লাইবকফবা ওইবা মতমনি ॥ ৪৬ ॥

*গুরোর্দশায়াং বুধস্যান্তর্দশা - ২।১১।২৬।৪০ দণ্ড ॥*

**সুস্থোঽসুস্থঃ সুখী দুঃখী শক্রবৃদ্ধিং পুনঃ পুনঃ।**

**দেবার্চ্চনপরোনিত্যং জীবস্যান্তর্গতে বুধে ॥ ৪৭ ॥**

বৃহস্পতিগী দশা মনুংদা বুধনা চাববদি হকচাংগী ফিবম চবক চহিং নাইবা, অৱা-নুংঙাই য়ান্নবা, য়েক্লবা হেনগৎপা অমদি য়েক্লবনা থাংখাংনাইনা অৱাবা পীবা, অদুন্নদি ওইববদা মতম পূম্বদা লাই-তিনগী পূজাদা থাজবা, পুক্লিং চংবদি ওই ॥ ৪৭॥

*গুরোর্দশায়াং শনেরন্তর্দশা - ১।৯।৩।২০ দণ্ড ॥*

**বেশ্যাজনাশ্রয়াৎ সৌখ্যং ভবেদ্বিত্তবিবর্জ্জিতঃ।**

**লুপ্তনীতিমনা নিত্যং গুরোরন্তর্গতে শনৌ ॥ ৪৮ ॥**

বৃহস্পতিগী দশা মনুংদা শনিনা চাববদি ওক্তবীগা সঙ্গতৌবা, মদুদা নুংঙাইবা, মতম পূম্বাদা য়াথল খঙ্কদবা, অরোনবা ফত্তবা থবক তৌবা পীবা দশানি॥৪৮ ॥

**ইতি গুরোর্দশায়ামন্তর্দশা ফলম্।**

## অথ রাহোর্দশায়ামন্তর্দশা ফলম্।

*রাহোর্দশায়াং রাহোরন্তর্দশা -১।৪ মাস ॥*

**রাহৌ স্ত্রীবন্ধুনাশশ্চ রিপুরোগভয়ং তথা।**

**ভবেদর্থস্য নাশশ্চ রাহুর্হি স্বদশাং গতঃ ॥ ৪৯ ॥**

বাহুগী দশা মনুংদা রাহুনা চববদি নুপী অমসুং মকপ-মপাং কায়নবা, য়েক্লবদগী অকিবা ফংবা, লন-থুম মাংবা অমসুং অনা-অয়েক পী ॥ ৪৯ ॥

*রাহোর্দ্দশায়াং শুক্রস্যান্তর্দ্দশা - ২।৪ মাস ॥*

**শিরোরোগং কুদেহঞ্চ কুর্য্যাদ্ ভার্য্যাঞ্চ চঞ্চলাম্।**

**বান্ধবৈঃ কলহোনিত্যং রাহোরন্তর্গতে ভৃগৌ ॥ ৫০ ॥**

রাহুগী দশা মনুংদা শুক্রনা চাববদি কোক্তা অনাবা পীবা, হকচাং ফিবম কাইবা, থোইদোক্লা নুপীগী ৱাখলদা পুক্লিং চবাংনবা মতমনি অমসুং ইমুং-মনুংগা লোয়ননা অৱাবা, খৎন চৈনবা থোকপা দশা পী ॥ ৫০ ॥

*রাহোর্দ্দশায়াং রবেরন্তর্দ্দশা - ০।৮।০ মাস ॥*

**শিরোরোগং ভয়ং ঘোরং মৃত্যুং শোকঞ্চদারুণম্।**

**বৃহদগ্নিভয়ং কুর্য্যাদ্রাহোরন্তর্গতোরবিঃ ॥ ৫১ ॥**

রাহুগী দশা মনুংদা ববিনা চারবদি কোক্কী অনাবা পীবা,হকচিন্না অকিবা খনবা, অশিবগা পাংথক্লবা, হিদাক লাংথক্কী মরমদা অৱাবা ওইবা অমসুং অওকপা ওইবা মৈদগী অকিবা নংবা দশা পীরি ॥ ৫১॥

*রাহোর্দ্দশায়াং চন্দ্রস্যান্তর্দ্দশা - ১।৮ মাস ॥*

**স্ত্রীপুত্রকলহশ্চৈব বিত্তনাশং মনঃ ক্ষতিম্।**

**করোতি ক্লেশমত্যন্তং রহোরন্তর্গতো বিধুঃ ॥ ৫২॥**

রাহুগীদশা মনুংদা চন্দ্রনা চারবদি নুপী অমসুং মচাশিংগা লোয়ননা খৎন লাওনবা থোকই, লন-থুম মাং তাকই, পুক্লিং নুংশিবা অমসুং অৱাবগী তাংকক্ পন্দোম লোম্মী ॥ ৫২॥

*রাহোর্দ্দশায়াং কুজস্যান্তর্দ্দশা - ০।১০।২০ দিন ॥*

**বিষশস্ত্রাগ্নিচৌরেভ্যো নিয়তং দারুণং ভয়ম্।**

**পাতস্যান্তর্গতঃ কুর্য্যান্নরস্য ভূমিনন্দনঃ ॥ ৫৩ ॥**

রাহুগী দশা নুংদা মঙ্গলনা চারবদি হু চেনবা পোৎতগী অকিবা নংবা, খুৎলাইদগী অকিবা নংবা, মৈদগী অকিবা ফংবা অমসুং হুরানবদগী অকিবা পোকপা, নংবা দশা পী ॥ ৫৩ ॥

*রাহোর্দ্দশায়াং বুধস্যান্তর্দ্দশা - ১।১০।২০ দিন ॥*

**জ্বরক্ষুদগ্নিসংপীড়াং কলহং স্বজনৈঃ সহ।**

**ভৃত্যাপত্যেষু বিদ্বেষং রাহোরন্তর্গতো বুধঃ ॥ ৫৪ ॥**

রাহুগী দশা নুংদা বুধনা চারবদি অরুম লাইহৌ তৌবা, চারাম চৎতংনবা, মৈপোক লাংপোক নংবা, ইমুং মনুং মরি মতাগা লোয়ননা খৎনা চৈনবা থোকপা অমসুং মীনাই মশন অমদি মচা মশুগা মত চান্নদবা য়েংথিনবা থোকপা দশানি ॥ ৫৪॥

*রাহোর্দ্দশায়াং শনেরন্তর্দ্দশা - ১।১।১০ দিন ॥*

**স্ত্রীপুত্রৈঃ কলহো নিত্যং বান্ধবৈঃ সহ বৈরিতা।**

**ভবেত্তু বহুধা দুঃখং রাহোরন্তর্গতে শনৌ ॥ ৫৫ ॥**

বাহুগী দশা নুংদা শনিনা চারবদি নুপী অমসুং মচাশিংগা খৎনা চৈনবা থোকপা, মতম চুপ্পদা বারৌ পাউরৌনবা, মকপ-মপাংদা য়েক্লবা থোকপা, অমদি মখল মখাগী অবাবা মাইয়োক্লবা দশা মতাংনি ॥ ৫৫ ॥

*রাহোর্দ্দশায়াং গুরোরন্তর্দ্দশা - ২/১/১০ দিন ॥*

**ব্যাধিদুঃখভয়ৈস্ত্যক্তো দেবব্রাহ্মণ পূজকঃ।**

**কার্য্যসিদ্ধির্ভবেদিষ্টা রাহোরন্তর্গতে গুরৌ ॥ ৫৬ ॥**

বাহুদশা নুংদা গুরুনা চারবদি অনা-অয়েক অমদি অবা-অনা কোক্তুনা ঈশ্বর অমদি ব্রাহ্মণ পূজাদা পুক্নিং লুপ্তুনা অয়াম্বা থবক থৌরমশিং মাইপাকপা মতম ওইরি ॥ ৫৬ ॥

ইতি রাহোর্দ্দশায়ামন্তর্দ্দশা ফলম্ ॥

## অথ শুক্রস্যাদশায়ামন্তর্দ্দশা ফলম্ ।

*শুক্রস্যাদশায়াং শুক্রস্যান্তর্দ্দশা ৪.১ মাস ॥*

নীতিকীর্ত্তিযশোলাভং বনিতা ভোগবর্দ্ধনম্ ।

কুরুতে সর্ব্বলাভেঞ্চ স্বদশায়াং গতো ভৃগুঃ ॥ ৫৭॥

শুক্রগী দশানুংদা শুক্রনা চাববদি লমচৎ, মীংচৎ, মতিক মঙাল লৈবা চাওখৎপা অমদি নুপী ফংবা, হিবম খুদিং পাংথোকপা, চাওখৎপা ফংবা পীবা দশানি ॥ ৫৭ ॥

*শুক্রস্যাদশায়াং রবেরন্তর্দ্দশা - ১/২ মাস ॥*

দেহস্তীব্রব্রণাক্রান্ত স্তীব্রতাপো জ্বরান্বিতঃ ।

ভ্যক্তঃ স্যাদ্বান্ধবৈঃ সর্ব্বৈর্ভার্গবান্তর্গতে রবৌ ॥ ৫৮॥

শুক্রদশা মনুংদা রবিনা চাববদি অথৌবা অকনবা পোৎনা খোৎকায় লেনখায়বা, থোইনা হেন্না মৈচাক অব্রাবা ফংবা অমদি অকম লাইহৌ তৌবা, মরুপ-মপাংনা থৌওই থৌশাবীদবা দশা পী ॥ ৫৮ ॥

*শুক্রস্য দশায়াং চন্দ্রস্যান্তর্দ্দশা - ২/১১ মাস ॥*

সম্মাননাশ রোগশ্চ কার্য্যনাশশ্চ নিত্যশঃ ।

শুক্রস্যান্তর্গতে চন্দ্রে স্ত্রীনাশোনিয়তং ভবেৎ ॥ ৫৯ ॥

শুক্র দশা মনুংদা চন্দ্রনা চারবদি ইজৎ সম্মান মাংবা, অনা লোয়বা, মতম পূম্বদা থবক কায়বা অমসুং নুপী কায়নবা দশা পীরি ॥ ৫৯ ॥

*শুক্রস্য দশায়াং কুজস্যান্তর্দ্দশা - ১/৬/২০ দিন ॥*

উৎসাহী ধনধান্যাঢ্যঃ কল্যাণং সুমনাঃ সুখী ।

ভূমিলাভো ভবেচ্চৈব শুক্রস্যান্তর্গতে কুজে ॥ ৬০ ॥

শুক্রগী দশা নুংদা মঙ্গলনা চারবদি মীগী মতেং ফংবা, লন-থুম্মা তিনবা, অনা-অয়েক লৈতবা, পণ্ডিত ওইবা অমসুং নুংঙাইবা ফংবা, লৌরি-ইঙ্খোল ফংবা অমসুং থবক খুদিংদা মঙ্গল লৈবা দশানি ॥ ৬০ ॥

*শুক্রস্য দশায়াং বুধস্যান্তর্দশা - ৩।৩।২০ দিন ॥*

সর্ব্বত্র লভতে সৌখ্যং মানসঞ্চয়ভূষণে।

ভার্য্যাসু প্রিয়তামেতি ভার্গবান্তর্গতে বুধে ॥ ৬১ ॥

শুক্রদশা নুংদা বুধনা চারবদি নুংঙাইবা ফংবা, পুক্লিং তপ্পা, ঋাখল থোকপা, লৈতেং ফংবা, অমদি নুপীগী মরমদা তোইনা পুক্লিং নুংশিবা পোকপা দশানি ॥৬১॥

*শুক্রস্য দশায়াং শনেরন্তর্দশা - ১।১১।১০ দিন ॥*

শক্রক্ষয়মবাপ্নোতি মিত্রবৃদ্ধিশ্চ জায়তে।

চৌরাদ্বিত্তস্য লাভঃ স্যাচ্ছুক্রস্যান্তর্গতে শনৌ ॥ ৬২ ॥

শুক্র দশা মনুংদা শনিনা চারবদি য়েক্ল-তিংখং লৈতবা অমসুং হুরানথিবা লন-থুম ফংবা দশানি ॥ ৬২ ॥

*শুক্রস্যদশায়াং গুরোরন্তর্দশা - ৩।৮।১০ দিন ॥*

রাজপূজা সুখং প্রীতিঃ কন্যাজনমমেব চ।

ভার্গবান্তর্গতে জীবে চৌরান্নষ্টঞ্চ লভ্যতে ॥ ৬৩ ॥

শুক্রগী দশা মনুংদা বৃহস্পতিনা চারবদি নিংথৌ অমসুং অঙম্বগী থৌগল ফংজবা, নুংঙাইবা মপুং ফাবা, নুংশিবা ফংবা অমসুং নিঙোল ফংবা অমদি হুরানবনা হুপ্রবা পোৎ অমুকহন্না ফংবা পীরি ॥ ৬৩॥

*শুক্রস্য দশায়াং রাহোরন্তর্দশা - ২।৪ মাস ॥*

বন্ধনং বন্ধুপুত্রাদেব্বর্বন্ধুনাশোরিপোর্ভয়ম্।

শরীরং দৈন্যমাপ্নোতি রাহোরন্তর্গতে ভৃগৌ ॥ ৬৪ ॥

শুক্রগী দশা নুংদা রাহুনা চারবদি মচিন-মনাও, মচানচিংবা অফা-অপুন নংবা, মচিন মনাও কায়নবা, য়েক্লবদগী অকিবা নংবা অমসুং হকচাং চোকথা হুইথবা পীবা দশানি ॥ ৬৪ ॥

*ইতি শুক্রস্য দশায়ামন্তর্দশা ফলম্।*

## অথবিংশোত্তরীদশায়ামন্তর্দশাফলানি

### রবিদশায়ামন্তর্দশাফলানি ।

সূসূ - দ্বিজভূপতিশাস্ত্রাদ্যৈর্ধনপ্রাপ্তিং মনোরুজম্ ।
০।৩।১৮ বিদেশবনসঞ্চারং ভানোরন্তর্গতে রবৌ ॥ ১॥

রবি দশা নুংদা রবিনা চারবদি ব্রাহ্মণ, নিংথৌ, মহৈমশিংদগী লন ফংগনি। অদুবু পুক্লিং নুংঙাইরোই অমসুং মীরম, বন চৎপা পীরি ॥ ১ ॥

সূচ - বন্ধুমিত্রজনৈরর্থং প্রমাদং মিত্রসজ্জনৈঃ ।
০।৬।০ পত্তুরোগাদি সন্তাপং চন্দ্রে ভানুদশান্তরে ॥ ২ ॥

রবিদশা নুংদা চন্দ্রনা চারবদি মরি-মতা, মরুপ-মপাংদগী লন-থুম ফংই, মরুপ, মশাগী অহল-লমনবু থৌওইদবা অমসুং শক্-চু ওনবা লায়নানচিংবা নাবা, পুক্লিং ব্রাবসু পী ॥ ২ ॥

সূম-রত্নকাঞ্চনবিত্তাপ্তিং রাজস্নেহং শুভাবহম্ ।
০।৪।৬ পৈৎত্যরোগাদিসঞ্চারং কুজে ভানুদশান্তরে ॥ ৩ ॥

রবিদশা নুংদা মঙ্গলনা চারবদি রত্ন, সনা, লন-থুম ফংই, নিংথৌনা চানবী, য়াইফবা ওই অমসুং ফিরাক নাবা মি কাবা পী ॥ ৩ ॥

সূরা - অকালে মৃত্যুসন্তাপং বন্ধুবর্গারিপীড়নম্ ।
০।১০।২৪ পদচ্যুতিং মনোদুঃখং রবেরন্তর্গতেহপ্যহৌ ॥ ৪ ॥

রবিদশা নুংদারাহুনা চারবদি মতম চাদনা পুন্সি লোম্বা, থমোয় কায়বা, মরি-মতাশিংনা ওৎপি নৈবীবা, মথোং তেকপা অমসুং পুক্লিংব্রাবা পী ॥ ৪ ॥

সূবৃ - সর্বপূজ্যং সুতাবিত্ত দেববাহ্মণ পূজনম্ ।
০।৯।১৮ সৎকর্মাচারসদ্‌গোষ্ঠী রবেরন্তর্গতে গুরৌ ॥ ৫ ॥

রবিদশানুংদা বৃহস্পতিনা চারবদি মীয়াম্না ইকায়খুম্নৈ, মচা মনাইদগী লন-থুম ফংই , লাই, ব্রাহ্মণবু পূজা তৌজে, অফবা থবক, চাওখৎপা কর্ম্ম অমসুং সেবা পাংথোক্কুনা অফবা সজ্ঞ তৌই ॥ ৫ ॥

সূশ- সর্বশক্রক্ষমালস্যং হীনবৃত্তিং মনোরুজম্।
০।১১।১২ রাজচোরভয়প্রাপ্তিং রবেরন্তর্গতে শনৌ ॥ ৬॥

রবিদশানুংদা শনিন্না চারবদি মফম খুদিং য়েক্লবা ওইবা, হকচাং থরেক্লবা, হিংবগী আশা থোক্তবা, পুক্নিং নিংদোনপোম্বা, অশুম-অথৌ, নিংথৌ অমসুং হুরান-চিনথিদগী অকিবা নংবা দশা পীরি ॥ ৬ ॥

সূবু - বন্ধুপীড়াং মনো দুঃখং সন্নোৎসাহং ধনক্ষয়ম্।
০।১০।৬ কিঞ্চিৎসুখমবাপ্নোতি রবেরন্তর্গতে বুধে ॥ ৭ ॥

রবিদশা নুংদা বুধনা চারবদি মচিন মনাওগী অবাবা নংই, পুক্নিং বাই শু-নোম্বা মহৈয়াম্দে, লন-থুম মাংই অমসুং নুংঙাইবা খরতমক্ ফংই ॥৭॥

সূকে - কণ্ঠরোগং মনস্তাপং নেত্ররোগমথাপি বা।
০।৪।৬ অকালমৃত্যুমাপ্নোতি রবেরন্তর্গতে ধ্বজে ॥ ৮ ॥

রবিদশা নুংদা কেতুনা চারবদি থৌনাউনাবা, পুক্নিং নুংঙাইতবা, মিৎনাবা অমসুং মতম চাদনা পুন্সি লোম্বা থোক্কনী ॥ ৮ ॥

সূশু - জলে দ্রব্যাপ্তিমায়াসং কুস্ত্রীজননিষেবণম্।
১।০।০ শুক্রসংবাদমাপ্নোতি রবেরন্তর্গতে ভৃগৌ ॥ ৯ ॥

রবি দশা নুংদা শুক্রনা চারবদি ঈশিংদগী পোৎ- চৈ ফংই, ফত্তবা নুপীগা লোয়নৈ, তাবা নুংঙাইতবা বহৈ বাতা ঙাংনৈ শরুনৈ ॥ ৯ ॥

বিশেষঃ - দশাদৌ দিন নাথস্য পিতুরোগং ধনক্ষয়ম্।
বর্ষঃ - ৬ সর্ব্বাধাথরং মধ্যে দশান্তে সুখমাপ্নুয়াৎ ॥ ১০ ॥

রবিদশা হৌগংলকপদা মপা নাই, লন মাংই, মযাই চল্লকপদা হিবম খুদিং অপনবা নংই, দশা অবোইবা শকক্তা নুংঙাইবা পী ।। ১০ ।।

চন্দ্রদশায়ামন্তর্দশা ফলানি ।

চচ - বিদ্যাস্ত্রীগীতবাদ্যোৎসভির্রতিশমনং পট্টবস্ত্রাদি সিদ্ধিং
০।১০।০সৎসঙ্গ দেহ সৌখ্যং নৃপসচিবচমূনায়কৈঃ পূজ্যমানম্ ।
সৎকীর্ত্তি তীর্থযাত্রাং বিতরতি হিমগুঃ পুত্রমিত্রৈঃ প্রিয়ং চ
ক্ষোণী গোবাজিলাভং বহুজনবিভবং স্বে দশান্তর্বিপাকে ।। ১১ ।।

চন্দ্রদশা নুংদা চন্দ্রনা চারবদি মহৈমাশং লৌশিং চাওখৎপা, নুপী ফংবা, ঈশে নোংমাইদা পুক্রিং পেনবা, কল্লংগী ফজবা ফি-রোল ফংবা, চাওখৎ য়াইফবা মীশিং তিন্নবা, হকচাং নুঙাইবা, নাদ য়েক্তবা, নিংথৌ অওম্বাগা খংন-চানবা, মিংচৎ ফংবা, তীর্থ চৎপা, মরুপ, মচা-মনাইবু লুনা চান্না তৌবা, লৌরি-ইখোল, শা-ষণ ফংবা অমসুং মখল মথেলগী লন-থুম লৈবা পীরি ।। ১১ ।।

চম-রোগং বিরোধবুদ্ধিং চ স্বনাশং ধনক্ষয়ম্ ।
০।৭।০ মিত্রভ্রাতৃবশাৎ ক্লেশং চন্দ্রস্যান্তর্গতে কুজে ।। ১২ ।।

চন্দ্রদশা নুংদা মঙ্গলনা চারবদি অনা অয়েক নংবা, মীগা নিঙাই শংদানবা তোয়বা, মফম হোংবা, লন ময়েংতবা অমসুং মরুপ, মচিন-মনাওগা পুক্রিং নুংশিবা ৰারৌ-পাউরৌনবা দশা পীরি ।। ১২ ।।

চরা - রিপুরোগভয়াৎ ক্লেশং বন্ধুনাশং ধনক্ষয়ম্ ।
১।৬।০ কিঞ্চিৎ সুখমাপ্নোতি রাহৌ চন্দ্রদশান্তরে ।। ১৩ ।।

চন্দ্র দশা নুংদা রাহুনা চারবদি য়েক্লবা, লায়নাদগী পুক্রিং নুংশিবা পোকপা, মরিমতা ইমুং-মনুং কায়নবা, লনচৎপা অমসুং নুংঙাইফম খংদবা পীরি ।। ১৩।।

চবৃ - য়ানাদিবিবিধার্থাপ্তিং বস্ত্রাভরণসম্পদঃ।
১।৪।০ যত্নাৎ কার্যমবাপ্নোতি জীবে চন্দ্রদশান্তরে ॥ ১৪ ॥

চন্দ্রদশানুংদা বৃহস্পতিনা চারবদি গাড়ীনচিংবা মখল মখলগী পোৎ-চৈ ফংবা, ফি-রোল, শেৎনা ইন্নবা শেমশাবা অমসুং হোৎনবা থবক মাই পাকপা পীরি ॥১৪॥

চশ- মাতৃপীড়া মনোদুঃখং বাতপৈত্ত্যাদি পীড়নম্।
১।৭।০ জন্ধবাগরিসংবাদং শনৌ চন্দ্রদশান্তরে ॥ ১৫॥

চন্দ্রদশানুংদা শনিনা চারবদি পুক্নিং ৱাবা, লু-তাংচিক্পা, লোকচেনবা খোলশিবা অমসুং য়েক্লবগা আৱাই অথুমনচিংবা তৌবা পীরি ॥ ১৫ ॥

চবু - মাতৃবর্গাদ্ধনপ্রাপ্তিং বিদ্বজ্জনসমাশ্রয়ম্।
১।৫।০ বস্ত্রভূষণ সম্প্রাপ্তিং বুধে চন্দ্রদশান্তরে ॥ ১৬ ॥

চন্দ্র দশা নুংদা বুধনা চারবদি মমাগী শাগৈদগী লন-থুম ফংবা, মহৈ মশিং হৈবা মীশিংনা অফবা মফম পীবিবা, ফি অমসুং লৈতেং কংজবা পীরি॥১৬ ॥

চ কে- স্ত্রীরোগং বন্ধুনাশং চ কুক্ষিরোগাদিপীড়নম্।
০।৭।০ দ্রব্যনাশমবাপ্নোতি কেতৌ চন্দ্রদশান্তরে ॥ ১৭ ॥

চন্দ্রদশা নুংদা কেতুনা চারবদি নুপী অনা লোয়বা, মরিমতা মচিন-মনাওগী অমাং অতা থোকপা, পুক্কী অনাবা অমসুং পোৎ-চৈ মাংবা পী ॥ ১৭ ॥

চ শু-স্ত্রীধনং কৃষিশস্যাদিজলবস্ত্রাগমং সুখম্।
১।৮।০ মাতৃরোগমবাপ্নোতি ভৃগৌ চন্দ্রদশান্তরে ॥ ১৮ ॥

চন্দ্রদশানুংদা শুক্রনা চারবদি নুপীদগী লন-থুম ফংবা, লৌউ-শিংউবা কান্নবা, শা-ষণনচিংবা ঈশিং-মাইশিং, ফি-রোল মরাং কায়বা, নুংঙাইবা অমদি মমাদি অনা লোয়বা পীরি ॥ ১৮ ॥

চ র-নৃপপ্রায়কমৈশ্বর্যং ব্যাধিনাশং রিপুক্ষয়ম্।

০।৬।০ সৌখ্যং শুভমবাপ্নোতি রবৌ চন্দ্রদশান্তরে ।। ১৯ ।।

চন্দ্রদশানুংদা রবিনা চারবদি নিংথৌদগী খুদোল, মিংচৎ ফংবা, অনা-অয়েক কোকপা, য়েক্র-তিংখং লৈতনা নুংঙাইবা অমসুং মঙ্গল ওইবা পীরি ।।১৯।।

বিশেষঃ - আদৌ ভাবফলং মধ্যে রাশিস্থানফলং বিদুঃ।

বর্ষঃ - ১০ পাকাবসানসময়ে চাঙ্গজং দৃষ্টিজংফলম্ ।। ২০।।

চন্দ্রগী দশাদি হৌগৎলকপদা ভাবফল ফংই, দশা ময়াই চনবদা রাশিগী ফল ফংই, দশা মমৈদা লগ্নগী ফল ফংই অমসুং দৃষ্টিনা থোকহনবা ফল পী।।২০।।

কুজদশায়ামন্তর্দ্দশাফলানি ।

ম ম- উষ্মাধিক্যং সুহৃদ্দ্বেষং মাতৃপীড়া নৃপাভয়ম্।

০।৪।২৭ সর্বকার্যার্থনাশং চ কুজে কুজদশান্তরে।। ২১ ।।

মঙ্গলদশা মনুংদা মঙ্গলনা চারবদি শাওগনবা, মরুপকা নুংশিনদবা, মমাগী লাইমন কাংবা, নিংথৌদগী অকিবা নংবা অমসুং থবক অয়াম্বা কায়বা, লন মাঙ্বা পীরি ।। ২১।।

ম রা- নৃপচৌরাদিভীতিঞ্চ ধন ধান্যাদিনাশনম্।

১।০।১৮ দুষ্টকর্ম্মাদিসংসিদ্ধি রাহৌ কুজদশান্তরে।। ২২ ।।

মঙ্গলদশানুংদা রাহুনা চারবদি নিংথৌ, অগুম্বা অমসুং হুরানবদগী অকিবা নংবা, লন-থুম, ফৌ-চেং মাঙ্বা, ফত্তবা থবক থৌরমদদি মায়পাকপা পীরি ।।২২।।

ম বৃ- দ্বিজমূলাদ্ধন প্রাপ্তিং ভূলাভং চ নিরাময়ম্।

০।১১।৬ সম্পূজনংজয়ং সৌখ্যং গুরৌ কুজদশান্তরে।। ২৩ ।।

মঙ্গলদশানুংদা বৃহস্পতিনা চারবদি ব্রাহ্মণ ক্ষেত্রিয়দগী লন ফংবা, লৌরি ইখ্রোল ফংবা, অনা-অয়েক লৈতবা, মীনা নোল্লুক্পা মায়পাকপা অমসুং লাইবকফনা নুংঙাইবা পীরি ।। ২৩ ।।

ম শ - বহুদুঃখাকরব্যাধিমরিচোরনৃপৈর্ভয়ম্।

১।১।৯ ধনক্ষয়মবাপ্নোতি শনৌ ভৌমদশান্তরে ॥ ২৪ ॥

মঙ্গলদশানুংদা শনিনা চারবদি অচৌবা অৱাবা নংবা, লায়না-লাইথুং থুংবা, য়েক্লবা, হুরানবা, অশুম্বা, নিংথৌদগী অকি-অথং নংবা অমসুং লন মাঙ্বা পীরি ॥২৪ ॥

ম বু - বৈশ্যবর্গাদ্ধনপ্রাপ্তিং গৃহগোধান্যসম্পদঃ।

০।১১।২৭ শক্রবাধাং মনঃ ক্লেশং বুধে কুজদশান্তরে ॥ ২৫ ॥

মঙ্গল দশানুংদা বুধনা চারবদি লৌমীদগী, ললোনবা মীদগী পোৎ- চৈ, লন ফংদুনা ফৌগৈ-শীংগৈ লিংবা, সম্পতি চাওখৎপা, য়েক্লবনা য়েংশিন্বা অমসুং পুক্লিং নুংনাংবা পী ॥ ২৫ ॥

ম কে — কুক্ষিরোগেণ সন্তাপং বন্ধুসোদরপীড়নম্।

০।৪।২৭ দুষ্টমানবশক্রত্বং কেতৌ কুজদশান্তরে ॥ ২৬ ॥

মঙ্গল দশানুংদা কেতুনা চারবদি পুক্কী অনাবনা পুক্লিং ৱাবা, মরি-মতা পোকমিন্নবা মচিন মনাওগী অৱাবা তাবা অমসুং ফত্তবা মীনা য়েংশিনবা পীবি ॥ ২৬ ॥

ম শু - কলত্রভূষণং বস্ত্রং বন্ধুবর্গাদ্ধনাগমম্।

১।২।০ স্ত্রীজনদ্বেষ্যতদ্‌গোষ্ঠীং শুক্রে ভৌমদশান্তরে ॥ ২৭ ॥

মঙ্গল দশানুংদা শুক্রনা চারবদি নুপীগী লৈতেং ফংবা, ফি-রোল ফংবা, মরি-মতা, নুপীশিংগা য়েংথিনবা অমসুং মখোয়গা তিনবদসু য়েংশিন্বা পী॥ ২৭॥

ম র - অপবাদং গুরুদ্বেষং কলহং ব্যাধিপীড়নম্।

০।৪।৬ আত্মবর্গান্মনোদুঃখং রবৌ ভৌমদশান্তরে ॥ ২৮ ॥

মঙ্গল দশানুংদা রবিনা চারবদি খৎনা-চৈনবা থোকপা, অহল-লমন গুরুজনশিংগা মত চানদবা, চিন্দা পাউদানবা, অশোক-অনা নংবা অমসুং মাগী ওইবা মীনা পুক্লিং ৱাবা পীরি ॥ ২৮ ॥

**ম চ - নানাবিত্তসুখং বস্ত্রমুক্তামণিবিভূষণম্।**

**০।৭।০ নিদ্রালস্যমথোদ্বেগং চন্দ্রে ভৌমদশান্তরে।। ২৯ ।।**

মঙ্গলদশানুংদা চন্দ্রনা চারবদি মখল মখাগী লন ফংদুনা নুংঙাইবা, ফি-রোল, মুক্তা, মণি লৈতেং ফংবা অমসুং উইনিঙ্গম্বা অতনবা পোকপা, পুক্নিং খোইরাংনবা পীরি ।। ২৯ ।।

**বিশেষঃ - ভূনন্দনস্য পাকাদৌ মানহানির্ধনক্ষয়ঃ।**

**বর্ষঃ ৭ - মধ্যে নৃপাগ্নিচোরাদ্যৈর্ভীতিশ্চান্তে তথাভবেৎ।। ৩০ ।।**

মঙ্গল দশা হৌগৎলকপদা নিংজবা আশা কাযবা, লন চৎপা, অমাঙ্বা পী। ময়াইচল্লকপদা মদুমঙাই, অরোইবা শরুক্তদি নিংথৌ, অঙম্বা, হুরানবা অমসুং মৈদগী অকিবা নংবা পী ।। ৩০ ।।

**রাহুদশায়ামন্তর্দশা ফলানি।**

**রা রা - জয়ারোগং বিবাদং চ বুদ্ধিনাশং ধনক্ষয়ম্।**

**২।৮।১২ - দূরদেশাটনং দুঃখং রাহৌ রাহুদশান্তরে।। ৩১ ।।**

রাহুদশানুংদা রাহুনা চারবদি নুপীগী ৱাখলদা অনা-লোয়বা, মীগা খৎনবা, লম থাপনা চৎপা অমসুং অৱাবা নংবা পী ।। ৩১ ।।

**রা বৃ-ব্যাধিশত্রুবিনাশং চ রাজপ্রীতিং ধনাগমম্।**

**২।৪।২৪ পুত্রলাভং তথোৎসাহং গুরৌরাহুদশান্তরে।। ৩২ ।।**

রাহুদশানুংদা বৃহস্পতিনা চারবদি অনা-অয়েক, য়েক্ল তিংখং লৈতবা, নিংথৌ, অঙম্বনা পেনবিদুনা লন ফংবা, মচা ফংবা অমদি উপায় লৈবা পীরি।। ৩২ ।।

**রা শ - বাতপিত্তকৃতং রোগং বন্ধুমিত্রাদি পীড়নম্।**

**২।১০।৬ দূরদেশনিবাসং চ শনৌ রাহুদশান্তরে।। ৩৩ ।।**

বাহুদশানুংদা শনিনা চাববদি মিংনাপুকাবা, অচেনবা নুংশিংকী লাযনানা অপোম অতং তৌবা, মবি-মতা, মকপ-মপাংগী অবাবা তাবা অমসুং অথাপ্না লমদা লৈকবা-তাবানচিংবা পীবি ॥ ৩৩ ॥

বা বৃ - মিত্রবন্ধুকলত্রাদি সংযোগং চ ধনাগমম্।
২।৬।১৮ রাজপ্রীতিমবাপ্নোতি বুধে রাহুদশান্তরে ॥ ৩৪ ॥

বাহুদশানুংদা বুধনা চাববদি মকপ, ইমুং-মনুং, মবি-মতা নৌহৌনা উন্নবা ফংবা অমসুং লন-থুম ফংবা, নিংথৌ অওম্বনা নুংশি চানবীবা দশা পীব ॥ ৩৪ ॥

বা কে-চৌর্যং চ মানহানিং চ পুত্রনাশং পশুক্ষয়ম্।
১।০।১৮ সর্বোপদ্রবমাপ্নোতি কেতৌ রাহুদশান্তরে ॥ ৩৫ ॥

কেতুনা চাববদি হুবান-লানা থোকপা, রাখল আশা কাযবা, মচ মাঙবা, শা ঙন মযেংতাবা অমসুং খুদোংথিবা থাংখাং যাম্না পীবি ॥৩৫ ॥

বা শু - বিদেশাদ্বাহন প্রাপ্তিশ্ছত্র চামরসম্পদঃ।
৩।০।০ রোগারিবন্ধুভীতিঃ স্যাৎ শুক্রেরাহুদশান্তরে ॥ ৩৬॥

বাহুদশানুংদা শুক্রনা চাববদি মীবৈবাক্তগী গাডীনচিংবা ফংবা, ছাতিন, চামর, লন থুম ফংবা। লাযনা-তিন্না, যেক্লবদগী অকিবা পোকপা পীবি ॥ ৩৬॥

বা ব - দানধর্ম্মরতিঃ প্রীতিঃ সর্বোপদ্রবনাশনম্।
০।১০।২৪ সংসাররোগ সঞ্চারো রবৌ রাহুদশান্তরে ॥ ৩৭ ॥

বাহুদশানুংদা ববিনা চাববদি দান, ধর্ম্মদা অপান্বা অপেনবা ওইবা, লম্পূম্বদা অপনবা খুদোংথিবা লৈতবা অমসুং ফমদিন্নবদগী লৈনা পোক্লকপা পীবি॥৩৭ ॥

বা চ - ভোগসম্পত্তবেন্নিত্যং শস্যবৃদ্ধির্ধনাগমঃ।
১।৬।০ স্ববন্ধুজন সংবাদশ্চন্দ্রে রাহুদশান্তরে ॥ ৩৮ ॥

রাহুদশানুংদা চন্দ্রনা চারবদি অফবা চীঙাক চাবা, নুংঙাইবা ওইবা, চেং-চাক মরাং কায়বা অমসুং মরুপ-মপাংগা ৱারি-ৱাতাই লিনদুনা নুংঙাইবা মতম ওইরি ।।৩৮ ।।

অতোপ্পা লাইরিক খরগী মত তনা - রাহুগী দশা মনুংদা চন্দ্রনা চারবদি নুপী ফংবা, খৎনা-লাওনবা, লন মাঙ্বা, ৱারি, পাউদগী মাঙ্তাকপা থোকপা অমসুং ইমুং-মনুং, ঙাই-শেল, শগৈ, মরি-মতাগা লোয়ননা পুক্রিং নিংদোনপোম্বা পী ।। যথা - "স্ত্রীলাভং কলহং চৈব বিত্তনাশমনির্বৃতিঃ । বান্ধবৈঃ সহ সংক্লেশো রাহোরন্তর্গতেঃ শশী ।। "

রা ম - সর্বোপদ্রবসংযোগঃ সর্বকার্যেষু মূঢ়তা ।

১।০।১৮ - চিত্তবিস্মৃতিদোষঃ স্যাৎ কুজে রাহুদশান্তরে ।। ৩৯ ।।

রাহুদশানুংদা মঙ্গলনা চরবদি থৌদোক-ৱাথোক, উপদ্রব তোইনা থোকই, শু-নোম্নুবা, তৌরুবা থবক্তা অপম্বা থোকপা অমসুং কাওজনথিবা ওই ।। ৩৯ ।।

বিশেষঃ — দশাদৌ দুঃখমাপ্নোতি দশামধ্যে মহৎসুখম্ ।

বর্ষঃ — ১৮।০।০ দশান্তে ফণিনাথস্য পিতৃনাশং পদচ্যুতিম্ ।। ৪০ ।।

রাহুগী দশাদি হৌগৎলকপদা অৱাবা নংই, ময়াইচল্লকপদা অকিবা ফংই, অৱাবা নংই, অরোইবা শরুক্তা মপা কায়নবা অমসুং থেংখাং খুদিংগী পুৎথাবা, ৱাবা থোকই ।।৪০।।

## গুরুদশায়ামন্তর্দশাফলানি ।

বৃ বৃ - নৃপপ্রীতি তথোৎসাহং সর্বকার্যার্থসাধনম্ ।

২।১।১৮ বিদ্যাবিজ্ঞানমাপ্নোতি গুরৌ গুরুদশান্তরে ।। ৪১।।

বৃহস্পতিগী দশানুংদা বৃহস্পতিনা চারবদি নিংথৌ অঙম্বনা চানবীবা অমসুং মতেং পীবা, অয়াম্বা থবক থৌরম পাংথোকপা ঙম্বা, মহৈ-মশিং অমসুং বিজ্ঞানগী লমদা চাওখৎপা পী ।। ৪১ ।।

বৃ শ - দ্বেষবুদ্ধিং মনস্তাপং পুত্রমূলাদ্ধনব্যয়ম্।

২।৬।১২ কর্মনাশমবাপ্নোতি শনৌ জীবদশান্তরে ॥ ৪২ ॥

বৃহস্পতিগী দশানুংদা শনিনা চাববদি ফত্তবা ৱাখল পোকপা, পুক্লিং ৱাখল ৱাবা, মচাগী মরিদা লন চৎপা অমসুং থবক থৌরমদা অমাঙ্বা থোকপা দশা পী ॥৪২ ॥

বৃ বু - বৈশ্যবর্গেণ বিত্তাপ্তিং রাজস্নেহং সুখাবহম্।

২।৩।৬ সৎকর্মাচারসিদ্ধিং চ বুধে জীবদশান্তরে ॥ ৪৩ ॥

বৃহস্পতি দশানুংদা বুধনা চারবদি লৌমী-শিন্মী, ললোন ইতিক তৌবা মীদগী লন-থুম ফংবা, লৈবাক নিংথৌনা চানবীবা, নুংঙাইবা ফংবা, অফবা থবক থৌরম পাংথোকপা ঙম্বা পীরি ॥ ৪৩ ॥

বৃ কে - মুক্তাপ্রবালভূষাপ্তিস্তীর্থযাত্রা ধনায়তি ঃ।

০।১১।৬ গুরুভূপবশাদাপ্তিঃ কেতৌ জীবদশান্তরে ॥ ৪৪ ॥

বৃহস্পতি দশানুংদা কেতুনা চারবদি মুক্তা, পোহান লৈতেং ফংবা, তীর্থ চৎপা, লন ফংবা অমসুং নিংথৌগী গুরুগী মনাই ওইবা ফংই ॥ ৪৪ ॥

বৃ শু-বাহনাদিধনপ্রাপ্তিঃ ছত্রচামরবৈভবম্।

২।৮।০ স্ত্রীপীড়া জনবিদ্বেষো ভৃগৌ জীবদশান্তরে ॥ ৪৫ ॥

বৃহস্পতিদশানুংদা শুক্রনা চারবদি গাড়ীনচিংবা লন ফংই, ছাতিন, চামর,সম্পতি, ফংই। নুপীগী ৱাখলদা থম্মোয় শোকই, অয়াম্বা মীশিংগা মায়চানদবা য়েংথিনবা ওই ॥ ৪৫ ॥

বৃ র - শত্রুনাশং জয়ং সৌখ্যং চিত্তোৎসাহংধনাগমম্।

০।৯।১৮ রাজপ্রসাদমারোগ্যং রবৌ জীবদশান্তরে ॥ ৪৬ ॥

বৃহস্পতি দশা নুংদা রবিনা চারবদি য়েক্ল তিংখং লৈতবা, মায়পাকপা, পুক্লিং লৈতানা নুংঙাইবা, নিংজবদা মতেং ফংবা, লন চংবা, নিংথৌনা চানবীবা অমসুং অনা অয়েক লৈতবা পী ॥ ৪৬ ॥

বৃ চ - স্ত্রীকৃতোৎসাহমৈশ্বর্যং রাজপ্রীতিঃ সুখাবহম্।
১।৪।০ দিব্যবস্ত্রবিভূষাপ্তিং চন্দ্রে জীবদশান্তরে ॥ ৪৭ ॥

বৃহস্পতিদশানুংদা চন্দ্রনা চারবদি নুপী ফংবা, থবক ফংবা, মতেং ফংবা, মিংচৎ ফংবা, নিংথৌনা য়াবা, নুংঙাইবা ফংবা, অথোইবা ফিরোল লৈতেং ফংবা পীরি ॥ ৪৭ ॥

বৃ ম - কর্মনাশং চ সঞ্চারং জ্বরতাপং মহদ্ভয়ম্।
০।১১।৬ ধননাশং নিরুৎসাহং কুজে জীবদশান্তরে ॥ ৪৮ ॥

বৃহস্পতি দশানুংদা মঙ্গলনা চারবদি থবক্তা অমাং অতা থোকপা, খা-রাই খংদনা কোইনা চৎপা, অকম লাইহৌগী অৱাবা নংবা, অচৌবা অকিবা নংবা, লন-থুম চৎপা অমসুং কনাগীসু মতেং লৈতবা পী ॥ ৪৮ ॥

বৃ রা - সর্ব্বক্লেশভয়ং রোগং সর্ব্বোপদ্রবকারণম্।
২।৪।২৪ ধনচ্ছেদভবাপ্নোতি রাহৌ জীবদশান্তরে ॥ ৪৯ ॥

বৃহস্পতি দশানুংদা রাহুনা চারবদি লম্ খুদিংদা অৱাবা অকিবা নংবা অনাবা লোয়বা, খুদোংথিবা কয়া নংবনা লন-থুম চৎপা পীরি ॥ ৪৯ ॥

বিশেষঃ - নীচাংশোপগতঃ স্বতুঙ্গভবনে জীবস্য পাকেভয়ং
চোরারাতিনৃপৈঃ কলত্রতনয়ঘেষং করোত্যপ্রিয়ম্।
বর্ষঃ১৬ - নীচে তুঙ্গনবাংশকো যদি মহারাজপ্রসাদং সুখং
বিদ্যাবুদ্ধিযশোধনাদিবিভবং দেশাধিপত্যং ভুবা ॥ ৫০ ॥

উচ্চরাশিদা নীচ্চরাশিগী নবাংশদা লৈবা বৃহস্পতিগী দশাদি হুরান চিনথি থোকপা, য়েক্লবদগী অকিবা নংবা, নিংথৌ অঙম্বনা অকিবা পীবা অমসুং ফত্তবা ফল পী। নীচ্চরাশিদা উচ্চগী নবাংশদা লৈরবদি নিংথৌরেন, অঙম্-অথৌনা পেনবী-চানবীবা, লন, মিংচৎফংবা, বিদ্যা বুদ্ধি চাওখৎপা পুক্লিং নুংঙাইবা শেল-থুম ফংবা অমসুং লৈবাক মপু ওইবা দশা পী ॥ ৫০ ॥

শনের্দ্দশায়ামন্তর্দ্দশা ফলানি ।

শ শ - রবিতনয়দশায়াং স্বাপহারে বিরোধং

৩।০।৩ নরপতি জনকোপং প্রেষ্যবৃদ্ধাঙ্গনাপ্তিম্ ।

পশুগণবিষভীতি পুত্রদারাদি পীড়াং

জ্বরপবনকফার্তি শূলরোগং বদন্তি ॥ ৫১ ॥

শনিদশানুংদা শনিনা চারবদি মীগা য়েংথিনবা, নিংথৌ অণ্ডম্বনা শাওবা, অণ্ডম্বগী পাউখোল্লোই ওইবা, অহল ওইবী ফংবা, শামোক-ঙামোক অমদি হুচেনবদগী অকিবা নংবা, মচা-মনাইনচিংবা অৱা-অনা নংবা, অকম লাইহৌ, লোকখুলাইগী অৱাবা অমসুং হকচাং চিক্ লেংবা পী ॥ ৫১ ॥

শ বু - সুখবিত্তয়শোবৃদ্ধিং সৎকর্ম্মাচারসম্পদঃ ।

২।৮।৯ কৃষিবাণিজ্যমাপ্নোতি বুধে মন্দদশান্তরে ॥ ৫২ ॥

শনিদশানুংদা বুধনা চারবদি লন-থুম মিংচং চাওখৎতুনা নুংঙাইবা, অফবা থবক্তা হেন্দোক থোইদোকপা, লাইবক ফবা, লৌউ-শিংউবা, ললোন-ইতিক্তা কান্নবা ফংবা পীরি ॥ ৫২ ॥

শ কে - বাতপিত্তকৃতং রোগং কলহং নীচদুর্জ্জনৈঃ ।

১।১।৯ দুঃস্বপ্নভয়মাপ্নোতি কেতৌ মন্দদশান্তরে ॥ ৫৩ ॥

শনিদশানুংদা কেতুনা চারবদি লু-তাং চিক্ পোম্বা, মিকাবা, তাইফেৎ তাইবা, অতোনবা অমসুং ফত্তবা মীশিংগা খৎনা-চৈনবা, মঙ্-হা নুংঙাইতবা অমদি অকিবা পী ॥ ৫৩ ॥

শ শু - বন্ধুস্নেহং জনপ্রীতিং জায়াবিত্তধনায়তিম্ ।

৩।২।০ কৃষ্যাদি সুখমাপ্নোতি ভৃগৌ মন্দদশান্তরে ॥ ৫৪ ॥

শনিদশানুংদা শুক্রনা চারবদি মরিমতা ইমুং-মনুং পেনহনবা, মীয়ামবু পেনহনবা, নুপী, লন ফংবা, লৌউ-শিংউবনচিংবদা কান্নবা ফংদুনা নুংঙাইবা পীরি ॥ ৫৪ ॥

শ র - পুত্রদারবিনাশং চ নৃপচৌরাদিপীড়নম্ ।
০।১১।১২ মনোভয়মবাপ্নোতি ভানৌ মন্দদশান্তরে ।। ৫৫ ।।

শনিদশানুংদা রবিনা চারবদি মচা মনাইনুপী কায়নবা, নিংথৌ, অঙম্বা, হুরানবা মীনচিংবনা অৱাবা পীবা, পক্লিংদা অকিবা পোকপা পী ।। ৫৫ ।।

শ চ - গুরুস্ত্রীমরণং দুঃখং বন্ধুদ্বেষং ধনাগমম্ ।
১।৭।০ বাতরোগমবাপ্নোতি চন্দ্রে মন্দদশান্তরে ।।৫৬।।

শনিদশানুংদা চন্দ্রনা চারবদি গুরু অমদি নুপী শিবা, অৱাবা নংবা, মরি-মতানা য়েংশিনবা, লন ফংবা অমসুং লু-তাং চিকনাবা পী ।। ৫৬ ।।

শ ম - স্থানচ্যুতিং মহারোগং নানাবিধমনোভয়ম্ ।
১।১।৯ সহোদরসুহৃৎপীড়াং ভৌম মন্দদশান্তরে ।। ৫৭ ।।

শনিদশানুংদা মঙ্গলনা চারবদি ফমতাবা, কুইনা অনা লোয়বা, মওল-মওল খনবনা অকিবা পোকপা, মচিন-মনাও, মরুপ-মপাংনা অৱাবা পীবা, মখল মখাগী অকিবা নংবা দশানি ।। ৫৭ ।।

শ রা - সর্ব্বাঙ্গরোগসন্তাপং চোরারিনৃপপীড়নম্ ।
২।১০।৬ ধনচ্ছেদমবাপ্নোতি রাহৌ মন্দদশান্তরে ।। ৫৮ ।।

শনিদশানুংদা রাহুনা চারবদি হকচাং পুমথিৎ-খিৎনা নাবা, পুক্লিং বাবা, হুরানবা, য়েক্লবা অমসুং নিংথৌ, অঙম্বনা অৱাবা পীবা অমসুং লন-থুম চৎপা পীরি ।। ৫৮ ।।

শ বৃ - দেবভূদেবভক্তিং চ রাজপ্রীতিং মহৎসুখম্ ।
২।৬।১২ স্থানলাভমবাপ্নোতি গুরৌ মন্দদশান্তরে ।। ৫৯ ।।

শনিদশানুংদা বৃহস্পতিনা চারবদি লাই, ব্রাহ্মণদা ভক্তি লৈবা, নিংথৌ, অঙম্বনা চানবীবা, থোইদোক্না নুংঙাইবা অমসুং ফম কাবা পী ।। ৫৯ ।।

বিশেষঃ - স্বোচ্চে নীচনবাংশগো রবিসুতঃ কুর্বীত সৌখ্যংফলং
বর্ষ ঃ ১৯ পাকাদৌ তু দশাবসানসময়ে কষ্টং ফলংপ্রাণিনাম্।
তুঙ্গাংশোপগতে স্বনীচভবনে পাকাবসানে সুখং
দায়াদৌ রিপুচোরভীতিমধিকং দুঃখং বিদেশাটনম্।। ৬০।।

শনিনা উচ্চদা নীচ্চনবাংশদা লৈরবা মহাক্কী দশা হৌগৎলকপদা অফবা মহৈ পী। দশা মমৈদদি থব্বায় পানবশিংগী অৱাবা থম্মোয় কায়বা ফল পী। শনিনা নীচ্চদা উচ্চ নবাংশদা লৈরবদি মহাক্কী দশাগী মমৈদা নুংঙাইবা পী, হৌগৎলকপদদি য়েক্লবা, হুরানবদগী থোইনা কিবা অৱাবা অমসুং মীরম চৎপা পী ।। ৬০ ।।

## বুধদশায়ামন্তর্দ্দশাফলানি।

বু বু — বিচিত্রগৃহবিত্তাপ্তিং রাজপ্রীতিং মহৎসুখম্।
২।৪।২৭ সর্ব্বকার্যার্থসংসিদ্ধিং বুধে সৌম্যদশান্তরে ।। ৬১ ।।

বুধদশানুংদা বুধনা চারবদি য়েক- খোৎপা য়ুম, লন-থুম ফংবা, নিংথৌগী অপেনবদগী নুংঙাইবা কোঙ্গাই ফংবা, থবক খুদিংদা কান্নবা মায়পাকপা পী।। ৬১।।

বু কে — বন্ধুপীড়াং মনস্তাপং সৌখ্যহানিমরের্ভয়ম্।
০।১১।২৭ কার্যনাশমবাপ্নোতি কেতৌ সৌম্যদশান্তরে ।। ৬২।।

বুধদশানুংদা কেতুনা চারবদি মবিমতাগী অৱাবা নংবা, পুক্লিং ৱাবা, নুংঙাইফমখংদবা, য়েক্লবদগী অকিবা ওইবা অমসুং থবক্তা অকায়বা, অমাঙবা দশা পী ।। ৬২।।

বু শু — গুরুদেবাগ্নিবিপ্রেষু দানং ধর্ম প্রিয়ং তপঃ।
২।১০।০ ধনবস্ত্রবিভূষাপ্তিং শুক্রে সৌম্যদশান্তরে ।। ৬৩ ।।

বুধদশা নুংদা শুক্রনা চারবদি গুরু, লাই, মৈ, ব্রাহ্মণদা দান তৌবা, ধর্ম্মদা পুক্লিং লুপ্পা, তপতৌবা, লন, ফি-রোল লৈতেং ফংবা পী ।। ৬৩ ।।

বু র — বস্ত্রভূষণবিত্তাপ্তিং রাজপ্রীতিং মহৎসুখম্।
০।১০।৬ ধর্ম্মশ্রবণমাপ্নোতি রবৌ বুধদশান্তরে ॥ ৬৪ ॥

বুধদশানুংদা রবিনা চারবদি ফি-বোল, লৈতেং, লন ফংই, নিংথৌনা চান্নী, থোইনা নুংঙাইবা অমসুং ধর্ম্মগী বারি-বাতাইদা পুক্নিং পেনবা পী ॥ ৬৪ ॥

বু চ — রোগারাতিজনদ্বেষং সর্ব্বকার্যার্থনাশনম্।
১।৫।০ চতুস্পাত্তয়মাপ্নোতি চন্দ্রে সৌম্যদশান্তরে ॥ ৫৫ ॥

বুধদশানুংদা চন্দ্রনা চারবদি অনালোয়বা, য়েক্লবশিংনা অয়েৎপা অকায়বা পীবা, থবক খুদিংমক্তা অমাঙ্ অতা নংবা, লন মাঙ্বা অমসুং মখোঙ্ মরি পানবদগী অকিবা ফংবা পীরি ॥ ৬৫ ॥

বু ম — রোগারিভয়নাশং চ পুণ্যকর্মফলং যশঃ।
০।১১।২৭ রাজপ্রীতিমবাপ্নোতি কুজে সৌম্যদশান্তরে ॥ ৬৬ ॥

বুধ দশানুংদা মঙ্গলনা চারবদি অনা-অয়েক, য়েক্ল-তিংথংদগী অবাবা কোকপা, অকিবা লৈতবা, পুণ্যকর্ম তৌদুনা মিংচৎ ফংবা অমসুং নিংথৌনা পেনবীবা ওইরি ॥ ৬৬ ॥

বু রা — মিত্রবন্ধুধনপ্রাপ্তিং সুখবিদ্যাবিভূষণম্।
২।৬।১৮ রাজপ্রীতিমবাপ্নোতি রাহৌ সৌম্যদশান্তরে ॥ ৬৭ ॥

বুধ দশানুংদা রাহুনা চারবদি মরুপ মপাং, মরি-মতা, লন-থুম ফংবা, মহৈ-মশিং চাওখৎপা, ফিজেৎ লৈতেং ফংদুনা নুংঙাইবা অমসুং নিংথৌ অণ্ডম্বনা চানবীবা পীরি ॥ ৬৭ ॥

বু বৃ — ইষ্টবন্ধুগুরুদ্বেষং ধনলাভং সুতায়তিম্।
২।৩।৬ রোগাদিভয়মাপ্নোতিগুরৌ সৌম্যদশান্তরে ॥ ৬৮ ॥

বুধ দশা নুংদা বৃহস্পতিনা চারবদি অপাম্বা থুংবা, মরি-মতা ফংবা, গুরুনা পেনবীবা, লন ফংবা, মচা ফংবা অমসুং অনা অযেক্তগী অকিবা থোকপা পীরি॥ ৬৮ ॥

বু শ — ধর্ম্ম সৎকর্ম বিত্তাপ্তিং সুখমন্নজনাৰ্থিপৈঃ।
২।৮।৭ কৃষ্যাদিনাশমাপ্নোতি শনৌ সৌম্যদশান্তরে ॥ ৬৯ ॥

বুধদশানুংদা শনিনা চারবদি ধৰ্ম্ম অমসুং সৎকর্ম্মগী থবক পাংথোকপা, লন-থুম ফংবা, নিংথৌ অগুম্বদগী নুংঙাই-য়াইফবা, কান্নবা ফংবা, লৌউ শিংউবদদি অমাঙ্‌বা ওইবা দশানি ॥ ৬৯ ॥

বিশেষঃ — উচ্চরাশিগতঃ সৌম্যো নীচাংশক সমন্বিতঃ।
বর্ষঃ ১৭ করোতি কর্ম বৈকল্যং নিজদায়ে চ বৰ্ধনম্ ॥ ৭০ ॥
নীচস্থানগতশ্চান্দ্রিস্তুঙ্গাংশকসমন্বিতঃ।
কাকাদৌ বিফলং সৰ্বংশুভমন্তে প্রয়চ্ছতি ॥ ৭১॥

বুধনা উচ্চ রাশিদা নীচ্চাংশ ওইনা লৈববদশাদা থবক-থানাদা খৎনা লাওনবা থোকই। নীচ্চবাশিদা উচ্চাংশ ওইনা বুধনা লৈবগী দশা ওইববদি অহৌবদা মহৈচাদে, দশা মমৈদা অফবা ফল ফংই ॥ ৭০-৭১ ॥

কেতুদশায়ামন্তর্দশাফলানি।

কে কে — কলত্রপুত্রমরণং সুখবিত্তবিনাশনম্ ।
০।৪।২৭ রিপুভীতিমবাপ্নোতি কেতৌ কেতুদশান্তরে ॥ ৭২ ॥

কেতুদশানুংদা কেতুনা চাববদি নুপী অমসুং মচা শিবা, নুংঙাইনিংঙাই লৈতবা, মরল-মথুম মাঙ্‌বা, য়েক্লবদগী কি-তুজুংবা পোকপা অৱাবা দশা পীরি ॥৭২ ॥

কে শু — স্ত্রীপুত্ররোগং কলহং বন্ধুমিত্রাদিনাশনম্।
১।২।০ জ্বরাতিসারমাপ্নোতি শুক্রে কেতুদশান্তরে ॥ ৭৩ ॥

কেতু দশা নুংদা শুক্রনা চাববদি নুপী অমসুং মচা নাবা, খৎনা- চৈনবা থোকপা, মরুপ-মপাং, মরি-মতাগী অমাঙ্‌বা থোকপা, লাইহৌ অমসুং খোংহাম্বা নাবা পীরি ॥ ৭৩ ॥

কে র - মনোভঙ্গ শরীরার্তি বিদেশগমনং ভয়ম্।
০।৪।৬ সর্ব্বকার্যবিরোধং চ রবৌ কেতুদশান্তরে ॥ ৭৪ ॥

কেতু দশানুংদা ববিনা চাববদি আশা কায়বা, হকচাং চোকথা হুইথবা, মীবম চৎপা, অকিবা পোকপা অমসুং থবক খুদিংদা অপনবা অকায়বা থোকপা পীবি ॥ ৭৪ ॥

কে চ - দারপুত্রজনালস্যং ধনধান্যবিনাশনম্।
০।৭।০ মনস্তাপমবাপ্নোতি চন্দ্রে কেতুদশান্তরে ॥ ৭৫ ॥

কেতুদশানুংদা চন্দ্রনা চাববদি নুপীনা, মচনা, কৈবোল-লৈকায়না নুংশিদবা, লন, ফৌ-চেং মাং-তাকপা অমসুং পুক্নিং ৱাবা খোইশাওনবা পী ॥৭৫ ॥

কে ম - পুত্রদারানুজদ্বেষং রোগারিনৃপপীডনম্।
০।৪।২৭ বন্ধুনাশমবাপ্নোতি কুজে কেতুদশান্তরে ॥ ৭৬ ॥

কেতুদশানুংদা মঙ্গলনা চাববদি মচা, মনাইনুবী, মনাওনিপানা নুংশিদবা, অনা লোযবা, যেক্নবা, নিংথৌ, অঙম্বনা অৱাবা পীবা অমসুং ইমুং-মনুং, মবি মতা অমাং-অতা থোকপা পীবি ॥ ৭৬ ॥

কে রা - রাজচোরভয়ং দুঃখং সর্বকার্য বিনাশনম্।
১।০।১৮ দুষ্টমানবসংবাদং রাহৌ কেতুদশান্তরে ॥ ৭৭ ॥

কেতু দশানুংদা রাহুনা চাববদি নিংথৌ অমদি হুবানবদগী অকিবা ফংবা, অৱাবা তাবা, থবক খুদিংদা অমাং অতাথোকপা, ফত্তবা মীওইশিংগা ঙাংনা শক্নবা ৱাতানবা পীবি ॥ ৭৭ ॥

কে বৃ - দেবদ্বিজগুরুপ্রীতিং রাজস্নেহং নিরাময়ম্।
০।১১।৬ ভূপুত্রলাভমাপ্নোতি গুরৌ কেতুদশান্তরে ॥ ৭৮ ॥

কেতুদশানুংদা বৃহস্পতিনা চাববদি ব্রাহ্মণ, গুরু, লাইদা থাজবা, নিংথৌনা নুংশিবীবা ফংবা, অনা-অয়েক লৈতবা অমসুং লম ফংবা, মচা-মগু ফংবা পী ॥ ৭৮ ॥

কে শ-মনোভয়ং মনস্তাপং স্ববন্ধুজনবিগ্রহম্।
১।১।৯ দেশত্যাগমবাপ্নোতি শনৌ কেতুদশান্তরে ॥ ৭৯ ॥

কেতুদশানুংদা শনিনা চারবদি মপুক্লিংদা অকিবা পোকপা, থমোয় মৈচাক লাংবা, ইমুং-মনুংগা নুংশিনদবা, মরি মতাগা শেংনা খাইনবা, মরমদম থাদোক্নুনা চংপা দশা পীরি ॥ ৭৯ ॥

কে বু- বন্ধুমিত্রাদি সংযোগং পুত্রদার ধনাগমম্।
০।১১।২৭ বিদ্যাসুখমবাপ্নোতি বুধে কেতুদশান্তরে ॥ ৮০ ॥

কেতুদশানুংদা বুধনা চারবদি মরিমতা, ইমুং মনুং, মরুপ-মপাং নৌহৌনা উন্নদুনা মচা মনাই ফংবা, লন-থুম চংবা অমসুং মহৈ-মশিং চাওখৎপা নুংঙাইবা পীরি ॥ ৮০ ॥

বিশেষঃ -শুভগ্রহযুতঃ কেতুঃ স্বদশায়াং সুখপ্রদঃ।
বর্ষঃ-৭ যদি শোভনসন্দৃষ্টঃ করোতি বিপুলংধনম্ ॥ ৮১ ॥
সপাপঃ কুরুতে কেতুঃ স্বপাকে দুষ্টমানবৈঃ।
ভীতিং কৃত্রিমরোগাদ্যৈর্ব্যসনং ধননাশনম্ ॥ ৮২ ॥
দশাদৌ গুরুবন্ধুবার্ত্তি দশামধ্যে ধনায়তিম্।
দশান্তে সুখমাপ্নোতি কেতোর্দশাফলং ত্রিধা ॥ ৮৩ ॥

কেতুগ্রহনা শুভগ্রহগা লৈমিন্নরবদি মহাক্কী দশাদা নুংঙাইবা পী। কেতুদশাদা শুভগ্রহনা য়েংলবদি লন-থুম য়াম্না চংবা পী ॥ ৮১ ॥

পাপগ্রহগা লৈমিন্নবা কেতুগী দশাদি ফত্তবা মীশিংদগী অকিবা ফংবা, পোংশেম যাড়ুনা নাবা অমদি অৱাবা মতোন লোম্বা অমসুং ধর্ম্মগী ৱাখল ফাওবা থাদোকপা ওই ॥ ৮২ ॥

কেতুগী দশা হৌগৎলকপদা গুরু, মচিন-মনাও, মরি-মতাগী অৱাবা থোকই। দশা ময়াই চল্লকপদা লন-থুম মাঙ্-তাকই। দশা মমৈদদি নুংঙাইবা পী। অসুম্না কেতুগী দশা মখল অহুমথোকনা ফল পী ॥ ৮৩ ॥

## শুক্রদশায়ামন্তর্দশাফলানি ।

**শু শু - শয্যাস্ত্রীধনবস্ত্রাপ্তিং ধর্ম্মাদি সুখসম্পদঃ ।**

**৩।৪।০ রিপুনাশং যশোলাভং শুক্রে শুক্রদশান্তরে ।। ৮৪ ।।**

শুক্রদশানুংদা শুক্রনা চারবদি চৌক্রি কাংথোল ফংবা, নুপী ফংবা, লন্ ফংবা, ফি-রোল ফংবা, লননচিংবা ধর্ম্মনা মরম ওইদুনা নুংঙাইবা চাওখৎপা অমসুং য়েক্ল-তিংখং লৈতনা মিংচৎ ফংবা পী ।। ৮৪ ।।

**শু র - মূর্ধোদরাক্ষিরোগং চ কৃষিগোবিত্তনাশনম্ ।**

**১।০।০ নৃপক্রোধমবাপ্নোতি রবৌ শুক্রদশান্তরে ।। ৮৫ ।।**

শুক্রদশানুংদা রবিনা চারবদি কোক, পুক অমসুং মিৎ নাবা, লৌ, ষণ-লোক, লন-থুম মাঙ্‌বা অমসুং নিংথৌ অণ্ডম্বনা অশাওবা পীবা দশানি ।। ৮৫ ।।

**শু চ - শীর্ষোষ্ণরোগসন্তাপং কামাদিরিপুপীড়নম্ ।**

**১।৮।০ কিঞ্চিৎ সুখমবাপ্নোতি চন্দ্রে শুক্রদশান্তরে ।। ৮৬ ।।**

শুক্রদশা নুংদা চন্দ্রনা চারবদি কোক্তা অশাবা কাবা, পুক্লিং ৱাবা, অপাম ঈহৌবা, য়েক্লবনা অৱাবা পীবা অমসুং নুংঙাইবা মচেৎ ফংবা পী ।। ৮৬ ।।

**শু ম - পিত্তাসৃগক্ষিরোগং চ চিত্তোৎসাহং ধনাগমম্ ।**

**১।২।০ দারভূলাভমাপ্নোতি কুজে শুক্রদশান্তরে ।। ৮৭ ।।**

শুক্রদশানুংদা মঙ্গলনা চারবদি হকচাং অাইফেৎ অাইবা ধাতু হৌবা, পুক্লিংগী মতেং ফংবা, লন চংবা, নুপী অমসুং লৌরি-ইখ্রোল ফংবা পী ।। ৮৭ ।।

**শু রা - নীলবস্তু ধনপ্রাপ্তিং বন্ধুদ্বেষং সুহৃত্তয়ম্ ।**

**৩।০।০ অগ্নিবাধামবাপ্নোতি রাহৌ শুক্রদশান্তরে ।। ৮৮ ।।**

শুক্রদশানুংদা রাহুনা চারবদি অমুবা মচুগী পোৎ-চৈ অমদি লন ফংই, মরি মতাগা য়েংথিনে, মচিন-মনাও, মরুপ মপাংদগী অকিবা পোকপা অমসুং মৈদগী অৱাবা, অশোক-অপন পী ।। ৮৮ ।।

শু বৃ - ধনবস্ত্রবিভূষাপ্তিং ধর্মাচারং সুখাবহম্।
২।৮।০ স্ত্রীসুতার্তিং চ বৈষম্যং গুরৌ শুক্রদশান্তরে ।। ৮৯ ।।

শুক্রদশানুংদা বৃহস্পতিনা চাববদি লন-থুম, ফি-বোল, লৈতেংগী পোৎ ফংবা, ধর্ম্মগী লম্বীদা থিজিন্ খোমজনবা, নুংঙাইবা ফংবা, নুপী, অঙাংদা অৱাবা ওইবা অমসুং মত চানদবা পী ।। ৮৯ ।।

শু শ - বৃদ্ধস্ত্রীজনসম্ভোগং গৃহক্ষেত্রধনাগমম্।
৩।২।০ শত্রুনাশমবাপ্নোতি মন্দে শুক্রদশান্তরে ।। ৯০ ।।

শুক্রদশানুংদা শনিনা চাববদি অহনওইবী নুপীগা লোনদিন্নবা, লন-থুম, য়ুম-ইংখোল ফংবা অমসুং য়েক্ল-তিংখং লৈতবা পী ।। ৯০ ।।

শু বু - সুতমিত্রসুখার্থাপ্তি নৃপপ্রীতিং মহৎসুখম্।
২।১০।০ শুভমারোগ্যমাপ্নোতি বুধে শুক্রদশান্তরে ।। ৯১ ।।

শুক্রদশানুংদা বুধনা চাববদি মচা অমদি মৰূপ ফংদুনা নুংঙাইবা, লন-থুম ফংদুনা থোইদোক্না নুংঙাইবা অমসুং নাদ যেক্তবা পী ।। ৯১

শু কে - কলহং বন্ধুনাশং চ শত্রুপীড়াং মনোভয়ম্।
১।২।০ ধনচ্ছেদমবাপ্নোতি কেতৌ শুক্রদশান্তরে ।। ৯২ ।।

শুক্রগীদশানুংদা কেতুনা চাববদি খৎনা-লাওনবা থোকপা, মরি মতাগী অৱা-অনা তাবা অমসুং যেক্লবনা অৱাবা পীবা, পুক্নিংদা অকিবা পোকপা, লন-থুম মাঙ্বা, লৈখিবা শেল ফংদবা পী ।। ৯২ ।।

বিশেষঃ- উচ্চরাশিং গতঃ শুক্রো নীচাংশকসমন্বিতঃ।
স্বপাকে ধননাশং চ কুর্বীত পদবিচ্যুতিম্ ।। ৯৩ ।।

বর্ষঃ ২০-ভার্গবো নীচরাশিস্থঃ স্বোচ্চাংশক সমন্বিতঃ।
স্বদায়ে কৃষিবাণিজ্যং ধনলাভংপ্রযচ্ছতি ।। ৯৪ ।।

শুক্রনা উচ্চরাশিদা নীচবাশিগী নবাংশদা লৈরবা মহাক্কী দশাদা লন-থুম মাঙ্ইই অমসুং খোঙ্থাং খুদিংগী লৈখা তাবা পুখবা ওই ।। ৯৩ ।।

নীচরাশিদা উচ্চাংশ ওইবদা শুক্রনা লৈরবা মহাক্কী দশাদা লৌউ-শিংউবা অমসুং ললোন ইতিক তৌবদা শেল-থুম ফংদুনা কান্নবা পী ॥ ৯৪ ॥

ইতি বিংশোওরীদশায়ামন্তর্দশাফলানি ॥

## অথ যোগিনীদশা ফলানি ।

### মঙ্গলান্তর্দশা ফলানি

*মঙ্গলান্তর্দশায়াংমঙ্গলা - ০।০।১০ দিন।*

মিত্রপুত্র কলত্রাঙ্গব্যাপার সুখদায়িনী।

মঙ্গলান্তর্গতা নিত্যং মঙ্গলা মঙ্গলপ্রদা ॥ ১ ॥

মঙ্গলাগী মনুংদা মঙ্গলাদশাদি মবি-মতা, মকপ-মপাং, মচা-মনাইগী নুংঙাইবা ফংবা, হকচাং নুংঙাইবা অমদি ললোন-ইতিক্কী খুদোং ফংবা, থবক ফংবা, লম্ খুদিংদা মতম চুপ্পা মঙ্গল পী ॥ ১ ॥

*মঙ্গলান্তর্দশায়াং পিঙ্গলা -০ ।০।২০ দিন।*

কলহঃ স্বজনৈঃ সার্দ্ধং মানসোদ্বেগমেব হি।

বিবিধার্ত্তিপ্রদা নিত্যং পিঙ্গলামঙ্গলাংগতা ॥ ২ ॥

মঙ্গলাগী দশা মনুংদা পিঙ্গলাদশাদি মহাক্কী মরিমতা, ইমুং-মনুংশিংগা লোযননা খংনা চৈনবা থোকপা, পুক্রিং খোইশাওনবা অমসুং মখল মখাগী অৱাবা খুদোংথিবা নংবা পী ॥ ২ ॥

*মঙ্গলান্তর্দশায়াং ধান্যা - ০।১ মাস।*

গজাশ্বগোধনপ্রাপ্তিঃ সুতমিত্র সুখংমহৎ।

বিলাসো বিবিধঃ পুংসাং ধান্যা স্যান্মঙ্গলাংগতা ॥ ৩ ॥

মঙ্গলাগীদশা মনুংদা ধান্যাদশাদি - শগোল, শামু, লন-থুম ফংবা অমদি মচাগী মবমদা, মকুপ-মপাংগী মবমদা নুংঙাইবা অমসুং মখল কযাগী হৃবাও নুংঙাইবা ফংবা দশা পীবি ॥ ৩ ॥

*মঙ্গলান্তর্দশায়াং ভ্রামরী - ০।১।১০ দিন।*

**স্ত্রীমিত্রকলহো নিত্যং প্রবাসো ধননাশনম্।**
**নরেন্দ্রেঃ সহ সাঙ্গতাং ভ্রামরী মঙ্গলাং গতা ॥ ৪ ॥**

মঙ্গলাগী দশা নুংদা ভ্রামবীদশাদি নুপী অমদি মকুপ-মপাংগা লোযননা খৎনা লাওনবা, য়ুম থাদোক্তুনা লম্‌ফৈ চৎপা, লন-থুম মাংতাকপা অমসুং নিংথৌ অঙম্বগা মবি-লৈনবা পীবি ॥ ৪ ॥

*মঙ্গলান্তর্দশায়াংভদ্রিকা - ০।১।২০ দিন।*

**ধনধান্যসুতস্ত্রীভিঃ প্রীতিঃ স্যাৎ স্বজনৈঃ সহ।**
**প্রমোদঃ সুরভক্তিশ্চ ভদ্রা চেন্মঙ্গলাং গতা ॥ ৫ ॥**

মঙ্গলাগী দশা নুংদা ভদ্রিকা দশাদি - লন-থুম, ফৌ-চেং ফংবা, ইমুং-মনুং মচা-মনাইশিং উন্নবা ফংবা, হৃবাওনবা। ইমুং-মনুং পুকচেল খোইজেন তিন্নবা ঈশ্বরদা, অহন লমনদা ভক্তি লৈবা পী ॥ ৫ ॥

ব্রাফম অমনা বাবাণসীদা ফোংবা লাইবিক্তদি "সুবভক্তি " অসি " সুবভিজ্ঞো" হায়না ইবা থেংনৈ।

*মঙ্গলান্তর্দশায়াং উল্কা - ০।২ মাস।*

**ধনকীর্তিসুতোদ্বেগঃ স্ত্রীমিত্র পশুপীড়নম্।**
**ভূপতের্হানিদা নিত্যমুল্কা স্যান্মঙ্গলাংগতা ॥ ৬ ॥**

মঙ্গলাগী দশা নুংদা উল্কাদশাদি-লন, মিংচৎ মাঙ্‌বা, মচাগী মবমদা ব্রাখল নিংদোম পোম্বা। নুপী অঙাং, অয়োকপা শা ষণদা অশোক অনা পীবা অমসুং নিংথৌ, অঙম্বনা য়েংথিবা থোকই ॥ ৬ ॥

*মঙ্গলান্তর্দশায়াং সিদ্ধা - ০।২।১০ দিন*

ভবেৎপুত্রধনস্ত্রীভিবিলাসো বিবিধং সুখম্।

বন্ধুমিত্রৈঃ সমং যোগঃ সিদ্ধা চেন্মঙ্গলাং গতা ॥ ৭ ॥

মঙ্গলাগী দশানুংদা সিদ্ধাদশাদি - লন ফংবা, মচা মনাইগা লোয়ননা নুংঙাইবা ফংবা, মরুপ মপাং মরিমতা উন্নবা ফংবা অমসুং মথল মথেনগী নুংঙাইজবা মতমনি ॥৭॥

*মঙ্গলান্তর্দশায়াং সঙ্কটা - ০।২।২০ দিন।*

জলাগ্নিচৌরভূপালপীড়নং কলিবর্দ্ধনম্।

মৃত্যুতুল্যাং তথা জ্ঞেয়ং সঙ্কটামঙ্গলাংগতা ॥ ৮ ॥

মঙ্গলাগী দশানুংদা সঙ্কটা দশাদি - মৈ, ঈশিংদগী, হূরান-চিনথিদগী, নিংথৌ, অণ্ডম্বদগী অকিবা নংবা অমসুং ৱাথোক লানথোক য়াম্বা, পংখৈ য়ৌনা অৱাবা নংবা দশা পীরি ॥ ৮ ॥

পিঙ্গলান্তর্দশা ফলানি

*পিঙ্গলান্তর্দশায়াং পিঙ্গলা - ০।১।১০ দিন।*

পিঙ্গলা স্বদশাং প্রাপ্তা রুক্‌ছোকব্যসনার্ত্তিদা।

মানসোদ্বেগসন্তাপ ক্লেশভ্রমণদা মতা ॥ ৯ ॥

পিঙ্গলাগী দশানুংদা পিঙ্গলানা চারবদি-অনা লোয়বা, পুক্নিং ৱাবা, অৱাবগী মথক্তো অমঙ্গল ওইবা, পুক্নিং নুংশিবা, মণ্ডল-মণ্ডল খনবা, অৱা মৈচাক্লা চোকথা হুইথবা অমসুং কাণ্ডাওননা কোইচৎ চৎপা দশা পীরি ॥ ৯ ॥

*পিঙ্গলান্তর্দশায়াং ধান্যা ০।২ মাস।*

ধান্যা ধান্যার্থদাত্রী চ বিলাসসুতকামদা।

পিঙ্গলান্তর্গতোরণ্য রমণী সুখদা নৃণাম্ ॥ ১০ ॥

পিঙ্গলাগী দশা নুংদা ধান্যা দশাদি - ফৌ-চেং ফংবা, পোৎ-চৈ ফংদুনা হরাওবা, মচা ফংবা, অপাম্বা থুংবা অমসুং চীংমী অমদি খুঙ্গগী নুপীশিংদগী কান্নবা নুংঙাইবা ফংবনচিংবা পী ॥ ১০ ॥

*পিঙ্গলান্তর্দশায়াং ভ্রামরী - ০।২।২০দিন।*

**দেশত্যাগী গৃহ গ্রামপুরলোকধনক্ষতিঃ।**

**কলহঃ স্বজনৈঃ সার্দ্ধং ভ্রামরী পিঙ্গলাংগতা ॥ ১১॥**

পিঙ্গলাগী দশানুংদা ভ্রামবী দশাদি শাগে অমসুং মহাক্কী অহন-লমনশিংগা খৎনা চৈনবা থোকপা, লৈকাইনা মপোৎ মবন মাঙ্হনবীবা, মবৈবাক মখুল মবৈকাই থাদোক্নুনা মীবম চৎপা দশা পীবি ॥ ১১ ॥

*পিঙ্গলান্তর্দশায়াং ভদ্রিকা - ০।৩।১০ দিন।*

**ভদ্রা ভদ্রকরী প্রোক্তা পিঙ্গলান্তর্গতা যদা।**

**স্থানান্তরাৎ পুত্রকীর্তিব্যাপারে ধনলাভদা ॥ ১২ ॥**

পিঙ্গলা দশানুংদা ভদ্রিকাদশাদি- মচাগী মিংচৎ ফংবা, শুক-নোমলুবা খুদিং কান্ন-ওইজবা ফংবা, চাওখৎপা পীবা দশা মতাংনি ॥ ১২ ॥

*পিঙ্গলান্তর্দশায়াংউল্কা - ০।৪।মাস।*

**উল্কা দশা যদা পুংসাং পিঙ্গলামধ্যতো ভবেৎ।**

**বিগ্রহো বন্ধুভিঃ সার্দ্ধং রাজচৌর জনার্দনম্ ॥ ১৩ ॥**

পিঙ্গলা দশানুংদা উল্কা দশাদি - ইমুং-মনুংগা খৎন-লাওনবা, হুবান-চিনথি থোকপা, ইমুং, মবিমতা কায়নবা, অঙস্বনা, সমাজনা ওৎপী নৈবীবা, নুংশিবীদবা দশা পীবি ॥ ১৩ ॥

*পিঙ্গলান্তর্দশায়াংসিদ্ধা - ০। ৪।২০ দিন।*

**সিদ্ধিদা মন্ত্রযন্ত্রাণাং সিদ্ধা ধান্যধনপ্রদা।**

**পিঙ্গলা মধ্যগা পুংসাং কাসশ্বাসপ্রমেহদা ॥ ১৪ ॥**

পিঙ্গলা দশানুংদা সিদ্ধা দশাদি - মন্ত্র, যন্ত্র তৌবদা সিদ্ধ ওইবা, ফৌ-চেং, লন-থুম ফংবা অমসুং লোক-লাই চেন্দুনা শোরফুনগৎপা লায়না নাদুনা এজামানা মশা লাকশিন্নকপা দশা পীবি ॥ ১৪ ॥

*পিঙ্গলান্তর্দশায়াংসঙ্কটা - ০।৫।১০ দিন।*

**পিঙ্গলান্তর্যদা জাতা সঙ্কটা ধনহানিদা।**

**দুষ্ট ব্যাধিবিরোধিত্বং শত্রুরাজভয়ং তথা ।। ১৫ ।।**

পিঙ্গলা দশানুংদা সঙ্কটা দশাদি - লন-থুম চংপা, অনাবদগী অকিবা যংলকপা অমসুং য়েক্লবা অমদি অওম্বনা অকিবা, অৱাবা পীবা দশানি ।। ১৫ ।।

*পিঙ্গলান্তর্দশায়াং মঙ্গলা - ০।০।২০ দিন।*

**মঙ্গলা বিবিধব্যাধিশোক মোহভয়ার্তিদা।**

**পিঙ্গলান্তর্গতা পুংসামায়ুঃ ক্ষয়করী তথা ।। ১৬ ।।**

পিঙ্গলা দশানুংদা মঙ্গলাদশাদি - মখল-মথেলগী অনা লোয়রকপা পুক্রিং নুংশিবা, অওকপা, অকিবা, অৱাবা নংবা, ৱাখল শোকপনা মরম ওইদুনা পুন্সি ময়েং তাহনবা দশা অদু পীরি ।। ১৬ ।।

**ধান্যান্তর্দশা ফলানি**

*ধান্যান্তর্দশায়াংধান্যা - ০ ।৩ মাস।*

**ধান্যা স্বদশায়াং প্রাপ্তা ভূগ্রামধনধান্যদা।**

**নৃপস্বজনপুত্রস্ত্রীসুখং স্যাদ্বিবিধ নৃণাম্ ।।১৭ ।।**

ধান্যা দশানুংদা ধান্যাদশাদি - লৌরি-ইশ্খোল, লন-থুম, ফৌ-চেং ফংবা, নিংথৌ, অওম-অথৌগী মচা-মনাইদগী মখল-মখাগী নুংঙাইবা, কান্নবা ফংবা পী ।।১৭ ।।

*ধান্যান্তর্দশায়াংভ্রামরী - ০।৪।মাস।*

**ধান্যান্তর্ভ্রামরী চেৎস্যাদ্ ভ্রমণ ক্লেশহানিদা।**

**অন্যস্থানাশ্রয়াল্লাভঃ স্বজনৈশ্চ বিরোধতা ।। ১৮ ।।**

ধান্যা দশানুংদা ভ্রামরীদশাদি - অরেম্বদা কোইচৎ-চৎতুনা মপুমথিংপা, কান্নবা ফংদবা, অঁরৈবা অমদা লৈথোক্তুনা হনঞ্জিনফম খংদবা, য়ুমগী অহন-লমনগা মত তিন্নদবা, ঙাংনা শক্রয়াদবা দশানি ।। ১৮ ।।

*ধান্যান্তর্দশায়াং ভদ্রিকা - ০।৫ মাস।*

**ভদ্রা সৌভাগ্যজননী গৃহমিত্রসুখপ্রদা।**

**ধান্যান্তনৃপমন্ত্রীশবাহনাম্বর ভূমিদা ॥ ১৯ ॥**

ধান্যা দশানুংদা ভদ্রিকা দশাদি - লাইবকফবা থোকই, ইমুং-মনুং, মকপ মপাংদগী নুংঙাইবা, হবাওবা ফংবা অমসুং নিংথৌমনাই অঙম্বদগী শাদোং-কায়দোং, অক-অপান, ফি-বোল, লৌবি-ইঙ্খোল ফংবা পীবি ॥ ১৯ ॥

*ধান্যান্তর্দশায়াং উল্কা - ০।৬ মাস।*

**বিবিধং কষ্টমুৎপাতমুল্কা ধান্যান্তবং গতা।**

**তত্র হৃৎকটিশূলাদি পীড়নং ধননাশনম্ ॥ ২০ ॥**

ধান্যা দশানুংদা উল্কাদশাদি - মখল-মখলগী অৱাবা নংবা, খুদোংথিবা নংবা অমসুং পুক্রিং নুংশিবা, অবেং-অথিন্না নাবা, লন-থুম মাঙ্বা পীবি ॥২০॥

*ধান্যান্তর্দশায়াং সিদ্ধা - ০।৭ মাস।*

**সিদ্ধা ধান্যান্তরং যাতা সুতমিত্রোৎসবপ্রদা।**

**নানাভোগপ্রদা নিত্যং জ্ঞেয়া সাতু বিচক্ষণৈঃ ॥ ২১॥**

ধান্যা দশানুংদা সিদ্ধা দশাদি - হেক্ পোক্চবা মচা অমদি মকপ-মপাং পুন্দুনা হবাও কুম্মে পাংথোকমিন্নদুনা মখল মখাগী অচা-অথক চামিন্নদুনা নুংঙাইবা ফংজবা অমদি হবাও মথোই কাবা পীবি ॥ ২১ ॥

*ধান্যান্তর্দশায়াং সঙ্কটা - ০।৮ মাস।*

**ধান্যাসুপগতা যত্র সঙ্কটা বন্ধনপ্রদা।**

**নীতিব্যাপার ভূপাল মান সোৎসাহভঙ্গদা ॥ ২২ ॥**

ধান্যা দশানুংদা সঙ্কটাদশাদি - ললোন ইতিক্তা অপনবা অকায়বা পীবা অমসুং লৈবাক্কী, সবকাবগী থবক-থানা, থৌবমদা অকায়বা নংদুনা অফা-অপুন নংবা দশানি ॥ ২২ ॥

*ধান্যান্তর্দশায়াং মঙ্গলা - ০।১ মাস।*

**ধান্যান্তরগতা নিত্যং মঙ্গলা মঙ্গলপ্রদা।**

**ধনধান্য হিরণ্যাদি পুত্রদার সুখপ্রদা ।। ২৩ ।।**

ধান্যা দশানুংদা মঙ্গলাদশাদি - লন-থুম, ফৌ-চেং, সনা ফংবা, মচা মনাইগা লোয়নদুনা হরাও-নুংঙাইবা ফংবা পীবি ।। ২৩ ।।

*ধান্যান্তর্দশায়াং পিঙ্গলা - ০।২ মাস।*

**পিঙ্গলা যদি ধান্যান্তর্বহুধাহস্তভূধনঃ।**

**সোৎসাহো নৃপতেভীতিঃ শিরোরুক্‌শূলভাগ্‌জনঃ ।। ২৪ ।।**

ধান্যা দশানুংদা পিঙ্গলা দশাদি - মখল-মখাগী লন-থুম, লৌরি-ইথোল লৈরন্বা কয়া মখুৎতগী চৎথিবা অমসুং আশা থমজবা, মতেং ওইবা কয়া কায়বা, নিংথৌ অণ্ডম্বদগী অকিবা নংবা, কোক্কী অনাবা, কোকচিকপা, অরেং অথিন্ তৌবা, অৱাবা পীবা দশানি ।। ২৪ ।।

**ভ্রামরীদশায়ামন্তর ফলানি**

*ভ্রামরীদশায়ামন্তরভ্রামরীদশা - ০।৫।১০ দিন।*

**ভ্রামরী স্বদশামধ্যে ভীতিমোহবিষার্ত্তিদা।**

**স্বস্থানে স্বজনে শৈলে বৈরি দুষ্টজনার্ত্তিদা ।। ২৫ ।।**

ভ্রামরী দশানুংদা ভ্রামরীদশাদি - অকি-অখং নংবা, থক্কৎপা পাখৎপা থোকপা, মায়থিবা ফংবা, ইমুং মনুং, কৈরোল-লৈকায় অকোয়বদা য়েক্ক-লাঙ্গোইচনবা, ফত্তবাখলনা পুক্লিং ৱাবা, য়েক্ক খুরৌচেনবা পীরি ।। ২৫ ।।

*ভ্রামরীদশায়ামন্তর ভদ্রিকাদশা - ০।৬। ২০ দিন।*

**ভদ্রায়াং ভ্রামরী মধ্যে বিদেশগমনং ভবেৎ।**

**নিজমিত্র সমাযোগো বিদ্যাসম্মানভূপতি ঃ ।। ২৬ ।।**

ভ্রামরী দশানুংদা ভদ্রিকাদশাদি - মীরৈবাক চৎপা, মরূপ-মপাং উন্নবা ফংবা, মহৈ-মশিং চাওখৎপা, মখা চৎথবা ওন্বা অমসুং নিংথৌগী থাগৎ ৱাহৈ, মতেং ফংবা পীরি ।। ২৬ ।।

*ভ্রামরীদশায়ামন্তর উল্কাদশা - ০।৮ মাস।*

**উল্কা তু ভ্রামরীমধ্যে জ্বরশূলামৃগার্তিদা।**
**ধনপুত্রকলত্রাঙ্গপীড়া হানিকরী মতা ॥ ২৭ ॥**

ভ্রামরী দশানুংদা উল্কাদশাদি-অরুম লাইহৌ তৌবা, হকচাং চিক্-লেংবা, চোইরোল-পারোল তৌবা, শেল চৎপা মচা-মনাইগী অৱাবা থোকপা অমসুং অমাং-অতা নংবা পীরি ॥ ২৭ ॥

*ভ্রামরী দশায়ামন্তর সিদ্ধাদশা - ০।৯।১০ দিন।*

**সিদ্ধা সিদ্ধিপ্রদা নিত্যং ভ্রামরীমধ্যেতো যদা ।**
**বিবেকবিদ্যানিধিদা ভয়রোগার্তিনাশিকা ॥ ২৮ ॥**

ভ্রামরী দশানুংদা সিদ্ধাদশাদি - থবক খুদিং পাংথোকপা ঙম্বা, পুক্লিং লৌশিং থোকপা, মঁহে মশিং চাওখৎপা, মীঙোন্দা লৈখিবা লন-থুম শেল ফংবা অমসুং অকি-অখং, অনা-অয়েক কোক্লুনা নেতাবা মতম ওইরি ॥ ২৮ ॥

*ভ্রামরীদশাযামন্তর সঙ্কটাদশা - ০।১০।২০ দিন।*

**সঙ্কটা মরণং ক্লেশং শোকং মোহং গতং গদঃ ।**
**রাজচৌরজনখ্যাতি প্রদা ভ্রামরীমধ্যগা ॥ ২৯ ॥**

ভ্রামরী দশানুংদা সঙ্কটাদশাদি - অশি-অনা থোকপা, হকচাং নুংঙাইতবা, থম্মোয় চাকপা, অৱাবা নংবা, ৱাখল চোইবা,কাউজনথিবা, ঙাওচৎনবা, অনালোয়বা ওইদুনা নিংথৌ, অঙম্বা, হুরানবা ফাওবনা শকখংবা ওইবা দশা পীরি ॥২৯ ॥

*ভ্রামরীদশায়ামন্তর মঙ্গলাদশা - ০।১।১০ দিন।*

**বিলাসো বিবিধং সৌখ্যং নৃপসেবতিপুষ্টতা।**
**ভ্রামর্যন্তর্গতা যত্র মঙ্গলা সহ মঙ্গলা ॥ ৩০ ॥**

ভ্রামরী দশানুংদা মঙ্গলাদশাদি - হরাও-নুংঙাইবা কয়া ফংবা, নিংথৌ মনাই ওইবা অমসুং থোইনা পাঙ্গল থোকপা অপেনবা মঙ্গল ওইবা পীরি ॥ ৩০ ॥

*ভ্রামরীদশায়ামন্তর পিঙ্গলাদশা - ০।২।২০ দিন।*

**পিঙ্গলা ভ্রামরী মধ্যে গুদাঙ্ঘ্রিমুখরোগদা।**

**গজাশ্বমহিষব্যাঘ্রব্রণভীতিপ্রদা ভবেৎ ॥ ৩১ ॥**

ভ্রামরী দশানুংদা পিঙ্গলাদশাদি - অমাংথোং, খোঙ্, চীন, মায় শোক্-নাবা অমসুং শামু, শগোল, ইরোই, কৈনা হোগাই-খোৎকাইবা নংবা, অকিবা দশা নংবা পীরি ॥ ৩১॥

*ভ্রামরীদশায়ামন্তর ধান্যাদশা - ০।৪ মাস।*

**ভ্রামর্যুপগতা ধান্যা ধনবাহন ভোগদা।**

**নৃপৈঃ প্রীতিকরী ভিন্নৈর্বৈরহানিকরী মতা ॥ ৩২ ॥**

ভ্রামরী দশানুংদা ধান্যাদশাদি - শেল-থুম ফংবা, শাদোং কায়দোং ফংজবা। নিংথৌ, অগুম্বা, অতোনবজাতিশিং অমদি লৈবাক মীয়ামগা তোরোৎ-খাদানবা; য়েক্ল-তিংখং লৈতবা অপেনবা ওইবা মতমনি ॥ ৩২॥

## ভদ্রিকান্তর্দশা ফলানি

*ভদ্রিকান্তর্দশায়াংভদ্রিকা - ০।৮।১০ দিন।*

**ভদ্রা ভদ্রাং গতা যত্র যশোভদ্রাশ্বগোপ্রদা।**

**ব্যাসনার্তিহরা পুণ্যমার্গবোধকরী মতা ॥ ৩৩ ॥**

ভদ্রিকা দশানুংদা ভদ্রিকাদশাদি - মিংচৎ, য়াইফবা, শা-ষণ শগোল ফংবা, চোকথ-হুইথবা, অনা-অয়েক লৈতবা লাইবক ফবা, চাওখৎপা লম্বীদা খোঙ্দাবা বুদ্ধি জ্ঞান ফংবা পীরি ॥ ৩৩ ॥

*ভদ্রিকান্তর্দশায়াং উল্কাদশা - ০।১০ মাস।*

**উল্কা ভদ্রান্তরং যাতা বিবাদকৃতরোগদা।**

**স্থানভ্রংশো দ্রব্যহানিকারিণ্যুদ্বেগদায়িণী ॥ ৩৪ ॥**

ভদ্রিকা দশানুংদা উল্কাদশাদি - মীয়ামগা খৎনা চৈনবা, অনাবা লোয়বা, যম্ম তবা, গোৎ-চৈ মাঙ্বা অমসুং পুক্লিং খোইরাং-খোইশাওনবা পীরি ॥ ৩৪ ॥

*ভদ্রিকান্তর্দশায়াং সিদ্ধাদশা - ০।১১।২০ দিন।*

**সিদ্ধা ভদ্রান্তর্গতাচ দ্বিজদেবার্চ্চনে রতিঃ।**

**পুত্রমিত্রকলত্রাঙ্গগৃহগ্রামজনোৎসবান্ ॥ ৩৫ ॥**

ভদ্রিকা দশানুংদা সিদ্ধাদশাদি - লাই, ব্রাহ্মণ বৈষ্ণবতা ভক্তি লৈবা, মচা মনাই,মরুপ মপাং, মশা য়াওনা য়ুমগী মীশিং, কৈরোল-লৈকাই পূন্দুনা উৎসব তৌদুনা পেনজবা মতমনি ॥ ৩৫ ॥

*ভদ্রিকান্তর্দশায়াং সঙ্কটাদশা - ১।১।১০ দিন।*

**ভদ্রাদশাং সমায়াতা সঙ্কটা সঙ্কটার্তিদা।**

**মোহশোকাদিব্যসনভ্রান্তি দেশগমার্তিদা ॥ ৩৬ ॥**

ভদ্রিকা দশানুংদা সঙ্কটাদশাদি - অবা-অনা নংবা, বাখল বুদ্ধি থোক্তবা, থম্মোয় কায়বা, হকচাং শোত্থবা, অম-অমদা কোইরে লৈদুনা লৈবা, অবাবা নংবা দশা পীরি ॥৩৬ ॥

*ভদ্রিকান্তর্দশায়াং মঙ্গলাদশা - ০।১।২০ দিন।*

**সম্মানধনভূকীর্তিব্যাপারে সুতসৌখ্যদা।**

**মঙ্গলা ভদ্রিকামধ্যে পিতৃবংশবিবৃদ্ধিদা ॥ ৩৭ ॥**

ভদ্রিকা দশানুংদা মঙ্গলাদশাদি - সম্মান ফংবা, লন ফংবা, লমতু ফংবা,থবক থানা ফংদুনা মীনা ইকায়খুম্নবা, মচা ফংবা অমসুং নুংঙাইজবা অমদি মপা-মপুগী শাগে চাওখৎপা পীবা মতমনি ॥ ৩৭ ॥

*ভদ্রিকান্তর্দশায়াং পিঙ্গলাদশা - ০।৩।১০ দিন।*

**যদা মধ্যে তু ভদ্রায়াঃ পিঙ্গলা পিত্তরোগদা।**

**কৃষি বাণিজ্যভূবৃদ্ধাশ্রয়তো বিবিধপ্রদা ॥ ৩৮ ॥**

ভদ্রিকা দশানুংদা পিঙ্গলাদশাদি - হকচাং তাইফেৎ তাইবা, ফিরাক নাবা, লিভর নাবা, লৌউশিংউবা, ললোন ইতিক চাওখৎপা, লৌরি-ইখোল অনৌবা লেপ্পা অমসুং মখল কয়াগী নুংঙাইবা ফংবা পীরি ॥ ৩৮ ॥

*ভদ্রিকান্তর্দশায়াং ধান্যাদশা - ০।৫ মাস।*

**সুতস্ত্রীমিত্র সুখদা বিদ্যা মঙ্গল ধান্যদা।**

**ভূপমানপ্রদা নিত্যং ধান্যাচেদ্ ভদ্রিকাং গতা ।। ৩৯ ।।**

ভদ্রিকা দশানুংদা ধান্যাদশাদি - মচা মনাই অমসুং মরুপ মপাংদগী নুংঙাইবা ফংবা, মহৈ মশিংদা পুক্নিং চংবা, চাওখৎয়াইফবা, লন-থুম অমসুং নিংথৌগী মনা মথুম ফংবা পীবি ।। ৩৯ ।।

*ভদ্রিকান্তর্দশায়াং ভ্রামরীদশা - ০।৬ মাস।*

**রুধিরাগ্নি যমাভ্যীতির্ভদ্রায়াং ভ্রমরী যদা।**

**গৃহক্ষেত্ররিপুধ্বংসো নিজবন্ধুজনৈঃ সুখম্ ।। ৪০ ।।**

ভদ্রিকা দশানুংদা ভ্রামবীদশাদি - ঈ হৌদুনা মি কানা নাবা, মৈদগী অকিবা ফংনা শিনিংচিৎ য়ৌবা অমসুং য়ুম ইঙ্খোলগী য়েক্লবা মাঙ্বা, মশাগী ইমুং-মনুংগা লোয়ননা নুংঙাইজবা ফংবা পীবি ।।৪০ ।।

**উল্কান্তর্দশা ফলানি**

*উল্কান্তর্দশায়াং উল্কাদশা - ১ বর্ষঃ।*

**শক্রভিঃ সহসা হানির্দ্রব্যস্য মহতী ব্যথা।**

**উল্কামধ্যে যদোল্কা চ রাজ্যভ্রংশাত্তু ভীতিদা ।।৪১ ।।**

উল্কা দশানুংদা উল্কাগীদশাদি - য়েক্লবশিংগী শাবৌনা পোৎচৈ মাঙ্হনবা, অচৌবা অনাবা ওইবা অমসুং কিবদগী মরমদম্ লৈফম থাদোক্তুনা চেনবা পীরি ।।৪১ ।।

*উল্কান্তর্দশায়াং সিদ্ধাদশা - ১।২ মাস।*

**সিদ্ধাতু স্বফলং ত্যক্ত্বা পরস্য ফলদায়িণী।**

**উল্কান্তরং সমায়াতা বিদেশগমনপ্রদা ।। ৪২ ।।**

উল্কা দশানুংদা সিদ্ধাদশাদি - মশাগী ফংজববা মহৈ, মীওান্দা পিথোকপা অমদি মীরৈবাক চৎপা পীবি ।। ৪২ ।।

কনাগুম্বা জ্যোতিষকারনা হায়রি -মীগী ফংফম থোকপা লৌবা নত্রগা হোৎনবীবসু খংনগনি। লঘু পারাশবীনা হায়রি -শুক্র অমসুং শনিগী অমনা অমগী অর্ন্তদশা দা ওনতৈনবা অফ-ফত্ত ওই।

" যথা - পবস্পর দশায়াম্ স্বভুক্তো সূর্যজভার্গবৌ।

ব্যত্যয়েন বিশেষেণ প্রদিশেতাং শুভাশুভম্।।" অসুম্না বিচার তৌগনি।

*উল্কান্তর্দশায়াং সঙ্কটা দশা- ১।৪ মাস।*

**উল্কায়া মধ্যগা যত্র সঙ্কটা মরণপ্রদা।**

**স্ত্রীপুত্রমিত্রভৃত্যাদি জনহানি কুলক্ষয়ঃ ।। ৪৩ ।।**

উল্কা দশানুংদা সঙ্কটাদশাদি - অশি অনা থোকপা, মচা-মনাই, শাগৈ মরি-মতা, মচিন-মনাওনচিংবা কায়নবা অমসুং শাগৈ ময়েং তাবা পী ।। ৪৩।।

*উল্কান্তর্দশায়াং মঙ্গলাদশা - ০।২ মাস।*

**উল্কায়া মধ্যগা যত্র মঙ্গলা মোহকারিণী।**

**ধনমিত্র বিবেকস্ত্রীসুখদা মলহারিণী।। ৪৪।।**

উল্কা দশা নুংদা মঙ্গলাগী দশাদি - অঙকপা কযা, ওইথোক্তবা কযা উবা, লন-থুম ফংবা, মরুপ-মপাং য়েংদুনা তিন্নবা অমসুং নুপীদগী নুংঙাইবা, কান্নবা ফংবা, তরু-তনালবা, নিংথিবা কয়া ফংবা পীরি ।। ৪৪ ।।

**উল্কান্তর্দশায়াং পিঙ্গলাদশা - -০।৪ মাস।**

**কুষ্ঠকম্বুশিরোরোগৈঃ পীড়িতো ধরণীতলে।**

**ভ্রমতে নাত্র সন্দেহো যদ্যুল্কায়াংতু পিঙ্গলা ।। ৪৫ ।।**

উল্কা দশানুংদা পিঙ্গলাগী দশাদি - খুৎহিং, লাইকোয়, কোক্তা পাৎপা-পোম্বা পীরি; অকি-অখং, পাখংপা তৌগল্লী অদুবু থোইদোকপা চিংননিঙাই ওইদে ।।৪৫ ।।

*উল্কান্তর্দশায়াং ধান্যাদশা - ০।৬ মাস।*

**ন লাভো ন সুখং কিঞ্চিদ্বাতব্যাধিকফোদয়ঃ।**

**ধান্যোল্কায়াং সমায়তা স্ত্রীপুত্রস্বজনৈঃ কলিঃ ।। ৪৬ ।।**

উল্কা দশানুংদা ধান্যাদশাদি অরাকপা অফংবনা কোন্নদবা, লাক্লিংঙাই হরাওনিংঙাই আশা লৈতবা, লোক লাই চেনবা, করিগুম্বা পুক্নাবা লোকখুবনা ঝাবা অমসুং মচা-মনাই, ইমুং-মনুংগা খৎনা-লাউনবা থোকপা পীরি ॥ ৪৬ ॥

*উল্কান্তর্দশায়াং ভ্রামরীদশা - ০।৮ মাস।*

**উদ্বিগ্নমানসং মোহোভ্রমঃ পুংসোঽরিজং ভয়ম্।**

**নানাক্লেশ সমাযোগো ভ্রামর্যুল্কান্তরং গতা ॥ ৪৭ ॥**

উল্কা দশানুংদা ভ্রামবীদশাদি পুক্লিং খোইশাওনবা, লাংতকনবা, অঙকপা, অকাউবা পোকপা অমসুং য়েক্লবদগী অকিবা পোকপা, মখল মখাগী অঝাবা নংবা পীরি ॥ ৪৭ ॥

*উল্কান্তর্দশায়াং ভদ্রিকাদশা - ০।১০ মাস।*

**উল্কা মধ্যে তু সম্প্রাপ্তাভদ্রা ভদ্রার্থদায়িণী।**

**ভূষণাম্বর হানিঃ স্যাৎকুলমিত্রজনাৎ সুখম্ ॥ ৪৮ ॥**

উল্কা দশানুংদা ভদ্রিকাদশাদি - যাইফবা অমসুং পোৎ-লন দান তৌবা ঙমজবা, মশাগী ওইবা মরি-মতা, শাগে ঙাইদগী নুংঙাই য়াইফবা ফংবা। মদুন্নদি ওইরবদা ফিজেৎ লৈতেং, অরু-অপান ফি মাংবদি পীরি ॥ ৪৮ ॥

## সিদ্ধান্তর্দশা ফলানি

*সিদ্ধান্তর্দশায়াং সিদ্ধাদশা - ১।৪।১০ দিন।*

**সিদ্ধা সিদ্ধার্থসংদাত্রী স্বজনৈঃ সহ সৌখাদ্য।**

**সিদ্ধায়ামর্থবৈশ্বর্য সুতমিত্রসুখপ্রদা ॥ ৪৯ ॥**

সিদ্ধা দশানুংদা সিদ্ধাদশাদি - থবক্তা মায়পাকপা, মহাক্কী ওইবা মীনা নুংঙাইবা, থাগৎনবা অমদি অথোইবা মিংচৎ ফংবদা মচা মনাই, মরুপ-মপাংনা নুংঙাই-হরাওবা ফোংদোকপা পীরি ॥ ৪৯ ॥

*সিদ্ধান্তর্দশায়াং সঙ্কটাদশা - ১/৬/২০ দিন।*

**বন্ধনং নৃপচৌরেভ্যো ধনহানির্মহদ্ভয়ম্।**
**দেশত্যাগো ভবেন্নূনং সিদ্ধায়াং সঙ্কটাযদা ॥ ৫০**

সিদ্ধা দশানুংদা সঙ্কটাদশাদি - নিংথৌগী থবক-থৌবম শোয়বদগী অফা-অপুন নংবা, হুবান চিনথি থোক্‌কুনা লন মাঙবা অমসুং অচৌবা অকিবা নংবা, লৈবা ঙমদবদগী লৈফম পোক্লফম থাদোক্‌কুনা চৎপা দশা পীবি ॥ ৫০ ॥

*সিদ্ধান্তর্দশায়াং মঙ্গলাদশা - ০/২/১০ দিন।*

**বিলাসঃ স্বজনৈঃ সৌখ্যং ধনলব্ধির্নৃপাদ্ভবেৎ।**
**মঙ্গলা সিদ্ধিদা সিদ্ধাসঙ্গতা বিবিধা যদা ॥ ৫১ ॥**

সিদ্ধা দশানুংদা মঙ্গলাদশাদি - মশাগী মীশিংগা লোযননা হবাও-নুংঙাইবা অমসুং নিংথৌ অঙম্বদগী লন-থুম ফংবা অমদি মখল কয়াগী হিবমদা মায়পাকপা ফংবা পীবি ॥ ৫১ ॥

*সিদ্ধান্তর্দশায়াং পিঙ্গলাদশা - ০/৪/২০ দিন।*

**সিদ্ধায়াং পিঙ্গলা যাতু মানং ক্রোধাগ্নিদাহিকা।**
**বৈরোদয়ো নিজৈঃ সার্দ্ধং পবদ্রব্যাভি ধারণম্ ॥ ৫২ ॥**

সিদ্ধা দশানুংদা পিঙ্গলাদশাদি - নাপলকাবা অমসুং অশাওবগী মৈদগী মশাগী যেক্লবা পোকলকপা, মীগী মবল নম্ ফোইদুনা মুনবা থোক্কদৌবী ॥ ৫২॥

*সিদ্ধান্তর্দশায়াং ধান্যাদশা - ০/৭ মাস।*

**পুংসাং ধান্যা তু সিদ্ধায়াং প্রাক্‌পুণ্যনিচয়োভবেৎ।**
**মনঃ প্রকল্পিতং সর্বং সিদ্ধিমায়াতি সর্বতঃ ॥৫৩ ॥**

সিদ্ধা দশানুংদা ধান্যাদশাদি - মীওইমপোক্কী নিপাথোক্লা মমাংগী মপোক্কী তৌজবকপগী মহে চাবা অমসুং অয়াম্বা অপাম্বা থবক মায়পাকপা পীবি ॥৫৩ ॥

*সিদ্ধান্তর্দশায়াং ভ্রামরীদশা - ০।৯।১০ দিন।*

**ভ্রামরী যদি সংপ্রাপ্তা সিদ্ধায়াং যস্যজন্মনি।**

**স্বস্থানাদ্ব্যসনৈস্ত্যোগান্নু রাজকুলাত্তয়ম্।। ৫৪।।**

সিদ্ধা দশানুংদা ভ্রামবীদশাদি অচৌবা অবাবা দশা তাদুনা লৌরি-ইখোল থাদোকপা অমসুং অওন্বা, নিংথৌ-ঙাইদগী অকিবা নংবা পীরি।। ৫৪।।

*সিদ্ধান্তর্দশায়াং ভদ্রিকাদশা - ০।১১।২০ দিন।*

**মাঙ্গল্য ভোগজননী বিদ্যা সৌখ্যগুণ প্রদা।**

**নরাণাং সিদ্ধিদা ভদ্রা সিদ্ধায়ামুপজায়তে।। ৫৫।।**

সিদ্ধা দশানুংদা ভদ্রিকাদশাদ-শুভকর্ম পাঙ্থোকপা ওন্বা, হরাও-অয়াম্বা ফংবা, মহৈ মশিংদগী নুংঙাইবা ফংবা অমসুং থবক অযাম্বদা মঙ্গল ওইবা পীরি।।৫৫।।

*সিদ্ধান্তর্দশায়াং উল্কাদশা - ১।২ মাস।*

**উল্কাসিদ্ধিং সমাপন্না ধনধান্য বিনাশিনী।**

**ক্লেশশোক ব্যসনদা গুদরুগ্মোহকারীণী।। ৫৬।।**

সিদ্ধা দশানুংদা উল্কাদশাদি - লন-থুম, ফৌ-চেং মাঙ্বা, হকচাং নুংঙাইতবা, অবাবা মৈচাক লাংবা, নুংশং তৌবা, শুমহৎপদগী কাওজনথিবা, অমাঙ্-অতা থোকপা পীরি।। ৫৬।।

## সঙ্কটাদশান্তর ফলানি

*সঙ্কটান্তর্দশায়াং সঙ্কটাদশা - ১।৯।১০ দিন।*

**সঙ্কটা স্বদশাং প্রাপ্তা করোতি মরণং ধ্রুবম্।**

**রাজবংশাচ্চ হানিশ্চ দেশাত্যাগী ধনক্ষয়ঃ।। ৫৭।।**

সংকটা দশানুংদা সঙ্কটাদশাদি - অশি-অনা নংবা, নিংথৌমচাশিংগী অমাঙ্-অতাথোক্লুনা মরৈবাক থাদোকপা, লন-থুম মাঙ্বা পীরি।। ৫৭।।

অতোপ্পা মত অমদা পুন্সিলোন্বা নত্রগা শিবগা পাংখক্রবা অৱাবা ফংবা পী ॥ (শাস্ত্রনা হায়বিবা শিবগী মখল নিপালগী অৱাবা ফংবা)। মদুদি - ১। অপমান (মাইফিকপখুন্বা ) ২। নিন্দা (মীয়াম্না ইনথোকপা ) ৩। শোক (মগুমথিংনা ৱাবা) ৪। হানি (মপোৎ মবল মাংতাকপা) ৫। ধনক্ষয় (চানিঙাই থকনিঙাই লৈতবা) ৬। ব্যাধি (লাইথুং-তিনথুংপকপা) ৭। মৃত্যু (পুন্সি লোন্বা) অমসুং ৮। মনস্তাপ (পুক্নিং পোৎথাফম খংদবা) ॥

"যথা-অপমানং তথানিন্দা শোকোহানিধনৰ্ক্ষয়ঃ।
বোগোমৃত্যুমনস্তাপ মৃত্যুবষ্টবিধ স্মৃতঃ ॥ ইতি ॥"

*সঙ্কটান্তর্দশায়াং মঙ্গলাদশা - ০।২।২০ দিন।*

**শিরোরুগ্বিবিধে রোগৈর্ব্যাধিভির্ব্যসনৈস্তথা**
**কলত্রং পীড্যতে নৃ্ণাং মঙ্গলা সংকটাং গতা ॥ ৫৮॥**

সঙ্কটাদশানুংদা মঙ্গলাদশাদি - নুপী ওইববদি মকোক্তা অনাবা পী, মখল মথেলগী লৈনা-লাইথুং অমসুং পনখৈযৌবা অৱাবা ওই ॥ ৫৮ ॥

*সঙ্কটান্তর্দশায়াং পিঙ্গলাদশা - ০।৫।১০ দিন।*

**অকস্মাদ্ধনহানিঃ স্যাৎ পুত্রশোকোঽরিজংভয়ম্।**
**পিঙ্গলা সঙ্কটা যাতা বিয়োগঃ স্বজনৈঃ সহ ॥ ৫৯ ॥**

সঙ্কটাদশানুংদা পিঙ্গলাদশাদি কবিগুন্বা থৌদৌ অমনা শেল-থুম অবেন্বদা চংলি, মচাগী পুক্নিংৱাবা, যেক্লবদগী অকিবা ফংবা, মশাগী মী কায়নবা নত্রগা খাইনবা পী ॥ ৫৯ ॥

*সঙ্কটান্তর্দশায়াং ধান্যাদশা - ০।৮ মাস।*

**গুল্মোদরকৃতা পীডা নিজপুত্রসুখং মহৎ।**
**স্বদেশজনতাকীর্তিধান্যা তু সংকটাং গতা ॥ ৬০ ॥**

সঙ্কটাদশানুংদা ধান্যাদশাদি - পৈতাবা, পোকচবা মচানিপানা, কৈবোল-লৈকায়না থোইনা হবাও তাযান্না তেংবাংবিবা ওই ॥ ৬০ ॥

*সঙ্কটান্তর্দশায়াং ভ্রামরীদশা - ০।১০।২০ দিন।*

**ভ্রামরী সংকটা মধ্যে ভ্রমণং পৃথিবীতলে।**

**দেশ গ্রামপুরদ্বার রাজ্যভ্রংশোঽরিজংভয়ম্ ॥ ৬১ ॥**

সঙ্কটাদশানুংদা ভ্রামরীদশাদি-পৃথিবী শিন্‌বা কোয়বা অমসুং দেশ, খুঙ্গং, সহ্‌র অমদি মরৈবক্তা য়েক্লবনা লাঙ্গোয় চন্দুনা কীবনা লৈবা ওমদবা পী ॥ ৬১ ॥

*সঙ্কটান্তর্দশায়াং ভদ্রিকাদশা - ১।১।১০ দিন।*

**বিদ্যালংকারবস্ত্রাণি বিবিধানি মহদ্যশঃ।**

**বিগ্রহোঽন্যজনৈঃ সার্দ্ধং ভদ্রা চেৎ সঙ্কটাংগতা ॥ ৬২॥**

সঙ্কটাদশা নুংদা ভদ্রিকাদশাদি - মখল-মখাগী মহৈ বিদ্যা খং- হৈবা, ফিজেৎ লৈতেং ফংবা, অখন্নবা অথোইবা মিংচৎ ফংবা অমদি মীরমচাগী যৌশিন্না কনাগুম্বগা শেৎনা খাইনবা পীরি ॥ ৬২॥

*সঙ্কটান্তর্দশায়াং উল্কাদশা - ১।৪ মাস।*

**উল্কা প্রাপ্তধনগ্রামহারিণী মৃত্যুকারিণী।**

**সঙ্কটান্তর্গতা নিত্যং পশুমাত্রকুলার্দিনী ॥ ৬৩ ॥**

সঙ্কটাদশানুংদা উল্কাদশাদি -লন ফংবা, মশাগী খুঙ্গংগী অমাং-অতাথোকপা অমসুং অশি-অনা তাবা অমদি মতমচুপ্পা শা-ষণ অনা-অয়েক তোয়না পী ॥৬৩॥

*সঙ্কটান্তর্দশায়াং সিদ্ধাদশা - ১।৬।২০ দিন।*

**উৎসাহো বিবিধঃ পুংসাং নিজপুষ্টিসুখোদয়ঃ।**

**মনঃ প্রসন্নতামেতি সিদ্ধা চেৎ সঙ্কটাং গতা ॥ ৬৪ ॥**

সঙ্কটাদশানুংদা সিদ্ধাদশাদি - মীওইবগী দমক্তা মখল কয়াগী থোইদোকপা মতেং পাংবনা মপুক্লিং পেনবা অমসুং নুংঙাইজবনা পুক্লিং মকা লাম্বা ওইরী ॥৬৪ ॥

**ইতি যোগিনীদশাফলানি ॥**

## অথ গ্রহাণাং গোচরফলানি ।

### গোচরে গ্রহশুদ্ধি কথনম্ ।

কেতূপপ্লব-ভৌম-মন্দগতয়ঃ ষষ্ঠ- ত্রিসংস্থাঃ শুভাঃ ।
চন্দ্রার্কাবপি তে চতৌ চ দশমে চন্দ্রঃ পুনঃ সপ্তমঃ ।। ১ ।।
জীবঃ সপ্ত-নব-দ্বি-পঞ্চমগতো যুগ্মেষু সোমাত্মজঃ ।
শুক্রঃ ষড্দশ - সপ্তবর্জ্যমিতরে সর্ব্বেঽপ্যুপান্তে শুভাঃ ।। ২ ।।

গোচর গ্রহশুদ্ধি হায়রি - রবি, চন্দ্র, মঙ্গল, শনি, রাহু অমসুং কেতুনা জন্ম রাশিদগী ৬।৩।১০ শুবদা লৈবা,অদুগা চন্দ্রনা ৭ শুবদা অমদি বৃহস্পতিনা ২।৫।৭।৯ শুবদা লৈবা শুভফল পী। বুধনা ২।৪।৬।৮।১০।১২ শুবা মফমদা লৈবা,শুক্রনা ৬।১০।৭ শুবা মফমদা লৈবা অমসুং গ্রহ অয়াম্বনা ১১ শুবা মফমদা লৈবা শুভফল পী। বরাহমিহিরগী মত মতুং ইন্নদি - ১০ শুবা মফমদা মঙ্গলনা লৈরবদি অফবা ফল পীদে।

জন্ম রাশিদগী গোচরদশা য়েংনৈ অদুবু পরাশর সংহিতাগী মতুংইন্নদি গোচর দশা য়েংবদা জন্ম লগ্নদগী গ্রহশিংনা কয়াশুবদা লৈবগে য়েংদুনা বিচার তৌগনি হায়রী ।। ১-২ ।।

### রবি-চন্দ্রয়োর্বিশেষ -শুদ্ধিঃ ।

জন্মরাশেঃ শুভঃ সূর্য্যস্ত্রি-ষষ্ঠ-দশ-লাভগঃ ।
দ্বি-পঞ্চ-নবমোঽপীষ্টস্ত্রয়োদশদিনৎ পরম্ ।। ৩ ।।
সপ্তমোপচয়াদ্যস্থঃ শশী সর্ব্বত্র শোভনঃ ।
শুক্লপক্ষে দ্বিতীয়স্তু পঞ্চমো নবমস্তথা ।। ৪ ।।
জন্মনক্ষত্রগশ্চন্দ্রঃ প্রশস্তঃ সর্ব্বকর্মসু ।
ক্ষৌর-ভেষজ-বাদাধ্বকর্ত্তনেষু চ তং ত্যজেৎ ।। ৫ ।।

রবি অমসুং চন্দ্রগী থোইদোকপা শুদ্ধি হায়রি:— জন্ম রাশিদগী ৩।৬।১০।১১ শুবা মফমদা রবিনা লৈরবা অফবা ফল পী। জন্মরাশিদগী ১।৩।৬।৭।১০।১১ শুবা অমদি শুক্লপক্ষদা ২।৫।৯ শুবদা চন্দ্রনা লৈরবা শুভফল পী। জন্ম নক্ষত্রদা চন্দ্রনা লৈরবা অয়াম্বা কর্ম্ম তৌবা ফৈ, খুজিনকক্পা, শম-না কক্পা, হিদাক-লাংথক শেম্বা, মীগা ৱাতাইনবা অমসুং চংথোকপনচিংবা থবক্তি য়াদে। অফবা চাওখৎপা থবক্তা চন্দ্র অমসুং তরা শুদ্ধিদা তঙাইফদনা তৌগনি। মদুতনা চাওখৎপা মঙ্গল ওইবা পী।

নারদ সংহিতাদা অসুম্না হায়রি— শুক্লপক্ষদা নোংমা পানবদগী চন্দ্রশুদ্ধি ওই, অদুম্না কৃষ্ণপক্ষদা ১৬নি পানবদগী তরাশুদ্ধি ওই। শুক্লপক্ষদা চন্দ্রনা মপাঙ্গলকল্লি, কৃষ্ণপক্ষদা তারানা মপঙ্গলকল্লি মদুনা অফবা মঙ্গল পী॥ ৩।৪।৫॥

**গোচরে রবের্বিশেষ ফলম্।**

**স্থানং জন্মনি নাশয়েদ্দিনকর কুর্য্যাদ্দ্বিতীয় ভয়ম্।**
**দুশ্চিক্যে প্রিয়মাতনোতি হিবুকে মানক্ষয়ং যচ্ছতি॥ ৬॥**
**দৈন্যং পঞ্চমগঃ করোতি রিপুহা ষষ্টেঽর্থহা সপ্তমঃ।**
**পীড়ামষ্টমগঃ করোতি নিতরাং কান্তিক্ষয়ং ধর্ম্মগঃ॥ ৭॥**
**কর্ম্ম-বৃদ্ধিজনকস্তু কর্ম্মগো বিত্তবৃদ্ধিকৃদথায়-সংস্থিতঃ।**
**দ্রব্যনাশ-জনিতং মহাপদং যচ্ছতি ব্যয়গতো দিবাকরঃ॥ ৮॥**

রবিগী গোচরদশা ফল হায়রি- রবিনা জন্মরাশিদা লৈরবদি ফম, যুম হোংই জন্মরাশিদগী অনিশুবদা লৈরবদি অকিবা ফংই, ৩ শুবদা লৈবগা চাওখৎলি, ৪শুবদা লৈরগা নিঙজবা আশা কায়, ৫ শুবদা লৈরগা পুক্লিং নুংঙাই, ৬ শুবদা লৈরগা য়েক্লবা মাঙ্ই, ৭ শুবদা লৈরগা শেল-থুম মাঙ্ই, ৮শুবদা লৈরগা অৱাবা হক্থেংনৈ, ৯ শুবদা লৈরগা শকফম কায়, ১০ শুবদা লৈরগা ঈথৌলাংই, ১১ শুবদা লৈরগা লন-থুম চঙ্ই অমসুং ১২ শুবদা লৈরগা পোৎ-চৈ মাঙ্বা অমসুং অথৈ ফংনা অৱাবা ওই॥ ৬,৭,৮॥

চন্দ্রস্য গোচর ফলম্।

জন্মন্যর্থং দিশতি হিমগুর্বিত্তনাশং দ্বিতীয়ে।
দদ্যাদ্ দ্রব্যং সহজ-ভবনে নেত্ররোগং চতুর্থে ॥ ৯ ॥
কার্য্যংভ্রংশং তনয়গৃহগো বিত্তলাভঞ্চ ষষ্ঠে।
দ্যূনে দ্রব্যং যুবতিসহিতং মৃত্যুসংস্থোঽথ মৃত্যুম্ ॥ ১০ ॥
নৃপভয়ং কুরুতে নবমঃ শশী দশম-ধামগতস্তু মহৎসুখম্।
বিবিধমায়গতঃ কুরুতে ধনং ব্যয়গতস্তু রুজং সধনক্ষয়ম্ ॥ ১১ ॥

চন্দ্রগী গোচর ফল হায়রি - জন্মরাশিদা চন্দ্রনা লৈরবদি কান্নবা ফংই। জন্মরাশিদগী ২ শুবদা চন্দ্রনা লৈরবদি লন-থুম মাঙ্ই, ৩শুবদা লৈরগনা পোৎ-চৈ ফংই, ৪ শুবদা লৈরগনা মিৎনাই, ৫ শুবদা লৈরগনা থবক থৌরম কায়, ৬ শুবদা লৈরগনা বুদ্ধি-লৌশিং থোকই, ৭ শুবদা লৈরগা পোৎ- চৈ, নুপী ফংই, ৮ শুবদা লৈরগা থোইদোকপা অৱাবা তাই, ৯ শুবদা লৈরগা নিংথৌ, অঙম্বদগী অকিবা ফংই, ১০ শুবদা লৈরগা থোইনা নুংঙাইবা পী, ১১ শুবদা লৈরগা মাইকৈ কয়াদগী লন-থুম চংই অমসুং ১২ শুবদা লৈরগা অনাবা লোয়নৈ ॥ ৯,১০,১১॥

মঙ্গলস্য গোচর ফলম্।

প্রথম-গৃহগঃ ক্ষৌণীসূনুঃ করোত্যরিজং ভয়ম্।
ক্ষপয়তি বনং বিত্তস্থানে তৃতীয়গতোঽর্থদঃ ॥ ১২॥
অরিভয়করঃ পাতালেঽসূন্ ক্ষিণোতি চ পঞ্চমঃ।
রিপুগৃহগতো ধত্তে বিত্তং শুচং মদনস্থিতঃ ॥ ১৩ ॥
জনয়তি মরণস্থঃশস্ত্রধারাং ধরাজো দিশতি চ নবমস্থঃ কার্য্যপীড়ামতীব।
শুভমপি দশমস্থো লাভগো ভূমিলাভং ব্যয়ভবনগতোঽসৌব্যাধ্যনর্থার্থনাশম্ ॥১৪॥

মঙ্গলগী গোচরদশা হায়রি - মঙ্গলনা জন্মরাশিদা লৈরবদি য়েক্লবদগী অকিবা নংই, জন্মরাশিদগী ২শুবদা লৈরগা লন-থুম মাঙ্ই, ৩শুবদা লৈরগা

শেল-থুম ফংই, ৪ শুবদা লৈরগা য়েক্লবদগী অকিবা থোকই, ৫ শুবদা লৈরগা শিনিংচিং অৱাবা নংই , ৬শুবদা লৈরগা লন ফংই , ৭ শুবদা লৈরগা অৱাবা নংই, ৮ শুবদা লৈরগা খুৎশু খুৎলাইনা শোকপা নংই, ৯ শুবদা লৈরগা অৱাবা থবক-থানাদা অকায়বা পী, ১০ শুবদা লৈরগা লম্-খুদিংদা মঙ্গল ওই, ১১ শুবদা লৈরগা লৌরি-ইশ্বোল ফংই অমসুং ১২ শুবদা লৈরগা অনা-অয়েক নংবা, মঙ্গল লৈতবা অমদি পোৎ- চৈ, শেল-থুম মাঙ্বা পী ॥ ১২,১৩,১৪ ॥

**বুধস্য গোচর ফলম্।**

**বুধঃ প্রথম-ধামগো দিশতি বন্ধমর্থে ধনম্।**
**বধং রিপুভয়ান্বিতং সহজগশ্চতুর্থোঽর্থদঃ ॥ ১৫ ॥**
**অনির্বৃতিকরো ভবেৎ তনয়গোঽরিগঃ স্থানদঃ।**
**করোতি মদনে স্থিতো বহুবিধং শরীরাপদম্ ॥ ১৬ ॥**
**অষ্টমে শশিসুতে ধনলব্ধির্ধর্ম্মগেঽপি মহতী তনুপীড়া।**
**কর্ম্মগঃ শুভমথায়গতোঽর্থদো দ্বাদশে ভবতি বিত্তনাশঃ ॥ ১৭ ॥**

বুধগী গোচরফল হায়রি - বুধনা জন্মরাশিদা লৈরবদি অফা-অপুন, খুরৌ চেনবা পী। জন্মরাশিদগী ২শুবদা লৈরবদি লন চংই, ৩ শুবদা লৈরগনা অফা-অপুন্নবা অমসুং য়েক্লবদগী অকিবা নংবা পী, ৪ শুবদা লৈরগনা কান্নবা ফংই, ৫ শুবদা লৈরগনা নুংঙাইফম খংদবা, চরাংনবা ওই, ৬ শুবদা লৈরগনা লৈতাবা ফংই,৭ শুবদা লৈরগনা মখল-মখাগী হকচাংদা অনাবা, অৱাবা নংই, ৮ শুবদা লৈরগনা শেল ফংই, ৯ শুবদা লৈরগনা অচৌবা অৱাবা মায়য়োক্লে, ১০ শুবদা লৈরগনা লম্খুদিংদা মঙ্গল ওই, ১১ শুবদা লৈরগনা পোৎ- চৈ, কান্নবা ফংই অমসুং ১২ শুবদা লৈরগনা ৱাখল বুদ্ধি মাংই। (কলাগুরুগী মত অদি বুধনা ১২ শুবদা লৈরবদি অফবা ফল পী হায়বসু থেংনৈ) ॥ ১৫,১৬,১৭ ॥

বৃহস্পতেঃ গোচরদশা ফলম্।

ভয়ং জন্মন্যার্যো জনয়তি ধনস্থোঽর্থমতুলম্।
তৃতীয়োঽঙ্গে ক্লেশং দিশতি চ চতুর্থোঽর্থ বিষমম্॥ ১৮॥
শুভং পত্রস্থানেঽশুভমপি চ কুর্য্যাদরিগৃহে।
দ্যূনে ভূভৃৎপূজাং ধননিচয়-নাশঞ্চ নিধনে॥ ১৯॥
ধর্ম্মগতো ধনবৃদ্ধিকরঃ স্যাৎ প্রীতিহরো দশমোঽমরপূজ্যঃ।
স্থান-ধনাদি দদাতি স চায়ে দ্বাদশগস্তনু-মানস-পীড়াম্॥ ২০॥

বৃহস্পতিগী গোচর ফল হায়রি — জন্মরাশিদা বৃহস্পতিনা লৈরবদি অকিবা ফংই। জন্মরাশিদগী ২ শুবদা বৃহস্পতিনা লৈরগনা লন-থুম য়াম্না ফংই, ৩ শুবদা লৈরগনা হকচাং নুংঙাইতে, ৪শুবদা লৈরগনা শেল-থুম চরক-চহিং নাই, ৫ শুবদা লৈরগনা লম্খুদিংদা মঙ্গল পী, ৬ শুবদা লৈরগনা মঙ্গল লৈতে, ৭ শুবদা লৈরগনা নিংথৌ, অঙন্বনা চানবী, ৮ শুবদা লৈরগনা শেম-থুম মাংবা, চৎপা পী, ৯ শুবদা লৈরগা লন চাওখৎলি, ১০ শুবদা লৈরগনা পুক্নিং পেন্দবা অমসুং চিংনবা পোকপা পী, ১১ শুবদা লৈরগনা খুদা লৈতবা, লন-থুম ফংবা ওই অমসুং ১২ শুবদা লৈরগা পুক্নিং হকচাং নুংঙাইতে॥ ১৮,১৯,২০॥

শুক্রস্য গোচর ফলম্।

জন্মন্যরি - ক্ষয়করো ভৃগুজোঽর্থদোঽর্থে।
দুশ্চিক্যগঃশুভকরো ধনদশ্চতুর্থে॥ ২১॥
স্যাৎ পত্রদস্তনয়গোঽরিগতোঽরি - বৃদ্ধিম্
শোকপ্রদো মদনগো নিধনেঽর্থদাতা॥২২॥
জনয়তি বিবিধাম্বরাণি ধর্ম্মে ন শুভকরো দশমস্থিতশ্চ শুক্রঃ।
শুক্রো ধননিচয়করস্তু লাভসংস্থিতো ব্যয়ভবনেঽপিধনাগমংকরোতি॥২৩॥

শুক্রগী গোচরদশা ফল হায়রি - শুক্রনা জন্মরাশিদা লৈরবদি য়েক্ন তিংখং লৈতে, জন্মরাশিদগী ২শুবদা লৈবগা শেল-থুম ফংই, ৩ শুবদা লৈরগা

লম্ খুদিংদা অফবা ওই, ৪শুবদা লৈরগা লন চংই, ৫শুবদা লৈরগা মচা-মনাই ফংই, ৬ শুবদা লৈরগা য়েক্লবা চাওখৎলি, ৭ শুবদা লৈরগা পুক্লিং নুংশিবা ফাওই, ৮ শুবদা লৈরগা পোৎ-চৈ ফংবা পী, ৯শুবদা লৈরগা মখল-মথেলগী ফি-রোল ফংই, ১০ শুবদা লৈরগা মঙ্গল লৈতে, ১১ শুবদা লৈরগা কান্নবা ফংই অমসুং ১২ শুবদা লৈরগা লন-থুম চঙ্ই ॥ ২১, ২২,২৩ ॥

শনৈশ্চরস্য গোচরদশা ফলম্।

বিত্তভ্রংশং সদাহং দিনকর-তনয়ো জন্মরাশিং প্রপন্নঃ।
চিত্তক্লেশং দ্বিতীয়ে রিপুহননকৃতং বিত্তলাভং তৃতীয়ে ॥ ২৪ ॥
পাতালে শত্রুবৃদ্ধিং সুতভবনগতঃ পুত্র-ভৃত্যাদি-নাশম্।
ষষ্ঠস্থানেঽর্থলাভং জনয়তি মদনে দোষ-সঙ্ঘাতমার্কিঃ ॥২৫ ॥
শরীরপীড়াং নিধনেঽথ ধর্ম্মে ধনক্ষয়ং কর্ম্মণি দৌর্ম্মনস্যম্।
উপান্ত্যগো বিত্তমনর্থমন্তে শনির্দদাতীত্যবদৎ সুবৃত্তঃ ॥ ২৬ ॥

শনিগী গোচরদশা ফল হায়রি — জন্মরাশিদা শনিনা লৈরবদি লন-থুম মাঙ্বা পুক্লিং নুংঙাইতবা পী। জন্মরাশিদগী ২ শুবা মফমদা শনিনা লৈরবদি পুক্লিং নুংশিবা পোকই, ৩ শুবা মফমদা লৈরগনা য়েক্লবা মাঙ্হল্লী অমদি লন-থুম ফংই, ৪শুবদা লৈরগা য়েক্লবা চাওখৎলি, ৫শুবদা লৈরগা মচা অমদি মচিন মনাওনচিংবা কায়নৈ, ৬শুবদা লৈরগা শেল ফংই, ৭ শুবদা লৈরগা মখল মখাগী থাজদবা থোকই, ৮ শুবদা লৈরগা পুক্লিং অৱাবা চোকথবা পী, ৯ শুবদা লৈরগা শেল মাঙ্ই, ১০ শুবদা লৈরগা পুক্লিং পোত্থাফম খঙ্দে (কনাগুম্বগী মততদি হকচাং নুংঙাইবা পী), ১১ শুবদা লৈরগা লন ফংই অমসুং ১২ শুবদা লৈরগা কান্নদবা মহাম তাই ॥ ২৪,২৫,২৬ ॥

রাহোঃ গোচরদশা ফলম্।

জন্মান্ত্য-পঞ্চ-চতুরষ্ট-নব-দ্বি-সপ্ত-রাশৌস্থিতো যদি ভবেদসুরঃ কদাপি।
অর্থক্ষয়ংরিপুভয়ং বহুকার্য্যহানিং রোগ-প্রবাস-মরণাগ্নিভয়ং করোতি ॥ ২৭॥

রাহুগী গোচরদশা হায়রি — রাহুনা জন্মরাশি অমদি জন্মরাশিদগী ১২।৫।৪।৮।৯।২।৭ হায়রিবা মফমশিংশিদা লৈরবা পোৎ-চৈ, লন-থুম, শেল মাংবা পী, য়েক্লবদগী অকিবা নংবা, মখল-মখাগী অমাঙ্-অতা থোকপা, অনা লোয়বা, ঙাওচৎনবা, মৈদগী অকিবা নংবা, অৱাবা মখৈ ফংবা পী। মসি নত্তবা মফম শিংদা রাহুনা লৈরবদি অফবা, চাওখৎপা ফল পী ॥ ২৭ ॥

**কেতোঃ গোচরদশা ফলম্।**

**একাদশ-ত্রি-দশ-ষষ্ঠগতো নরাণাং সন্মান-ভোগ-নৃপমান-সুখার্থদাতা।**
**আজ্ঞাকরাশ্চপুরুষাঃ প্রমদাশ্চ নিত্যং সৌখ্যোদয়ং দিশতি পুণ্যচয়ঞ্চকেতুঃ॥ ২৮॥**

কেতুগী গোচরদশাফল হায়রি — কেতুনা জন্মরাশিদা অমদি জন্মরাশিদগী ১১।৩।।১০।৬ হায়রিবা মফমশিং অসিগী মফম অমদা লৈরবদি সন্মান ফংবা, অচা-অথক ফংবা, নিংথৌ অঙম্বগী থৌজান ফংবা, নুংঙাই-য়াইফবা, লন-থুম ফংদুনা লাইবকফবা অমদি নুপী নুপাশিংনা থৌগনবা পী। মসি নত্তবা মফমদা কেতুনা লৈরবদি অফবা ফল ফংদে ॥ ২৮ ॥

❋ ইতি গোচরদশা ফলং দশাধ্যায়ঃ চ ॥ ❋

## অথ ফলাধ্যায়ঃ

### অথ জন্মবার ফলম্ ।

রবি বারে জন্ম ফলম্ —

ধর্ম্মাত্মা তীর্থপূতশ্চ সহিষ্ণুশ্চ প্রিয়ংবদঃ ।
অল্পদ্রব্যে ধনী খ্যাতো রবিবারে প্রসূয়তে ।। ১ ।।

নোংমাইজিং নুমিৎতা পোকপা মীদি ধর্ম্মদা পুক্লিং লুপ্পা, তীর্থ সেবা পাম্বা, খাংবা কনবা, ব্রাহৈ খোনফম নুংশিবা অমসুং থোইনা ইনাক খুনদবা মীনদি ইনাক খুননা উবা ওই ।। ১ ।।

সোমবারে জন্মফলম্ —

প্রসন্নবদনঃ কামী স্ত্রীণাঞ্চ প্রিয়দর্শনঃ ।
মৃদুবাগ্ অল্পভোগী চ চন্দ্রবারে প্রসূয়তে ।। ২ ।।

নিংথৌকাবা নুমিৎতা পোকপা মীদি মায়থোং মোমোন্নে, ঈখৌলাঙ্গল্লী, ফজবা পাম্মী, য়েংবদা নুংশিবা পোকই, ব্রাহৈ খোনফম নুংশি অমসুং য়ম্না চাগন থক্কন্দে ।। ২ ।।

মঙ্গলবারে জন্ম ফলম্ —

ক্রূরঃ সাহসিকঃ ক্রোধী কপিলঃ পরদারগঃ ।
শ্যামঙ্গ কৃষিকর্ম্মাচ ভৌমবারে প্রসূয়তে ।। ৩ ।।

লৈবাকপোকপা নুমিৎতা পোকপা মীদি ফত্ত লৌশিং হৈ, থৌনা ফৈ, শাওগল্লী, লফুলৈওন কুচু ওই নত্রগা মুই, লৌউ-শিংউ হৈশিংই অমসুং মীগী নুপী য়েংগল্লী ।। ৩ ।।

বুধবারে জন্ম ফলম্ —

বুদ্ধিমান্ পরদারী চ কান্তঃ শাস্ত্রার্থপারগঃ ।
নৃত্যগীতপ্রিয়ো মানী বুধবারে প্রসূয়তে ।। ৪ ।।

যুমশঁকৈশ নুমিৎতা পোকপা মীদি মবুদ্ধি-মরৌশিং লৈ, মীগী নুপী পামগল্লী, ফজবা, নুংঙাইবা পাম্মী, শাস্ত্র খংই, ঈশৈ-নোংমাই পাম্মী অমসুং চাওথোকল্লী ।। ৪ ।।

**বৃহস্পতিবারে জন্ম ফলম্—**

**শাস্ত্রজ্ঞঃ সুবচাঃ শান্তঃ প্রকামী বহুপোষকঃ।**

**দৃঢ়বুদ্ধিঃ কৃপালুশ্চ গুরুবারে প্রসূয়তে।। ৫ ।।**

শগোলশেল নুমিৎতা পোকপা মীদি শাস্ত্র খংবা, নিংথিবা, অচুম্বা ৱা-ঙাংব, ইঙ্-তপ্পা, থোইনা ঈখৌলাঙ্গনবা, লম্খুদিং ঙাক্-শেনবীবা হৈবা, ৱাখল চেৎপা অমসুং থৌজান হৈবা মপোক্লী ।। ৫ ।।

**শুক্রবারে জন্ম ফলম্ –**

**কুটিলো দীর্ঘজীবী চ নীতিশাস্ত্রবিশারদঃ।**

**নারীণাং চিত্তহারী চ জায়তে ভৃগুবাসরে।। ৬ ।।**

ইরাই নুমিৎতা পোকপা মীদি মবুকচেল খোই, পুন্সি শাংগল্লী, হৌনা লোনচৎ হৈ, শকহেনবী মীতাগল্লী অমসুং অকে-অমৌ, মচু-মরাং পামগল্লী ।।৬।।

**শনিবারে জন্ম ফলম্ –**

**দীনঃ কৃতঘ্নো লুব্ধশ্চ প্রবাসী কলহপ্রিয়ঃ।**

**মুখরোগী কুবৃত্তিশ্চ সূর্য্যপুত্রদিনে নরঃ ।। ৭ ।।**

থাংজ নুমিৎতা পোকপা মীদি লাইরগল্লী, তৌবিমল খংদে, লৌনিং চানিংগল্লী, কোইচৎ-চৎপা পাম্মী, খৎনা-লাওনবা হৈনজৈ, মচিনবাল নাগনবা, চবেং-চবেং ঙাংগনবা অমসুং ফত্ত ৱাখল তৌগল্লী ।। ৭ ।।

**ইতি জন্মবারফলম্।**

## অথ জন্মমাস ফলম্ ।

বৈশাখ মাসে জাতক ফলম্ —

ধর্ম্মজ্ঞঃ সুবচো ধীরো গীতবাদ্যবিশারদঃ ।
পিতৃবাক্যপ্রিয়শ্চৈব বৈশাখে জায়তে নরঃ ॥ ৮ ॥

কালেন থাদা পোকপা মীদি ধর্ম্ম চেনবা, ইঙ্‌তম্বা, ঈশৈ-নোংমাই পামজবা, বাহৈ-খোনফম ফজবা অমসুং মমা-মপানা হায়বা ইনবা ওই ॥ ৮ ॥

জ্যৈষ্ঠ মাসে জাতক ফলম্ —

অতিক্লেশসহো মানী চতুরো বহুপোষকঃ ।
মিষ্টান্নপানভোক্তা চ জ্যৈষ্ঠে সংজায়তে নরঃ ॥ ৯ ॥

ইঙা থাদা পোকপা মীদি পুকচেল উইবা, পোঙ্গনবা, হৈশিংবা, মীয়াম ঙাক-শেনবা হৈবা, মথেল-লুকোই চাবা পাম্বা অমসুং অইঙবা থক-চাবা পমগল্লী ॥ ৯ ॥

আষাঢ় মাসে জাতক ফলম্ —

অন্যবিদ্যান্বিতঃ শান্তো রূপবান্ বহুপোষকঃ ।
চপলঃ সুবচা মানী আষাঢ়ে জায়তে নরঃ ॥ ১০ ॥

ইঙেল থাদা পোকপা মীদি মখল-মথেলগী খুৎশা হৈ, মায়থোং ইঙ্গী, মশক ফজে, মী লোয়নবা হৈ, মশাখিংঙী, খৎলি, বাহৈ খোনফম থোৎনৌই অমসুং চাওথোক্কল্লী ॥ ১০ ॥

শ্রাবণ মাসে জাতক ফলম্ —

অতিলোভী ধনাঢ্যশ্চ দীর্ঘজীবী প্রিয়ংবদঃ ।
পুত্রান্বিতা ভবেচ্চৈব শ্রাবণে জায়তে নরঃ ॥ ১১ ॥

থবান থাদা পোকপা মীদি মীহৌ চাওই, লন-থুম পামই, পুন্সি শাংই, নুংশিনা ঙাংবা হৈ অমসুং মচাগী সেবা ফংবা ওই ॥ ১১ ॥

**ভাদ্রমাসে জাতক ফলম্—**

**জ্ঞানী সুভগো লোভী চ দানধ্যানতপঃ পরঃ।**
**স রোগী বহুভোগী চ মাসি ভাদ্রপদে নরঃ ।। ১২ ।।**

লাংবন থাদা পোকপা মীদি জ্ঞানী ওই, মীহৌ চাওই, অহাওবা চাগল্লী, পিজ-পিথক ফৈ, মীগী মতেং পাংবা, কখোকপা, লাইনিংবা, যৌ-চে মবাংকায়বা অমসুং চাবাফবা ওই।। ১২ ।।

**আশ্বিন মাসে জাতক ফলম্—**

**কান্তাসুখীচ শাস্ত্রজ্ঞো রাজ পূজ্যো ধনান্বিতঃ।**
**ভক্তদাতা গুণগ্রাহী আশ্বিনে জায়তে নরঃ ।। ১৩ ।।**

মেবা থাদা পোকপা মীদি শাস্ত্র খংবা, নিংথৌ-অঙম্বনা ইকাযখুম্নবা, লন-থুম লৈবা, গুণ লৈবা, মচা-মনাইদা পিথোক্কনবা অমসুং নুপী/নিপা নুংঙাইহনবা ওই।। ১৩ ।।

**কার্ত্তিক মাসে জাতক ফলম্—**

**জিতেন্দ্রিয়ো মহাজ্ঞানী দেবভক্তো মহাধনী।**
**বিচিত্রমতিমান্ নিত্যং কার্ত্তিকে জায়তে নরঃ ।। ১৪ ।।**

হিয়াঙ্গৈ থাদা পোকপা মীদি ইন্দ্রি খুদুমচনবা, ঋাখল বুদ্ধি চংখোলবা, ঈশ্বর থাজবা, লন-থুম লৈবা অমসুং হিবম খুদিংদা মতিক্-মঙম্ লৈবা ওই।। ১৪ ।।

**অগ্রহায়ণ মাসে জাতক ফলম্—**

**ধর্ম্মাত্মা কৃষকো মানী সর্ব্বেষামুপকারকঃ।**
**দেবপূজারতো নিত্যং মার্গে মাসি নরো ভবেৎ।। ১৫ ।।**

পোইনু থাদা পোকপা মীদি ধর্ম্ম লৈবা, লৌমীবু নুংশিবা, ওইনা-চাওবা, অয়াম্বা থবক্তা মতেং পাংবা অমসুং মতম চুপ্পদা লাইগী সেবা তৌজবা পাম্বা ওই।। ১৫ ।।

পৌষ মাসে জাতক ফলম্—

শুচির্দাতা কৃশাঙ্গশ্চ বিধিজ্ঞো বহুপোষকঃ।

ত্যাগী স্থিরমতিঃ শান্তঃ পৌষে সংজায়তেনরঃ ॥ ১৬॥

ৱাকচিং থাদা পোকপা মীদি পুকচেল শেংবা, পীনহৈবা, মশা পাবা, নিয়ম খংবা, পুকচেল চাওবা, ওইজবা থিদবা, পুকচেল হোংদবা অমসুং ইঙ্-তপ্পা ওই ॥ ১৬ ॥

মাঘ মাসে জাতক ফলম্—

বাণিজ্যকুশলঃ ক্রোধী বহুপুত্র সমন্বিতঃ।

শূরশ্চ চপলস্ত্যাগী মাসি মাঘেপ্রজায়তে ॥ ১৭ ॥

ফাইবেল থাদা পোকপা মীদি ললোন-ইতিক্তা হৈশিংবা, শাওগনবা, মচা যাম্বা, মথৌনা-মবিংজেন লৈবা, পুক্লিং থকপা অমসুং লম্বোই-তুবোইবা ওই ॥ ১৭॥

ফাল্গুন মাসে জাতক ফলম্—

দীর্ঘসূত্রী ক্ষুধার্ত্তশ্চ বহুমিত্র সমন্বিতঃ।

দাতা পরোপকারী চ ফাল্গুনে জায়তে নরঃ।

লমতা থাদা পোকপা মীদি অতপ্পা, চংতংনবা, মকপ-মপাং য়াম্বা, পীনহৈবা অমসুং মীগী মতেং পাঙ্গনবা ওই ॥ ১৮ ॥

চৈত্র মাসে জাতক ফলম্—

জলাগ্নিভয়যুক্তশ্চ মৃদুবাগ্ ধনসংযুতঃ।

ধীরশ্চপলো মানীচ চৈত্রে সংজায়তে নরঃ ॥ ১৯ ॥

শজিবু থাদা পোকপা মীদি মৈ, ঈশিং কিগল্লী, ৱাঙাং নুংশি, লন চেল্লী, ইঙ্-তল্লী, পাখৎচাওই অমসুং ওইনা চাওবা ওই ॥ ১৯ ॥

ইতি জন্মমাস ফলম্।

অথ জন্মরাশি ফলম্ ।

মেষঃ— ভবতি বিরলকেশশ্চঞ্চলস্ত্যাগশীলঃ
সচ ভবতি সমৃদ্ধো নৈব দারিদ্রামস্তি।
ব্রজতি হিমশরীরো ভূতিযুক্তঃ প্রলাপী
স ভবতি পুরুষোহয়ং মেষরাশি প্রসূতঃ ॥ ১।

মেষবাশিদা পোকপা মীদি মশম পাই, চাবাং খোইরাংনগল্লী, কলক-মীহৌবা লৈতে, লনগীদমক্তা হোৎনবা কল্লী অমদি লাইরবা ওইদে, অবাবসু ওইদে, হকচাং তমোন-তমোল্লী, লন-থুম লৈগল্লী অমসুং বাচোই ঙাংগল্লী ॥ ১ ॥

বৃষঃ— পৃথুলগলকপোলঃ স্থূলনেত্রোহল্পবাদী
কুলজনহিতকারী প্রায়শঃ সৌখ্য সেবী।
দ্বিজগুরুসুর ভক্তঃ শ্লেষ্মবাতস্বভাবঃ
সিতকুটিলকচাগ্রো রোমযুক্তো বৃষাখ্যঃ ॥ ২ ॥

বৃষরাশিদা পোকপা মীদি ওক্শম অমসুং খাজাই নোইপেল্লী, মিৎ কোয়রাওনৈ, বা য়াম্লা ঙাংদে, শাগে-নাত্তেগা লোয়নগনবা ওই, হরাও নুংঙাইবা পাম্মী, লাই গুরু ব্রাহ্মণদা ভক্তি লৈ, লোক-লাই, নুংশিৎ চেনগল্লী, মশম খোই, মতুচোম্বা ওই ॥ ২ ॥

মিথুনঃ— মৃদুগতি দৃঢ়গাত্রঃ শ্রেষ্ঠবিস্পষ্টবাক্যঃ।
পরজনহিতকারী পণ্ডিতঃ ক্রূরচিত্তঃ।
প্রকৃতিমলিনবেশঃ শ্লেষ্মবাত প্রপন্নো
ভবতি মিথুনরাশির্গীতবাদ্যানুরক্তঃ ॥৩॥

মিথুন রাশিদা পোকপা মীদি চৎপদা খোংথাং তল্লী, অথোইবা ওইগল্লী, মশা লেংঙম্ শাওমদে, ঝাঙাংবা চংথোল্লী, মীগী যনবা নিংই, পণ্ডিত ওই, পুকচেলদি খোই, মোৎতাই-চুদাইবা শেং ইনগল্লী, লোক নুংশিৎ চেল্লী অমসুং ঈশে- নোংমাই পুং-শেল পাম্মী ॥ ৩ ॥

কর্কট ঃ —পবনকফশরীরো দেববিপ্রপ্রকাম্যঃ
স্বয়মুপচিতবিত্তো ধর্ম্মবাদে প্রসক্তঃ।
কুলজনসমানাভির্মণ্ডলাকারমূর্ত্তিঃ
ভবতি বিপুলবিত্তঃ কর্কটঃ সত্যযুক্তঃ ।।৪।।

কর্কট রাশিদা পোকপা মীদি ধর্ম্ম লৈবা, শাগৈগী মৈতাল অবাবা, অচুম্বা ঙাংবা, ফুৱাওনদবা, মশা লেপ্‌চবা ঙম্বা, লন-থুম চেনবা, লোক-চেনবা, নুংশিৎচেনবা অমসুং লাই ব্রাহ্মণদা ভক্তি লৈবা ওই।। ৪ ।।

সিংহঃ— উদরভরণতুষ্টঃ ক্রোধনো মাংসলুব্ধো
গহনগিরিগুহানাং সেবনো বন্ধুহীনঃ।
কপিলনয়নযুক্ত স্তুঙ্গবক্ষাঃ সুতাঢ্যো
বিবিধযুবতিসেবী পণ্ডিতঃ সিংহরাশিঃ ।।৫।।

সিংহ রাশিদা পোকপা মীদি মবুক্লিং পেল্লবদি ঙাংনা শনাবা য়াই, শিংনবা য়াদে, শা-ঙা চাবা পাম্মী, বন, চিং-মান, অশুকপদা লৈবা পাম্মী, মরুপ-মপাং লৈতানদে (চিব-কালদা শীৎ-নানথোকই) মমিৎ ঙাংলৈনৈ, মথবাক থাকমনৈ, নুপীনা কলকই অমসুং মচা ধাবা লিকই।। ৫ ।।

কন্যাঃ—বিমলমতি সুশীলো লেখ্য বৃত্তিঃ কবিশ্চ
স্বকুলবিভব মানী ক্ষান্তিযুক্তস্বভাবঃ।
ভবতি নয়নরোগী ধার্ম্মিকঃ শীলযুক্তো
গুরুজনহিতকারী যস্য কন্যাখ্য রাশিঃ ।। ৬।।

কন্যা রাশিদা পোকপা মীদি লমচৎ ব্যবহাব ফজবা, মবুক শেংবা, লৌশিং লৈবা, লাইরিক ইবা, কবিগী ৱাখল লৈবা, শাগৈগী লুচিংবা, লন-থুম লৈবা, ওইনা চাওবা অমসুং ঙাকপী হৈবা, মিৎনাগনবা, ধর্ম্ম লৈবা, অহল-লমনবু লুনা চান্না ঙাকপী শেনবীবা অমসুং অচুম্বা ৱাখল্লোন চৎপা ওই।। ৬ ।।

তুলাঃ— ভবতি শিথিলগাত্রো নাতিদীর্ঘপ্রমাণো
জনয়তি পরিতোষং বান্ধবানাং প্রদানৈঃ।
অতিশয়বহুভাষী জ্যোতিষাং জ্ঞানযুক্তো
ভবতি হি তুলারাশির্ভৃত্যবর্গানুরক্তঃ ॥ ৭ ॥

তুলা রাশিদা পোকপা মীদি হকচাং অমোন-অমোল্লী, খোইনা ব্রাংদে মঙ্গলনা ওম্মী, পিজ পিথক ফবনা মবি-মতাশিংনা পেনবা ওই, ব্রা যাম্না ঙাঙ্গল্লী, জ্যোতিষ শাস্ত্র হৈগল্লী অমসুং অব্রামন তৌবিমন খংবা নুংশিবা ওই ॥ ৭ ॥

বৃশ্চিকঃ —বহুধনজনভোগী স্ত্রীষু সৌভাগ্যযুক্তঃ
পিশুনমতি সুবিজ্ঞো রাজসেবানুরক্তঃ।
অভিলষিতপরস্বো নিত্যমুদ্বেগযুক্তো
দৃঢ়মতি রতিশূরা বৃশ্চিকো যস্যরাশিঃ ॥ ৮ ॥

বৃশ্চিক বাশিদা পোকপা মীদি লন-থুম যাম্না লৈবা চাবীনবসু য়াম্বা ওই, মবাইবক ফবা নুপীনা পাম্বা ওই, বুদ্ধি-জ্ঞান লৈ, নিংথৌ মনাই অচানবা ওই, পণ্ডিত ওই, মতম পুম্বদা পুক্লিং লাংতকনগল্লী, মীগী মরল পামগল্লী অমদি ব্রাখল চেৎপা অমসুং হকতিন্নবদা খোইজংবা ওই ॥ ৮ ॥

ধনু ঃ— ধনুরিবগুণযুক্তঃ কীর্ত্তিভাক্ পূজনীয়ঃ
কুলপতি-রসবিজ্ঞো বন্ধুবর্গৈকপাত্রম্।
বহুধনজনযুক্তো দেববিপ্রোপসেবী
মৃদুগতিরসহিষ্ণুঃ কার্ম্মুকো যস্য রাশিঃ ॥ ৯ ॥

ধনু বাশিদা পোকপা মীদি মগুণ লৈবা, বস খংবা, ফাগি জোগাই তৌগনবা, মখল মথেলগী মিংচৎনা লৈতেংবা, পুম্নমক্তা ইকায় খুম্নফম ওইবা, শাগৈগী অথোইবা, মরি-মতাশিংগী অমত্তা ঙাইবা নুংশিবা ওইবা, ইও-তপ্পা, লন-থুম য়াম্না লৈবা, মচা-মনাই য়াম্বা, খাংঙমদবা অমসুং লাই, ব্রাহ্মণদা ভক্তি লৈবা ওই ॥ ৯ ॥

মকর ঃ— অভিলষতি পরস্ত্রীং লব্ধসম্পত্তিভোগো
নরপতিরিব চণ্ডো মন্ত্রবাদে প্রসক্তঃ।
কৃশতনুরতি বুদ্ধির্বন্ধুবর্গস্য ভোক্তা
ভবতি মকররাশির্মানবো ধীরভাবঃ ॥ ১০ ॥

মকব রাশিদা পোকপা মীদি মীগী নুপী পামগনবা, সম্পত্তি ফংদুনা শিজিন্নবা ফংবা, নিংথৌগুম্না নুংঙাইবা, মথৌনা মবিংজেন্‌লৈবা, চিরোল-পাউরোল হৈবা অমসুং হৈশিংবা, মশা পাবা, মবুকচেল খোইবা, ইঙ্ঙতগ্না অমদি মরি-মতাশিংগা চামিন থকমিন্নদুনা হরাও তায়াম্বা পান্বা ওই॥ ১০ ॥

কুম্ভঃ— তুরগ-ইব সুদৃষ্টঃ সুন্দরঃ স্বচ্ছচিত্তঃ
সুবদন মতিবিজ্ঞো বন্ধুকামিন্যারাগঃ।
বহুধনপরিবারো জ্ঞাতিবর্গপ্রমোদী
ভবতি হি ঘটরাশির্দেববিপ্রানুরক্তঃ ॥ ১১ ॥

কুম্ভ রাশিদা পোকপা মীদি শগোল য়েংবদা ফজবগুম্ শাবাননা মহাক্কী ওই, কুচু ভৌবা, মায়থোং নিংথিবা য়েংনিংবা পোকপা ওই, তারু-তানাল্লী, থম্মোয় শেংই, খঙ্গল্-উগল্লী, মচিন-মনাও, মরিমতা, নুপী লুনা-চান্না লোয়নৈ, হবাওহনবা হে, লন-থুম লৈগল্লী অমসুং ইমুং-মনুংগা লোয়ননা চমীন লৈমীন্নগল্লী, শাগৈশিংগা লোয়ননা হরাও মোমোন্দুনতা লৈ অমসুং লাই, ব্রাহ্মণ লুনা-চাননা নিংবা ওই ॥ ১১॥

মীনঃ— জনধনসুখভোক্তা মৈথুনাদিপ্রসক্ত
উদরসমশরীরো বস্তুলাভোহল্পমধাঃ।
অভিভবতি সপত্ন্যা স্ত্রীজয়ীচারুকেশো
ধৃতিনিধিধনভোগী পণ্ডিতো মীনরাশিঃ ॥ ১২॥

মীন রাশিদা পোকপা মীদি মনাই-মশন, লন-থুম্মাতিল্লী, ইনাক খুনবা, নুংঙাইবা, চা-থক্ বাৎতবা ওই, মপু-মনাই কেন-ওইনজে, পুক অমসুং অতৈ হকচাংগী শরুকসু য়াইমরপ্পি, য়াইমবা শাবাননি। পোৎ-চৈ ফংগন্বা, কাউগনবা ওই, মশমফবা, নিংজবা নুপী হোংগন্দবা, খাংবা কনবা, মশাগী মবলনা চাজবা, বুদ্ধি শোনবা, নুপীগী লিক-কোল লৈগনবা, মীনা ইকায়খুম্নবীবা অমসুং লৈবাক্কী পণ্ডিত ওই॥ ১২॥

✻ ইতি জন্মরাশি ফলং ফলাধ্যায়ঃ চ।✻

## অথ বিশিষ্টাধ্যায়ঃ

*তন্বাদিদ্বাদশভাববিচারবিষয়কথনম্।*

জাতিবায়ুঃ সুখং দুঃখমঙ্কাদিকং
বর্ণবিজ্ঞাননিদ্রালয়ান্যঙ্গতঃ।
স্বর্ণমুক্তাদিকানাং ক্রয়ো বিক্রয়ঃ
কোশতো ভ্রাতৃতো ভ্রাতৃভৃত্যাদিকম্॥ ১॥

লগ্নস্থানদা জাতি, পুন্সি, নুংঙাইবা, অৱাবা, হকচাংগী খুদম (চা, শমক্রু) নচিংবা, কুচুকুমেন, বুদ্ধি, য়াহিপ ফম্ফম্গী বিচার তৌগনি।

ধনস্থানদা সনা, চান্দী, মুক্তা নচিংবা রত্নগী লৈবা য়োনবগী, লৌরি-ইথোলগী বিচার তৌগনি।
সহজস্থানদা মচিন-মনাও, মীনাই মীশন, পাঙ্গলনচিংবগী বিচার তৌগনি॥১॥

সুহৃদঃ সুখমালয়ে তুরীয়ে নিধিসংস্থানকৃষিস্বমাতৃসৌখ্যম্।
নববাহনবাটিকাগমাদের্গৃহলাভং চ বিচিন্তয়েৎ প্রবাসম্॥ ২॥

বন্ধুস্থানদা মরুপ লোযনবা, লন-থুম, থবক্কী মফম, শেনথোক য়ুমফম্, মমাগী অৱা-নুংঙাই, শাদোং গাড়ীনচিংবা, লৈকোল, চৎথোক খোৎতোকপনচিংবা, য়ুম-কৈ অমসুং মীরমগী বিচার তৌগনি॥২॥

পুত্রমন্ত্রবচনপ্রবীণতা গদ্যপদ্যমতি বৃদ্ধিমঙ্গজাৎ।
মাতুলাদরিচতুষ্পদব্রণব্রাতভীতিসমরাদি চিন্তয়েৎ॥ ৩॥

পুত্রস্থানদা মচা, বুদ্ধি কুপ্পা-লুবা, ঙাংথোক-শকতোকপা, হৈথোই-শিংথোইবা, কবিত্ব, শক্তি, বুদ্ধি চাওখৎপা বিচার তৌগনি।

রিপুস্থানদা য়েক্লবা, শা-ষণ, দাক্ফম, লায়না, অকি-অথং অমসুং শা-লান্নচিংবা বিচার তৌগনি॥ ৩॥

**অঙ্গনাগমবণিকৃক্রিয়াঙ্গনাযুদ্ধমন্মথকলাশ্চ সপ্তমৎ।**

**রোগযুদ্ধমরণারিবাহিনী নিম্নগাতরণভীতিরষ্টমাৎ।। ৪।।**

জায়াস্থানদা নুপী-নুপা লৌনা-লৈনবা, ললোন-ইতিক, লুহোংবা অমসুং নুংশি ঈচেলগী বিচাব তৌগনি।

মৃত্যুস্থানদা লায়না-লাইওং, শা-লান, শিবা, য়েক্লবা কাংবুগী অমসুং তুবেল ইপাক্ নচিংবা লানবগী, অকিবগী বিচাব তৌগনি।। ৪ ।।

**দেবতালয়জলাশয়াদিকং পুণ্যতীর্থগমনং প্রপাদিকম্।**

**মার্গসঙ্গমনভাগ্যবর্ধনং ধর্মকৃত্যমপি ধর্মতোবদেৎ।। ৫।।**

ধর্ম্মস্থানদা মন্দিব, ঈশিং-ঈপাক, পুণ্যতীর্থ যাত্রগী শিনলাংবা, ৱাহোংগী থবক, চৎথোক-চৎশিনগী থবক, লাইবক্খেল অমসুং ধর্ম্মগী লম্বী বিচাব তৌগনি।।৫।।

**রাজ্যলাভজনকাম্বুবর্ষণং ক্ষোণিপালকুলবিত্তবর্ধনম্।**

**মুদ্রিকাপ্তিপদবীপদাপ্তয়ঃ কার্যসিদ্ধিরপি কর্মভাবতঃ।। ৬ ।।**

কর্ম্মস্থানদা লৌবি-ইখোল, থবক-থানা, মপাগী মবম, ঈশিং-মাইশিং, শাগৈ-ঙাই, লন-থুম, পোৎ-চৈ, ফম্থোন, থবক মাযপাকপগী বীচাব তৌগনি।। ৬ ।।

**সস্যয়ানললনানবাম্বর-জ্ঞান-বাহনসুখানি লাভতঃ।**

**সৎব্যয়াদিকভভীষ্টচিন্তনং, বৈরিরোধনরয়ানমন্তিমাৎ।।৭ ।।**

আয়স্থানদা ফৌ-চেং, গাডী, নুপী, ফি-বোল, জ্ঞান, শাদোং (শগোল, শামু) অমসুং অৱা-নুংঙাইগী বিচাব তৌগনি।।

ব্যয়স্থানদা দান-ধর্ম্ম, হবাও-নুংঙাই, পুক্লিংগী আশা, য়েক্লবা ঙাকথোকপা, ঙাকপি শেনবিবা, শা-ষণ লাক্পগী বিচাব তৌগনি।। ৭ ।।

**অতীতমন্তিমাদেষ্যং বিত্তভাৎ প্রবিলোকয়েৎ।**

**রাহোরতীতং রবিতো ভাবি সাম্প্রতমিন্দুতঃ।। ৮।।**

হৌখিবা মতমগী বিচারনা ব্যয়স্থাদা, ওইরক্লদবা থোক্লক্লদবা মতমগী বিচারনা ধনস্থানদা তৌগনি। মদুম্না রাহু গ্রহনা হৌখিবদা, রবিগ্রহনা ওইরক্লদবদা অমসুং চন্দ্রনা (রাশি অমসুং চন্দ্রগ্রহনা) ওইরিবা মতমদা (খুদক্-খুদক্কী) বিচার তৌগনি ॥ ৮ ॥

ইতি তন্বাদিদ্বাদশভাববিচারবিষয়কথনম্ ॥

*অথ দ্বাদশভাবকারকাঃ ।*

তরণিরমরমন্ত্রী মঙ্গলশ্চন্দ্রসৌম্যৌ
গুরুরথ শনিভৌমৌ শুক্র আর্কিঃ ক্রমেণ।
অমরগুরুদিনেশৌ মন্দভানুজ্ঞজীবাঃ
সুরগুরুরপি মন্দঃ কারকাঃ স্যুর্বিলগ্নাৎ ॥ ১ ॥

রবিনা তনুভাবগী, বৃহস্পতিনা ধনভাবগী, মঙ্গলনা সহজ ভাবগী, চন্দ্র অমসুং বুধনা বন্ধুভাবগী, বৃহস্পতিনা পুত্রভাবগী, শনি অমসুং মঙ্গলনা রিপুভাবগী, শুক্রনা জায়াভাবগী, শনিনা মৃত্যুভাবগী, বৃহস্পতি অমসুং রবিনা ধর্ম্মভাবগী, শনি-ববি-বুধ অমসুং বৃহস্পতিনা কর্ম্মভাবগী, বৃহস্পতিনা আয়ভাবগী অমদি শনিনা ব্যয়ভাবগী কারকনি ॥ ১ ॥

ভাবকারক চক্রম্।

| ভাবস্থান | ১ | ২ | ৩ | ৪ | ৫ | ৬ | ৭ | ৮ | ৯ | ১০ | ১১ | ১২ |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| কারকগ্রহঃ | র | বৃ | মং | চং বু | বৃ | শ মং | শু | শ | বৃ র | শ র বু বৃ | বৃ | শ |

*অথ রব্যাদিগ্রহাৎ বিচার বিষয় কথনম্ ।*

পিতৃপ্রতাপারোগ্যাণাং মনঃ শুদ্ধের্বিচারণা।
বলাভিমানয়োর্বুদ্ধেঃ কার্যাবর্যৈর্দিবাকরাৎ ॥ ২ ॥

রবিগ্রহনা মপা, মতি ক মগুণ, নাদয়েক্তবা, পুক্লিং শেংবা, পাঙ্গল, নাপল অমসুং বুদ্ধিগী বিচার কারকনি ॥ ২॥

ধবলচামরকীর্তিদয়ামনঃ সুখকলাজননীমনসামপি।

বিধুবলাবলয়োগবিমর্শতঃ কৃতিকলানিপুনঃ সুখমাদিশেৎ ॥ ৩ ॥

চন্দ্রগ্রহনা পাঙ্গল, লিংজেন, অঙৌবা চামরগুম্বা মিংচৎ, থৌজান, পুক্লিং পেনবা, কলা, মমা, পুক্লিং, কলাবিদ্যা, হৈশিংবা অমসুং নুংঙাইবগী বিচাব কাবকনি ॥ ৩ ॥

পরাপবাদাহবসাহসানি সেনাধিপত্যং প্রভুতা সহোৎথম্।

পরাক্রমত্বং করবালকুন্তপ্রহারবিখ্যাতিমহিং মহীজাৎ ॥ ৪॥

মঙ্গলগ্রহনা মীগা খৎনা- লাওনবা, লান থৌনা, লুচিংবা, মপু ওইবা, মচিন-মনাও, পাঙ্গল, থাংশাং, তানচিংবা চৈফুগী চাং, মিংচৎ অমসুং লমগী মবিদা বিচার কারকনি ॥ ৪ ॥

বিনয়বান্ধবমাতুলসন্ততিপ্রবরকাব্যপটুত্বমলং বুধাৎ।

গণিতবেদ বিনোদকলাদিকং প্রবরবোধমনঃ শুচিমাদিশেৎ ॥ ৫ ॥

বুধগ্রহনা নোত্নুপ্পা, মবি মতা, মাম্মা, মচাধারা, কবি, হৈশিংবা, অঙ্ক, বেদ, নুংঙাইবা, কলা, জ্ঞান অমসুং পুকচেল শেংবনচিংবা বিচাব কারক নি ॥৫॥

বচনপটুত্বতুরঙ্গসৌখ্যং তন্ত্রবিচারনৃপালবিনোদম্।

সন্ততিসৌখ্যমলং নিগমার্থজ্ঞানমুতাঙ্গবলং গুরুতশ্চ ॥ ৬ ॥

বৃহস্পতিগ্রহনা ঋাঙাং হৈ-শিংবা, শগোল পামজবা, তন্ত্রবিচাব হৈবা, ঋানোম-ঋাচৎ হৈবা, মচাধাবা, বেদবিদ্যা অমসুং হকচাং পাঙ্গলগী বিচার কারকনি ॥ ৬ ॥

সঙ্গীত সহিত্যকলাকলাপপ্রহ্লাদকস্তারতিনৃত্তবাদ্যম্।

কলত্রসৌন্দর্য বিনোদবিদ্যাবলানি বীর্যাণি কবেঃ সকাশাৎ ॥ ৭ ॥

শুক্রগ্রহনা ঈশৈ-নোংমাই, সাহিত্য, কলাগী লম্‌দা নুংঙাইজবা, নুপী নুপাগী মরি, জগোই, বাদ্য (পুঙ্‌ তবলানচিংবগী) নুপীগী শক-চু বিদ্যা, পাঙ্গল, পুক্রিং নুংঙাইবা অমসুং বীর্য (হকচাংগী য়েন) গী বিচার কারকনি ॥ ৭ ॥

**লোভমোহবিষয়ানিলপীড়া দুর্ম তিত্বপরবঞ্চনশক্তিঃ।**
**মন্দতো নিধনয়োগবিচারো জীবনং চ খলু জীবনবৃত্তিঃ ॥ ৮ ॥**

শনিগ্রহনা মিহৌবা, শুমহৎপা, সংসারগী নুংঙাইবা, নুংশিৎ চেনবলায়না, ফত্তলৌশিং, নমথাক-নমফু, শিবা, পুন্সি অমসুং পুন্সি শিনফমগী বিচার কারকনি ॥ ৮ ॥

**যৎভাবকারকস্তুঙ্গে স্বভে মিত্রালয়ে ভবেৎ।**
**তৎকারকপদার্থানাং দৈবজ্ঞো লাভমাদিশেৎ ॥ ৯ ॥**

হায়বিবা ভাব কাবক গ্রহ অসিনা উচ্চ নত্রগা স্বগৃহ নত্রগা মিত্রগৃহদা লৈরবদি কারক গ্রহ অসিগী হায়রিবা কারকগী লিচৎ অসিমক ওই, অমদি নীচ্চ নত্রগা শত্রুগৃহদা লৈরবদি ওইদে ॥৯॥

**এবং রব্যাদিখেটানাং পদার্থপরিচিন্তনম্।**
**বলাবলবিবেকেন কুর্যাদার্য্যোত্তমঃ সদা ॥ ১০ ॥**

অসুম্না হায়রিবা ববিনচিংবা গ্রহশিংগী পাঙ্গল কনবা কনদবগী বিচার তৌদুনা গ্রহশিংগী কারক পদার্থ (কাবকনা খংহল্লীবা মথৌ মওমগী হিরমশিং) নৈনরগা জ্যোতিষিশিংনা য়েংবিগনি ॥ ১০॥

**ভবন্তি বলসংযুক্তা ভাবভাবেশ কারকাঃ।**
**তদাপূর্ণং দলং দ্বাভ্যামেকেনাল্পং ফলং বদেৎ ॥ ১১ ॥**

মতমদুদা ভাব, ভাবপতি অমসুং কাবক অহুমনা বল ওইরবা ফল মপুংফানা ফংই, অনিনা বল ওইবগনা ফল তংখাই ফংই, অমনা বল ওইরগা ফল মশুং ফংই। মদুমনদি ওইরবদা ভাব, ভাবপতি, কাবক অহুম্না নির্বল (মপাঙ্গল শোল্লবদি) ফল অদু ফংদে অসুম্না লৌই ॥ ১১ ॥

**ইতি কারক বিচারম্ ॥**

## গ্রহাণাং দশা কালঃ।

দিনকর রুধিরৌ প্রবেশকালে গুরুভৃগুজৌ ভবনস্য মধ্যমং।
রবিসুত শশিনৌ বিনির্গমস্থো শশিতনয়ঃ ফলদস্তু সর্ব্বকালে।। ১২।।

রবি অমসুং মঙ্গলগ্রহনা দশা হৌগৎলকপদা, বৃহস্পতি অমসুং শুক্রনা দশা ময়াই চল্লকপদা, শনি অমসুং চন্দ্রনা দশা মমৈদা অদুগা বুধগ্রহনা দশামতম পুম্নদা অফ-ফত্তগী ফল অদু পী।। ১২।।

## বিবাহ বিশেষ বিধিঃ।

দ্বিদাদশে ধনগৃহে ধনহা চ কন্যা রিপুষ্ফেস্থিতা ধনবতী পতিবল্লভাচ।
পুংসোগৃহাৎ সুতগৃহে সুতহা চ কন্যা ধর্ম্মে স্থিতা সুতবতী পতিবল্লভাচ।। ১৩।।

বরগী রাশিদগী অনিশুবদা কন্যাগী বাশি ওইরবা কন্যা অদু ব্রানা পুন্সি লেল্লী। ১২ শুবদা ওইরগনা লন-থুম্ চেনবী, মপুবোইবা নিংবী ওই। মঙাশুবদা লৈরগনা মচাগা লৈমীন্নদবী, মচা মাঙ্হনবী ওই। ৯ শুবদা লৈরগনা মচা লৈবী মপুরোইবনা চানবী ওই।। ১৩।।

## রাজযোটকঃ।

একরাশৌ চ দম্পত্যোঃ শুভং স্যাৎ সমসপ্তকে।
চতুর্থ-দশমে চৈব তৃতীয়েকাদশে তথা।। ১৪।।

রব অমসুং কন্যা রাশিতিন্নবা, বর অমসুং কন্যাগী রাশিনা অমনা অমগী তরেৎশুবদা লৈরবা নত্রগা মরি, তরা, অহুম, তরামাথোই তারবা রাজযোটক নি, বিবাহ য়াই অফবা মঙ্গল পী।। ১৪।।

ন রাজযোগে গ্রহবৈরিতাচ ন তারকাশুদ্ধি গণত্রয়ং স্যাৎ।
ন নাড়ী দোষা নচ বর্ণদুষ্টির্গর্গাদয়স্তে মুনয়োবদন্তি।। ১৫।।

গর্গনচিংবা মুনিশিংনা তাকপিরম্মী, রাজযোটক ওইরবদি গ্রহদোষ, তরা-অশুদ্ধি, গণ, বর্ণ অমসুং নাড়ী দোষ ওইরবসু কায়দে, বিবাহ য়াই।। ১৫।।

ষড়ষ্টকাদি দোষ খণ্ডনম্।

সৌহৃদ্যে হ্যুভয়োর্দ্বয়োরপি তয়োরেকাধিপত্যেঽপি চ।
তারাষষ্ঠ সুমিত্র মিত্রজননক্ষেমাথ সম্পদ্ যদি।
ষট্কাষ্টে নব-পঞ্চম ব্যয়ধনে য়োগেঽপি পুংযোষিতোঃ।
প্রীত্যায়ুঃ সুখবৃদ্ধি পুষ্টিজনকঃ কার্য্যো বিবাহস্তদা।। ১৬।।

বর কন্যা অনিগী বাশি অধিপতি মিত্র ওইবা নত্রগা রাশি অনিমক্কী খিপতি গ্রহ অমত্ত ওইবা অমদি নব তারা গণদা বর কন্যা অনিমক্কী জন্ম নক্ষত্র, জন্ম, সম্পদ্‌নচিংবা (জন্ম, সম্পদ্, ক্ষেম, সাধক, মিত্র, অতিমিত্র) শুভ তারা ওইবা; হায়রিবা অসি ওইববদি ষডষ্টক, নবপঞ্চম, দ্বিদ্বাদশ দোষশিং লৈজরবসু বিবাহ তৌবদা অপনবা লৈত্রে শুভ ওই, লৌনা লৈনবা য়ারে।। ১৬।।

স্ত্রী বিবাহ নিষিদ্ধ মাসঃ।

আষাঢ়ে ধন ধান্যভোগরহিতা নষ্টপ্রজা শ্রবণে
বেশ্যা ভাদ্রপদে ইষেচ মরণং রোগন্বিত কার্ত্তিকে।
পৌষে প্রেতবতী বিয়োগবহুলা চৈত্রে মদোন্মাদিনী
অন্যেষ্বেব বিবাহিতা পতিরতা নারী সমৃদ্ধা ভবেৎ।। ১৭।।

সৌর আষাঢ় থাদা বিবাহ তৌরবদি কন্যা অদু লন-থুম লৈতবা, চানিংঙাই থক্লিংঙাই ঝাবা ওই; সৌর শ্রাবণদা বিবাহ তৌরগনা মচা ধারা লৈতে, সৌর ভাদ্রদা বিবাহ তৌরগনা বেশ্যা নত্রগা লমচৎ নাইদবী ওই, সৌর আশ্বিনদা বিবাহ তৌরগনা অশি-অনা অঝাবা নংই, সৌর কার্ত্তিকদা বিবাহ তৌরগনা অনা-লাইচেনবা ওই, সৌর পৌষদা বিবাহ তৌরগনা মচা পুন্সিদবী, য়ুমদা লৈতবী কোইচৎ চংপী ওই অমসুং সৌর চৈত্রদা বিবাহ তৌরগনা কামিনী ওইবী ঙাওচৎনবী ওই। হায়রিবা থাশিং অসি নত্তবদা বিবাহ তৌরবদি কন্যা অদু মপুরোইবা নিংবী লাইবক ফবী ওই, অসুম্না অশ্বলায়ন গৃহসূত্রদা ফোংদোক্লী।।১৭।।

সৌর জ্যেষ্ঠ মাস বিবাহ নিষেধ বিধিঃ।
জ্যেষ্ঠদ্বন্দ্বং মধ্যমং সম্প্রদিষ্টং ত্রিজ্যেষ্ঠং চৈবৈব যুক্তং কদাঽপি।
কেচিৎসূর্যং বহ্নিগং প্রোজ্‌ঝ্য চাহুর্নৈবাহ্ন্যোন্যং জেষ্ঠয়োঃ স্যাদ্বিবাহঃ।। ১৮।।

জ্যেষ্ঠ (অহন) অনি (সৌর জ্যেষ্ঠ থা অমসুং জ্যেষ্ঠ বর নত্রগা জ্যেষ্ঠ কন্যা) বিবাহ তৌবা ময়াইওইনা ফৈ। জ্যেষ্ঠ অহুম (সৌর জ্যেষ্ঠ থা অমসুং বর কন্যা অনিমক জ্যেষ্ঠ) ওইরবদি বিবাহ তৌবা অফবা ওইদে। ভারদ্বাজনচিংবা আচার্যশিংগী মত মতুংইন্নদি সূর্য্যনা কৃত্তিকা নক্ষত্রদা লৈবা জ্যৈষ্ঠ থা তমক বিবাহ য়াদবা বর কন্যা জ্যেষ্ঠ অনিগী সৌর জ্যেষ্ঠ মাসনি লৌগনি, অতৈ লেমহৌরিবা নুমিৎ ২০ অদুদি য়াই হায়রি ।। ১৮ ।।

মচানুপা মচানুপী অহল হায়বদি মমানা লাইয়ে চংখিবা লৈতনা গর্ভদগী অহানবা পোকচবা নুপা ওইরো নুপী ওইরো মদুবু অহন কৌই। নুপীগীদা অহননি, নুপাগীদা অহননি, মথক্তা জীব ওইখিদনা কাইখ্রে মহাক্লা জীবত ওইবনা অহন ওইরে হায়বদু নত্তে। জ্যেষ্ঠমাস হায়বগা মৈতৈ থাচৎতা ওইবা কালেন থা নত্তে, মুখ্যচান্দ্রদা জ্যেষ্ঠ ওইরবদি ইঙা ওইগনি; অদুবু সৌব জ্যেষ্ঠ মাস কী মফমদা হায়বা মরমনা কালেন ইঙা চংশিননদুনা ওইগল্লী, অসুম্না পাবসু অচুম্বা ওইদে। মৈতৈনা থাগী খোংচৎপানৈ মদুবু মুখ্যচন্দ্র মাস কৌই। সৌর জ্যেষ্ঠ মাস হায়বসিদি নুমিৎকী খোংচৎতা পাবা রবিনা বৃষ রাশিদা লৈবা মতমবু খংনৈ মবম অদুনা পঞ্চাঙ্গ য়েংদুনা পণ্ডিতশিংনা লৌবিগদবা ওই।

দ্বিজ্যেষ্ঠ (অহন অনি) হায়বদি সৌরজ্যেষ্ঠ থাদা মচানুপা অহন নত্রগা মচানুপী অহন লুহোংবা, অমনা সৌর জ্যেষ্ঠ নত্তবা থাদা নত্রগা বৃষ রাশিদা কৃত্তিকা নক্ষত্রগী পাদ ৩ ফাওবগী মতম নুমিৎ ১০ নি অদুদা রবিনা লৈবা অদু থাদোক্লগা মচানুপা অহন অমগীনা মচা নুপী অহন লুহোংবীবা, ময়াই ওইনা অফবা পী; অফবগী শরুক তংখাই পী, লুহোংবা য়াই। ত্রিজ্যেষ্ঠ (অহন অহুম) কৃত্তিকা নক্ষত্রগী পাদ অহুমদা রবিনা লৈবা জ্যেষ্ঠ থাদা মচানুপা অহন অমগীনা মচানুপী অহন

লুহোংবা তারবদি শূণ্য ফল ওই, অফবা ওইদে, লুহোংবীদবা ফৈ ॥ আদিগুরুজনশিংনা কালেন লুহোংবা য়াদে তাকপীরমবদি দশদিনাত্মকদোষ রহিত অপেক্ষা তৌবিরম্বনি ॥

শিববাস বিচারঃ

তিথিঞ্চ দ্বিগুণীকৃত্য বাণৈঃ সংযোজয়েত্ততঃ।
সপ্তভিস্তু হরেদ্ভাগং শেষেণ ফলমাদিশেৎ ॥ ১৯ ॥
একশেষে ভবেৎ সৌখ্যং দ্বিশেষে সুখসম্পদঃ।
ত্রিশেষেঽভীষ্টসিদ্ধিঃ স্যাদন্যে হানি প্রদাঃ স্মৃতাঃ ॥ ২০ ॥

মহাদেব পূজা য়াবা হায়রি — অপাম্বা নুমিৎ অদুগী তিথি অদুদা ২ না পুরিয়ু ৫ তিল্লু ৭ না য়েল্লু ১ লেম্বা নুংঙাইবা-চাওখৎপা ফংই, ২ লেম্বা নুংঙাইবা ফংই অমসুং ৩ লেম্বা অপাম্বা থুংই। অতৈ ৪।৫।৬।০ লেম্বা অমাঙ্বা পী, মহাদেবা পূজা য়াদে। তিথি মরৌদি পানখৎলকপা ১দগী শিথরকপা ১৬ থাশি ৩০ অসুম্না ১দগী ৩০ থাবান মশিং লৌদুনা অঙ্ক তৌগনি ॥ ১৯-২০॥

কনাগুম্বগী মত অমদা ৫ লেম্বা নুংঙাইবা পী হায়না থেংনৈ। যথা- পঞ্চমে ভোজনে চৈব ..... ভোজনে চ ভবেৎ সৌখ্যং ....... ॥ প্রদীপঃ ॥ হায়রিবা ব্রাফমশিং অসি ফলাগমনগী মফমদনি উদেশ বিধি নত্তে॥

*ত্রিপুষ্কর দ্বিপুষ্কর যোগচ কথনম্*

ভদ্রাতিথি রবিজভূতনায়ার্কবারে
দ্বীশার্যমাজচরণাদিতিবহ্নি বৈশ্বে।
ত্রিপুষ্করো ভবতি মৃত্যুবিনাশবৃদ্ধৌ
ত্রৈগুণ্যদো দ্বিগুণকৃদ্বসুক্ষচান্দ্রে ॥ ২১॥

ত্রিপুষ্কর অমসুং দ্বিপুষ্কর যোগ হায়রি — থাংজ, লৈবাকপোকপা, নোংমাইজিং নুমিৎতা বিশাখা, উত্তরফল্গুনী, পূর্ব্বভাদ্র, পূনর্বসু, কৃত্তিকা অমসুং উত্তরষাঢ়া (১৬।১২।২৫।৭।৩।২১) নক্ষত্রনা পানবা থাবাননা ভদ্রা (২।৭।১২)

